# সমগ্র মহাভারত

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

# শম্নপ্পা মহাভারত

ইজবা
শ্রী খয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

খব পুন্নমক অইবগীনি ]

[ মমল ৮'০০ তঁন

মপু খুয়া তানখ্রবা,

পম্খৌ অপোকপা অঙ্গোসিংহ শেলুংবগী

নিশিং খুদম ওই,—

কচ্চরি ইরৈবাক মচাশিংদা

চম্লবা খুদোল

'শম্নপা মহাভারত'।

শ্রী...

# নিংশিংজনিংবা অমতং।

'মহাভারত', ধর্ম্মগী লাইরিক ওইবতা নত্তনা মীওইবগী পুন্সি খোঙচংকী মরীদস্থু থোইদোক্লা নৈনফম থোকপা মহাকাব্যনি। মতমগী খোঙলৈদা তাওত্থনা ওল্লকপা লমচং-শাজত্তা অসিগুম্বা হৌন-লোন-চংকী পাওতাক্লা থল্লবা লাইরিক্লা, অচুম অরান লখী তাকপদা ফনা য়াম্না তেংবাংগনি হায়বসি ঐগী পুক্লিংদা কন্না থাজবা পোকচৈ। অত্থনা মপুং ওইবা অচৌবা লাইরিক্কগী ঙম্মথৈ মচং ওইবশিং খোমগচ্চত্থনা 'শম্লপ্পা মহাভারত' অসি ইজবনি। মসিনা ইজাতিগী অমস্থুং ইমারোলগী মফম্দা মমিংতা ওইরবস্থু সেবা ফংজরে থঙজরবদি, হোৎনজমনগী মহৈ য়াঙ্গরে নিংজগনি। লাইরিক অসি ইংশোক ১৯৪৭ তা ইজখিবনি। অত্থবু লাইবক থিবনা মতম শাংনা ফোংবা ঙম্লদবদগী, হন্দক্তা মণিপুর গবর্ণমেন্টনা লুপা ৩০০৲ (চত্থম) থক ফোংনবা তেংবাংবি। অত্থগা বুকলেণ্ডগী শ্রীযুক্ত অহস্থেম গৌরমণি সিংহনা ফোংবগী ভার পূম্নমক লৌবিত্থনা ইরৈবাক মচাশিংগী মাঙদা লাইরিকসি পুথোকপা ঙমজৈ। অত্থগা ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ম প্রেসকী মেনেজর শ্রীখুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহনা অফ-ফত্ত অচুম-অরান কয়াস্থু তাকপিরক্লুনা ইতেং পাংবি। মসিগী দমক ময়ামসিগী মফমদা শিংঙমদ্রেবা লম্মন তোনজববনি।

ইতি—

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

# লামাই তাকপা

শম্লপপা

# মহাভারত

## ৱাহৌদোক

মহ ভারত হায়বসি হিন্দুশিংগী কুইববা মহাকাব্যনি। দ্বাপর যুগকী ৱ াঁনি। মহামুনি ব্যাসদেবনা মহাকাব্য অসি ইবম্বনি। ব্যাসদেবগী মাঁন' অতোপ্পা অমনা কৃষ্ণ-দ্বৈপায়ন কৌই। থাইনদগী হৌনা অসিগুম্বা মমল নাহুদ্রবা লাইরিক অসিবু ভারতকী মীপুম থুদিংমক্না অহল নহা ৱ, ইদনা লুনা তৌনবক্লি। বাঙলাগী ফাওরবা কবি কাশীরামদাসনা লাইরিক অসি নিংথিজববা বাংলা শৈরেংদা ইথোক্লুনা বাঙলা লোলগী ৫ ওইহংপা ওইহনখি। অসিগুম্বা নীতিপুর্ণ ওইবা লাইরিক্তি জগৎকী মমুংদা অতাওবনি। অতুনা কবিশিংনা "মহাভারতকী ৱারিদি অমৃতগা পাংথকনি" হায়না খোঞ্জেল অমতা ওইনা লাওরম্মি।

---

# আদি পর্ব

## চন্দ্রবংশ

থাইনা মমাংঙৈদা ভাবতবর্ষদা চন্দ্রবংশ হায়না কৌবা ফাওববা নিংথৌশাগৈ অমা লৈরম্মি। চন্দ্রবংশগী নিংথৌশিং অসি ক্ষত্রিনি। শাগৈ অসিদা কুরু হায়না কৌবা অচৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মি। লৈবাক শন্দোকনিংবা অমসুং খ্বাইগী মকোক থোংবা নিংথৌ ওইনিং-বদগী মহাক অসি মতম লৈবা খিবিক্তা নিংথৌ অতৈশিংগা ল.ল শোক্লতুনতা লৈবম্মি। লানফম খুদিংমক্তা মাইপাক্লনা মহাক্না অশ্বমেধ যজ্ঞ কয়াবক তৌখি। মহাক্কী কোম্নুংগী মমিংদি কুরুক্ষেত্র কোই। মফম অসিদা মহাক্না যাগ-যজ্ঞ, দান ধর্ম্ম মশিং লাকডমদনা তৌখি। মবম অসিনা কুরুক্ষেত্র অসি হিন্দুশিংগী অথোইবা তীর্থ মফম ওইখি। কুরু নিংথৌগী মমিং লৌতুনা চন্দ্রবংশগী অতোপ্পা মমিং অমা কুরুবংশ হায়নসু খঙনৈ। শাগৈ অসিগী অতোপ্পা নিংথৌ অমগী মমিংনা হস্তিনা কৌই। মহাক্কী মমিং মতুংইন্না মহাক্কী কোম্নুং অদু হস্তিনা পুরী কৌই। মদু কুরুক্ষেত্রগী মনাক্তা হৌজিক ভাবতকী কোম্নুং ওইবিবা দিল্লী সহরগী মনাক্তনি।

মতম অদুদা হস্তিনা নগব অসি মিংচত্তা, লনথুমদা অমসুং কন থৌবদা জগৎকী মনুংদা খ্বাইদগী হেনবা লৈবাক ওইবম্মি। বংশ অসিগী নিংথৌশিংসু মরল লৈবগী মতিক দান-নচিংবা ধর্ম্ম কর্ম্মদা খ্বাইদগী হেল্লম্মি। প্রতীপ, নহুষ, যযাতি, পুরু অসিনচিংবা ফাওর-ফাওববা নিংথৌ কয়া মফম অসিদা পানখি। মথোই পুন্নমক ধর্ম্ম চেনবা অমসুং

প্রজা নিংথিনা ঙাক শেনবা নিংথৌ ঙাক্কনি। প্রজাবু মবাচেৎনা ইংনা সুংঙাইনা থম্বনা মথোইগী মরুওইবা মথৌনি।

শাগৈ অসিগী অতোপ্পা নিংথৌ অমগী মমিংনা শান্তনু কৌই। শক্তা, গুণদা, দানধর্ম্মদা, মথৌনা মপাঙ্গলদা, মহাক্কা পাবিনিংঙাই মতম অহুদা কনামত্তা লৈরমদে। মহাক্কুম্বা ধর্ম্ম লৈবা মীসি অতাঙবনি। মহাক্কী অসিগুম্বা গুণ ময়াম অসি উবদগী গঙ্গাদেবীনা মীওইবগী শক্তম লৌতুনা মহাক্কা লুহোংগে খল্লম্মি। নোংমা গঙ্গা দেবীনা মর্ত্ত্যধামদা লাক্কুনা তুরেল মপান্দা অস্সুম চৎলম্মি, মতম অসিদা মহারাজ শান্তনুনা মহাকপু উখ্রে। মহাক্কী ম-পা লৈত্রবা নিংথিজরবা শক অহু উবদা শান্তনু নিংথৌ শুমহৎথিত্তুনা মহাকপু লুহোংনবা য়ু হৌদোকখি। গঙ্গাস্ত নিংলম্বা য়াথল ওইবনা নিংথৌদা হায়রকই, "মহারাজ! করিগুম্বা মহারাজনা ঐনা তৌবা থবক্তা থিংবিরোই অহুগা মহুগী মরমস্তু হংবিরোই হায়না য়াশকপিরবদি ঐহাক মহারাজদা লুহোংতুনা• লৈবা ঙমজগনি। অহুগা অমনা কবিগুম্বা মহারাজনা ঐগী থবক্তা থিংবিরবা নত্রগা মরম হংবিরক্লবা অহু ওইরবদি ঐ খুদক অহুদা মহারাজবু থাদোক্কুনা চৎচথিগনি।" শান্তনুস্ত হায়রিবা পুম্নমক্কু য়ারে। গন্ধর্ব্ব মন্ত্রা গঙ্গাগা শান্তনুগা লুহোংলে। অহুদগী য়াম্না নুংঙাইনা পানবা হৌরক্লে।

মতমগী মতুং ইন্না গঙ্গাদেবী মচানিপা অমা পোক্লে। পাও অসি তাবদা শান্তনুগী নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈথিত্রে। অহুবু খুদক অহুমক্তদা গঙ্গানা কনাদস্ত করিমত্তা হায়রমদনা অঙাং অহুবু ইশিংদা লংথখ্রে। মহু উবদা নিংথৌঅহু মথল্লাই নুংঙাইতবগী পন্দোল লোমখ্রে। কোনুংগী মী পুম্বা অয়া-নুংঙাইতবনা মাইথোং ঙম্না লাংশিনখ্রে। মরম হংনবগী

পাম্বৈদি কনাগীস্থ লৈথিদ্রে। অতুনা মী খুদিংমক মথৱাই নুংঙাইতবত্ত থম্মোইন্নুংদা লোত্তুনা অতুম্মক থম্নখ্রে। অস্তুম্না গঙ্গাদেবীগী মথং মথং ওইনা মচা তবেৎথক পোকখি। পুন্নমক অত্থু অমমম ওইনা ইশিংদ ওম্না লংথখি। মহারাজ শান্তনু অত্থু তমথিরবা থৌদোক অসি উবদা ৱাবনা তপথবা ওম্নক্লে। অমতস্থ নত্তে, অনিদস্থ নত্তে, মিংথকসক্কুদা মচা তরেৎপু ইশিংদা লংথখ্রবদা কবস্থা মপা মমানা থাডতুনা লৈবা ওমগদগে? অস্থক নুংশিহৈতবা মপা মমাবু লৈবমথিগদ্রা? কবম্ব মপা মমাগী থম্মোইবু অস্তুম্না নুংগুম্না কনবা য়াগনবগে. অতুনু মহাক্লা থিংবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈথিদ্রে। থিংলুবদি লায়বতুনা মবম হংলুনবা পাম্বে ফাওবা লৈথিদ্রে। কোন্নুংগী মী পুম্বনা লোম্ন-লোম্ন নিংথৌবু নিন্দা তৌনৱক্লে। পুন্নমকসি থঙন থঙন মহাক তুমিন্ন থাওতুনা লৈখ্রে।

মতম থবগী মতুংদা গঙ্গাদেবীগী মচানিপা অমা অমুক পোক্লে। মগাংবৈগী মতৌগুম্না হন্দকমুকস্থ অঙাং অত্থুবু ইশিংদা থাদক্লনবা পুত্তন চৎখ্রে। মত্থু উবদা মহারাজ শান্তনু অত্থু অমুক তপথনা লৈবা ওমশিল্ল ক্রুবে। মহাক্লা গঙ্গাদেবীগী মমাংদা চংলক্তুনা হায়রকই, "রাণী! হন্দকমুকতি নহাক অঙাং অত্থুবু মাওহনবা য়াবরোই। ঐহাক নংগী অসি-গুম্বা লমচৎ অসি অমুক থাওতুনা লৈবা ঃম্নবোই। ইচা কায়নবগী মেনা ঐগী থৱাই হকচাং অসি ঙৌতুনা লৈববনি। রাণী! নহাকনা থৌজান্দুনা হন্দক্কী অঙাং অসিগী মথৱাইদদি কল্লু।" মসি তাবদা গঙ্গাদেবীনা কবিগুম্বা ৱা অমতা য়েংপা তৌদনা নিংথৌগী মখুত্তা অঙাং অত্থু পিবগা হায়ৱকই, "মহারাজ! ঐ চৎলগে। ঐগী মতম ওইরে – পৃথিবীদা লাকপগী মবমস্থ পাঙথোক্লে। ঐ অমুক পম্থনবা পাম্বে লৈত্রে। ঐনা মহারাজগী মফমদা লংশিহৈত্রবা লমচং কয়া চৎখ্রে, মত্থু উবদা

মহারাজগী থৱাই হকচাং শোকখ্রিবনি ঐগী হৌনজবা লমচৎশিং অসিদা থৱাইদা নুংঙাইতবা পোক্লে হায়বসি ঐস্ন খঙই। অদুবু ঐহাক মচুম তৌদনবগী উপায় লৈখিদ্রবননি। ঐনা কবিগী দমক লমচৎ অসি চৎলিবনো হায়বা মবম অদু খঙবিরবদি ঐঙোন্দা শাওবা অমসুং নুংঙাইতবা পোক্লিবদু কোকপিগনি। ঐ মরম অদু হায়গে তাবিয়,— বশিষ্ঠদেবনা লাইশিংগী মথক্তা করিগুম্বা মবম অমদগী শাওখিদুনা শাপ তৌখি। মদুনা মখোই অদু মর্ত্তাধামদা পোকপদা তাখি। মখোইবু কম্লনবগী দমক ইবুধৌ ব্রহ্মানা ঐবু মর্ত্তাদা চত্তুনা মখোইবু পোক্ন, হায়না তাকপি। মবম অদুদগী ঐনা মীওইবগী শক্তম লৌদুনা মৎবামদা লাক্লগা ধর্ম্মচেনবা অচুম্বা ৱা ঙাংবা মহারাজদা ইপুবে ইবা ওইনা লৈজববিবসিনি। হৌজিক্তি ঐহাক পৃথিবীদা লাকপগী মবম অদু মপুংফানা মহৈ য়াল্লে। অদুনা ঐ অমুক লৈবা যাদ্রে। ঐ চৎলগে মহারাজ। থোক্তনা পুক্লিংদা ৱাবা তৌবিরুগমু। নৌনা পোকপা অঙাং অসিবু চেৎনা লুনা য়োকপিযু। অঙাং অসিনা মহারাজগী শেংলবা শাগৈগী নিংথিবা মিৎচং হেনগৎহনগনি।"

গঙ্গাদেবীগী ৱা অসি লোইবম লোইফাংত্রিবৈনা পুন্যগী ইচেন ওইববা ভাগীরথীগী ইশিং অদু ইথক হৌবক্লে। গঙ্গাদেবী অদু মিৎন-কুপ্পগী মতুংদা হশিং মবক্তুদা তিনখ্রে। খঙহৌদনা বাণীগী মশক উদবদুদা শান্তনু নিংথৌদু ৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মিৎকুপমুক্কী মতুংদা গঙ্গাদেবী অদু অমুক মহারাজগী মফমদা হল্লক্তুনা হায়বকই, "মহারাজ। অঙাং অদু মতম থবগী দমক ঐঙোন্দা পিনবিযু। মহারাজ গীনাক্তা লৈববদি মহাকপু মতিক চানা শেমগৎ শাগৎপা হায়বদু থোক্লবোই। ঐহাক মবু নিংথিনা যোকথৎলগা মতিক চারবা মতমদা

মহারাজগী নাক্তা থাজরক্নে।" রাণীবু অমুক উবা ফংবত্নদা শান্তনু নিংথৌ অহু য়াম্না নুংঙাইরম্মি। মহাক্না থল্লম্মি, গঙ্গাদেবীনা শোইদনা মহাক্কী মনাক্তা লেংদনা লৈবরগনি। অহুবু অয়াবনি, গঙ্গাদেবীদি অঙাং অহু মথাদা চেৎনা কোনশিল্লগা অমুক হন্না গঙ্গাগী ইশিং মমুংদা তিনখ্রে। মহু উবদা শান্তনু হান্নদগী শরুক চাম হেন্না বাখ্রে। মতম কুইনা গঙ্গাগী মাইকৈদা চিংনা য়েংহুনা লৈরে। গঙ্গাদেবীবু অমুক উবা ফংবা লৈথিদ্রে। নিংবা কায়না হন্নিং হন্নিংদনা কোন্নুংদা হল্লক্লে, অহুবু নিংথৌগী থবক্তা মবুক্লিং চংবা ঙমদ্রে। রাণীবু অমুক হন্না মনাক্তা লৈহননিংবদগী হুমিৎ খুদিংগী গঙ্গা মপান্দা চত্তুনা মিৎয়েং অমতা থইনা গঙ্গাগী মাইকৈদা য়েংহুনতা লৈখ্রে।

অষ্টম তৌনা হুমিৎ কয়ানি হৌখ্রবা তুংদা শান্তনুনা নোংমা গঙ্গাগী ইশিং অহু ইথক চাওনা হৌবকপা উবে। থংহৌদনা ইশিং মবক্তুদা নিংথিজববী নুপী অমা ফাওগৎলক্লে। মহু উবদা মহাক শুমহৎখ্রে। অসুক নিংথিজবী গুণ পুহনা লৈতেংবী নুপীদি মহাক্কী পুন্সিদা অমুক্তসু উথিদ্রি। মহাক্না মপুক্লিংদা গঙ্গারাণী শোইদনা ওইগনি হায়নদি থল্লম্মি। মতুগা লোইননা নিংথিজরবা নিপা মচা অমসু উবক্লে। অঙাং অহুগী শওংশাদা, মশক মতৌ য়েংবগী পেনবা নাইরমদে। মহাক্না মিৎকুপ্পা তৌদনা মবানিমক অহুবু য়েংহুনা লৈবে। অহুদগী নুপী অহুনা অঙাং অহুগী মখুৎ পায়হুনা চিংলগা তপ্পা তপ্পা মহারাজ শান্তনুগী মনাক ভম্না চংলক্লে অমসুং তপ্লবা নিংথিরবা খোম্থাংনা হায়বকই, "মহারাজ! অঙাং অসি মহারাজগী নজাইবুঙোহুনি। ঐনা মাবু পোকচবী গঙ্গাদেবীনি। ঐহাক নজাইবুঙোগী মমিং দেবব্রত কায়না খোল্লবনি। হৌজিক দেবব্রত অসি মহৈ মশিং

পুম্নমক চংথোক্না হৈরে। খুৎলাই শিজিন্নবদা মহাক্না মান্ননা হৈবা লৈত্রে। অমুক থিস্থবা তৌদনা কুমারবু যুবরাজ হাপ্পিবা, মসি ঐগী থরাইনা পামজবনি।" মসি হায়রম্মগা গঙ্গাদেবী অদু অমুক হন্না গঙ্গাগী ইশিংদা তিনখ্রে।

শান্তনু নিংথৌ অদু পুন্সিগী দমক রাণী কায়নরবস্থু মচাগী মশক উবদা অন্নাবা পূম্বা কাওখ্রে। কুমার দেবব্রতবু ফংবদা মহাক নুংঙাইবা পন্দোল লোমখ্রে। মচাগী মথুজেং পায়দুনা মহাক কোন্নুংদা হল্লক্লে। মিংনকুপ্পগী মনুংদা মাইকৈ মরি শীন্না য়া অসি লাওথোক্লে। কোন্নুংগী মী পূম্বা হরাওবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। খুমথোং খুদিংদা নুংঙাইবগী কুম্মৈ তৌখ্রে। মাইকৈ মরিমক্তগী প্রজাশিংনা কুমারগী মশক য়েংবা অতৎ অথম লৈতনা লাক্লরে। কোন্নুং অদু অহিং নুংথিল থায়দনা মীনা পিক থনখ্রে, অমস্তুং হরাও মিনোক্না নিনখ্রে। অস্তুম্না নুংঙাইনা মতম থরা লেল্লক্লে। অদুদগী মহারাজ শান্তনুনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ পাত্র মন্ত্রি পুম্নমক তাম্নদুনা অফবা নুমিৎতা অফবা পুংফমদা কুমার দেবব্রতবু যুবরাজগী ফমদা আভিষেক তৌরে। লৈবাক শীনবা থুংনা নুংঙাইবগী ইথক হৌরে। থোঙজিন থোঙজিন্দা মঙ্গলগী ঘট থমখ্রে, মচু থিবিক্কী ফীরাম্না আতিয়াদা লৈতেংলে, পুং শেল মোইবুংগী খোঞ্জেলনা নোংথক নোংথা পুমনিন নিনখ্রে। মফম অমদা বেদপাঠ তৌরি, মফম অমদা যাগ যজ্ঞ তৌরি, মফম অমদা জগোই ইশৈ তৌরি, মফম অমদনা অচা অথক তৌরি, অস্তুম্না লৈবাক পূম্বা নুংঙাইবা ইপাক্তা ওম্না তাওনরে।

মহারাজ শান্তনুস্থু গুণপূম্বনা লৈতেংলবা মচা দেবব্রতদা লৈবাক্কী থবক পূম্বা শিন্নদুনা ইংনা পুন্সি লেনবা হৌরক্লে। মহাক মতম

অয়াম্বদা মৃগয়া চৎপনা মথৌ ওইনা লৈবক্লে। বনগী ৭ক, শক্তি অসিনচিংবা শিকাব তৌবা হায়বসি মহাক্না য়াম্না পামজবা থবক ওইবন্মি। নোংমা মহাক্না বন মনুংদা অস্থুম কোইচৎ চৎপদা নুংশিববা মনম অমা থঙহৌদনা নমখি। মপুক্লিংদা কবিগুম্বা মনম নুংশিববা লৈ অমা মনাক অদুবাইদা শাংলিমাল্লে হায়না খল্লম্মি। মহাক্ন অকোইবদুদা কোইচৎ চত্তুনা য়েংলে, অদুবু কবিগুম্ব লৈ অমত্তা শাৎপা উদ্রে। মতম অদুদা মহাক্না থাল্লপ নিংথিজববা নুপীমচা অমা লেপ্তুনা লৈবা উবে। শুক্লবা উন্নুং অদুদা নুপীমচা মথন্তু লৈবন্বদু উবদা মহাক ঙকপগী থম থেংখ্রে। থুনা য়াংনা নুপীমচা অদুগী মনাক্তা চংশিল্লদুনা হংঙকই, "নুপীমচা নহাকপু কনানো? কনম্না নথস্তা মথম অসিদা লাক্লিবনো? নহাক্না লোইনবা কনাস্থ য়াওব্রা? কবি মবমগী দমক চিক্লবা উন্নুং অসিদা লাক্লিবনো?" নুপীমচা অদুনা ইকাইনগা লোইননা তপ্পবা নুংশিববা খোন্থাংনা খুম্লকই, "ঐদি ধীবর মচানি, ইমিংনা সত্যবতী কৌই; ঐগী ইপাগী মমিংন দাশরাজ কৌই।" ধীবর নুপীমচা অদুগী মনাক হেক য়োবকপদ শ হুন্নু অদু নুপীমচ অদুগী মশাদগী নুংশিবব মনম অমা থাক্লকপনি হায়বা থঙলে। মহাক্ন নুপীমচা অদুগী মশক মতৌ চংখোনবা অমস্থুং অঙকপা মগুণ চেনব অদু উবদা লুহোংগে হায়না খল্লক্লে।

অদুদগী মহাক্না থিনবা তৌদনা দাশরাজগী মনাক্তা চত্তুনা হায়বকই, "দাশরাজ! ঐহাক নংগী নচানুপী সত্যবতীবু লুহোংগে হায়না থল্লে। ঐনা নিংবদি মসিদা নহাকস্থ খোইনা যানিংদব তৌবম্মোই।" ব্রা অসি তাবদা দাশরাজনা হায়বকই, "মহারাজ! ঐনা পোকচবী ইচানুপীবু মহারাজদা থাজবা য়াবদি ঐগী ইংখইবক

য়াম্না ফবনি। অদুবু মহারাজ, মহাক্না হৌদি শুগ পুম্বনা লৈতে লবা নত্তা ইবুঙো অমা লৈবি। অদুনা সত্যবতীনা পোকপা মচাশিংনা সিংহাসন ফংফমদি লৈতে। অসিগুম্বা ফাওভম অসিদা মপা ওইবা ঐহাক্না করম্না ইচাবু থাজসিগে?" ৱা অসি তাবদা মহারাজ শান্তনু অদু ঙমখৈ লেতনা রাখ্রে, মথৎরাই হুংঙাহৎতনা হস্তিনাপুরীদা হল্লক্লে।

মসিমিং অদুদগী হৌদুনা মহারাজা চিনবান্দা তবা ওবা মীনোক নোক-খিদ্রে, মাহৎথোংদে। হুংঙাইবগী মমা তা খিদ্রে, নিংথৌগী থবক্তা হৈনিংবা পোকখিদ্রে। মতম লৈবা খিনিক্তা পুক্নিং লেতাদবা অমসুং হুংঙাইতবগী শক্তম ওইনতা লাখ্রে। দেবব্রতনা মপাগী মতৌ অসি উবদা মপুক্নিংদা ফম্না নুংঙাইত্রে অমসুং মন্ত্রীশিংগী মফমদা চংবদা মরম পুম্নমক তশেংনা খঙলে। মহাক্না মপুক্নিংদা মথন্তা হল্লকই, পাম্বৈ অমনবু ওইবরসু অমনবু ওইবরসু সত্যবতী গা মাগী মপাগা শাইদনা লুহোংদবা য়াদে— মরমদি মপাবু পলহনবা হায়বসি মচাগী ভোগদবা মথৌনি। অসুম্না লেপ্তুনা মহাক্না লৈবাক্কী মকোক ওইবা যুম্নাইবশিংগা লোইননা ধীবর অদুগী মনক্তা লাক্লে। ধীবররাজ অদুনা য়াম্না ভবাম তবাম্না মথোইবু গুরুম্মি অমসুং মতিক চাবা ইকাই খুম্নবা উৎলবা তুংদা হংলকই, "যুবরাজ! করি মরমগী দমক তাল্লবা এগী চফমদা লেংবিরকইবনো?" দেবব্রতনা হায়রকই, "এগী ইপাইবুঙোদা নচা ইবেম্মা সত্যবতীবু লুহোংহনবা পিযু অসিনি ঐনা হায়জগে লাকপদি।" মসিদা দাশ-রাজনা খুম্লকই, "কুমার! মহুদি ঐগী য়াম্না লাইরবক থ রানি। অদুবু রা অমতংদি, ঐগা ইচানুপী অসিনা পোকচবা মচাদি নিংথৌ ওইবা ফংলরোই। অদুনা করম্না মহারাজদা ইচানুপী অসি কংকদগে?" রা অসি হেক তাবদা দেবব্রতনা হায়রকই, "দাশরাজ! মহুগী মরমহুদি

করিমত্তা চিংনরিগনু। ঐহাক মথাম পুম্নমক্কী মমাংদা ৱাশক্লিবাসিনি, সত্যবতীনা পোকপা মচানিপাবু ঐনা হস্তিনাপুরগী সিংহাসনদা ফমহনগনি। সিংহাসনদা ঐগী ফংফম থোকপা লেবতু হৌজিকমক হন্না যানা থাদোক্লবনি।' মসি তাবদা শিংলবা ধীবররাজ অদুনা অমুক হায়রকই, "যুবরাজ! নৈহাক কুমারগী ৱা তাবদা ৱমথৈ লৈতনা পেল্লে। মপানিংবা মচাগী মতিকচাবা ৱানি। অদুবু, কুমারনা পোকপা নচাহনবুড়ে শিংনা তুংদা সিংহাসনদি তেংল্লকপা য়াই। মদুদা পালন-চিংবা তমথীবরা থৌদোক কয়া থোক্কনি নিংহ।"

শিংলবা দেবব্রতনা দাশরাজগী মপুক্কিংগী ৱা অদু খংলদুনা হায়রকই, "মদুগী মরমদসু থৌদোক চংনবিরগনু। এহাক অসিমসু ৱাশক্লবনি, ঐগী পুন্সিসিদা নুপীগা লোইনবা হায়বসু থাদোক্লবাই, পুন্সিচুপ্পা যুমপান্দনা লেল্লগনি।" ঙসাইনথ লাইশিংনা স্বর্গদা দেবব্রতগী ৱাশক তাগদবগী খোনানা ডাইনতুনা লেরম্মি। ৱাশক অসি তেব তাবদা নখোইনা দুন্দুভি যেতুনা দেবব্রতগী মকোক্তা লেই চইথরক্লে। মতুংগা লোইনা লোইননা দেববাণী তৌরকই, "হে শান্তনু-নন্দন! নহাক্না অসি-অকিবগী নশক ওইরবা ৱাশক শকপগী দমক জগৎনা নংবু ঙসিদগী 'ভীষ্ম' হায়না খঙনবা ওইরসনু।"

দেবব্রতগী ৱা অসি তাবদা দাশরাজ অদু নুংঙাইরবগী ৱমথৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না থৱাই হরাওনা সত্যবতীবু দেবব্রতগা লোইননা হস্তিনাদা থাবক্লে। অদুদগী সত্যবতীগা শান্তনুগা লুহোংলে। থৌদোক অসিদা মহারাজ শান্তনুনা মচাগী মফমদা পনথরুদুনা হায়রকই, "ঐগী পুন্নরগী দমক নংনা তাডলব নশাগী ওইজরবু হরাই লাইনা

থাদোকপা অসিগী দমক ঐনা নংবু বব পিনিবসিনি, নং নশানা নিংবা নত্রবদি নংগী শিবা হায়বত্থু ওইদ্রসনু।"

মতমগী মতুংইন্না সত্যবতীগী গর্ভদা শান্তনুগী মচানিপা অনি পোক্লে—অহলগী মমিংনা চিত্রাঙ্গদ কৌই, অতোম্বগী মমিংনা বিচিত্র-বীর্য্য কৌই। মতুদগী মতম থবা লৈবগা মহাবাজ শান্তনু লোঙ্গাখ্রে। ভীষ্মনা অভাং ওইবিবা চিত্রাঙ্গদবু সিংহাসন্দা ফমহল্লগা মহাক মশানা মহুৎ শিন্দুনা লৈপাক পুবা হৌবব্রে অমসুং চহি মতাং চাবক্লবদা হবাণ্ডবগা লোইননা নিংথৌগী থবক শিন্নবে। মমৈথংদা চিত্রাঙ্গদ অকনবা নিংথৌ অমা ওইথি। মহাক্তি নিংথৌগী থবক তৌবদগী মৃগয়া চংপা অমসুং লাল তৌবনা হেন্না পায়ম্মি। অতুবু ওন্থোকপনি, নৌবিবৈদো লানদমদ মথক্লাই মাঙখ্রে। মনাণ্ডনা মতম চাদনা শিথিবতুদা ভীষ্মগী অব্বাবগী ভুমথৈ লৈখিদ্রে। মতম অতুদা মহাক্না নৌবিবা বিচিত্রবীর্য্যবু সিংহাসন্দা কাহল্লগা মহাক্না লৈপাক্কী থবক অমুক শীনখি।

বিচিত্রবীর্য্যনা মতমগী মতুংইন্না অপাংগী ফীভম লান্থোক্লক্কুনা পাথং ওইবক্লবদা ভীষ্মনা মাবু লুহোংবিরগে থল্লক্লে। মতম অতুদা কাশীবাজনা মহাক্কী মচান্নুপী অহুম অম্বা, অম্বিকা অমসুং অম্বালিকাগী লুহোংনবগী দমক স্বয়ংবব তৌবি হায়বা মহাক্না তাবে। অতুবু বিচিত্র-বীর্য্যাবুদি চহি অভাং ওইবি হায়তুনা বাণ্ডোন তৌবক্লে। মসিদা ভীষ্ম অতু য়াম্না শাণ্ডবে অমসুং কাশীবাজগী মচানুপী অহুম্মক হুতুনা পুবক্লে। মতম অতুদা ইহন হনবী অম্বানা ব্লানা ভীষ্মদা হায়জবকই, "মহাবাজ, ঐদি মমাংঐভদগী হৌনা মেরুবাজ শাল্বদা লুহোংজগে হায়তুনা লেপচ খবনি, অতুনা ঐবু অতৈ অমদা থাজবিগন্নু। চানবিদ্না শাল্বনাদগী

মনাক্কা থাবিয়ু।" হায়না অসি তাবদা ভীষ্মস্থ য়াম্ন' হবাওনা অম্বাবু শাল্বরাজগী মফমদা থাখ্রে। অদুবু শাল্বনদি ভীষ্মনা হুবাল্লুরবনি হায়দুনা অম্বাবু লৌখিদে।

অসোমদা গুমিৎ অফবা য়েংদুনা পুংফম অফবদা য়াম্না চাওনা বিচিত্রবীর্য্যগা লোয়ননা অম্বিকা অমসুং অম্বালিকাগা লুহোংলে। নিংথিজববী মমৌ অনি ফংবদুদা সত্যবতীস্থ য়াম্না হবাওজ্জরে। অদুবু অরাবনি, থিন্দনা লুংঙোইবসি অরাবা শকলোননা ওনখ্রে। বিচিত্রবীর্য অদু তমথীববা অনাবা অমগী মথয়াক্ত' তাদুনা মথরাই থাখ্রে। নিংথৌগী মমা ইবেম্মা সত্যবতী অমসুং বাণী অনিগী কপ্প খোঞ্জেলন' কোপ্লুং অদু নিনখ্রে। লৈপাক প্রজা পুম্নমক রাবনা মাইথোং ওম্ন' লাংশিনখ্রে। মনাও অতোম্বা লৈতবদা ভীষ্ম অদু অরা লুংঙোইত্তবগী হপাক্তা লুপখ্রে।

অস্তুম্না মতম থবা লেল্লবগী তুং দা নেংমা সত্যবতীনা 'ভীষ্ম য়েংদুনা হায়বকই, "ভীষ্ম, ঐহাক নংগী নমানি। নহাক্তা ঐগী ইচা অহল হায়বদুনি। ইমাগী য়াথং ওাকউ—নহাক লুহোংলো।" মসি তাবদা ভীষ্মদেবনা হায়বকই, "ইমা, নংগী য়াথং ওাকপা হায়বসি ঐগী তোৗগদবা হথৌনি। অদুবু নংস্তু ঐগী রাশকখিবগী হায়' খঙবিবিবনি। রাশক ওাকপদি ক্ষাত্রগী ধর্ম্মনি। রাশক কায়ববদি ধর্ম্ম মাংই অমসুং ইপা ইপু অপুম্বা নবক্তা তাই। মবম অসিনা ইমা', ঐহাক রাশক থুগাইব হায়বসি তৌজবরোহ। ঐনা ইমাগী য়াথং ওাকচদ্রে হায়দুনা রাবৌবিগন্থ, নচাবু ওাকপিয়ু।" ভীষ্মগী হায়' অসিদা সত্যবতী অমুক রা মথা তাবা ঙমাখিদ্রে।

মমৈথংদা বেদব্যাসকী বরদগী অম্বিকা অমসুং অম্বালিকাগী গর্ভদা মচানিপা অনি পোক্লে—অহনগী মমিংনা ধৃতবাষ্ট্র কৌই,

অতোম্বগী মমিংনা পাণ্ডু কৌই। অহন ধৃতরাষ্ট্র অসি পোকপদগী মমিং তাওই। অদুগা বাণীশিংগী মীনাইনুপী অমগী গর্ভদস্ত মচানিপা অমা পোকখি, মহাক্কী মমিংনা বিদুর কৌই। বিদুর অসি মীনাইনুপীগী গর্ভদা পোক্লবসু কোন্নুং মনুংদা রাজকুমারশিংগা চপ মান্নন য়াম্না চেকশিন্না য়োকখি। ভীষ্মন থরাই য়াংনা অপোংশিং অসিবু য়োক-খৎখি। ধৃতরাষ্ট্রনা খ্বাতেগী অহননি, রাজসিংহাসন মখোনা ফংকম থোকই অদুব মহাক অসি পোকপদগী মমিং তাংবনি হায়দুনা পাণ্ডুনা হস্তিনা-পুরীগী সিংহাসনদা ফমখি। অদুগা ওইনবা পাণ্ডুবু সিংহাসনদা ফমহল্লগা ভীষ্ম মশামক্না লেপ্লগা পুরুগী থবক তৌখি। নিংথৌগী মচাশিং অসিনা পাথ ক্ষাবক্লবা মতমদা ভীষ্মনা গান্ধার লৈপাক্কী নিংথৌমচানুপী গান্ধারীবু ধৃতরাষ্ট্রদা লুহোংবিখি। পাণ্ডুনা নুপী অনি লুহোংখি অহলগী মমিংনা কুন্তী কৌই, মহাক অসি কুন্তীভোজ নিংথৌগী মচা-নুপীনি অমসুং যদুপতি শ্রীকৃষ্ণগী মনেমনি। অতোপ্পাগী মমিংনা মাদ্রী কৌই, মহাক্না মদ্রদেশকী নিংথৌ মচানুপীনি।

পাণ্ডুদি লাল শোক্লবতন নুংশাইবা ওইবম্মি। মহাক অসি মতম অয়াম্বদা লাল তৌদুনা পুম্নমক্তা জয় তৌখি। লাল তৌদবা মতমদনা উমংদা শা তানবনা মশাগী নুংথৌ ওই। নিংথৌশিংনা লাল চৎপদা শিল-লাওবা অদুগুম মহাক্কী শংত নবা চৎপদসু চপমান্নন লাওই। লাম্মা ময়াম, মীনাই ময়াম, শগোল শামু দোলাই মশা লাকওমদন লোইনৈ। বাণীশিংসু য়াংনা চৎলি পাণ্ডুনা শিকার চৎপা মতমদা মহাক্কী বাণী অনিসু লাইনন্না পুই। অদুম্না শান্তানবা চৎপদ বাণী অনিদু বন্দা মচা মঙা পোক্লে মখোয়শিং অদু দেব-অংশদা পোকপা ওইরক্লনি। কুন্তীগী গর্ভদা ধর্মগী অংশনা যুধিষ্ঠির পোক্লে, মরম অসিনা

মহাক অসি ধর্ম্ম য়াম্ন চেল্লি। কল্লবা পবনগী অংশনা ভীম পোক্লে, মবম অসিনা মহাক চা দমনিঙাই লৈতনা কল্লি। দেববাজ ইন্দ্রগী অংশদগী অর্জ্জুন পোক্লে, অদুনা মহাক অসি লান্দা হৈশিংবদা ম পা লৈবমদে। অদুগ মাদ্রাগী গর্ভদা দেব চিকিৎসক অশ্বিণীকুমাব অনিগী অংশদা নকুল অমস্তুং সহদেব পোক্লে। মতম থবদ লৈবগা বনগী মনুংদা পাণ্ডু অসি অতম্মক শিখ্রে। পাণ্ডী অতোপ্পী মাদ্রীদি মপুবোইবগী তুং ইন্দুন মেল্লংদা চোংশিন্দুনা মথল্লাহ থাখ্রে। কুন্তী দেবীনা মচা মঙা অদু পুন্নুনা কপ্ন কপ্ন বোন্নু দা হল্লকে। পাণ্ডুনা শিখ্রবা মতংদা ধৃতবাষ্ট্রনা নি থৌ ওইবে।

ধৃতবাষ্ট্রগী দুর্যোধন, দুশাসন, বিকর্ণ অসিনচিংবা মচা চাম অমস্তুং দুংশলা হায়বা মচানুপী অম পোকই। মচ অহন দুর্যোধননা হেক পোকপা মতমদা লৈবাক্তা ওন্থোক শন্থোকপা অমঙ্গলগী খুদম উংথি। ফত্তবা খুদমশিং অসি উবদা ভীষ্ম অদু মপুক্লিং ৱাখি। মহাক্না খনথি, অঙাং অসিগী হাক্তুগী পৃথিবী ফাওরবা কুরুবংশ মরুফংনা মাঙলবা তাই। বিদুবন্ধ গননা তৌবদ, অঙাং অসিন। মনম ওইদুন কুরুশাগী মুংপ শোইদ্রে হাপন থঙলে। মবম অসিনা মহাক্না ধৃতবাষ্ট্রদা হায়বকই "দাদা, অঙাং অসি মাঙন-মুংনবগী মশক্কি মহাক্কী হাকতত্তুগী শেংলনা কুরুবংশ মুংলগনি। অঙা অসিবু মাংহন-বিহৌ নত্রবদি কুরুশাগী হিংফম লৈতে।" অদুবু ৱা অসি ধৃতরাষ্ট্রনা পাংথোকপা উমথিদে। অওইবমকম্ব অঙা অসিনা কুরুশাগী মুংহনখি। ধৃতবাষ্ট্রগী মচা চাম অদুবু 'কৌবব' অমস্তুং পাণ্ডুগী মচা মথোবুনা 'পাণ্ডব' হায়না জগৎনা খঙনখি।

---

## কৌরব-পাণ্ডবকী খুৎলাই তম্বা।

কৌরব অমসু পাণ্ডবশিং অহু পানথংলকপা থাগী মতোংগুম্না নোংম নোংমগী চাওখৎলক্কে। মতম মতুদা ভীষ্মনা মখোইবু মতিক চাবা মতৈ মশি তম্বিনবগী দমক শীল-লাংবা হৈরে। লাতবিক লাইগু তম্বগা লোইন লোইননা খুৎসু খুৎলাইসু তম্নবা হোৎনরে। কৃপাচার্য্য কৌবা ব্রাহ্মণ অমথক্তা মখোই পূম্নমক খুৎলাই অহানবা তম্বা হৌরে। কুম বশিং অহুগী মতুংদ ভীষ্মন পিক্লিবৈদেগী থৱাইদগী হয়েন হেন্না কল্লে। মশা চাওবগী মতিক মপাঙ্গলসু লে। কনাবুসু মানা উশিংপা লেতে। শান্নবনি হাযত্রুনা মমান্নবা তকক তৌবৎ ইবাই লায়না পোত্নুনা চংলি। ফাগী তৌদুনা কবিগুপ্ত খজিক্তুং থেংজিল্লব্দা শকু তেকপা যাই। ময়াম্মক অমতা মাগ শান্নমিন্নব পা মদে। নোংমা শামু অমা ডাওদুনা মখোই তম্না চেনশিল্লক্লে, ময়াম্মক কিবনা অমা অকংবা মাইকৈদ চেন্নখ্রে। ভীমদি চেনবা তৌদনা মফম লাংগৎদুনা শামু অহুবু ডাইডুনা লৈবে অমসুং শামুনা মনাক হেক য়ৌবকপদা মনা হেনা অহু পায়দুনা অমুক্তুং কন্না চিংবু শামু অহু ডাওবদি লম যবদুনা তেংদুনা হন্দুন চংখ্রে।

ভীমগী অসিগুম্বা অতকপা মপাঙ্গল অসি উবদা দুর্য্যোধন দুশাসননচিংবা কৌরব পূম্নমক্না থন্নবক্লে, "অস্তুক নৌবিতৈমক্তদা ভীমগী মখোন মপাঙ্গল অসি পাবিনিংডাই লৈরে, মসিনা চাওবক্লবদি কনানসু নথা ডল্লবাই। মাবু হাংত্রবদি ঐখোইনা লৈপাক ফংবগী আশা লৈতে। অদুনা লৌশিং তৌদুনা মাবু হাংকৌবা তাই।" অসুম্না থন্নদুনা কৌরবশিংনা নোংমা পাণ্ডবশিংবু চাক চানবা বাতোণ তৌরে। চাক কৌবগী রা ভাবদা ভাম অহু ডসিদি মবুক থন্না অহাও অথুম

চাবগনি হায়দুনা নুংঙাইবগী পন্দোল লোয়রে। মতম চানা চানবা লাওলে অমসুং পাণ্ডব পুম্নমক লাক্লুনা চাখবে। দুর্যোধননা য়াম্না থৱাই য়াওনা মখুৎমক্কী ভীমবু সেবা তৌদুনা পিজবে। ভীমসু য়াম্না হৰাওনা হেক হাপ্পিবমথৈ চাবা হৌবরে। চাবা লোইনবক্তুনা অতৈদি মাইকৈ অতোঃ অতৈদা অসুম কোইথে থবারে। অদুবু ভীমদি মতম অদু ফাওবা চাবা লোইদ্রি। খুদেংচাবসি খঙবদা দুর্যোধননা চানবা অহাও অহাওবা পেৎতা হু হাপচিন্দুনা ভীমদা পিরকরে। ভীমদি কনিসু চিংনবা লৈতনা পুম্নমক চাথোকখ্রে। অদুবু হু হাক লেবগদি মহাক য়াম্থখ্রে। মতম অদুদা ফত্রবা কৌরবশিংনা মহাকপু পুদুনা মনাক্তা চেল্লিবা তুরেল অমদা হাদখ্রে। মতম কুহনগী তুংদা তমথীবরা য়েরবা অমা মাংহনখ্রে হায়দুনা মখোই পুম্নমক মরুপ্লিং যাম্না হৰাওনবে।

ভীমদি হনিদা অসুম তাওথনকপনা পাতাল যোখ্রে। পাতাল হায়বসি লালগী লেবারি। মপান অদুদা বলামত চংবা য়াদে। ভীমনা পাতাল হেক য়ৌবকপদা লালশিংনা মাব চিকপা হৌবরে। অদুবু হায়নবদুমক থোরে— 'কৃষ্ণন কন্নিংলবদ' কনানা হাংকনি'! লালনা চিক্লবাদি মী শিবিবনি অদুবু ভীমগী মথমদদি হু অদু অমৃত ওনখ্রে— লালগী হুনা মাগী হাম্বগী হু অদু মাংখ্রে। ভীম খক্ত জ্ঞান তাবরে। লীলশিংগী নিংথৌ বাসুকীনা ভীমবু উবদা মশক খঙলে অমসুং মাগী মচিন্দগী য়া পুন্না তাবদা মাবু অমৃত চফু অমা পিথকলে। অমৃত অদু থকপদা ভীমগী মপাঙ্গল অদু হান্নদগী শকক চামা হেন্না কনখৎখ্রে। অদুদগী মহাক মযুমদা হল্লরে। মহাক্না মযুম য়ৌবকপদদি মচিন মনাও অতৈ পুম্না য়োৱঙ্গা কুইরবে। মহাক হল্লক্লবদুদা কুন্তী দেবীদি য়াবনা নুংবংনদুনা লৈবম্মি। ভীমবু হেক উবদা কুন্তীগী হৰাওবগী ওমথৈ

লৈখিদ্রে। অতুদগী ভীমনা মচিনমনাং শংদা অমস্তুং মমাদা রা পূম্বা লোম্মা তমলে। নুমিং অতুদগী মখোঙ্ পৃঙ্গা কৌববকী মপুকচেন থঙখ্রে অমস্তুং য়াম্না চেকশিন্না চংপা হৌবক্রে।

---

## দ্রোণাচার্য্য।

বাজকুমাবশিং অতু নোংমা য়োংকা কাংখোঙ অমা অস্তুম ওন্দুনা শান্নবম্মি, থংহৌদনা কাংখোঙছ কোন অমদা তাখ্রে। ময়াম পূন্নমক হন্না হন্না হোংনছুনস্থ বা খোঙছ লোথংপা ঙমদ্রে। মতম অতুদা ব্রাহ্মণ অমা মফম অতুদা লাকই মহাক অতু য়েংবদা ময়া য়াম্না কংহ, মোংলি, অমস্তু মথুঙা লিবং তেন পায়। বাজকুমাবশিং অতুনা কাংখোঙ লৌথংপা ঙমদতুন। লেবতু উবদ মহাক্র হায়নকই, "নখোহ কাংখোঙ অসি লৌথংপা ঙমদ্রে নণা? করে অতুদি এ লৌথংপিগে য়েংউ।" অসি হায়দুনা ব্রাহ্মণ অতুন তেন অমা কাপলে। অঙকপনি! তেন অতু হেক কাপ্পদ কুহাগী ঈশিং অতু কংখ্রে। মতু উবদা অতাংশিং অতু ঙবখ্রে। ব্রাহ্মণ অতুনা অতুগী তুংদা তেন অনিথকস্থ কাপলে অমস্তুং তেনশিং অতুনা কাংখোঙছ মথক্তা পুখংলক্রে। মতৌ অতু উবদা বুমাবশি অতু অমুক্কা ঙেন্না ঙবখ্রে অমস্তুং থিন্দনমক চেন্দুনা মবুধৌ ভীষ্মদা রা পূম্বা তম্নুবে।

রা অসি তাবদা ভীষ্ম অতু য়াম্না নুংঙাইখ্রে। মহাক্না হঙলে, ব্রাহ্মণ অসি শোহইদনা ভবদ্বাজগী মচানিপা দ্রোণ ওইবমগনি। মহাক্না মতম য়াম্না কুহন দ্রোণবু কুমাবশিংগী শিক্ষাগুরু হাপকে

দ্রোণনি। ঐহাক হৌজিক শাথীনা অন্নাবা তারত্তুনা নংগী নফমদা নত্তেং থরদং ফংগদ্রা হায়দুনা লাকপনি। ইবানি পুন্না ইহৈ-ইশিং তম্মিন্নবিহৈদা নংনা ঐভোন্দা লৈবাক তংথাক্ট অমা পিগে হায়খিবনি। মতম্ম পিদ্রে। হৌজিক মত্থ তোক্কুনা ঐবু শেল থবা পিতুনা ইতেং পাংউ। ইচানিপা অমম্ম পোক্লে। মহাকপু শঙ্গোম থজিক্কুং পিথক্কবা পাম্বে ফাওবা লৈখিদ্রে।"

দ্রুপদদি হৌজিক ইচম চম্বা মী নত্রে, হৌজিক্কি মহাক মহারাজ-ধিরাজনি। মশক খিববা, ফী শগাইবা শেৎপা, মোৎলবা ব্রাহ্মণ অমনা মাবু 'মরুপ' হায়না কৌববত্তুদা মহাক ইকাইবগী ভমথৈ লৈখিদ্রে অমসুং দ্রোণবু মশক শুকথড থড়দবা মী অমগুম্না নাপল তৌনা হায়র্কই, "কনানো ব্রাহ্মণ নহাকপো? নহা অত্তুক য়াম্না চাওনা ভাংবগী নংগী কবি নত্তিক লৈ' ঐহাক নিংথৌ দ্রুপদনি। নংনা দ্রুপদ নিংথৌগী পিক্লিহৈগী মরুপনি হায়বা অস্তুক শাথীনা মীনম্বা নহা অসি কবম্না নাপলগা লোইননা হায়রবিবনো? চাক্কিবা ব্রাহ্মণ, হৌজিকমক রাজসভা অসি থাদোক্কুনা চৎখ্রো, নহা মথা তারবদি চোপ্পা নংগনি।" দ্রুপদগী নহা অসি তাবদা দ্রোণ অত্তু শাওনিংবনা মশা থক থক নিকখ্রে অমসুং ইকাইনা ফংখিবত্তুগী অমুক্কুং মতিক চাবা লম্মন খুমগে হায়না মপুক্কিংদা নাশকখ্রে। মযমদা হল্লক্কগা করম্না দ্রুপদগী মথক্কা লম্মন খুমগদগে হায়বা নাথন্দা লুপ্তুনা লৈখ্রে। মহাক্কা মমৈথংদা নিংলিবা অত্তু থুংনবগী দমক লৈবাক শীম্নুংনা কোয়বা হৌরক্লে। অত্তুদগী কৌরব পাণ্ডবকী খুৎলাই তম্বিনবা ওঝা ওইবসিদা মাগী নিংবা খুংলবা য়ারে হায়না থনখ্রে।

মতম অত্তুদা দ্রোণগা মাগনা খুৎলাইদা হৈংশিবসি কনাগ

লৈরমদে। মহাক্তি খুৎলাই শিক্তিমবগী মবমদা অংক অগুকপা মহৈ য়াম্না হৈবম্মি। মতম থবা রাজকুমারশিং অতুবু খুৎলাই তম্বিববা মতুংদা নোংমা মহাক্না ময়াম্মক কৌতুনা হায়বকই, "নখোই পূম্নমক তাও, ঐহাক নখোইবু য়াম্না চেকশিন্না খুৎলাই তম্বিগনি। অতুবু নখোইনা গুরুদক্ষিণাগী মশক ওইনা ঐগী থবক অমা তৌবা তাই। দ্রুপদ নিংথৌনা ঐবু য়াম্না শাথীনা ইকাইবা পিতুনা রাজসভাদগী তান্থোকখি। নখোইনা দ্রুপদবু ঐগী ইনাক্তা ফাতুনা পুবকপা ওম্নবা, অদু ওইবরদি ঐনা নখোইবু ঐগী মতিক চাবা পকয়ানি হায়বা খঙগনি, অদুগা মদুনা নখোইগী গুরুদক্ষিণাস্থ ওইগনি।" হায়বা অসি তাবদা কুমারশিং অদু তুমিন তুমিন লৈখ্রে। অর্জ্জুনতদি খুম্নকই, "গুরুদেব! তাকপিবা য়াথং অদু ঐনা থরাত থাবরা ফাওবা পাংথোক্কবা হোৎনজগনি।" হায়বা অসি তাবদা দ্রোণগী ৎংগাইবগী ওমৈগ লৈখিদ্রে অমস্তুং অর্জ্জুনবু মতম্বাক্তা কোল্লগা মকোওা নানাবিতুনা আশীর্ব্বাদ তৌবে। অদুগী তুমিত্তগী হৌনা অর্জ্জুননা মাগী অচানবা পকয়া ওইখ্রে। অর্জ্জুনস্ত মতম চুপ্নদা গুরুগী মমিগুম কোইন-ইন্নদুনা অইন কনবগা লোইননা মহৈ তম্বা হৌবক্লে।

দ্রোণন য়াম্না চেকশিন্না রাজকুমার পূম্নমকপু খুৎলাই তম্বি। পক্লয়াশিংনস্ত থরাই য়াওনা খানবা তৌৎনৈ। অতবু ময়ামতুগী মম্নুংদা অর্জ্জুননা খ্রাইদগী ইহেন হেন্না পামশিন্না তম্মি। মহাক্না মতম থবগী মম্নুংদা খুৎলাই পূম্নমক নিংশিংনা তমশিনখ্রে অমস্তুং তেনগী মবমদা মহাক্লম্বা য়াওদ্রে। য়াইমবা পাণ্ডব ভীমদি মশা চাওবগী মতিক মাগী খুৎলাইস্ত অচৌবা গদা অমনা ওই। গদাগী লানদ মাগা মান্নবা কনাস্থ লৈদে। মহাক্না চাওবগী মতিক পাযফনা লৈ রবপদা মগী,

মর্ত্ত্য, পাতাল অসি মাওংথুরগদবগুম তৌই। দুর্য্যোধনসু গদা নিংথিনা হৈতবা নত্তে। মহাকসু ভীমগী লেঙ্গা ওইবক্নে। রাজকুমার খুদিংমক বিদ্যা অমমমদা নিংথিনা হৈনবক্নে। অদুব অর্জ্জুনতনদি থৱাইদগী ইহেল হেল্লি। মরম অসিনা দ্রোণাচার্য্যনা মাবু মচাগুম নুংশি অমসুং অঙক অঙকপা খুৎলাইগী মহৈ মশোন্দা তম্মি। মদু উবদা দুর্য্যোধন অদু কল্লকপনা লৈরা ঙমলমদে।

অধিরথ সারথি য়াকপা মচা কর্ণ হায়রবা রাজকুমারশিং অসিগা খুৎলাই তম্মিন্নজগে হায়দুনা দ্রোণগী মনাক্তা লাক্লম্মি। অদুবু দ্রোণনা মহারথ সূতগী মচানি হায়দুনা তম্বিবা য়াখিদে। মদুদা কর্ণ অদু মরুক্কিং নুংঙাইতদুনা পরশুরামগী মফমদা খুৎলাই তম্নবা চংজখি। পরশুরাম হায়রিবসি ব্রাম্মা মঙ্গল লেরা ব্রাহ্মণনি— খুৎলাইদা মপা লৈতনা হৈবা মানি। ভগবানগী রনদগী মমর খুদম কংলবনি।

মানদি কর্ণবু অধিরথকী মচানি হায়না খঙনৈ। অদুবু পাঙ্গে-শেংবমক্তি মদু নত্তে। মহাক অসি কুন্তীগী মচা অহল য়ুধিষ্ঠিরগী মযাম্বনি। কুমারী ওইরিবৈদা সূর্য্যদেবগী অংশদ কুন্তীগী গভদা কর্ণ অসি পোকখিবনি। কুন্তীনা অঙাং অদুবু তুরেলগী ইশিংদা চাদখি। তুরেল অদুদা অধিরথনা ফঙজরিদুনা অঙাং অদু পোংনদুনা য়ুম্মদা পুরকখি অমসুং মাগী নুপী রাধা হায়রিবদুনা যাম্ন নুংনা অঙাং অদুবু য়োকখি।

রাজকুমারশিং অদু কনান কয়াম্ক থৈরবগে চাং থৈনবগীদমক দ্রোণাচার্য্যনা অশংবা উচেক অমা শাদুনা উ অমগী উশাদা থম্লে অমসুং কুমারশিং অদুবু মফম অদুদা পুরগা উচেক অদু উত্তুনা হায়রকই, "উনিরা উচেক অসি নংখাইদগী মরক্তগী কনাগুম্বা অনা

তেন্না থাত্তুনা মঙক ককপা ঙম্লবা, অদু ওইরবদি মহাক্কী মহৈ তম্বা মপুং ফারে খঙগনি।"

ব্রা অসি তাবদা রাজকুমারশিং অদু য়াম্না হবাওবে। মখোই পুম্নমক থিন্দনা লিকুং তেন পায়থত্তুনা শেম শাবে। দ্রোণাচার্য্যনা অহানবদা যুধিষ্ঠিরবু কৌদুনা হায়রকই, 'হায় উগী উশাদা করি উই।" যুধিষ্ঠিরনা খুম্লকই, "উচেক অমা উই।" দ্রোণনা অমুক হংলকই, "অতৈ করি করি উই?" যুধিষ্ঠিরনা খুম্লকই, "উনা, মশামবেং, মপাল মহৈ পুম্নমক উই, অদুগা গুরুদেববুসু উই" ব্রা অসি তাবদা দ্রোণ অদু অশাওবগা লোইননা হায়রকই "নংগী নত্তে তমগদবা তৌজিকস্ত য়াম্না ৱাংলি। নহাক উচেক অসি মঙক ককপা ঙম্লোই।"

অসুম্না অমমম তঙইনা রাজকুমার পুম্নমক অদুবু উচেক য়েংহনদুনা দ্রোণনা হংলকই। ময়াম্মাক পাউখুম অমত্তা ফংইনা পি। মমৈথংদা মানা অর্জ্জুনবু মনাক্তা কৌশিন্দুনা হংলকই, "অর্জ্জুন, নংদি করি উই?" অর্জ্জুননা খুম্লকই, "ঐহাক উচেক অমতমক উই।" দ্রোণাচার্য্যনা অমুক হংলকই, "অতৈদি করি করি উই?" অর্জ্জুননা খুম্লকই, "ঐহাক উচেক নত্তুনা অতৈ অমত্তা উদে।" ব্রা অসি তাবদা দ্রোণ অদু মবুক্কিংদা য়াম্না হরাওবে। মহাক্কী ওংহিবা মহৈ য়াল্লে হায়বা উবে। অদুদগী হায়রকই, "তৌজিকতি উচেক অদু মঙক কক্তুনা লেবাক্তা থাদৌ।" গুরুগী ব্রা অসি লোইবম লোইফাংত্রিবৈঙেনা অর্জ্জুন্না তেন কাপ্তুনা উচেক অদুগী মঙক ককলে। মতু উবদা দ্রোণাচার্য্যনা নংঙাই-বগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

অসুম্না অর্জ্জুনগী থবক অতৈ কয়াদস্তু দ্রোণনা পেল্লদুনা মঙোন্দা 'ব্রহ্মশির' হায়বা খুংলাই অমা মনা শঙইনা পিবে। খুংলাই অসিগী

মগুণদি, মচু হেক ছুনবদা স্বর্গ, মর্ত্য, পাতাল মরোল অহুম্মক থক থক নিকই।

অম্সুম তৌহুন' মুমিং কয়ানিমুক হৌখ্রে। রাজকুমাব পুন্নমক খুৎসু খুৎলাই অয়াম্বদা নিংশিনা শিজিন্নবা ভন্নক্রে। মতম অহুদা আচার্যনা ময়াম পূন্নমক্তা মথোইগী মহৈ অহু উৎকে নিংলক্রে। ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মফমদা ব্রা অসি হায়রবদা মানস্সু হবাও হরাওনা য়াবক্লে চাওববা লমহা অনা থাজিন্দুনা কুম্মৈ উংফম শেমলে। মতুগী মাইকৈ অমদা নিংথৌ, নিংথৌমচা, অকন অথৌ, মন্ত্রী অমস্সুং ফম্নাহবা পুন্নমক ফম্নবা লাওলে, মাইকৈ অমদনা নুপীশিংগী মফম শেমলে. অতুগা মাইকৈ অমদনা অতৈ-অতৈ মাচমগী য়েংফম ওইহল্লে। মাতকৈ মরিদা মথল মথলগী লে, মচু কয়াগী ফী, ফাবাল, ঝালর অসিনচি ব য়ান্দুন' মফম অহু লেতেংখ্রে।

ভুমিৎ কয়ানি চংনা লৈবাক শীন্ন' পুং শেল য়েং পাও অসি শন্দোকলে। অরেপ্পা ভুমিং অতুগী নোং ভানথাং এংদগী হৌনা হাস্তিনাপুরগী লম্বেলশিং অহু কুম্মৈ য়েংব মানা পুমথন থম্না চংপ হৌবক্লে। কুম্মৈ হৌগদবা পু ফম য়োদ্রিংগো য়াম্না মমা দগী হৌনা মফম অহু মান ক্রিক ক্রেক হম্নখ্রে। ধৃতরাষ্ট্র, ভীষ্ম, কৃপ, সঞ্জয়, বিদুর অমস্সুং বাক্তোন তোবা মী পুন্নমক মাগী মাগী ফমফমদা চংহুনা ফম্নরে। মমৈথংদা আচার্য্য দ্রোণনা ফীজো ভাক্তা শেত্তুনা বাজকুমাবশিংগা লোইননা কুম্মৈ মফমদা চংলক্লে।

মতম অহুদ মাইকে মরিদগী অয়েংব' মীশিংগী খুবাক খুবনা অমস্সুং জয়ধ্বনি তৌবনা পুমনিন নিনখ্রে। মতুগ' লোইনা লোইননা যালগী যন্ত্র থোংলক্লে। খুদক অতুমক্তদা ভীমগা দুর্যোধনগা মথুং

গদা অমমম্ পায়বত্থনা ময়াইদা থোক্লক্লে অমস্তুং গুরুগী ইঙ্গিৎ হেক ফংবগা অঙকপা ফংলবা লালগী লৌশিং উৎপা হৌবক্লে। মতু উবদা মীপুম্বা পুমঙক ঙকখ্রে। অতুবু মতুংদা অস্তুম অস্তুম মবানিমক ময়াই কানরক্লে, মতু উবদা দ্রোণাচার্য্যনা থুংশা থীবক্লতুনা মবানিদু পোত্থাইল্লে। অদুগী মথংদা বাজকুমারশিং অদু অমতা চোংথোকহনবা য়াও, অনি চোংথোকহনবা য়াও মথোই মথোইগী বিদ্যা উৎহল্লে। থ্বাইগী মমৈদা গুরু দ্রোণনা মাগী অচানবা শিষ্য অর্জ্জুনবু মাগী হৈজবা মহৈ উৎনবা য়াথং তৌরক্লে। কন থৌববা অজ্জুনগী মশা অদু থাঙম ফজবগা লোইননা লেংঙক খোংলকপস্থ অখোবগ চপচাবা মতৌনি। মহাক্কা মখুৎ অনিদু হায়নিঙাই লেওনা শিংত, মহৈস্থ গঙকপা ফনা হে। লিরুং তেন শিজিন্নবদা ম প লৈতে। মহাক্কা তেন্না অমুক মে হৌহল্লি, অমুকস্থ না চুহল্লি, অমুকস্থ থুংশ শাংহল্লি অমুকস্থ খুম্নম মমহল্লি। অয়েংবা ম, পৃথ্বী মিগ গা চপ মান্নন উখ্রে। পুন্নমক মিংয়েং শনত ওইনা মাগী মহৈদু য়ে ত্থুনা লেননক্লে। ময়ামনা থাগৎপগা লে হননা কুম্মৈস্থ লোহশিল্লক্লে।

তাঞ্জা অসিমওদ খোঙলোমদা নো খো বথম হোবব খোঞ্জেল অম ওাবকই। ময়া ক গঙক ঙক্লা মাইকে অদোমদা ঙন্না য়েংনৈ। মমৈথ দা কর্ণনা কুম্ম তৌনমলোমদ। চংঙকপা উবে। অতিয়া শীন্না ঙংথিবা খোঞ্জেলত্থ মহাক্কানি। অর্জ্জুনবু নয়াম্না থাগৎনবা অতুদা কল্লক্তুনা দ্রোনাচার্য্যগী য়াথংকা হলো লোদন মহাক্না অঙকপা ফংনা লালগী লৌশিং উংপা হৌবক্লে। অজ্জুননা উংথিবা অয়াম্বা মহাকস্থ ঙম্না উৎলে। মমৈথ দা নাংলগা লোইননা হায়বকত, "এহাক ওসি অর্জ্জুনগা লান্‌বা পাগনি।" ত্থয়োধনস্থ অজ্জুনগী মহৈ অমস্থ মিংচৎ

অতুদা মথরাই চাক্কুনা লৈবম্মি। কর্ণগী মর তাবদা মহাক্কী মুংঙাইবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। মহাকম্সু মতম অতুদা কর্ণগী মিচংদা লেপ্তুনা অর্জ্জুনবু অথিবা রা হায়বা হৌবক্লে। মতু তাবদা অর্জ্জুন অতু শাওনিংবনা মশা থক থক নিকখ্রে। মবানি লাল শোক্লবা তাখ্রে। ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপ পুম্নমকসু থরাই ঙম্না মুংঙাইত্রে। কুন্তীদেবীদি কিবনা মকম অতুদা জ্ঞান মাঙতুনা তুখ্রে। কর্ণ নত্রগা অর্জ্জুন অনিগী মরক্তা অমা শিবদা মাগী মচা অমা শিবনি। লাল শোক্লগদবা থজিক্তা ঙাইশিল্লক্লবদা কৃপাচার্য়না কর্ণগী মনাক্তা চংতুনা হায়বকই, "মফম অসি নিংথৌ মচাশিংগী মহৈ উৎফমনি। নিংথৌগী মচা নত্তনা কনাসু মফম অসিদা মহৈ উৎলবা য়াদে। নহাক নিংথৌগী মচাবা? নংবু পোকপা নপাগী মমিং কবি কৌহ?" রা অসি তাবদা কর্ণতু হকাইবনা মমাই লুকথখ্রে। রা মচেৎ অমতা ঙাংথিদ্রে। কর্ণগী হকাইবা অসি উবদা দুর্য্যোধন অতু অমুক্কা হেন্না শাওখ্রে অমসুং হায়রকই, "নিংথৌগী মচা নত্তনা নিংথৌ-মচাশিংগা লালগী মহৈ উৎপদা য়াওবা য়াদ্রবদি ঐনা ঐগী চাম্নববা মরুপ কর্ণবু খুদক অসিদগী অঙ্গদ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্লবনি।" নিংথৌ মচাগী রানি, চিনগা থবক্কা চপ মান্নে। থিন্দনমক ব্রাহ্মণ কৌরুতুনা চেং থোংদিং, গঙ্গাজলনচিংবা পুবক্তুনা সিংহাসন অমদা ফমহল্লগা কর্ণবু অভিষেক তৌখ্রে। মতুদা কর্ণতু পেনবগী ঙমথৈ লেথিদ্রে। তনিক তনিল্লবা থোম্থাংনা দুর্য্যোধনদা হায়রকই, "মরুপ, নংনা ঙসি ঐবু হকাই খুম্নবা পিবসিগী দমক পুন্সিচুপ্পা লম্মন তোল্লবনি। নংনা হায়বা রা পুম্নমক ঐহাক থরাই থাবা ফাওবা পাঙথোক্লবা হোৎনগনি।" কর্ণবু মীচং ওইনা ফংবদা দুর্য্যোধনসু মুংঙাইবগী মপাল নাইথিদ্রে। মহাক্কা হায়রকই "মরুপ! নংবু ফংবসিদা ঐহাক পাণ্ডবপু কবিমতা

উৎশিংত্রে।" কনখোরবা অজ্জুন অদু মফম অদুদা মরুপ অনিদুবু চাং য়েংননিংবনি। অদুবু মখোয়গী মরায়বক ফবনা নুমিৎ তাখিবনা হানখ্রে। অদুনা থবক মথা চথবা য়াদ্রে। ময়াম্মক ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা কৌরব পাণ্ডব অনিগী মরক্তা য়েংথিন-বগী লংজিন থোকখ্রে—নুংঙাইরবা নুমিত্তা তমথীরবা কল্লরুবগী মৈ চুবা হৌখ্রে।

রাজকুমারশিংগী—মরু ওইনা অর্জ্জুনগী খুৎস্থ খুৎলাইদা য়াম্না হৈশিংবা অদু ইবদা দ্রোণাচার্য্যগী নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিত্রে। মহাক্না নুংঙাইবিবা অসিগী মরু ওইবা মবমদি—হন্দক মহাক শোইদনা দ্রুপদ নিংথৌনা ইকাইবা পিখিবদুগী লম্মন খুম্বা ওম্নগনি উবদগীনি। মতম থব হৌখ্রবা তুংদা মহাক্না মাগী পকয়া পৃম্নমক কৌবদুনা হায়রকই, "গুংশিববা ইচাশিং! হৌজিক্তি নখোইগী খুৎলাই তম্বা লোইরে অদুনা ঐগী গুরু দক্ষিণা তৌবো। শেল অমদি মনিমুক্তানা দক্ষিণা তৌবা য়াবোই। দাক্ষিণাগী মশক ওইনা দ্রুপদ নিংথৌবু ঐগী ইনাক্তা ফাদুনা পুবরুদবনি।"

রাজকুমারশিং অদু মমাংদৈদা ব্রাশকশিবা মতুং হন্না খুদক অদু মওদা লালগী দমক শেম শাদুনা দ্রুপদগী লৈবাক্তা চৎখ্রে। গুরুবু পেল-হন্নবগী দমক কৌরবকা মচিন মনাও চামনা অহানবদা দ্রুপদগী মথক্তা লান্দারে। অদুবু মশীং লাকওমদ্রবা পাঞ্চালগী লাম্মীবু মথোইনা মাইথীবা পিবা ঙমদ্রে। অদুদগী ভীম, অর্জ্জুননা পাবিনিঙাই লৈতবা মপাঙ্গলগা লোইননা দ্রুপদগী লাম্মীশিংদা লান্দারক্লে অমস্থং মখোইগী অঙকপা ফংলবা মখোনা অতগা খুৎলাইদা হৈশিংবা অতগী মমাংদা লাম্মীশিং অদু লেপ্পা ঙমদ্রদুনা মমাই ওন্দুনা চেনখ্রে। অদুদগী কল্লবা দ্রুপদ

নিংথৌ মশামক লাল চংঙক্লে। অত্তবু মমৈথংদা মহাকস্থ অর্জ্জুনগী মখুত্তা বন্দী ওইবে। অর্জ্জুননা মাবু পুহনা গুরুগী মফমদা কৎলে

দ্রুপদগী ফীভম অহু উবদা দ্রোণগী মথন্নাই অহু শুংঙাইতবা পোকখ্রে। ইকাইবা পিখিবগী লম্মন খুমগে নিংলম্বহু মিৎনা কুপ্পদা কাওখ্রে। মহাক্ত য়াম্না তবাম তবাম্না পিক্লিংগী মরুপ অত্তবু যেংলহনা হায়বকই, "দ্রুপদ, ঐহাক নংগী নবাল পুন্নমক ঙাকপিববনি। নংনা ঐঙোন্দা লৈবাক তংখাই অম পিগনি হাযনা ব্রাশকখিবত্তগী নংগী ব্রাশক কায়দনবা লৈবাক তংখাই অমদি লৌববনি। তংখাই অম নংগী অত্তম্মক ওইয্।" দ্রুপদ নিংথৌ অত ব্র অমুক ঙাংবা তৌদনা হাযবিবা অত্তদা যাবে। মপানথোংদদি মরুপকী ফাভম উংলগা মবুক্লিং দদি অমুক্তং মতিক চাব লম্মন খুমগে হাযন থন্দুন মবৈবাক্তা হনখ্রে।

---

## চাশং মৈথাবা।

খুৎলাই তখা লোইবকপগা লোহন-লোহননা বাজকুমাবশিং অহু তাংশিল্লখ্রে। যুধিষ্ঠিবনা খুাইদগী হহন হনবগী মতিক মযাম্নস্থ মাবু গংশি। পাণ্ডুনা লএবা মতুংদা ধৃতবাষ্ট্রনা নিংথৌগী থবক পুবি। অত্তবু প্রজা পুন্নমক্লদি যধিষ্ঠিববু নিংথৌ ওইহন্নিংলে। মসি খঙহনা ধৃতবাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিবদা সিংহাসন পিবে। প্রজাশিংনা পাণ্ডবপুদি য়াম্না নুংশি। মথোয়গী যেক্রবা লৈতে। মাইকৈ মবিদা মংখোইগী মগুন থাগৎপদা মঙাইবে।

পাণ্ডবশিংগী অসিগুম্ব ফজবা মিংচৎ অমস্থং প্রজান নুংশিবা

অসি উবদা দুর্য্যোধন দুশাষণনচিংবা মখোয় পূম্নমক কল্লকপনা লৈফম থডব্রে ; ধ্বতবাষ্ট্রসু মুংঙাইতবা পোক্লে। মহাক্না থল্লকই, মাগী মচাশিং অসিদি মতম চুপ্পদা ভোম্বনতা লৈবা তারে, অদুনা পাণ্ডবশিং অসি করিগুম্বা উপায় অমা তৌদুনা মাঙহন্দবা য়াদ্রে।

মমৈথংদা ফত্রবা মন্ত্রীশিংগা য়াতান্নদুনা হস্তিনাপুবদগী খবা থাপ্না লৈবা বাবনাবতদা থাবগা লৌশিং তৌদুনা হাংপদা লেপ্পবে। মন্ত্রী পুরোচনবু বাবনাবতদা থাখ্রে। ফত্রবা পুবোচননা পাণ্ডবশিং লৈননবগী দমক লিমোন, চরু, ঘি, থাও অসিনা মন্নংথিৎনা হাপ্লবা ফজ্জববা দোলাল অমা শাখ্রে।

মুমিৎ খবা হৌখ্রবা তুংদা ধৃতবাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিবনচিংবা মচিন মনাও মঙাবু কৌরদুনা হায়বকই, "ঐখোয়গী লেপাক্কী মনুংদা বাবনাবত হায়বসি খ্বাইদগী নিংথিজবা লৈবাকনি। মদুগী মথক্তা, শিবচতুর্দ্দশীগী মুমিত্তা মফম অদুদা নিংথিববা হবাওকুম্মে অমস্তুং পূজা তোই। ঐহাক নখোয় নচিন ননাও মঙাবু নমাইরেম্ম পুবগা মফম অদুদা চত্নুনা শিব-পূজা য়াওহল্লিংই অমস্তুং মতম খবদা মফম অদুদা মুংঙাইনা লৈহল্লিংই।" বাবনাবতগী ফজ্জবা অমস্তুং মুংঙাইবগী য়া তাবদা মচিন মনাও মঙামক মফম অদুদা য়াম্না চংনিংলে। থিন্দনা চৎনবা থৌরাং পূম্নমক তৌবে। অফবা মুমিত্তা পাণ্ডবশিংনা অহল লম্মন পূম্নমক খুরুমলগা বাবনাবতদা থোঙশানখ্রে। পুবোচননা মখোয়গী লমজিংবা ওইনা লোয়নবে। ধৃতবাষ্ট্রগী ফত্তবা থৌবম অসিগী য়া অসি বিদুর নত্তনা কনামতা খঙদে। মখোইনা হস্তিনাপুরদগী থোঙশাল্লকপা মতমদা থাপ্না বিদুবনা থিন্দোক্নুনা যুধিষ্ঠিবদা ধৃতবাষ্ট্রগী মপুকচেন চেংদবগী য়া অসি ম্লেচ্ছ লোন্দা তাক্লকই। য়া অসি যুধিষ্ঠিব নত্তনা কনানত খঙদে।

বাবনাবত য়োৎবগা পুরোচননা য়াম্না তবাম তবাম্না পাণ্ডবশিংবু অনৌবা শাবিবা য়ুমদা পুশিল্লে পাণ্ডবশিং লাকপদুদা মফম অদুদা লৈবা মী পূম্নমক্তু হবাওবগী ভুমথৈ লৈখিদ্রে। মখোইগী মশক য়েংননবগী দমক নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা মীনা লন্থী পৃম্বা অতৎ অথম লৈতনা চৎনবক্লে। য়ুম মন্নুংদা হেক চংবগা ঘি, থাওগী মনম কল্লা নম্বদুদা পাণ্ডবপৃম্বা মপুক্লিংদা ইচিং চিংনখি। পুকচেল ফজববা যুধিষ্ঠিবদি পূম্নমক্তু খুড়লে। মহাক্লা মমা ইবেম্মা অমস্তুং মনাওশিং য়েংলদুনা হায়বকই, "হৌজিক্তি ময়াম্মক কবিগী দমক ইপল নিংথৌনা ঐখোইবু মফম অসিদা থাবকইবনো হায়বা খুড়লেদনা? ঐখোয়না লৈননবা নিংথিজববা য়ুম অসি পেশা অম্মক য়াম্না চংনা শাবিবগী মরু ওইবা মবমদি ঐখোইবু য়ুম অসিদা মে থাদুনা হাৎনবনি। অদুনা ঐখোই নতম পূম্নমক্ত য়াম্না চেকশিন্না লৈগদবনি। অদুগা ঐখোইনা কৌববকী ফত্তবা থবক অসি খুড়লে হায়বদি কন'বুস্থু খুড়হল্লোইদবনি। ঐখোইগী মাইকৈ মরিদা যেরুবনা কোইখ্রবনি, অদুনা যাম্না চেকশিল্লু।"

মফম অসিদা হেব থুবদগী পুরোচননা য়াম্না চান্নববা মরুপ অমগুম্না পাণ্ডবশিংবু অরাৎ অপা পৃম্বা য়েংশিল্লি। কবিগুম্বা হিবম অমতদা নুংঙাইতবা লেতনবা হোৎনবনা মাগী লুববা মথৌ ওইনা তৌই। মহাক অসি পাণ্ডবকী ফননবতা খনবা নুংশিনববা মরুপ অমগুম্না মতম চুপ্পদা উৎলি। অস্তুম্না নুমিৎ মবি মঙানি হৌখ্রবা তুংদা নোংমা নিপা অমা যুধিষ্ঠিববু উনবা লাকই। মা অস্তুম হংনববপদা খুড়লে, মহাক অদু বিদুবন থাবকপা লপাকশুবা মীনি। মহাকপু ফংবদুদা যুধিষ্ঠিব নুংঙাইবগী পন্দোল লোমখ্রে অমস্তুং বিদুবনা তাক্লবপা মতুংইন্না থবক তৌবা হৌহনখ্রে। মহাক্লা থাঙ্গৈশেংনমক খুড়খি, মতুদি মখোইবু

ঙাকপি শেনবিনবগী দমক বিতুবন্ নিংথৌগী কোল্লুপ্তা ভগবান্না পোক-হল্লকপনি। বিতুরগী মফমদা ওমথৈ লৈত্রবা ভক্তিনা মাগী থম্মোইদু থনখ্রে। মহাক্না মমিত্তা মপি তানা, মখুৎলোম্নবতুনা ভগবানগী মফমদা খুরুমজরকই, "হে অতোনবগী মপু, হে অন্নাবশিংগী মরুপ! পাম্বৈ লৈজদ্রবা পাণ্ডব হৌজিক অন্নাবদা তারে, নং নত্তনা কনবিনবা কনাস্ত্র লৈত্রে দয়াময়। থৌজানবিতুনা ননাই ঐখোইবু কনবিয়ু।"

লৈবাক শুবা নিপা অতুনা অহিং নুংথিল লাইদনা লৈনুংদা সুরুং হুংপা হৌরক্লে। অসোমদনা পাণ্ডবশিংনা শিকার চংলিবনি হায়-শিন্নতুনা নুমিৎচুপ্পা মাইকৈ মরি কোইচৎ চত্তুনা লম্বী-লমথাং, উমং-রামং পুন্নমক থঙনবা হোৎনবক্লে। মখোই পুম্বা নুংথিলনা শাতানবা চংলি, অহিংদনা কোমদা লৈ। অতুম্না মতম থরা হৌখ্রবদ লৈবাক-শুবা নিপা অতুনা য়াম্না শাংনা সুরুংগী লম্বী অমা শেমখ্রে। লম্বী অসি মমৈথংদা উমং অমদা ফাওগৎলুরে।

পাণ্ডবশিংনা অবোনবা পাওদগী থগুলে, কৃষ্ণাচতুর্দ্দশীগী অহিংদা পুরোচন্না মখোইগী য়ুম অতু মৈ থাগনি হায়না লেপখ্রে। রা অসি তাবদগী মখোইনা কুন্তাদেবীগী চতুর্দ্দশী ব্রতদা পাওখোংতুনা অতুগী নুমিত্তা লাইববা অমসুং ব্রাহ্মণ চাম চাম চাক পিজরে। চাব-থকপা লোইরগা মতিক চাবা দক্ষিণা ফংতুনা ময়াম্মক ময়ুম য়ুমদা হন্নখ্রে। অদুগা শাতানবা মঙাখক্কা মখোইগী মমাগদি চামনথিতুনা চৎপা লাকপা ওমথিদ্রে। মখোই অহিং অতুম মপান্দা মাঙ্গোন্দা অতুম্মক লেকলে।

পুরোচননা তূমনিংই হায়শিন্নতনা সন্ধ্যা হেক য়োবদগী ফমুংদা চংতুনা হিপখ্রে। মহাক্না থনবদি—অহিং অথেংবদা পাণ্ডবশিংনা তুম্নহিপ্পখ্রবা মতমদা মৈ চূরম্মগা চনগে অসিনি। অদুবু মহাক্তি অতুম

তূমথোকখ্রে। অমরোমদা পাণ্ডবশিংস্তু অহিং অহুমশুদা য়ুম অহু মৈ থারম্মগা স্নুরুংগী লম্বীদা চেনখিনবা থৌরাং লোইখ্রে। অহিং থেংজিল্ল-ক্লবদা ভীমনা মৈরা অমা পুতুনা পুরোচনগী ময়ুমদা হাপ্পা চূক্করে, অতুদগী মাইকৈ মরি শীল্লা মৈ চূরম্মগা ময়াম্বু পুতুনা স্নুরুংগী লম্বীদা চেনখ্রে।

থংহৌদনা মৈ চাকখংলকপা অতুদা পুরোচন অহু অফিং অফাই ওইনা হৌগংলক্লে অমস্তুং জ্ঞান মাডখ্রে। মথল্লাই হিংনবা কল্লা হোং-নরে। অতুবু ইমুংদগী মপাল চেন্থোক্লবা উপায় লৈখিদ্রে। অকীবা ফংলবা মৈনা মাইকৈ পূম্বা শীনখ্রে। পাণ্ডবশিং হাৎনবা হেৎনরুবদা ফত্রবা অহু মশানা শাজবা য়ুমদা মথল্লাই অগুম্মক মাডখ্রে—অতুগা মাগা লোয়নননা মবাহবক থীববা শা–তানবশিং অতুগা মমাগস্তু য়াওখ্রে।

পাণ্ডবকী য়ুম মে চাক্লে উবদা লৈবাক অতুগী মী পূম্বা করম্লো করম্লো হায়দুনা মফম অদুদা চেন্নবরে। অতুবু মৈগী অকিবা ফংলবা মৈবি অতুদা কনাস্তু চংশিনবা ঙম্দ্রে। উপায় লৈত্রদুন, ময়াম্মক মমি ভো মপি তানা তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈনবে। মমৈথংদ, ম অদুন, নেমথরক্লবদা ময়াম অতুনা মৈনা চাকখিবা মী তরুকথর্কা শরু থেংনবে। মথোইনা মহুবু পাণ্ডব মচিন মনাও মচাগা মমা কুন্তীগগী মশানি হায়না থনখ্রে। থোক্লিবা অল্লাবা থৌদোক অসি ফত্রবা ধৃতরাষ্ট্রগী খুজিন্ননি হায়বা ময়াম্মক তংশংনা খঙনখ্রে।

মতুংগী নুমিত্তা লৈবাক শীনবা থুংনা অল্লাবা পাও অসি তানরক্লে। হস্তিনাদস্তু থিন্দনা পাও ফংখ্রে। প্রজাপূম্বা কপ্পরক্লে। ধৃতরাষ্ট্রস্তু কপশিন লাওশিন্নবা হৌরক্লে। মহাক্লা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ওন্থোকপনি! মাডজরবা হায়বদুনি। পাণ্ডব মচিন মনাও মঙাবু ঐনা ঐগী ইচাশিংদগী হেন্না নুংশিজবনি। মথোইনা ঐগী থল্লাই শক্লা

লৈবখনি। মখোই লৈত্রবদা ঐ হৌজিক কবি তৌগনি? পোকপদগী ইমিৎস্তু তাঙলক্লে অতুগা নৌনা কুংশিজবৰা ইচা মঙাস্তু কায়নবে। ঐগী লাইবকসি গুন্থোক্না থীনা তম্নকখ্রবোইদকো।" অতুবু অওইবমক্তি পাও অসি তাবদা মহাক্তি কুংঙাইবগী মপাল নাইবমদে। মচা দুর্য্যোধন্না হস্তিনাপুরগী নিংথৌ ওইবগনি খনবদগী মহাক্কী থম্মোইন্নুংদা মপান নাইদ্রবা হবাওবগী ইথক অমা হৌবক্লম্মি। পুন্নমক্সি বিদুরবতদি খঙই, অতুবু মপানথোঙদা অন্নাবা উৎত্রবদি কৌবরশিংনা চিংনখিনি হায়দুনা মহাকস্তু ধৃতরাষ্ট্রগুম্না ৱাশিন্নদুনা কপ্লম্মি।

অসোমদনা পাণ্ডব মচানা মমা কুন্তীদেবাবু পুন্নন শুক্লবা উমং অমদা য়োরক্লে। অহিং অভু শাথীনা মমখ্রে অমস্তুং উম অতুস্তু অকিবা ফংনা শুকখ্রে। যুধিষ্ঠির অমস্তুং কুন্তীদি কিবনা খোঙ থাবা ঙমদ্রে। অতুবু ভীমদি শুককি কিবা মা নত্রে। মহাক হায়বকই, "কিবিবু কিকুগদগে শত্রাক পুন্নগে লাকও।" অসি হায়দুনা মানা কুন্তী দেবীবু মনমগন্দা অমসু নকুল সহদেববুনা নাকল অনিদা পমখৎলগা যুধিষ্ঠির অর্জ্জুনগী মখুৎ পায়দুনা চৎলা হৌরক্লে। খন্না চৎলগা যাম্না নক্না শওমনা ঙংবা তাবক্লে। ময়াম্মক কিবনা থক থক নিকখ্রে। অতুবু ভীমদি কবিস্তু নাচুংবিদে। মহাক ময়ামদা অমুক হায়বকই, "ময়াম্মক কবিমতা কিকুগন্নু। ভীমনা হিংলিবা মথৌদি কে, শওম নোংশানা ময়ামগী তুরুম নাম শোক্কনি থল্লুগন্নু।" মহু তাবদা কুন্তীনা হায়বকই, "ভীম, ঐ খঙই নং লৈবিদৈদা কনাগীস্তু অন্নাবা থোক্লোই। অতুবু ইমাদি নথোইগী দমক খনবদা য়াম্না ৱাবে। খনাও অসি খ্রক খ্রক কংখ্রে। ইশিং থৌবাংবনা থাংবা ঙমদ্রে।" ৱা অসি হায়রিঙৈমক্তদা কাংঙনা থোংবা তাবক্লে। মতুদা ভীমনা হায়রকই, "অনকপা

অসিন্নাইদা ইশিং লৈরম্বা তারে। অতুদি ময়াম্মক ঙহাক্তা পোথারম্মু, ঐ ইশিং লৌরুগে।" অসি হায়দুনা ময়ামবু থনম্মগা ভীমনা ইশিং থিবা চংখ্রে। থজিক্কুং চংলগা মানা উরে, চাওরবা পুখ্রি অমা লৈরে। পুখ্রি অদুদা কুমদুনা মহাকস্থু পেন্না ইশিং থক্লে, অদুদগী চফু থন্না ইশিং শোক্তুনা চেন্না চেন্না হল্লক্লে। মহাক্না য়োরকপদদি ময়াম্মক য়াম্না মুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্মে। মতম অদুদা হোদোক্লুরবদি ন্নারগনি হায়না থন্দুনা মহাক্না ইশিং অদু থন্নগা ময়াম্বু ঙাক্তুনা লৈরে।

---

## হিড়িম্ব-হিংচাবা হাৎপা।

হায়রিবা উমং অসিদা হিড়িম্ব, হিড়িম্বা কৌবা হিংচাবা হিংচাবী মচিন মৌপা অনিথক লৈরম্মি। মথোয়না উমংদা অস্নুম কোই-থোক্লকপদা মীগী মনম তারক্লে। মীনম তাবদা হিড়িম্ব অদু মতিল চুন্নক্লে। মহাক্না হিড়িম্বাদা হায়রকই "ইচল! ঙসিদি অহাওবা চিঙ্গাক অমা ফাওরক্লেহে। খোইথুন্নবা মনম নম্মি। তদেক তদেকপা ঈ নত্রবদি মনম অস্নুক মুংশিগনি থাজদে। নং ফৎ চত্তুনা অদুক ফাদুনা পুরকউ অদুগা ইচিন ইপা পুক থন্না চাথোক্লগা নাথোক্তুনা পেন্না তুমথোকসি।" মবুংগী য়াথং হেক ফংবগা হিড়িম্বানা পাণ্ডবশিংগী মনাক তান্না লাক্লে। মফম অদু য়োরকপদা মানা উরে, মী অমথক্কুং নত্তুনা অতৈদি ঙম্না তুম্লি। হিড়িম্বা অদু হিংচাবী ওইরবস্থু মুপীগী জাৎতা পোকপনি। ভীমবু উবদা মাগী ঈ থক্লিংবা ময়াই অদু কোকখ্রে, থম্মোইদা অনৌবা ন্নাখল অমা পোক্লক্লে। ভীমগী মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা মানা হায়রকই, "য়েংউ, ঐগী ইবুংনা নথোইবু হাৎলুনবা ঐবু থারকইবনি। অদুবু ঐ

নখোইবু হাৎকে হায়বা নিংদ্রে। নখোই মফম অসিদগী থুনমক চেলহৌরো। নত্রবদি ঐগী ইংনা শোয়দনা হাৎখ্রগনি।" অদুবু ভীমদি মাগী বা অদুদা করিস্থ খৌশাবিদ্রে, মানা হায়রকই, "কদাইদগী হুপীনো চংলো, মসিদা ধমকা তৌরদুনা কান্নরোই। পৃথিবী অসিদা ঐনা কিবা কনাস্থ লৈতে। নংগী নবুং অদুনবু কৈদৌজবনি হায়বগে!"

হিড়িম্বানা হল্লকপদা থীনবা অদু উবদা হিড়িম্ব অদু চেল্ল চেল্লদুনা মফম অদুদা য়ৌবক্লে অমস্থং অকবা ফংনা ডংলদুনা ভীম তম্না হোংচিল্লক্লে। মাগী ডংবা খোঞ্জেল তাবদা ময়াম্মক তুম্বা কায়বে। হিড়িম্বনা লাক হেক য়ৌবকপদা ভীমস্থ মা ওম্না চোংশিনখ্রে। মবানি ল নখেংনবে হিড়িম্বনা ভীমবু কবিমতা লাকচবা উমদ্রে। মমৈথংদা ব্রাবনা মনিংশ থবেৎ থবেৎ হোল্লক্লে। মতম অদুদা ভীমনা মাবু শুপকোন কোন্দুনা ব্রাংনা থাংগা লগা লৈবাক মথক্ত দম লাওনা থাদবে। হংচাবদু উংলডংলদুনা লেপাক্তা তুখবে। তাঞ্জাসিদা ভীমনা মথবাক তম্ন চোংশন্দুনা কল্লবা খুতুমদুনা মনি মডাবক মকোক্তা থাবে—মদুদদি হংচাবদু ময়াদা ঈ ওদুনা ফব ফব ওন্দুনা মথন্নাং অদুম্মক থাখ্রে।

উসাইমথৈ হিড়িম্বা অদু লাকল অমদা লেপ্লুনা লোর। ভীমনা মবু অদুবু হাৎখিবদুদা মহাক তুংন্নাইবগী উমথৈ লৈঐ, মরমদি মহাক ভীমদা লুহোংদুনা লেগে হায়বসি থল্লম্মি। হিড়িম্ববু হাৎলবা তুংদ ভীমনা হিড়িম্বাবুস্থ হাৎকে খৌবাং তৌরক্লে। মদু উবদা হিড়িম্বানা হায়রকই, "এবুদি হাৎকনু। এ নডোন্দা লুহোংদুনা লেগে হায়না থনখ্রবনি। চানাবদুনা ঐনা নিংহবসি থুংহনবিয়ু।" মসি তাবদা ভীমদু শাওবনা মে থাকখ্রে। হাৎকে হায়না চপয়ুংনা লেপখ্রে। মদু উবদা য়ুধিষ্ঠিনা থাম্নদুনা হায়বকই, "ভীম, হিড়িম্বাবুদি হাৎলগনু। মহাক

অসি নুপীনি অত্থনা হাংহৈদে—অত্থগী মথক্তা মানা নঙোন্দা ননাই ওইজগে হায়না মথরাই কংচখ্রে। অত্থনা নহাক মাবু লুহোংহনা মাগী নিংখসি থুংহনবিয়ু।” কুন্তী দেবীস্থ হিড়িম্বাগী মপুকচেন শেংবা অত্থ উবদা ভীমদা লুহোংউ হায়না য়াথং পিবক্রে। মমা অমস্থং ময়াম্বগী য়াথংদি মতম পুম্নমক্তা ডাক্কদবনি—পামত্রবস্থ মত্থ ভাক্তবা পাণ্ডবশিংগী লমচৎ নওে। অত্থনা অহিং অত্থদা গন্ধর্ব্ব মততা ভীমগা হিডিম্বাগা লুহোংলে। অত্থদগী ভীমনা হিডিম্বাবু পুত্থনা মফম অতোপ্পদা চংখ্রে অমস্থং বন কয়া, চিং কয়া, তুবেল কয়া কোইচৎ চত্তুনা য়েংবা হৌবক্রে। অস্থুম্না চহি অমবোম হৌখ্রে। মতম অসিদা হিডিম্বাগী গর্ভদা ভীমগী মচ্যানিপা অমা পোক্লে। মচাক্কী মমিং ঘটোৎকচ কৌই। পোকপদগী হৌনা ঘটোৎকচ হায়বসি য়াম্না অকনবা নিপা অমনি। মহাক্তা মমাগা লোইননা চৎলমদাইদা মপাদা হায়বম্মি, “বাবা! ঐহাক হৌজিক ইমাগা লোইননা চৎলে; অত্থবু কাম্নগদবা মতমদা ঐবু হেক নিংশিং-বিবকউ, ঐ শোইদনা ননাক্তা য়োৗজরক্কনি।” অসি হায়বম্মগা হিডিম্বাগা ঘটোৎকচগা চংখ্রে, ভীমস্থ মমা অমস্থং মচিন মনাওশিংগা অমুক উম্নখ্রে।

অস্থুম্না উমং মম্নংদা পাণ্ডবশিং অত্থ মতম য়াম্না কুইনা লেল্লক্রে। মতম অসিদা মখোই অব্রাবা য়াম্না নংখি। উহৈ ব্রাহৈনা মখোইগী মচিঞ্জাক ওইবম্মি। কৌববশিংবু কিবদগী মখোইনা মী তাবা মফমদা চংবা ওম্নমদে। অস্থম তৌবিডৈ মতমদা নোংমা ব্যাসদেব লাক্লে। মবা থিজিন্নরুববদি ব্যাসদেব অসি কৌবব অমস্থং পাণ্ডবকী মবুখৌ থোকই। অত্থবু মহাক্তা কৌববতগী পাণ্ডবপুনা হেন্না নুংশি। পাণ্ডবশিংবু কন্নবগী দমক মহাক উমং অত্থদা লাক্কুনা হায়বকই, “নখোই মফম অসিদা

লৈবগী কান্নবা লৈতে। একচক্রা নগবদা ব্রাহ্মণ অমগী ময়ুমদা ঐনা নখোইগী লৈনবা লাওলম্মে। মফম অদুদা চৎলসি। মফম অদুদা নখোই নিংতানা লৈবা য়াগনি, কবিমতা কিফম লৈতে।" অসুন্না হায়রদুনা মহাক্না মচিন মনাও মডা অমস্তুং কুন্তীদেবীবু একচক্রা নগবদা পুদুনা ব্রাহ্মণ অমগী ময়ুমদা লৈহল্লে অমস্তুং মহাক্না হল্লক্লিংকাওবা মফম অদুদা লেডদনা লৈবম্মু হায়রবম্মগা মহাক অমুক চৎখ্রে।

---

## বক হিংচাবা হাৎপা।

পাণ্ডবশিং অদু মমাগ লোইননা ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা লৈবা হৌবক্লে। মতম অদুদা মখোই মকোক্তা জটা পুদুনা গেরু শংবা ফী শেৎলি। মখোইগী মশক অদু সন্ন্যাসীগা চপ মান্নখ্রে। নুমিৎ চুপ্পা ভিক্ষা তৌবা কোইচৎ চৎলুবগা সন্ধ্যাগী মতমদা য়ুমদা হল্লকই। মখোইনা পুশিল্লকপা ভিক্ষাগী পোৎচৈশিং অদু তংথাই অমনা ভীমদা পিজৈ অমস্তুং তংথাই অমনা মচিন মনাও মবিগা মমাগা য়েন্নদুনা চায়। অসুন্না মতম লেল্লকই।

নোংমা যুধিষ্ঠিব, অর্জ্জুন, নকুল অমস্তুং সহদেব মখোই মবি ভিক্ষা নিবা চৎখি, ভীমদি চৎতে। মমা মচা—মখোইগী মরমদা য়ারি য়াতাই শাদুনা লৈ, মতম অসিদা খংহৌদনা ব্রাহ্মণগী ইমুংদগী কপ্পগী খোঞ্জেল তাবক্লে। মদু তাবদা কুন্তীদেবী লৈবা য়াদ্রে, থিন্দনমক ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা চত্তুন মবম থডনবা থোংজিন ময়াদা লেপ্লবে। ব্রাহ্মণ অদুনে, মহাক্কী নুপীনে, মচানিপানে অমস্তুং মচানুপীনে পুম্নমক

য়ানা কপ্পুনা লৈরি। অদুবু মবমদি শুকথঙ খঙবা ঙমদ্রে। অদুদগী মানা ইমুংদা চংদুনা হংঙকই, "ময়াম্মক কপ্লিবসিবু কবিগীনো ? কবি কবম্না থৌদোক থোক্লবগে অমুক্তা তাকপিয়ু। ঐখোয়বু চংক্ষম পিবিবনি। ঐখোইনা কবিগুম্বা তেংবাংজব ঙমগদবা লৈববদি ঙস্মি বমথৈ হোংনজগে।"

মদু তাবদা ব্রাহ্মণ অদুনা হায়বকই, "ইমা, ঙসিদি ঐখোইগী হায়ফম খঙদনা অৱাবা থোক্লে। মদুবু নংনা তাবগা করি কান্নগদগে ? অৱাবা অসিদগী কন্নবা হোংনবা মীওইবগী মতিক নৎত্রে। লৈবাক অসিদা বক কৌবা অকিবগী মশক ফংলবা হিংচাবা অমা লৈ। মহাক্না মতম চুপ্পদা লৈবাক অসিগী নৈবদা থাগবা ঙমদ্রদনা নিংথৌনা প্রজাগী য়ুর্মথোঙয়েনা নুমিৎ খুদিংগী হিংচাবা অদুগী দমক মী অমা, ইরোই অমা অমসুং চাক য়েনশাং গাভা অমা পিগদবনি হায়না য়াথং তৌখ্রে। মদুম তৌবদগী মহাক্না লৈবাক্তা শাথীনা নৈবদু তোকখ্রে। ঙসিদি ঐখোইগী পালি থোক্লে। অদুবু ঐখোইদি লাইববনিনা মী অমসুং ইরোই লৈবা ঙমদ্রে।" কুন্তীদেবীনা হায়বকই, "অদুদি হৌজিক করম তৌবিবা তাবি ব্রাহ্মণ ?" মদুদা ব্রাহ্মণনা খুম্নকই, "হৌজিক তৌগদবা হায়ববু, হিংচাবা অদুগী মনাক্তা ঐখোই ময়াম্মক চৎলগা ঐখোইদি লায়ববনিনা পালি য়াবা ঙমদ্রে, অদুনা ঐখোইব ভাকপিবো নত্রগা ঐখোই পুম্নমক ঙম্না চাবো হায়রুগদবতা মভাইবে।"

য়া অসি তাবদা কুন্তীদেবীগী থম্মোই অদু শোকখ্রে। মহাক্না ময়াম্মক অদুবু থেমজিল্লদুনা হায়বকই, "ময়াম পুম্নমক কবিমতা য়াবিরুগন্নু, কনামতা হিংচাবা অদুগী মনাক্তা চৎপিরগন্নু। অদুগী মচুক্তা য়াম্না থুনা চাক অদু তেক মবি মঙাদং থোংবিবো। থগী ইচা য়াশমদু

ঙসি ভিক্ষা তৌবা চৎতে, যুমদা লৈ। হিংচাবগী মনাক্তা মাব্ থাবগে।" ৱাফম অসি তাবদা ব্রাহ্মণ অহু কোকচাওবী কাখ্রে, অহুদগী তকিং তকিংনা হায়বকই, "কবি ৱানো ইমা? ঐখোইগী ইথরাই কন্নবগী দমক ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ পুবা ঐ ঙম্মোই। ব্রাহ্মণস্ব ব্রাহ্মণনি, অহুগী মথক্তা ঐখোইগী অতিথিস্ব ঙইবিবনি। ঐহাক ইমানা হায়বিবহুদা য়াবা স্বকঙম ঙম্মোই ইবাইবক্ত তন্না শাইদনা লাক্কনি।"

অহুদগী কুন্তীদেবীনা হাযবকই, "মহুগী মবমদদি কবিমতা থনবিকুগন্নু। ঐনা থাগদোবিবা ইচা অসিদি হিংচাবদগী শকক মবি হেন্না কনবা ইচানি। মহাক্কী মপাঙ্গল ঐ মুন্না খঙই। মহাক্না হবাউ লাগনা হিংচাবহুবু হাংলগা শোহদনা অমুক হল্লক্ন নখোই মযাম্ম মাবু আশীর্ব্বাদতা নিংথিনা তৌবিযু। মাগী মবমদ অমুক চিংনবি-রুগন্নু।" ৱা অসি হায়বম্মগা কুন্তীদেবী মাগী থাংপোক্ত অমুক হল্লক্রে অমস্তুং ভীমদা ৱা পুন্নমক তমলে। ৱা অসি তাবদা ভীমদি কিককবদি লায়বহুনা নু ঙাইবনা ঙমথৈ লৈত্রে। ফুক হাগহুনা হায়বকই, "কয়া য়াম্না ৱাংলি চংকদবা ইমা? ঐ হৌজকমক চৎলগে। ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবে। ঐখোইবু চংজফম পিবিবা মাগী কান্নবা থবক তৌবা ঙমলগনি অহুগা হিংচাবহুবু হাংলগা লেবাক্কীস্ব অফবা ওইবগনি।"

ভীমগী মতো উবদা কুন্তীদেবীনা হবাওবহুনা মখোইগী থবদং লৈজবহু পুখোক্তুনা পিজরে। অহুদগী ব্রাহ্মণগী ময়মদা চৎতুনা অগোংবা চাক ইনশাং পুন্নমক অহু ভীমদা পিবে। ভীমনা পুন্নমক অহু মবেংবান্দা থোংগৎতুনা মথরাই নুংঙাইনা বক হিংচাবনা লেরিব মফমহু তাম্না লাক্লে অথাপ্পদগী বকপু উবদ ভীমনা পাৎ পুন্নমক্তু

লেবাক্তা থম্লগা লাওবকই, "কদায়দা লৈ বক! লাকও নংগী চানবা পোৎচৈ পুবক্লে চাববো—" অসি হায়না হায়না চাক ইনশাংশিং অদু খুবাম খুবাম লৌদুনা মানা চাবা হৌবক্লে। চানবা পুবকপা থেঙই হায়দুনা বক অদু হান্না শাগুদুনা লৈরম্মি, অদুবু য়ৌরক্লগম্ব মডোন্দদি পিদনা পুবকইবা মীঙনা মমাংদা চাথোকপা অদু উবদা অমুক্কা হেন্না শাণখ্রে। মহাক্না শাওমনখিদুনা চাওবক' উ অমা তাপ ফুক্লগা চেংনা পায়দুনা ভাম তম্না হোংচিল্লক্লে অমস্তুং ভীমগী মবে'বান্দা কন্না ফৃথররে। ভামদি কনিস্থ নাচুংবিদনা নোক্ল নাক্লদুনা চাক অদু অদুম্মক চাবি। মতুদা হিংচাবদু শাগুবগী পন্দোল লে মখ্রে অমস্তুং ভীমগী থৌবি চবমদা পাযররে অদুদদি ভীম অদু ফা ন' ফুক হোগগুনা হিংচাবা অদুবু খাঙপাক্না কন্না কাগুথোক্লগা মচিন ময়া পরপ পবপ তেংথোক্লুনা হিংচাব তম্না তাংচিনখ্রে। অনিমক অদু পাম্বোম মরুদা চেংনা চেংনা পায়নদুনা অকনবা লাল হৌবক্লে। উমংগী উ রা পৃম্বা মবানিনা হেক লেপ লুবা মখে ডম্না তুংখ্রে। উচেক রায়া পূম্নমক মফম থডগন কাহ গাই পাইনখ্রে।

ভামদি শামু তবাগী পাঙ্গল কল্লিবনি। হিংচাবনা কযা কুইনা মাগা মাহযোক য়াবা ডমগনি? কুইবক কুইবক্লগা ভীমনা লাকচবা হেল্লক্লে। মবানিমক শাথীনা শোক্লবে অদুবু ভীমদি মপাঙ্গল ময়েং তাদ্রে। অম্মন্না পুং অহুম মবি ইন্নববা, নম্নববা, লাক্লববা তুংদা হিংচাবদু চেকথবকপনা নুংশামপী হোল্লক্লে। তাঙ্গা অসিদা ভীমনা হিংচাবা অদুগী মখোড অনি শুপকোন কোনশিন্দুনা পায়বগা শুন্দ্রংদা হুক হুক্ল লৈদুনা অমুক্ত হুনথিববু থাপ্না লৈমায়থক্তা গুজিন্দুনা

তাখ্রে, মতুদা হিংচাবতু ময়াদা ঈ ঙতুনা অতুম্মক মথৱাই লানখ্রে। ভীমসু ৱাবনা মফম অতুদা অহিংতু অতুম্মক লেল্লে, ময়ুমদা হনদ্রে।

সন্ধ্যাগী মতমদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা মচিন মনাও মরি ময়ুমদা হল্লকপদা ভীমবু উনা ফংদতুনা মমাদা হংলকই। মমানা নোক্ন নোক্নতুনা ৱাবম পূন্নমক তমলে। মতু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা পাথংখ্রতুনা হায়রকই, "ইম'! ঐখোইগী লাইবক অসি ওস্থোক্না থিনা তন্নক-খ্রমাল্লে? ভীম হায়বা ইনাও অসি লৈবতগী ঐখোইনা অৱাবা পূম্বা নিংঙাইদনা থাঙবা ঙম্মিবনি। মাগী মপান্না ইবৈবাক অমুক হন্না ফংগনি খল্লম্বনি। অতুবু মহাক ঙসি হি'চাবগা লাল শোক্নখ্রে। মমাই পাক্নক্নবদি ঐখোইগী য়াহফগনি, নত্রগদি পুন্সিচুপ্না ভিক্ষা তৌতুনা লেনবা নত্তনা অতৈ লম্বী লৈত্রে। অৱাবনি ভগবান, নংনা কবি তন্থি-বিগবা!" মসি তাবদা কুন্তীদেবীনা মাবু থেমজিন্দুনা হায়বকই, "যধিষ্ঠিব! নহাক ভীমগী মবমদা অতুক ৱাক্নগন্নু। ঐহাক মাবু পোকপীনি। মাগী মপাঙ্গল ইনা নিংথিনা খঙহ। হিংচাবনা মাবু মাঙহনবা কদৌন্নুংদা ঙম্মোহ। মহাক শোইদনা হিংচাবতুবু হাৎলগা করিমতা অশোক অপন লৈতনা ঐখোয়গী ইনাক্তা হল্লকনি। অতুগী মথক্তা মরু ওইবা অমনা, ক্ষত্রিগী মথৌদি চংজফম পিবনু মথৱাই কংনা ঙাকপা অসিনি। থবক অসি ঐখোইবু চংজফম পিবিনা মী অসিগীনি, ব্রাহ্মণসু শইরিবনি। এখোইনা মসিদা মাগী মতেং পাংদ্রবদি পাম্বৈ লৈত্রবা ব্রাহ্মণ অসি ইমুং হুপ্না শনগনি অতুগা ঐখোইসু মহাপাপ্তা তাবগনি। ইমানা হায়বা থাজৌ। কবিমতা চিংনকগন্নু, ননাও ভীম হয়েং শোইদনা নোক্না নোক্না হল্লকনি।"

মমাগী ৱা তাবদ যুধিষ্ঠিব জ্ঞান তারে। মমাদা হায়রকই,

"অচুম্বনি ইমা ! ভীমবু ননা থাবিখিবা অফবনি। অওইবমক ব্রাহ্মণবু কনবা ঐখোইগী তোগদবা ইথোনি।" অস্মু মম মচা পুম্নমক ভীমগী মঙ্গলগী দমক ভগবান খুরুমজুনা অহিং অদু লেপ্লে।

মতুংগী মুমিৎ নোং ঙানফাংত্রিবৈঙেদা ভীম অদু নোক্ল-নোক্লদুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। মাবু উবদা ময়াম্মক নুংঙাইনগী চমথৈ লেখিদ্রে।

মতম তৌবিবৈঙে তাঙ্গাতুমণ্ডদা এক হিংচাবা শিবগী পাণ্ড লৈপাক শবা শন্নবক্লে। মবম খঙনবা মা পূম্ব ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা লাক্লরে। মদুদা ব্রাহ্মণ অদুনা মযামদ হায়রবক, "মহাপুরুষ অমনা হিংচাববু হাৎখিবনি।" হ্র অসি হাযনবা কুন্তীদেবীনা ব্রাহ্মণ অদুদা হান্না মেলহৌদুনা থমখি।

---

## দ্রৌপদী স্বয়ংবর অমসুং অর্জুননা লক্ষ্য কৎপা।

অস্মুম্না মতম খর হৌখ্রবা তুদা নাংমা ব্রাহ্মণ অমথক পাণ্ডবশিংগী থাংপোক্তা অতিথি ওইবৈ অমসুং অহিং অমা লেনখি। মহাক্না মচিন্দগী পাণ্ডবশিংনা, দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুপী দ্রৌপদীগী স্বয়ংবর লেংগদৌনি হায়বনসি তাখৈ।

দ্রোণাচার্যনা দ্রুপদ নিংথৌ লৈপাক তংথাই অমা নমদুনা লৌখিবদু দ্রোণবু মাহৎথীনা দিবগা অমুক হনজিন্নব দ্রুপদগী পাঞ্চাল লৈবমদে। অদুনা দ্রোণবু হাৎলনবগী দমক মহাক্না যাজ অমসুং উপযাজ কৌবা মণুণ লৈববা মুনি অনিথকপু মচা পোক্লবা যজ্ঞ তৌহল্লাম্ম। মুনি অনিদুন যজ্ঞগী মৈদা ঘানা অহুতি হেক পিরমক্কদা

যজ্ঞকুণ্ডদগী য়াম্না গুণ চেন্নবা নিপা অমা ফাওরক্লে। মশক মতৌ হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে, মশাদা লানফী শেংলি, মখুত্তা লিক্লং তেন অমস্লুং থাঙ পায়। মহাক্কী মমিং ধৃষ্টদ্যুম্ন কৌই। মতুগা লোইন লোইননা দৈববাণীস্ম তৌরকই "মহারাজ গুণ চেন্নবা নিপা অসি নংগী নচানি। নচা অসিনা দ্রোণবু হাংলগদবনি।" অতুদগী মিংকুপম্মুক লৈবগ। নির্ংগজববা মুপীমচা অমস্ম থোরক্লে। মহাক্কী কুচু অতু শংবানৈ হায়তুনা মমিং কৃষ্ণা কৌই। দ্রুপদ নিংথৌনা পোকই হায়তুনা মমিং অমনা দ্রৌপদী কৌই।

দ্রৌপদীগী স্বয়ংবরগী রা তাবদা পাণ্ডবশিং অতু মফম অতুদা চৎনিংলে। মখোইনা চৎনবা রা ভাংনরিভৈদা, ব্যাসদেবস্ম হায়খিবা মতুংইন্ন ফাওরক্লুনা মখোইবু স্বয়ংবরদা চৎনবা হাযববে। অতুদগী মখোইনা ব্রাহ্মণগী মফমদা বিদায় লৌতুনা পাঞ্চাল মাহকৈ তম্না যাত্রা তৌবক্লে। থবা চৎলবা মতুংদা মখোইনা গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা থুংলবে। মতম অতু নুমিং তাশিল্লক্লে। মতম অতুদা অঙ্গাবপর্ণ হায়না কৌবা গন্ধর্ব্ব অমা মহাক্কী মুপীগা লোইননা গঙ্গাদা ইরুজবম্মি। গন্ধর্ব্ব অসিবু মী পূম্নমক্কা য়াম্না কিনৈ। মহাক্কা ইকজবিৈদা কনামতস্ম গঙ্গাদা কুম্নবা ভম্নমদে। অতুদগীস্ম হেদোক্লুনা মাবু কিবদগী সন্ধ্যা মতমদা গঙ্গা মপান্দা মী অমা ফাওবা চৎনবা ভম্নমদে।

পাণ্ডবশিংনা চৎপতু উবতুদা গন্ধর্ব্ব অতুনা শাওখিতুনা অর্জ্জুন তম্না তেন অমা কাপ্লক্লে। অতুবু মতুনা অর্জ্জুনবু কিহনবা ভমদ্রে। অর্জ্জুননা অমুক হন্না মেশী তেন অমা কাপ্লক্লুনা গন্ধর্ব্বগী দোলায অতু চাক-থেকখ্রে অমস্লুং গন্ধর্ব্বতুস্ম রাম্বতুনা তুখ্রে। থবা থবা জ্ঞান লাক্লবা মতমদা অর্জ্জুননা মহাকপু পুন্দুনা যুধিষ্ঠিরগী মনাক তাম্না পুবক্লে। মতৌ

অতুদা মহাক্না গুপী অতুনা য়াম্না হায়জ-খোৎচবদগী ময়াম্বগী য়াথংনা অর্জ্জুননা গন্ধর্ব্বতুবু থাদোকপিরক্লে। মতুদা গন্ধর্ব্ব অতুনা পেল্লতুনা অর্জ্জুন্দা চাক্কুসী হায়বা মহৈতু তম্বিবে। মহৈ অসিগী মগুন্দি মতু হেক হৈবদা পৃথিবী অসিগী মক্তংদা উনিংবা পোৎ পূম্নমক উবা ফংই। অসিদস্ু নত্তুনা গন্ধর্ব্ব অতুনা পাণ্ডবশিংদা হন্নথবকপা লৈত্রবা, শিবস্ু নাইত্রবা শগোল চামথকস্ু পিবে। গন্ধর্ব্বশিংদি অংক অঙকপা মহৈ য়াম্না হৈ। পাণ্ডবশিংনা অঙ্গাবপর্ণগী মফমদগী অনৌ অনৌবা মহৈ কয়ামকক্নমস্ু তমশিল্লে। অতুদগী অর্জ্জুনস্ু মহাক্না মরুপ ওইতুনা মণ্ডোন্দা 'ব্রহ্মাস্ত্র' পিবে।

পাণ্ডবশিংগী পুরোহিত অমা চংগনি তাবদা গন্ধর্ব্ব অতুনা হায়বকই "ধৌমা হায়না কৌবা ধর্ম্ম য়াম্না চেল্লবা অমস্ুং মগুণ লৈবা ব্রাহ্মণ অমা উৎকোল তীর্থদা লৈ। মহাকপু পুবোহিত ওইহল্লবদি হিনম খুদিংমক্তা ময়ামগী মঙ্গল ওইগনি। ঐদি মহাকপু পুরোহিত ওইহননিংই।" গন্ধর্ব্বনা হায়বা মতুংইন্না পাণ্ডবশিংনা উৎকোল তীর্থদা চত্তুনা ধৌমাবু পুবোহিত হাপলে অমস্ুং মহাক্না লোইননা পাঞ্চাল লৈবাক্তা চংলে। মফম অতু য়োবগা মথোইনা চফু শাবা নিপা অমগী য়ুমদা লৈরে। মফম অতুদস্ু ভিক্ষা তৌতুনা মতম লেল্লক্লে।

অসোমদা কৃষ্ণাগী স্বয়ংবরগী পাও তাবদা অথাপ অথাপ্পদগী নিংথৌ নিংথৌমচা, অকল অথৌ কয়া পাঞ্চাল লৈবাক্তা তিল্লবে। দুর্য্যোধন, কর্ণ, শল্য, শাম্ব, শিশুপাল, জবাসন্ধ অমস্ুং শ্রীকৃষ্ণ অসিন-চিংবা কনামতস্ু চিথবা য়াওত্রে। দ্রুপদনা চাওববা লিকুং অমা শাই, মতু মী অমা অমনা পাক থাঙ্গৎপা ওস্বা নত্তে। মাণ্ডব ময়াইদা পুখ্রি মচা অমা তৌরগা মতুদা ইশিং থন্না হাপ্তুনা থন্নগা মতুগী মথক্তা য়াম্না য়াংনা

ঙা-অমা য়াম্লি, ঙা অতুগী হেক মথাদা থজিক্কুং তুৎপা চক্র অমা থম্মি। ঙা অমস্তুং চক্রগী মমি অতু ইশিং অতুদা তাই। মহাক্কী য়াশক্তি, লিরুং অতু লিবি চন্দুনা তেঙ্গ থাংলগা মথাগী ইশিং অতুদা য়েংলগা মথক্কী ঙা অতুগী মমিং কোংখোকপা ঙম্বা নিপা অতুদা দ্রৌপদী কৎকনি, অসিনি।

স্বয়ংবর তৌগদবা থামুক্কী মমাংদগী পাঞ্চাল লৈবাক্তু হবাও কুম্মৈনা পুমনিন নিনখ্রে। জগোই, ইশৈ, যন্ত্রশিংগী মখোলনা লেপ্পা লৈথিদ্রে। চাওরবা লমহাং অদা স্বয়ংবর সভা শেমখ্রে। মাইকৈ মরিদা অচৌবা থোঙ মবি পাম্লি। মাগুব অতু থুংনা মথক্কা নিংথিজরবা ফীজং থম্লি। মাইকৈ মরিদা মচু মচুগী লুপা সনা তুৎপা ফজরবা ফীনা ঝালর, য়ুথল, ফীবাল য়াম্লে। লৈ-শুনা মফম পম্বদা থেংলি। মাগুব অতু উবদদা মিং থকই। নিংথৌশিংনা ফম্নবা, মনল য়াম্নবা ফমফম, মাগুব অতু কোয়না মশিং লাকচমদনা থাবি।

স্বয়ংবর নুমিৎ মফম চানা নিংথৌ অমস্তুং অকল অথৌ পুম্বা মনিমুক্তাদনা থাম্নবা মমল যাম্নব ফীজেংনা লৈতেংতুনা মাগী মাগী ফমফমদা চংতুনা ফম্লবে। সভা অসি য়েংনবগী দমক মা কয়া কয়াস্ত্র লাক্লুনা তিল্লবে। দান লৌনবা ব্রাহ্মণ লিশিং লিশিং লাক্লে। মশাং-লাকচমদ্রবা চাক্লিবনা মফম অতু পুমথন থনখ্রে।

মকোক্তা জটা পুবা গেরু শংবা ফা শেৎপা পাণ্ডবশিংদি ব্রাহ্মণ-শিংগী মরক্তা ফম্লবে। মতম চানা ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রৌপদীবু পুংনা তপ্পা তপ্পা সভা ময়াইদা চংলক্লে অমস্তুং চাওরবা লিরুং অতুগা অমস্তুং চক্র মথক্তুগী লক্কা অতুগা উস্তুনা ময়ামদা লাওবকই, "লৈবিবা লিরুং

অসিদা তেঙ্গা থোংহুনা মথাগী ইশিংদা য়েংলগা মথক্কী লক্ষ্য অসি ককপা ঙম্বা নিপা অহুনা দ্রৌপদী লৌগদবনি ।"

ঋ্না অসি তাবদা নিংথৌশিংগী মরক্তা য়াম্না থোয়রাংবা পোক্লরক্লে। দ্রৌপদীবু লৌননবগী দমক হান্না লক্ষ্য ককনিংবনা অচৌ অচৌবা নিংথৌশিংহু য়াম্না লাংতক্লরে। শল্য, শাল্ব, শিশুপাল, জরাসন্ধ, দুর্য্যোধনন চিংবা অকন অকনবা রথিশিংনা অহানবদা চংনরক্লে। অহুবু কনামতস্ু লক্ষ্য অহু ককপা ঙম্নদ্রে। লক্ষ্য কক্লুবদি লায়রহুনা অয়াম্বনা লিরুং অহু থাঙ্গৎপা ফাওবা ঙম্নদ্রে। কনা কনাগুম্বদি লিরুং থাঙ্গৎপা হোৎনবদা উপ্রাক্লা তুবস্ু য়াওই। নিংথৌশিংগী শাথীবা ফীভমহু উবদা তিল্লিবা মী পূম্বা ঋ্না ঋ্না নোক্লরক্লে। নিংথৌপূম্বা ইকাইবনা মরাই লুক্না মাগী মাগী ফমফমদা ফমহুনা লৈনখ্রে। মমৈথংদা কর্ণ হৌগৎলক্লে। কর্ণ হায়বসি চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা অথৌবা অমনি। মহাক লক্ষ্য অসি ককপা ঙম্না লৈ। অহুবু মহাক্কী মশক মমিং অমস্ুং ফীভমনচিংবা তাক্লকপদা দ্রৌপদীনা হায়রকই, "ঐদি সুতমচাদা কৈদৌনুংদস্ু লুহোংলোই।" মসি তাবদা ইকাইখিবনা কর্ণহু মমাই ঈচপমুক ঙাংখ্রে। মহাক ঋ্না মচেৎ অমতা ঙাংদনা মরাই লূক্না ফমখ্রে।

নিংথৌ পূম্বনা ঙম্নদ্রবহুদা যুধিষ্ঠিরনা অর্জ্জুনদা য়াথং পিরক্লে। ময়াম্বগী য়াথং ফংবদা অর্জ্জুন হৌগৎহুনা চংলক্লে। জটাপূবা ব্রাহ্মণ অমনা তৌরকইবা মতৌহু উবদা নিংথৌশিং অহু লোম্না লোম্না নোক্লরক্লে। কনাগুম্বনা করেম্নহুনা দ্রৌপদীগী মশক উবদা ব্রাহ্মণ মচাসি ঙাও-খ্রমাল্লে হায়বস্ু য়াওরকই। ব্রাহ্মণ পূম্নমকস্ু অর্জ্জুনবু থীনা ঙাংনরক্লে। মথোইপূম্বা হৌগৎহুনা চপ মান্নমা হায়রকই, "হায় হায়, করিনো নংনা তৌরিবদো—লাও চংঙকউ ফম্মোলাও—।" অসি হায়হুনা

মখোই অমা অনিনা মখুৎ ''ায়চুনা চিংশিন্নবা হোৎনবস্থ য়াওবক্লে। কনা অমনা—"খম্বন্ চাওববা ব্রাহ্মণ অসিনা ঐখোইপুম্বা মাঙহল্লে। ঐখোয়দি দানতা ফংনবা লাকচবগা অডাওবা ব্রাহ্মণ অসিনা পূমকায় কায়হনগদৌবে।" অস্থুম্না থরাই শোরা লাওবকপস্থ য়াওই অর্জ্জুননা পূন্নমক অসি কবিমতা থৌ-রা শাদনা তপ্প তপ্প সভা ময়াই তান্না চংলক্কু,না লিকুং অতুগী মনাক্তা লেপ্লবে। অতুদগী ইবাই লাইনা লিকুং অতু থাঙ্গওুনা তেঙ্গা থোংলগা মথাগী পুখ্রিগী হশিংদা য়েংতুনা তেন অমা কাপখ্রে। খুদক অতুমক্তুদ' মগক্কী ৬' অতু মতুপ মতুপ কক্তুনা লৈবাক্তা তাবক্লে। মতু উবদা ব্রাহ্মণশিং অতু নুংডাইবগী ডমথৈ লৈখিদ্রে। মযাম্মক হবাওবন' ইবাং লাংনরে। মতুগা লোইনা লোইননা যম্ন কযা থা'গংলক্লে থিন্দন' .দৌপদী চংশিন্দুন' অর্জ্জুনগী মঙকশমদা লে পবেং হুকখ্রে।

মত উবদা নিংথৌশিং অতু শাওবনা মৈ হৌবে। মখোইগী মমাংদা লাহববা ব্রাহ্ম· মচ অমনা দ্রৌপদী লৌথিবা, মসিদগী হেন্না চোপ্পবু কবি অমুক লৈবিবগে " থিন্দনা মখোই পূন্নমক তিন্নতুনা অর্জ্জুন অমস্থ' দ্রুপদগী মথক্তা' লান্দারক্লে মতু উবদা ভীম অতু তুমিন্না লৈথোকপ' ৬মদ্রে। মগাক্লা চাওববা উ অমা মরু যাওনা ফুরু বগা অর্জ্জুনগী মনাক্তা .লপ্লবে। ভীম অমস্থ' অর্জ্জুনগা লোইননা নিংথৌশিং অতুগা অকনবা লাল থে'নরে। অতুবু মচিন মনা৭ অতুবু কনানস্থ মাহ.যাক্লপ ৬ম:দ্র। নি থৌশিং অতু চোপ্পা অমস্থ ইকাইবগী মপান্স নাইখিদ্রে। লিকু'স্থ থাঙ্গৎপ' ৬মদবা অতুগা অমুকস্থ ময়াম মমাংদা ব্রাহ্মণগী মখুত্তা মাইথীব'। ভীমনা ম'খাই অমমম কাতুনা শুঙ্গ্রংদা থাঙ্গৎলগা লাক-লাক্তু,ন' লংঙকই। মাগী মপাঙ্গল অতু উবদা কনাস্থ

থৌনা ফনা চংশিনবা ভম্লক্রে , পাম্বৈ লৈত্রভুনা ময়াম্মক মথোই অনিগী লালদা হৈশিংবা অত্তু থাগৎতুনা অমস্তুং —'ব্রাহ্মণনি, ভাকপিফম থোকই' হায়বা ব্রাহৈসোমদা লেথোক্তুনা অমমম ওইনা মমাই লেত্নুনা চৎনবক্লে। নিংথৌশিংগী অব্রাবা মতৌ অত্তু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বকই, "ময়াম্মক অকনবা ভাক্তনি। ব্রাহ্মণগা লাল শোক্রবা ময়ামগী লেম্ফম লৈতে। অত্তুগা অমনা লক্ষ্য ককপা মীনা ধম্মগী অমস্তুং ন্যায়গী মতুং ইন্না দ্রৌপদী লৌগদবনি ময়াম্মক ব্রাহ্মণ মচাসিবু ভাকপিহৈবা গুন্না ভাকপিত্নুনা লাল লেপ্পিবো। মতুন ময়ামগী ফজবা হেনগৎপা নওনা চোপ্পা থোক্রোই।" শ্রীকৃষ্ণগী ব্রা অসিদা থৌদোংতুন মযাম্মক মাগী মাগী মবৈবাক্তা হন্নখ্রে।

অস্তুম্না সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লে। মতম অত্ত ফাওবা মচাশিং হল্লক্তবত্নুদ কুন্তীদেবী অত্তু ব্রাথলনা চমম্নবাম্মি। অসোমদা মচিন মনাও মভামক দ্রুপদ নিংথৌদগী বিদায় লোত্নুনা দ্রৌপদীগ লোইনন খাংপোকশঙ লোমদা হল্লক্লে। মখোহগা লোইননা দ্রুপদগী মা ময়ামস্তু য়াংলকই। খাংপোকশঙ য়োবক্লবা মতমদ মখোইনা মমাবু কৌবত্নুনা হায়বকই, "ইমা, য়েংউ, ঙসিদি এখোই অনৌবা পোং অমা পুবক্লে।" মতুদা মমানা ঙসিদি মচাশিংনা কবিগুম্বা অহাওবা অচাপোৎ অমা পুবকমাল্লে হায়না থল্লুবে। অত্নুনা মানা হায়বকই, "নখোইনা পুবকপত্তু নখোহ নচিন ননাও মভা য়েন্নৌ।" মসি হেক তাবদ ময়াম্মক কোকচাওবা কাখ্রে। মমাগী অঙকপা য়াথংনি। হৌভিক কবি ঊপায় তৌগনি; মমাগী য়াথংনি হিকতোক্লবা পাঙ্গল লেতে। ময়াম্মক অব্রাবা ব্রাথনদ তারে। মমৈথংদা মখোই পূম্নমক্কা দ্রৌপদাবু মথোহ মভানা লুহোংবা হায়না লেপ্পবে।

দ্রৌপদীনা সে হুকখিবা মা অদুবু থাঙ্গেশেংবা ব্রাহ্মণশিংনা নত্রগা অবোনবা ফীজেৎ শেৎপা কনাগুম্বা অথৌবা অমবা ? মসিগী মবমসি খনবতনা দ্রুপদগী অথোইবা ম্রাখল ওইখ্রে।

ধৃষ্টদ্যুম্নদি দ্রৌপদীগা লোইননা লাক্লম্মি। মহাক ব্রাহ্মণ ফীজেৎ শেৎপা মচা অদুবু পাণ্ডব মচানি অদুগা মমা অদুবুনা কুন্তীদেবীনি হায়না মপুন্নিংদা চপ যুংনা লেপ্লে। মযুমদা হল্লক্লগ মপাগী মফমদা বাবম শম্মক তমলে। মদুতাবদা দ্রুপদ লুংঙাইবগী ওমথৈ লেখিদ্রে। অর্জ্জুনদি মপা লৈবরবা অথৌবনি হায়বসি মহাক মমাংলৈদগী হৌনা খঙখ্রবনি। অদুনা মহাক্না মমা লৈদগী হৌন অর্জ্জুনদ দ্রৌপদী থাজগে হায়বসি খল্লকপনি। মহাক মথন্তা খল্লকই, "পাণ্ডবশিংবু চাশনা মথান্তদ শিখিদ্রবব ? ভগবাননা মাগী নিংবদু থাঙ্গেশেংনা থুংহনবিবরবা ?"

মথংগী নুমিৎকা লোংঙাল্লকপদা মহারাজ দ্রুপদনা দ্রৌপদী অমসুং পাণ্ডবশিংবু লৌকনব শংগোল, শামু, রথ, লাম্মা অমসুং কুল-পুরোহিতপু থাবক্লে। মযাম্মক হবাও হবাশন কোন্নংদা লাক্লে। অদুদগী দ্রুপদনা য়াম্ন নোল্লুকপা ম্রাহৈন মখোইগী পরিচয় হংলকই। যুধিষ্ঠিরনা মদুদা খুম্মকই, "মহারাজ, ঐখোই পাণ্ডুগী মচানি। ভগবানগী কৃপাদগী ঐখোহ বাবনাবতগী মেবক্তগী হিংহৌদুন ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেত্তুনা লোম্ন লৈবিবনি। ওবাং লক্ষ্য ককপা অদুনা অহুমশুবা পাণ্ডব অর্জ্জুননি।" অদুদগী ওহাক লৈবগা অমুক হায়বকই, "ইমাগী যাথংনা ঐখোই ইচিন ইনাও মচানা দ্রৌপদীবু লুহোংদুনা লোবা তাবে।" ম্রা অসিতাবদ সংবাদা লৈবিবা মীপুম্ব ওকপনা খম থেংখ্রে। অসিগুম্বা ম্রাদি কনানসু অমুক্তা তাদ্রি। মসিবু ওইব য়াব খবক্লা ? ম্রা অসি

তাবদা দ্রুপদ অদু হকাইখিবন মগাহ নুকথখ্রে। রা মচেৎ অমতা ভাংখিদ্রে।

মতম অসিদা ব্যাসদেব মফম অদুদা থংহৌদনা খুংলবে। মহাক্না হায়বকই, "পাণ্ডব মচিন মনাও মভাগা দ্রৌপদীগা লুহোংবগী রা তাবদা নথোইনা ভকলিববু কবিগীনো ॥ ভগবান শিবনা মমাংঙৈদগী হৌনা মসিগী মবম অসি শীনখ্রবনি। মসিদ নথোইনা রাথল তৌফম অমদি হকাইফম কবিমত থোক্তে। নহানমক্না মপোক্না দ্রৌপদী অসি গুণ পূর্ণনা লৈতেংলবা মপুবোহব ফংজগে হায়দুনা শিববু পূজা তৌজে। মহাক্না লাইনিং অদুদা পেল্লদুনা শিব এশামক বর পিবা লাকই। মতম অদুদা দ্রৌপদীনা 'গুণপূর্ণনা লৈতেংব ইপুবোইবা ফংজগে" হায়বা রাইহংসি মভাবক হন্না হায়দুনা বর নিখি। শিবনা মভাবক 'তথাস্তু'— 'নংনা নিংব থুংজগে' হায়না বর পিবে অমসুং দ্রৌপদীদা রাইহ অমতদা মভাবক হায়বনিনা নপুবোইবা মঙা ফংগনি হায়বয়্রগা চৎখি।" ব্যাসদেবগী রা অসি তাবদ মযাম্মক চিংনবা কোক্লে। অদুদগী লুহোংনবা শেম শাবে। য়াম্না চাওনা পাণ্ডব মঙাগা দ্রৌপদীগা লুহোংলে। কৃষ্ণ অমসুং বলরাম মচিন মনাও অনিশু লুহোংবসি যাওখি।

দুর্যোধননচিংবা কৌরব পূর্ণন পাণ্ডবশিংদি মৈনা চাক্কুনা শিখ্রে হায়না থল্লম্মি। হৌজিক্তি নথোহগী যেক্লবশিং অদু হিংলি অমসু দ্রৌপদীগা লুহোংখ্রে তাবদ কল্লক যেংথিবন মথয়াহডু অমুক্কা হেন্না চাকখ্রে। অদুদগী মথোহবু হাৎননবা অমুক অবোনবা রা তাগ্লবা হৌবক্লে। মথোইগী মবক্তগী কনা কনা গুণ্ডনা গুন্থোক গুন্থোকপা ফঙবা লৌশিং পুথোক্লবক্লে। মতুদা কর্ণনা হায়বকত, "এদি হায়নবিবশিংসি

অমতা থভদে। এদি লাল তৌব পাম্মি।" মসিতাবদা ভীষ্ম তুমিন্না নৈথোকপা উমশিল্লকবে। মানা হায়বকই, "নখোয় অসি পুকচেন পিবগুরু ডাওনি। নখোয়গী নপাঙ্গল নথৌন। লোইনবা থওলে। স্বয়ংবর মুমিত্তা শ্রীকৃষ্ণ লেবমত্রবদি নখোই করি থোকনি কাওবরা? অমুক নাপল তৌদুনা কান্নদে। অফবা পাম্নবদি ঐনা হায়বা ইন্নু। হৌজিকমক শগোল, শামু, রথ, থোডমী লাম্মী অমস্তুং অথেনপোং থাদুনা পাণ্ডবশিংবু হস্তিনাদা পুরকউ অদুগ মখোইদা মখোইগী ফংকম খোকপা লেবাক শরুক পিথে। অদু ওইরবদি মতুংদা অকায়ব কারিমত্তা থোক্লে অদুগা চাশঙ মেথাবনী অথীবা মি চংস্তু কোক-খিগনি।"

অহানবদদি বন। অনংস্তু রু অগু থোওহনা তাদে। মতম অদুদা ধৃতরাষ্ট্রদা— হৌজিক পাণ্ডবশ পা স্থ লেতব নত্রে, দ্রুপদ নিংথৌনা মতুদা লেপখ্রে অদুনা থন্তদন যাদব রাক্ষম থোক্লে হায়বসি থল্লকং। অস্তুন্না নহকে পৃথ হন্তুন থল্লগ মান হায়বকই, "ঐনা পাম্বদি পাণ্ডবশিংনা লবাক ওংথাহ অম লৌদুনা খাণ্ডবপ্রস্থদা পাল্লসনু। বিদুরনা হৌজিবমক দ্রুপদগী লেবাক্তা চত্তুনা পাণ্ডবশিংবু অমস্তু দ্রৌপদীবু পুদুন লাকলো।" নিংথৌগী যাথং কংবদগী বিদুরনা খুদক অহনক্তদা দ্রুপদগী লেবাক তান্না চংখ্রে। মাগা লোইননা শগোল শামু অমস্তু মী ময়ামস্তু চংলি। বিদুরবু উবদা পাণ্ডবশিংগী নুংঙাইবগী উনখে লেখিদ্রে। বিদুরস্তু পাণ্ডবশিংবু উবদা হরাওবনা হকচাং পূম্বা তুজখি। অদুদগী মানা হায়বকই, "নখোয়বু লৌনবা মহারাজনা হৈক্রু থাবক্কপনি। উসিমক চংলসি।" রা অসি তাবদা ময়াম্মক হরাও-বগা লোইননা দ্রুপদগী মফমদগী বিদায় লৌদুনা কৃষ্ণ অমস্তুং বলরামগা

লোইননা হস্তিনাদা লাক্লে। পাণ্ডবশিং লাকপা উবদা প্রজাপূম্বা হবাওবগী ভমথৈ লৈখিদ্রে। মযাম্মক স্বর্গ লাম্ব ফংবমুক মুংভাইখ্রে। ধৃতরাষ্ট্রস্থ যাম্ন হবাওবগী মতৌ উংলে। গান্ধারীনা মমৌ অনৌবা দ্রৌপদীবু চান্ন-লুনা তৌহ্না কৌশিল্লে।

অস্থুম্না মতম খবা হোৌখ্রে। অত্তুদগী নোংমা ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংবু কৌবত্থুনা হায়বকই, "ইচাশা! ঐনা পাম্বদি নখোইনা লেবাক তংখাই অমা লৌবগা খাণ্ডবপ্রস্থদা পানবা অসিনি। অত্থুনা নখোই য়াম্না থুনা মফম অত্তুদা চংনবা থোবাং তৌবে। মফম অত্তুদা লেববদি তুর্যোধননচিংবা নচিন ননাওশিংগা নুংভাইনদবা কাবস্থ থোক্লরোই।"

মপল ইবুঙোগী য়া অসি তাবদা পাণ্ডবশিংদি ওস্নোক্লা নুংভাইবা অমা ওইবে। থিন্দনা মখোইপূম্বা খাণ্ডবপ্রস্থদা চংনবা শেম শাবে অমস্থুং অহল লম্মন গুরুজন পুম্নমক খুরুমহুনা বিদায় লৌবগা মফম অত্তুদা চংখ্রে। হস্তিনাগী মুপী নিপা কযামরুমস্থ মখোইগা লোইননা খাণ্ডবপ্রস্থদা চংখ্রে

মতম খবগী মতুংদা খাণ্ডবপ্রস্থ অত্থ নিংথিজবা সহর অমা ওইখ্রে। লৈবাক অতোপ অতোপ্পদগী ইনাকখুনবা, খুৎশা হৈবা মপৈ মপৈ লাক্কুনা মফম অত্তুদা লৈববে। মাইকৈ মবিদা অচৌ অচৌবা লম্বী থোং শাখ্রে. নিংথিজব মন্দিরশিংনা মফম পূম্বা গনখ্রে। খাণ্ডব প্রস্থ অত্থ ফজবগী ভমথৈ লৈখিদ্রে মতম অত্তুদগী কান্নুং অত্থগী মমিং ইন্দ্রপ্রস্থ থোনখ্রে। নিংথৌ প্রজা অনিমক পুকচেন থোইজেন তিন্ননা লেমিন্নে। পাণ্ডবশিংগী নুংভাই য়াইফবা অত্থ উবদা কৃষ্ণ বলরাম মপাল্ল নাইদনা পেনখ্রে। মতম খনা পাণ্ডবশিংগা নুংভাইনা লৈমিন্নবম্মগা মখোই দ্বারকাদা হনখ্রে।

# অর্জ্জুননা বন্দা চৎপা।

অস্থুম্ন পাণ্ডবশিংগী নুংঙাইববা মতম অসিদা মুনি ঋষি অয়াম্বনা মবক মবক্তা লাক্লুনা আশীর্ব্বাদ পিবিবৈ। নোংমদি দেবর্ষি নারদ লাক্লে। মহাক্না অস্থুম পাউতাক ময়াম পিরকপদা পাণ্ডবশিংদা হায়বকই, "নখোই নচিন ননাও মঙামক দ্রৌপদীগী মপুবোইবনি। অহুনা হিবম অসিদা নখোই ব্না অমা লেপ্পবনা চুশি। ঐগী ব্লাখন্দদি, নখোইগী মন্নুংদা কনাগুম্বা অমনা দ্রৌপদীগা ব্লাবি ব্লাতাই শাবিঙৈদা অতৈ কনাশু মফম অহুদা চংফদে হায়বিবা ব্লা অসি হেক কায়বদা মী অহু চহি তবানিথোই বন্দ চংকদবনি।" দেবর্ষিগী ব্লা অসিদা ময়াম্মক য়ানবে।

মতম খব হৌখ্রবা তুংদা নোংমা যুধিষ্ঠিরগা দ্রৌপদীগা খুৎলাই শঙদা ব্লাবী শাহুনা লৈ। মতম অসিদা ব্রাহ্মণ অমা তফিং তফিং চেল্লক্লুনা অর্জ্জুনদা হায়বরে "অথৌবা! হুবানবশিংনা ঐগী ষণ হুহুনা পুবিখ্রে। নংনা অমুক্তা কনবিয়ু।" ব্লা অসি তাবদা অর্জ্জুন অহু গুব্লাবা ইপাক্তা তাখ্রে। অব্লাবদা ঙাববা ব্রাহ্মণবু কনবা হায়বসি ক্ষত্রিশিংগী মক ওইবা ধর্ম্মনি। অহুবু ব্রাহ্মণ অসিবু মতেং পাংব ঙাববদি খুৎলাই য়াওদবা যাবোইদৌবি। খুৎলাইশঙদদি হৌজিক চংবা য়াদবা মতম থোক্লি। অহুদি কবম তৌগনি? কবম্না ব্রাহ্মণগী মতেং পাংগনি? বন্দা চৎপা ঙিবদগী ব্রাহ্মণবু কল্লবোইদ্র? অস্থুম অর্জ্জুনগী মপুক্লিংদা মওল মওল খল্লক্লে। অহুবু অথোব অর্জ্জুননা অমুক মতম মাঙহনবা তৌদনা খুৎলাইশঙ চংহুনা খুৎলাই লৌবগা ব্রাহ্মণগী মতেং পাংনবা চেনখ্রে। অমস্থুং হুবানবশিং অহু ফাহুন মতিবচাবা ৎ বাক পিবগা ষণ অহু ব্রাহ্মণদা পিব্ব। ষণ ফংহুদা ব্রাহ্মণ অদ ভমৌথ লৈতনা

পেল্লহুনা অর্জ্জুনদা আশীর্ব্বাদ তৌবল্লগা চংখ্রে। অহুদগী অর্জ্জুননা মথুং লোম্লহুনা যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা চংলগা লেপ্লখিবা রা শোয়বগী দমক বন্দা চংনবা য়াথং নিবক্লে। মহু তাবদা যুধিষ্ঠিব অহু রাবনা কোকথক্তা বক্ত তাবগা চপ মান্নখ্রে। মহাক্লা অর্জ্জুনবু ফন' থেমজিনবা হোৎনৈ। অহুবু অর্জ্জুন্না হায়বকই, "য়াম্বুং, ঐবু নুংশিবিবদগী রাফমশি' অসি তাকপিবিবনি। অহুবু অমবু ওইববস্তু অমবু ওইববস্তু, ঐনা লেপ্লবা রা থুগাইববনিনা মহুগী মতিক চাবা শাস্তি ফংফম থোকই। মহুগী দমক কবিমতা চিংনবা অমদি রাবা তৌবিকুগন্নু।" যুধিষ্ঠিবনা অর্জ্জুনবু হায়খিবা রা থক লেংদ্রবা মীনি হায়বা থডই। অহুনা মহাক পাম্বে অতৈ উদ্রহুনা কপ্পুনা লৈখ্রে। অর্জ্জুননা মমানচিংবা ময়াম পূল্লমক্তগী বির্দায় লৌবগা বন্দা অহুমক চংখ্রে।

মতম অসিদ' অর্জ্জুননা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বা কোয়বা হৌবকই। অহুগ পাতালদস্তু মফম কয়ামরুম কোয়বকই। নোংমা মানা ব্রাহ্মণ থরগা হৃকজবিডৈদা নাগবাজগী মচানুপী উলুপীনা মহাক্কী নিংথিজববা মশক মতো অহু উবদা গুমহৎখিহুনা মবৈবাক্তা পুহুনা চংলে অমস্তুং মপুক্লিংদা মংডান্দা লুহোংনিংবগী মতৌ অহু উৎলে। অহানবদা অর্জ্জুন অহু য়াবমদে অহুবু উলুপীগী অশেংব' পুক্লিং অহু উবদগী মমৈথংদা লুহোংখি। অংগী মতুংদা মহাক্লা মণিপুবলোমদা লাক্লে। মফম অহুগী নিংথৌগ মচানুপী চিত্রাঙ্গদাব অর্জ্জুননা লুহোংহুনা লৌথি। চিত্রাঙ্গদাগী গর্ভদ অকনবা মচানিপা অমা পোক্লে, মহাক্কী মমিং বভ্রুবাহন কৌই।

মণিপুবদগী মহাক্লা গঙ্গা মপাল তান্না লাকুনা পঞ্চতীর্থ য়েংবা চংখি। তীর্থশিং অহুগী ফজবা অহু উবদা মহাক চমথৈ লেতন

শুমহৎখি, অতুবু কনামতস্মু স্নান তৌবা উদবতুদা মহাক ওকখি। মুনি থবা মফম অতুদা লৈবম্মী মখোই অতুদা মহাক্না তীর্থদা স্নান তৌনদবগী মরম হংবদা মুনিশিং অতুনা হায়বকই, "তীর্থ মঙা অসিদা কুম্ভীর মঙাথক লৈ ইশিংদা হেক কুম্বদা মখোইনা ফাদুনা চায়। মবম অতুনা কনাস্মু মফম অসিদা স্নান তৌবা লাক্লদে।"

মা অসি তাবমক্তদা অর্জ্জুন অত্ত পঞ্চতীর্থদ স্নান তৌনিংলে। মুনাশিং অতুনা মহাকপু তত্তনা থাম্মি মহাক্না মখোইগী মা তাকবা লৈত্তনা তীর্থ অমদা স্নান তৌনবা হেক কুমথবদা চাওববা কুম্ভীর অমনা নাবু ফাবে। অর্জ্জুনস্মু কুম্ভীর অতুবু কন্ন কোনশিন্দুনা কংফাল তান্না পুথৎলক্লে।

অতুবু অওকপনি, কংফাল হেক য়ৌবগা কুম্ভীর অত্ত ফজবনা নুপী অমা ওনখ্রে। মত্ত উবদা অর্জ্জুন ওকপগী পন্দোল লোমখ্রে অমসুং হংলকই "নং কনানে?" নুপী অতুনা খুম্মকই, "এহাক অপ্সরানি। এহাক অমসুং এগী হওশিংনা মুনি অমগী মফমদ লাল্লুবদগী মুনিনা শাপ তৌদুনা কুম্ভীর ওন্দুনা পঞ্চতীর্থ অসিদ এখোই পুন্নমক লৈরিবনি। ঐব ংসি লানবিবা অসিগুম্না এগী হৈতা মরিবস্মু লানবিয়ু।" মা অসি তাবদা অর্জ্জুননা তীর্থ মরি অত্নদগীস্মু মখোই মরিবু লানবিবে।

অতুগী তুংদা অর্জ্জুননা প্রভাস তীর্থদা চৎলে। মফম অতুদগী শ্রীকৃষ্ণনা মহাবপু দ্বারকাদা পুতুনা চৎলে। কৃষ্ণ অমসুং বলরামগী সুভদ্রা কৌবী মচন ইবেম্মা অমা লৈরম্মি। মশক মতৌ য়াম্না নিংথৈজে। সুভদ্রাবু লৌগে হায়রসি অর্জ্জুননা খল্লকলে। শিংলনা শ্রীকৃষ্ণন মাগী মপুক্রিংগী ব অদু খংলে। মহাকস্মু অর্জ্জুনদা সুভদ্রাবু থাজনিংলম্মি।

অদুনা করম্না মবানি লৌন লৈনগদগে হায়রা অসি থনবা হৌরকই। রাফম অসিদা যুধিষ্ঠিরগী মবুক্লিং করিনো হায়রতুস্সু খংদোক্লবা মানা তুমিন্না তুত থাক্লবে। য়াম্না হবাওনা য়াবকপগী পাও ফংলে। অদুনা হৌজিক্তি অনিগী লুহোংনবা খুজিন শীনবা হৌরক্লে।

নোংমা সুভদ্রানা রেবতক কোবা চীংদা পূজা তৌবা চংলি। মতু উবদা অর্জুননা খুদোং যাম্না চাবে থন্দুনা লালগী ফীজান শেত্তুনা বথ তাংতুনা মফম অতু ভান্না চংলে। পূজা লোইবতুনা সুভদ্রানা মন্দিরদগী হেক মপাল থোক্লকপদা অর্জুননা মাবু বথদা থাঙ্গৎতুনা চেনখ্রে। দ্বারকাদা পাও অসি তকু তাবদা অথৌবা পূন্নমক খুৎসু খুংলাহ পুতনা অর্জুনবু যানবা তান্নবক্লে। বলরামদি শাওরনা মৈ থোর্কখ্রে। মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণ অতু যওবা থোক্লগদ্রা হায়তুনা সিপাইবা অমা পোকলে। অসোমদা দ্বারকাগী অকন অখোনগা ... ... নগা থংনতুনা লাল তৌবা হৌরক্লে। অর্জুন মথন্তুন বথসু খোনগ খুৎলাই পায়তুনা ময়ামগা লালথেংনবতু অরাবা অমা ওক্লে। মতু উবদ সুভদ্রানা অর্জুনদা বথ মহাক থোগে হায়রকই। নুপীগী থোনা ফবা অতু উবদা অর্জুন মথন্নাইদা য়াম্না পেনখ্রে অমসু নোক নোক্লতুনা সুভদ্রাদা শগোল চুপ্পি পিতুনা বথ থৌগল্লে। অদুম্না সুভদ্রানা বথ থৌরতুনা অর্জুননা ময়ামগা লাল পাব থৌবক্লে। মতৌ অসি উবদা শ্রীকৃষ্ণনা তাঙ্গা চাবে উতুনা ময়ামদা হায়রকই, "ময়াম্মক তাও, অর্জুননা সুভদ্রা হুবানব থোইনা লানফম থোক্কে। নুপী হুবান্দুনা লৌবা হায়রবসি ক্ষত্রিগী চৎনবী ওইবক্রিবনি। অদুগা অর্জুননা সুভদ্রা লৌবসু মতিক চাদব ... নি নিংদে। অতুগী মথক্ত সুভদ্রানা মশানা য়াদনা চৎপগী মতৌসু নংঙ, মতুগী প্রমাণদি অর্জুনগী বথ সুভদ্রা

মশামক্কা থোৌব। অতুনা ঐনা হায়নিংবদি লাল অসি তোক্তুনা ময়াম্না মখোইবু নিংথিনা পুবগা লুহোংবিবনা চুমগনি নিংই।" শ্রীকৃষ্ণগী ব্রা অসিদা ময়াম্মক চুম্মে হায়তুনা য়ানবে। অতুদগী য়াম্না নিংথিনা চাওনা স্তভদ্রাগা অৰ্জ্জুনগা লুহোংবিবে। অমুম্না চহি তবানিথোই হৌখ্রে। অতুদগী অৰ্জ্জুননা স্তভদ্রা অমসুং কৃষ্ণবলবামবু থাণ্ডবপ্রস্থদা পুবতুনা মুংঙাহনা মতম লেনবা হৌবক্লে।

---

## খাণ্ডব বন মৈ থাবা।

নোংমা কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা যমুন মপান্দা অমুম কোয়বিঙৈদা কোক্তা জটাপুবা মপিক মগুণ লেবব নিংথিজববা ব্রাহ্মণ অমা লাক্লে। মহাক্না হায়বকই, "এহাক ঙসিদি য়াম্না লাম্লে, ঐবু খবদং পিজো।" মখোইনা হংলকই, "করি হাবিনিংবগে ?"

ব্রাহ্মণ অতুনা খুমকই, "ঐহাক অহাও অথুম করিমতা চানিংদে। খাণ্ডব বন অসি চানিংহ মসি ঐঙোন্দা পিজো। ঐহাক অগ্নি (মৈ কৌবা লাই) নি। শ্বেতকী নিংথৌন চাওব-চাওববা যজ্ঞ তৌবদুদা মৈগী মশাগা মৈথুগন মুনি শংগী মমিং অতু শোক্লক্তুনা কনাস্থ যজ্ঞ তৌ হায়বা য়াদ্রে। মতুদ শ্বেতকীনা শিবগী য়াথংদগী ঐবু অশাবা ঘি য়াম্না পিজখ্রে। মতু চাবদা ঐগী হকচাং অসি শাথীনা শোক্লে। এগী ইতৌ অসি উবদা হবধৌ ব্রহ্মান — ঐবু খাণ্ডব বনগী উ, বা অমসুং শা উচেক পুম্নমক চাব জম্নবদি ফগনি তাকপিবকই। ব্রহ্মানা হায়বা মতুং ইন্না ঐহাক তবেংলক হন্না বন অসি তুম্না চাক্লে হোৎনক্লবে অতবু ঙমদ্রে। হৌজিকতি ব্রহ্মানা ঐবু নখোইদা হায়জকনবা থাবকপনি। অতুনা নখোইনা চম্নবা উপায় অমা তৌবো।"

মসি তাবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনিনা হাযববক, "ঐখোইদা মতিক চাবা শগোল, রথ অমসুং খুৎলাই পিনবিববদি ভন্না য়েংজগে।"

মা অসি তাবদা অগ্নিনা বরুণগী মফমদগী 'গাণ্ডীব' লিকং, 'অক্ষয়' তেন্দোং অমসুং 'কপিধ্বজ' হায়বা রথ অত্থ পুবক্লুনা অর্জ্জুনদা পিবে। অতগা শ্রীকৃষ্ণদা 'সুদর্শন' হাযবা চক্রগা 'কৌমুদকী' হায়বা চাওববা গদা অমগা পিবে। খুৎলাইশিং অসিগী অওকপা মগুণনি, শোকপদা শিদবা লৈতে। খুৎলাইশিং অসি ফংবদা মখোযন অগ্নিদা হাযবকহ, "হৌজিকতি বন অসি চাকপা হৌবিবো, ঐখোই মাইকৈ মরি ভাল্লগে।" অগ্নিনা হেক যেংবমক্তদা মাইকৈ মবিমক্তা অকিবা ফংনা মৈ চাকপা হৌবক্লে। শা উচেক, তীল কৌজেং, যক্ষ-বক্ষ, দৈত্য-দানব পুম্নমক অকিবগী মশক ফংনা লাও খোংলত্তুনা মাইকৈ মবিদা চেংস্তাবক পা হৌবে। অত্তবু অর্জ্জুনগী তেন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী চক্রগী মমাংদা কনাসু লিৎথোকপা ভমদ্রে। অমমম ওইনা মৈসু অত্তদা মথল্লাই থাবা হৌবক্লে। অশুম্না থল্লাহ্ পানব লক্ষা কযা মথল্লাহ থাখিবা, মশি লাকপা ভম্বা নত্রে। অকিবা ফংলবা ময়ি অত্তদা খাণ্ডব বনগী মনুংদা লৈবা পুখ্রি, কুহা পুম্নমক ত্রাং ত্রোং শৌখ্রে, মত্তদা লেবা ভা, থেঙ্গু, কুম্ভীবনচিংবা পুম্নমক অত্তম্মক যুত্তুনা শিবে। উ, বা, উবিনচিংবা মশক অমতা উথিদ্রে।

মৈগী অওকপা ফংলবা মতম অত্ত উবদা লাহ পুম্বসু কিবন, থক থক নিবলে। মতম অত্তদা লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রনা নুংশিৎ নিংথৌগা ইশিংগী মপুগা পুত্তুনা মৈ মুৎপা চৎলে। খাণ্ডব বন যৌবগা ইন্দ্রনা নোং চুহল্লে অমসুং কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা তমত্তুনা চি তুম, হুংতুম অমসুং বজ্র থাদরক্লে। অত্তবু অর্জ্জুনগী তেনগী মমাংদা পুম্নমক্তু

অরেম্বদা তাখ্রে। ফনা তোৎনতুনস্থ অর্জ্জুনবু মাইথীবা পিবা ভমজ্রবতুদা ইন্দ্র অতু মাবু হন্না হন্না থাগৎলম্লগা খোঙলোই ময়াম পুতুনা হনখ্রে।

সুমিৎ থরগী মতুংদা খাণ্ডব বন তুম্না চাকপা লোইরে। অকিবগী মশক ওইরবা মৈরক অসিদগী হিংহৌবদি — তক্ষককী মচা অশ্বসেন, ময় দানব অমস্থুং উরোক মচা মরি, মখোই তরুক অসিতনি।

খাণ্ডব বন চাকপা লোইরবতুদা অগ্নিদেবগী পেনবা লোইখ্রে। লাহশিংতু মুংঙাইরে। ইন্দ্রনা কৃষ্ণ অমস্থুং অর্জ্জুনদা বর নিনবা হায়-রকই। মতু তাবদা অর্জ্জুননা খুৎলাহ পুম্বা পিয়ু হায়না নিবে। মতুদা ইন্দ্রনা হায়রকই, "নহাক শিববু কন্না নিংতুনা পেলহল্লু। অতু ওইরবদি ঐহাক নঙোন্দা খুৎলাই মখল পুম্বা পিবা ভমগনি।" অতুগা কৃষ্ণনা হায়রকই, "ঐঙোন্দদি অর্জ্জুনগা মতম কুইনগী মরুপ ওইজবা বর পিবিয়ু।" ইন্দ্রস্থু "মতুমক ওইরো" হায়বম্মগা চৎখ্রে।

---

# সভা পৰ্ব্ব

অর্জ্জুনগী থৌজান্না মৈস্থুংদগী মথন্নাহ হিংলকপা অতুদা ময়-দানবনা মথন্নাহ কনবিবা মীগী করিগুম্বা থবক থবা তৌগে নিংলে। মহাক্কা অর্জ্জুনগী মফমদা মখুৎ লোম্নবতুনা হায়জরকই, "নংনা চানবি-তুনা ঐগী থন্নাই কনবিবে। অতুনা ঐবু নংগী থবক থরদং তৌনবা য়াথং পিনবিয়ু।"

অর্জ্জুননা হায়রকই, "নংগী থন্নাই হিংহৌবসিদা ঐ ওস্থোক্না মুংঙাইবে।" অতুগী মথক্তা নংগী তৌবিমন থংবগী ম্নাঙাংসি তাবদা অমুক্না হেন্না পেল্লে। ঐগী দমক্তি নহাক করিমতা তৌগন্থু।"

বা অসিদস্থু ময়দানব অদু মথরাইদা পেনবা লৈত্রে। অসুক চাওরবা কান্নবা তৌবিবা মীগী ফরিগুম্বা কান্নবা অমতং তৌত্রিমখৈ মহাক মপুক্কিং তপথবা লৈত্রে। মহাক্না হন্না হন্না অর্জ্জুনদা হায়জবা হৌরক্লে। মাগী মপুক্কিংগী বা অদু খঙলম্বনা অর্জ্জুননা মমৈথংদা হায়বকই, "ফরে, নহাক শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা মতুং ইন্না কবিগুম্বা থবক অমতং তৌবদা ঐহাক্কী কান্নবা ওইগনি, মতুনা ঐগী অপেনবস্থু ওইগনি।"

মদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বকই, "ময়দানব! নহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজসভা অমা শাও, মদু পৃথিবীদা নত্তনা স্বর্গদা ফাওবা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা। মদু হেক উবদা লাইশিংনা ফাওবা থাগৎনগদবা।"

য়াথং অসি ফংবদা ময়দানব অদু নুংঙাইবা থম থেংলে। মহাকতি ইচম চম্বা মী নত্তে। লাইশিংগী মরক্তা বিশ্বকর্ম্মানা খ্বাইদগী খুৎশা হৈবা হেনবগুম মহাকস্থু দানবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেনবনি। মহাক মশামক বিশ্বকর্ম্মাগী পরুয়ানি। মমাংথৈঙদা মহাক্না কৈলাস পর্ব্বতকী অরাংদা দৈত্যরাজ বৃষপর্ব্বাগী অভকপা ফংলবা যজ্ঞশঙ অমা শাখি। হৌজিক শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ফংবদা মহাক্না মফম অদুদা চত্তুনা যুধিষ্ঠিরগী রাজসভাগীদমক হেবা মণি মুক্তানচিংবা মমল য়াম্নবা পোৎচৈ ময়াম লৌরুবে। মফম অদুদা বিন্দ সববদা বৃষপর্ব্বাগী সনাগী গদা অমগা বরুণগী দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অমগা লৈরম্মি। ময়দানবনা মদুস্থু পুবক্তুনা ভীমদা গদাদু অদুগা অর্জ্জুনদা মোইবুং অদু পিবে।

অদুগী মতুংদা হুমিং শবনিগী মনুংদা পোৎচৈ চংগদবা পুন্নমক লাওতুনা ময়দানবনা রাজসভা শাবা হৌগৎলক্লে। অমরোমদা

ময়দানবকী খুৎশা হৈবগী মথক্তা চংগদবা পোৎচং অন্নাৎপা লৈতবনা মহাবাজ যুধিষ্ঠিবগী বাজসভা অতু অস্তুক্কী মতিক ফজরবা শক্তম অমা ওইখ্রে, মতুদি— হেক য়েংলুবা মী পূম্বা ভকপনা শুমহৎখিতুনা থাগৎ-পগী লোইবা থম্বা লৈখিদ্রে।

অওইবমক বাজসভা অতু চিন্না হায়তুনা মতিক চানা ফোং-দোকপা ঙম্বা নত্তে। মফম পুন্নমক্তা হেবা মণি মুক্তানা থাম্মি। মবক মবক্তা মখল মখা অয়াম্বগী উ-ন্নানা লৈতেংই। মখোইপূম্বতু লুপানা শাবগা মনানা সনানা ওই অতুগা মণিগী লৈশু মুক্তাগী উহৈ পাল্লি। হীবাগী ফীজংনা মাগুব পুম্বা শিনথুংনা থল্লি, মতুগী মঙালতনা মৈগুন্না ইঙাল ঙাল্লি। মফম চানা চানা ফজববা পুখ্রি থম্মি, মতুস্তু সনা মণি মুক্তাদনা শাবনি। হেক উবদা ইশিংগা চপ মান্নে। পুখ্রি মন্নাইতুদা মচু মখল মখলগী পাম্ব-কাংও শান্নবি, অতুগা অঙাংবা, অশংবা, অঙৌবা মথল কয়াগী থবো থম্বালনা পুমথল থল্লি। হেক য়েংবদা ফজববা মিৎফম হোংবা য়াদবা মওংনি। শুপ্পা হায়ববদা মাগুব অতুগী ফজবতু স্বর্গগী নি থৌ ইন্দ্রগী সভা ফাওবা হেল্লি হায়বা য়াই। ফজবা অতু উবদা মাদি থম্ব থমখো, লাই, গন্ধর্ব্ব, কিন্নব— পুন্নমক ভকপনা মিৎফম হোংনদে। মহাবাজ যুধিষ্ঠিবনচিংবা পাগুব মচিন মনাও পুন্নমক বাজসভা অতু উবদা নুংঙাইবগী ভমখৈ লৈখিদ্রে।

অস্তুমঙৈগী মতমদা নাংমা দেবর্ষি নাবদনা যুধিষ্ঠিবগী বাজসভা অতু য়েংবা লাকই। মহাকস্তু মাগুব অতুগী ফজব উবদা শুমহৎখ্রে অমস্তুংমশিং নাইদনা থাগৎলে। চৎলমদাইদা মানা যুধিষ্ঠিবদা হায়বম্মি, "মহাবাজ, ইন্দ্রক নৈনা স্বর্গদগী মর্ত্ত্যদ লাকপসিদা নংগী

নপা ইবুঙোগা উনরকই। মহাক্না নংবু রাজস্থূয় যজ্ঞ অমত্তং তৌহন্নিংই।"

নারদগী অঙকপা মগুণ অমা লৈ ; মহাক্তি স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল মরোল অহুম্মক চৎপা পুমঙম ঙম্মি। হেক নিংলকপদা মফম পুন্নমক্তা খুদক্তা থুংবা ঙম্মি। মহাক অসি ভগবানগী অথোইবা ভক্তনি হায়দুনা পুন্নমন্না লুনা হৌই। মহাক্কী মচিন্দগী মপাইবুঙোনা নিংবা পুক্নিংগী ন্না তাবদা যুধিষ্ঠিরনা বাজস্যুয় যজ্ঞ তৌগে হায়না কন্না নিংলে। অদুবু যজ্ঞ অদু পাংথোকপদি অবায়বা থবক নত্তে। পোংচংস্তু অওকপা ফংনা য়াম্মি। পৃথিবীগী নিংথৌ পুন্না মথা পোল্লহল্লগা যজ্ঞ অদু মতোল লোমগদবনি। মদু অনাইবা থবক নত্তে। মথা পোল্লু য়ার্দবদুনা লাল হৌদুনা মাইথীবা পিগদবনি। মদু নত্রিমথৈ যজ্ঞ তৌবা য়াদে। অদুমকপু যুধিষ্ঠিরগী মফমদদি যজ্ঞ অসি তৌবদা পংলু লুনদি থোক্তে। মবমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক মাগী য়েংথংবা পাম্বোম ওইনা লৈবিবি অদুগা ভীম অর্জ্জুনগুম্বা অকনবা মীনা মনাওনি। মদুগী মথক্তা অচৌ-অচৌবা নিংথৌ কয়াস্তু মাগী মীচং ওইরি। মবল মথুমগ্না অন্নাৎপা লৈতে। মতম অদুদা রাজস্থয় যজ্ঞ তৌবদা মতিক চাবা মীদি যুধিষ্ঠিরতনি। অদুমকপু মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগা তান্নদনা চাওববা থবক অসিদা খুং হেক থাবা ঙমদে।

মনাওশিং অমস্তং গুরুজনশিংগা তান্নদুনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু লৌক্লনবা দ্বারকাদা মা থাখ্রে। শ্রীকৃষ্ণস্তু ইন্দ্রপ্রস্থদা লেংলক্লে অমস্তং যুধিষ্ঠিরগী পুক্নিংগী ন্না খঙলদুনা হায়রকই, "মহারাজ! নংদি রাজাধিরাজনি নহাক্কী মী, লল, পাঙ্গল কবিমত্তা ন্নাংতে। অসিগুম্বা যজ্ঞ অসিমক তৌবদা মতিক চাই। ময়দানবনা শারিবা রাজসভা

অসি যজ্ঞ অসিগী মতিক চাবা মঙ্কমনি। অদুবু মসিগী মম্মাংদা মগধগী নিংথৌ জরাসন্ধবু হাম্ননা মাইথীবা পিথিবা তাই। নত্রবদি যজ্ঞ অসিদা অকায়বা য়াম্না লাকনি। মরমদি জরাসন্ধ হায়বসি য়াম্না কনবা অমস্তুং ফত্তবা মীনি। অদুগী মথক্তা চেদিরাজ শিশুপালনা মাগী সেনাপতিনি। মপাঙ্গলদা অমস্তুং ফত্তবা থবক্তা নাচুংবা লৈতবদা মহাকস্তু জরাসন্ধগা চপ মান্নে। জরাসন্ধনা ওৎপগী ৱা তারবদি—মহারাজশু ঙক্কনি। মহাক্না যজ্ঞ অমা তৌনবগীদমক নিংথৌ মরিক্কু-তরুকথক ফাদুনা বন্দী থম্লি। অদুগা নিংথৌ তরামরিদং বন্দী তৌবা ওম্নবদি ফত্রবা অতুনা অমুক্তদা নিংথৌ চামদু হাৎলগা যজ্ঞ অদু পাণ্ডথোক্কদৌবিবনি। মহাক্না ওৎপদা ক্ষত্রি নিংথৌ পুম্বা কিবনা পাথক্তুনা লৈনরবনি।"

শ্রীকৃষ্ণগী মচিন্দগী জরাসন্ধগী ফত্তবগী ৱা তাবদা যুধিষ্ঠির অদু কোকচাওবী কাখ্রে। মহাক্না থনখি—মীওইবনবু অস্নুক তমথীবা! মসিদি মীশা চাবা হিংচাবদগীস্তু হেন্না তোনবা লিচৎনি।

জরাসন্ধগী মরমচংকী ৱা তাবদা যুধিষ্ঠির অদু মবুক্লিংদা অকিবা পোক্লে হায়বা শ্রীকৃষ্ণনা উরে। মহাক্কী অকিবা অদু কোক্নবা মহাক্না অমুক হায়রকই, "অহানবদা জরাসন্ধবু মাইথীবা পিথিসি—অদুদগী রাজসূয়যজ্ঞ তৌনবা হোৎনসি। জরাসন্ধনা বন্দী থমলিবা নিংথৌশিং অদুবু থাদোক্লবদি যজ্ঞ মতোল লোম্বদা করিস্তু থনফম লৈত্রে। নিংথৌশিং অদু শোইদনা মহারাজগী নখা পোনবা অদুম্মক য়ারগনি। অদুগা জরাসন্ধ হিংলিঙৈদদি কনাগুম্বনা নিংথৌরেন ওইনবা হোৎনবদি অরেম্বনি। অদুমকপু মদুগী মরমদা করিমত্তা ৱাবা তৌবিরুগনু, এনা জরাসন্ধ হাৎনবা লম্বী শীন্দুনা লোইবে। মহাকপু হাৎপগী দমক লাল

অমুক চংগদবা লৈতে। থাজবিযু—ঐনে, অর্জ্জুননে, অতুগা ভীমনে ঐখোই অহুম চৎলগা লৌশিংনা মাবু হাৎকনি। মতুগী মবমদা কবিমতা চিংনবিরুগন্নু।"

মতম অতুমক্তদা ভীমগা অর্জ্জুনগা মক্ষম অতুদা লাকই অমস্যুং শ্রীকৃষ্ণগী য়া অতু তাবদা যুধিষ্ঠিবদা হায়বকই, "দাদা মহাবাজ, স্না পুক্লিং চিংনবিগন্ন। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিববদা ওইদবা থক ওইবোই। শ্রীকৃষ্ণগী মতেংনা ঐখোইনা মাইপাকপা শোইদবনি।"

মখোইগী মন্না তাবদা যুধিষ্টিব অতু থাজবা পাক্লে অমস্যুং ভীম, অর্জ্জুন, শ্রীকৃষ্ণবু মগধদা চৎনবা যাথং পিবে।

'গিবিজত' কোবা সহব অমদা মগধগী কোন্নুং ওই। সহব অতু ব্রাংলবা চীংজাও মঙানা ইকোই কোইশিল্লি। মতবু হন্নাই লাইনা অমদি ইখঙ খঙহৌদনা জয় তৌবা হাযবসি যান্ন লুবা থবন্নি। মবম অসিনা লালগী জীজেৎ শেত্নুনা কোন্নুং তান্না চৎবা হাযবসি অবাহবা পোৎ নত্তে। মসি খঙতুনা শ্রীকৃষ্ণ, ভীম, অর্জ্জুন মখোয় অহুম্মক ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেওুনা চীং লম্বীদা চংলক্লে।

লম্বীদা মখোইনা কোশল, মিথিলানচিংবা লেপাক কয়া অমস্যুং সরয়ু, গঙ্গা, শোন অসিনচিংবা তুবেল অচৌবা কয়া লাম্থোক্তুনা লাক্লম্মি। মমৈগংদা মখোইনা সহব যৌবক্লবদা হহান হানবদা সনথোংদা লৈবম্বা নিংথিজববা লানঙম যুম্বী অমগা চাওববা তুন্দুভি অহুমগা থুগাইবে। অতুদগী লৈবেংবীশিংদগী লৈ-পবেং থবা লৌতুনা শিজিল্লে। মখোইগী মতৌ অতু উবদা সহবগী মী পূম্বা কিবনা পাগৎনবে। কনা-মতস্নু মখোইবু থিংবা খোৎপা লৈত্রে।

মতম অতুদা জবাসন্ধদি যজ্ঞ তৌবম্মি। শ্রীকৃষ্ণ, ভীম, অর্জ্জুন

মখোয় অহুমস্থু অপনবা লৈতনা মাগী মনাক্তা চংলক্লে। মখোয়বু উবদা জরাসন্ধনা ব্রাহ্মণনি হায়না খন্দুনা য়াম্না লুনা তন্নাম তবাম ওক্লে। মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা মবুক্লিংদা মথন্তা নোকই।

অহানবদা জরাসন্ধনা শ্রীকৃষ্ণদা ব্রাহং অহুম মবি হংই। মতু পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না কবেম কথাইননা খুমই অমসুং থৌওই উশিত্তবা লমচৎ চৎলি। মতুদা জরাসন্ধতু মবুরিংদা চিংনবা অমা পোক্লক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা মতু খঙলদুনা হায়বকই, "জরাসন্ধ, নংনা ঐখোয়বু অতুক লুনা তৌবগী কান্নব লৈতে। এখোয় নংগী থৌজান ফংগে লাকপা নত্তে। ঐখোইদি নংগী যেক্লবনি, নংবু লাক্কে হায়দুনা লাকপনি।"

শ্রীকৃষ্ণগী ব্রা অসি তাবদা জরাসন্ধতু পুমডক ডকখ্রে। মতৌ অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হায়বকই, "কবি থল্লিবনে জরাসন্ধ ?"

জরাসন্ধনা খুম্নকই, "নখোইবু ঐগী যক্লব ওবম্ন ওইগদো-বিবনো ? এদি নখোয়গী করি গুন্না ফংলনবসু তৌদে।"

শ্রীকৃষ্ণনা শাওনা হায়বকই 'মতুদি নহাক হায়ফম খঙদন তৌবে। ক্ষত্রি নিংথৌশিংবু নংনা শাথীনা ওৎলে। পৃথিবীগী ক্ষত্রিপূর্ণ নহাক্কী তমথীনা যক্লবনি। এখোই ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেন্দুনা লাক্লবসু নং হাইফেংতি খঙলবিনি, ঐখোয় ব্রাহ্মণ অমতা নত্তে—ক্ষত্রি ডাক্কুনি। ঐনা দ্বারকাদা লৈবা বাসুদেবগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি, অদুগা মখোই অসিনা পাণ্ডুনিংথৌগীমচা ভীম অমসুং অর্জুননি। নংনা মবম লৈতনা মবাক্ত লৈত্রবা ক্ষত্রি নিংথৌ কয়াবু বন্দী তৌদুনা থম্লি। নং হৌজিক মখোইবু থাদোক্কুনা ঐখোইগী ইথা পোননা য়াগে হায়বগা য়াও নত্রগা লাল পাম্নগা লাল তৌ।"

জরাসন্ধ অত মহাক্কী মযুমদ অওয়া খঙহৌদনা য়েক্লবা চংলক্কনি

লাক্ত্রুনা বৃহদ্রথদা হৈনৌ অমা পি অত্থুগা হায়বকই, "মহারাজ হৈনৌ অাসি নংগী বাণীশিংদা পিজো, অদু ওইববদি মচা পোক্কনি।" মসিদা রাণী অনি অদু হবা পুবদুনা হৈনৌ অদু তংথাই থায়দোক্লগা তংথাই অমমম চাবে। মতম থরা লৈবগা বাণী অনিমক মচা পোক্লে। অদুবু অংকেপা মতৌনি, মথোই অনিমক মচা তংথাই অমমমতমক পোক্লে অদুগা অমতম্ব হিংদ্রে। নিংথৌ বৃহদ্রথনা মথোই অদু শিববনি হায়দুনা উমংদা হুন্দোক্লুনবা য়াথং তৌবে। লৈবাক অদুদা জরা হায়না কৌবা হিংচাবী অমা লৈবম্মী। মহাক্না নোংমা উমংদা অস্থুম কোইবকপদা অডাং তংথাই অনিদু থেংনরুবে মথোইদু উবদা হিংচাবাদু ন্তুংশিবা অমা পোক্লে। হিংচাবীশিংদি অডক অংকপা মহৈ য়াম্ন হে। মহাক্না য়াম্না চেক-শিন্না অডাং তংথাই অনিদু খুনগওুনা পুল্লপ পায় শল্লে অদুবু অঙকপনি! হকচাং তংথাত্ত অনিদু হেক শমনবদা হিংগৎলক্রুনা কপ্পা হৌবক্লে। বৃহদ্রথনা পাও অাসি তাদুনা জরাগী মফমদগী অডা অদু পুদুনা লাক্লে অমস্থুং জরানা শমজিন্নবদগী ওইখিবা অডাংনি হায়দুনা মমিং 'জরাসন্ধ' থোল্লে। হায়বিব জরাসন্ধ অদু মপাঙ্গলদা মপা লৈতনা কন্দুনা ওসি মগধগী নিংথৌ ওইবি-বসিনি।

শ্রীকৃষ্ণদি মবম পুম্নমকসি নিংখিনা খুড়ই অকনবা অনিনা অমনা অমবু লাকচবা ডম্নদনা পোত্থাবা লৈতনা শোক্লবকপসি ন্নমিৎ তবা কুমদোহান শুজিল্লক্লে। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা কান্নবরোই উবদুনা নাপী মকা অমা থৎলগা তংথাই তান শেগাক শেগাইদুনা ভীমদা দুৎলি। ইঙ্গিৎ অদু ভীম্না খঙলদুনা পরপ পবপ হোৎচিন্দুনা জরাসন্ধগী মথোড অনি মখুং নাম-নামনা পাম্বরগা থাঙ্গত্তুনা শাংনা

শেগাইরক্লে। মতুদা জবাসন্ধতু খাঙবা ঙমদতুনা মথৱাই অতুম্মক থাখ্রে।

মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং অর্জ্জুনগী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মখোইনা থুনা চৎখিতুনা কৈশুমশঙদগী, বন্দী লৈবঙ্গা নিংথৌশিংবু থাদোক্লুবে। বন্দীদগী নাম্লোকপা ফংবতুদা নিংথৌশিং অতু ঙমখৈ লৈতনা হবাওখ্রতুনা শ্রীকৃষ্ণ, ভাম অমস্তুং অর্জ্জুনবু থাগৎপগ লোহননা মখোইগী মথা পোনব য়াতুনা যুধিষ্ঠিরগী রাজসুয় যজ্ঞদ অচম অচম্বা মতেং পাংগনি হায়না রাশরুখ্রে—। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু মরেবাকতা হন্নবা য়াথং পিরগা জবাসন্ধগী মচ সহদেবদা মগধগী সিংহাসন পিরমতুন ইন্দ্রপ্রস্থদা ভীম অর্জ্জুনগা লোহনন হল্লক্লে। মখোই অহুম্না মমাই পাক্লা হল্লকপতু উবদা যুধিষ্ঠির অমসুং অতৈ লৈরিবা পূন্নমক নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈনখিদ্রে।

অতুগী মতুংদ য়াম্না চাওন যজ্ঞগী দমক লাঙবা হৌরক্লে। মতু শীঙগাতুনা লোইব ঙম্বা নাতে। মুনি,ঋষি, রাজ, মহার জ—রাজোন তৌব য়ারা মখৈ অমতা চিখদন বাত্তোন ঙম্না তৌখ্রে।

অসিগা লোইন-পোইননা ভীমনা নোংপোকলোমদ, অর্জ্জুনন অৱাংলোমদা, নকুলনা নোংচুপলোমদ অমসুং সহদেবন মখাবোমদা তেঙ্গোল পুত্তনা দিগ্বিজয় চৎপা হৌরক্লে। পৃথিবী শিনব থুংনা ৱ ৱা লাওনবক্লে। মাইকৈ মবিমক যুধিষ্ঠিরগী রাজসুয় যজ্ঞগী ৱাতা চাংনখ্রে।

অসুন্না মখোই মচিন মনাও মবিন লৈপাক য়াম্ন জয় তৌরুতুনা নিংথৌশিংদগী যজ্ঞগী দমক মমল য়াম্লবা পোৎচৈ ময়াম পুবক্লুনা ইন্দ্রপ্রস্থদা হল্লক্লে। কবি অমুক হায়গনি মখোইন কর্ণ ফাওবা

পূন্থনা লৈত্তেংবা নিপাদি শ্রীকৃষ্ণতনি। অতুন, পূজা অসি মত্তোন্দা তৌকম খোকই।"

রা: অসি হেক তাবদা সহদেবনা খোইদোক হেন্দোক্লা নিংথিনা লাংলবা পূজাগী পোংলম শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা পুশিল্লক্লে।

শ্রীকৃষ্ণদা খ্বাইদগী হেনব পূজাগী পোৎলম কৎপতুনা চেদিরাজ শিশুপাল অতু শাওবনা মে থোকখ্রে। শাওনিংবন' মশা অতু থক থক নিক্লতুন মহাক্লা ভীষ্ম অমস্যুং যুধিষ্ঠিরবু উশিত্তব রাংবা'না চৈরতুনা হায়বকই, "মী অস্তুক য়াম্ম লৈবিরৈদা কৃষ্ণন' নখো'ইগী নফমদ অগোহব' ওইববা? হন্নরতুন ভ'ষ্মগী রাখল অসিবু শেনান তুবান পংথ্ল থল্লব্রা? অড়াং ওইবিরৈদ গোয়ালাগী চাক্লা চাওরক্লবা, লৌনস্থা শাজংতা মপা লেত্রব, অতুগুম্ব কৃষ্ণন মাথোই মাংহেনবনি হায়বরা? অতুগ অমনা, রাজসুয় যজ্ঞ মফম অসিদদি মকোক ওইব নিংথৌতন অথোইবা পোৎলম ফংফম থোকপনি। কৃষ্ণদি কনি লৈপাক্লা নিংথৌ ওইতুনা অসিগুম্বা ইকাই খুম্নবসি ফংগদোনিবানা? সহদেব, খুদক অসিমক্তদা পূজাগী পোৎলম অতু পুবক্তুন' হাতোপ্প কন'গুম্বা অমদা পিয়ু।"

শিশুপালগী অসিগুম্বা চুমদবা রাঙাং অসি তানা' তানা মফম চাদে থন্দুনা কনামতম্ম অশাওবা উৎত্রে। পুক্চেল চাওরব' ভীষ্মনা মহাকপু কয় তম্না হন্না থেমজিল্লে। অতব পাপীশিংদি ধর্ম্মগী রা কদৌন্নুংদা লৌবা হৌনদে হায়বগুম্বদনা শিশুপালদি শাওবদমক হেনগৎখ্রে। মহাক্লা মী খরা খোমতুনা যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয় যজ্ঞ অতু থুগাইনবা ফাওবা হোৎনরক্লে।

শাথীরবা ইরাং অমা থোক্লক্কদোরে। মতু উরদা ভীষ্মন' য়াম্না

নিংথিনা শিশুপালবু তপথনবা হায়জবক্লে। অদুবু নাপল চাওববা শিশুপালনা নাওইনা তাথিদ্রে। মহাক্তি মমাংঙৈদগী হৌনা কৃষ্ণগী মফমদা ওঙ্খোর। শাথীনা শাওদুনা লাকপা নিপা অমনি ; অদুনা তপথবদি লায়রবদুনা কৃষ্ণদা হৌনদ্রবা রাজাশিংনা পবেং লেংদুনা চৈবা হৌবক্লে, মদু তাবদা মপূক তল্লবা সহদেব ফাওবা থাডবা ঙমশিল্লক্রবে। সহদেবনা শাওনা হায়বকই, "শ্রীকৃষ্ণবু হকাইব। পিবা মীদুদি ঐনা মকোক্তা খোঙপাক্লা কাওগদবনি।"

শ্রীকৃষ্ণসু মমৈথংদদি অশাঙবা ফাবা ঙম্লরুবে। যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞ অদু কায়গদ্রা হায়না কিবদগী মহাক্লা অংক কুহব স তুশিন্না থাডলকপনি। ইন্দ্রক্তি সভাদা তিল্লিবা মাপুম্বা য়েংলদুনা মহাক্না হায়বকই, "শিশুপালগী মবমচং অসি ময়াম পুন্নমক্লা নিংথৎনা উবিবে ঐহাক মাগী মমাগী মফমদা মানা তোব। মবাল চায়বক ঙাক্কনি য়াশকথিবনি। অদুবু ঙসিদি মাগী মবালগী মশি অসি হেনখ্রে, মাবু অমুক হন্না ঙাকপিফম থাক্তে।"

য়া অসিদা শিশুপালদি কবিস্ত নাচুংবা লৈত্তে, থাইন হেন্নদুম কৃষ্ণবু কবেন্নদুনা চৈবা হৌনক্লে।

মিৎন কুপ্পগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা অকিবা শক্তম অমা লৌদুন 'সুদর্শন' চক্র কৌখ্রে। থিন্দনা চক্র মখুত্তা যৌরক্লে। মাইকৈ মবি মঙালতনা পুমলং লংখ্রে। খংহৌদনা চক্র অদু শাইশিনাখদুনা শিশুপালগী মকক কক্লুবে। মদু উবদা সভাদা লেপিবা মাপুম্বা পুমঙক ঙকখ্রে। শিশুপালগী মাচংদা লেপ্রম্বা কংবুদুসু কিবনা মমাই হাইগৎনা লেপ্পা ঙম্মদ্রে।

অদুদগীদি যজ্ঞগী অকাযবা থাইনা থোক্তে। অপনবা লৈতনা

যজ্ঞ মতেৌল লোমদুনা তিল্লবিবা মী পুন্নমক মবৈবাক মবৈবাক্তা হন্নখ্রে। ভীম, দ্রোণ, কৃপনচিংবসু হস্তিনাদা হনখ্রে। দুর্যোধনগা শকুনিগতদ যুধিষ্ঠিরবগী রাজসভা নিংথিনা য়েং থিনি হায়দুনা লৈহৌই।

রাজসভা অদু য়েংবদা দুর্যোধনদি হন্না হন্না চোপ্পা য়াম্মা নংখ্রে। হিরণ মণি মুক্তানা থামদুনা শাবরা পুখ্রি অদুবু থাঙ্গৈশেংবা ঈশিং তুংবা মকর্মনি খনবা মহৈ। তাথংদুনা হক চংলুরে, মদু উবদা ময়াম্না রা রা হক নাক্লকই। দুর্যোধন্দু হকাহবনা নমাহদু ঈচপমুক ডাংখ্রে। অদুদগী অমক, থাঙ্গৈশেংবা পুখ্রিবু আশাবা ভইবরোই নিংদুনা লৌশাদনা চংলবদ মথা মবোল পুমচোং চোংলে, অদুগা থোঙনি খন্দুনা চংলুবদা থরাংদা মকোক ঈশিন্দুনা মকোক মরু মমাই মমিং পুমতং তংলে। অমুক্না য়াম্না হকাহবা চাপ্পা ন বসিদা মথক্নাইদু শাওনিংবন প্রোক প্রোক চাকখ্রে। পাণ্ডবশিংগী নু ডাই য়াহফবদু উবদা কল্লকপনসু লেফনা থডখ্রে। অসি য়া মাক্তা নায়াম্না নাক্লখিবগী হকাহবন নমাহ পুথা ডমখ্রে। পুন্নমক অসি খন্নবদা মহাক্না মাতকচংবা লম্মন মনক্তং খুমগে হায়রসি মবুক্কিন্দা কন্না থনখ্রে।

হস্তিনাদা হল্লক্লগা মানা শকুনিদা হায়বকই, "মামা! পাণ্ডবশিং অসি মখক য়াম্না হাহগৎলক্লে! ঐহাক মসি থাডহনা লৈবা ঙম্লক্রবে। করম তৌবগা মথোহ অসি অমুক্ত মবল মবাং তাকহন্দুনা লম্বীগী চাক্লবা পলহনগদগে, মদুগী লৌশিং অমতং তাকপিযু।"

শকুনিস্ মসিদা থোকহনবা পাম্নস্মিবনি। মহাক্না য়াম্না হবাওনা হায়বকহ "লাল তৌনদি নৈখোহনা মথোহবু মাঙহনবা ঙম্মবোই। ভীম, অর্জুনবু মাহথাবা পিবা ঙমগদবা পৃথিবীদা কনাসু পোক্তে।

অদুবু নহাক ঐনা হায়রবা মতুংইন্না থবক তৌবদি হবৌশিংনা মখোইগী মরল পুন্নমক নংগী ওইহনবা ঙমগনি।”

ঋা অসি তাবদা দুর্য্যোধনগী নুংডাইরবগী ডমথৈ লৈথিদ্রে। লাল ইতৌ তৌনদন পাণ্ডবশিংগী মশিং লাকচমদ্রব লন-থুম ফংগনি হায়রবা, অদুক খুদোং চাবা থবকপু মানা কবন্না থাদোক্কনি মানা য়ান্না লা। তক্লা হায়রকই, “মামা, হায়রিবো—ঐবু করি তৌ হায়রগে ?” ঐহাক নংনা হায়রদুত তৌগনি।”

শকুনিনা হায়রকই, “নংগী নপাহরুডোদা হায়রদুন যুধিষ্ঠিরবু চৌরব শান্নরবা কৌহল্লু। যুধিষ্ঠির অসি চৌবব শান্নবা য়ান্না পাম্বনি, অদুগ হেবাদ কয়া হৈতবান। ঐনা নংগী নহুত্তা চৌবব শান্নগনি, মতুদ পোন্ত অনাম ওইনা যুধিষ্ঠিরগী লেবাক, লনথুম, শগোল শামু, খোডমা লাম্না পুন্নমক লৌশিন্দুনা মখোইবু লম্বাদা লেপহনগনি।”

শকুনিগী লোশং অসি তাবদা দুর্য্যোধন নুংঙাইরবনা থুমহৎখ্রে। থিন্দনা মপাগী মনাক্তা চংলুনা ঋা অসি হৌদোক্লুবে

পাণ্ডবশিংগী নুংডাই-য়াইফবদু তাবদা মপুক্কিংদা নুংঙাইতবা পোক্লবা ধৃতরাষ্ট্র অদু হবাহ লাইনা মচাগী হৌনদবা ঋা অদু হেক য়াবা চমদ্রে। অদুবু দুর্য্যোধন্না ইতৎ তৎনা তক্লবদুদা মচা নুংশিবগী মেনা মমথিদুনা মমৈথংদদি য়াবদা তাখি। পাণ্ডবশিংগী মবমদা মহাক করিমতা হল্লুবা তৌথিদ্রে।

থিন্দনা চৌবব শান্নবা অচৌবা মাণ্ডব অমা শাহল্লগা ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুর থাদুন যুধিষ্ঠিরবু চৌবব শান্নবা বাক্তোণ তৌহল্লুরে। বিদুর অদু অতানবদদি য়াম্ন থিংনবা হোৎনজবাম্মি অদুবু ধৃতরাষ্ট্রনা হোংবা লৈখিদ্রবদুদা মহাক্কী গতি লৌথদ্রে।

যুধিষ্ঠিরস্থু ধৃতরাষ্ট্রনা কৌবত্তুদা য়াববা ঙমদ্রে। মরমদি, মতম অতুদা চৌবর শান্নবা হায়বসি ক্ষত্রিশিংগী অথোইবা ধর্ম্ম অমা ওই-রম্মি। অতুগা থোইদোকপদি যুধিষ্ঠিরস্থু চৌবর শান্নবসি য়াম্না পামজরম্মি। মরম অসিনা মানা মনাও মরিগা লোইননা হস্তিনাদা লাক্লে।

চৌবর শান্নবা হোরে। ছুর্যোধনগী মহুৎতা শকুনিনা শান্নে। মতৌ অসি উবদা ভীষ্ম অমস্থং দ্রোণনা ধৃতরাষ্ট্রদা শান্নবতু তোকহন্নবা য়াম্না হায়রম্মি। ধৃতরাষ্ট্রনা করিমতা ত্তাবা লৈথিদ্রে। শান্নফমদা মখোই য়াওনা ফমতু পামদ-পামদনা ধৃতরাষ্ট্র অমস্থং ছুর্যোধননা মপুক্লিং হুংডাইখিলোইদ্রা হায়তুনা কন্দা ত্তাখিরম্মি। যুধিষ্ঠিরদি শান্নবগী হচুম চুম্ব মওদা শান্নে অদুবু শকুনিদি লোনম্বা মশান্নবা অহানবদগী অতম্মবা হোবে। অস্তুম্না লোনমতুনা পোন্থা অমগী মতুংদা পোন্থা অমা যুধিষ্ঠিরবু মাইথীবা পিবা হোৎক্লে। মথং মথং যুধিষ্ঠিরগী লৈপাক, লনগৈ, শগোল শামু পুম্নমক মাওখ্রে। মতু উবদা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিছুর অতু শাওরক্লে, অদুবু রা ভাংনবা উপায়দি লৈথিদ্রে।

মমিৎ উদ্রবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা মরক মরক্তা হংলকই, "শকুনি! কনানা থোইরে?" শকুনিনা হনাও মানোক্কা লোইননা খুম্মকই, "নজা হৌবুংডে দুর্যোধন্না।" মতু ত্তাবদা মহাক্কা মপুক্লিং হুংডাইনা হায়রকই, "শকুনিসি শান্নবদি মাইহৈবোইরে।" অস্তুম্না মহাক্কা রাজাংদা পাণ্ডবশিংগী করিমতা থন্দবা অতু উবদা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিছুর শাওবগী মথক্কা অমুক্কা হেন্না শাওখ্রে।

যধিষ্ঠিরগী মবল মযুম লৈশিল্লক্কুবা অতুদা মনাও মরিবু পোন্থা ওইনা থাবা হৌবক্লে। ফজবা মীগী খুজিল থৌরাংদা তাখিবদগী

মাগী অফ ফওগী ৱাথল পুম্মাড মাওখ্রে। পোন্থা অতুমস্ত মাঙলে। মতু উবদা কৌবব কাংবুগী নুংডাইবগী ডমথৈ লৈখিদ্রে।

অতুদগী শকুনিনা হৌনা নোক্লতুনা হায়রকই, "মহারাজ যুধিষ্ঠির! হন্দক্তি কবি পোন্থা থাগনি? ঐহাক চৌবর হুনগদবগী ডাইতুনা লৈবে।"

যুধিষ্ঠিরনা খুম্লকহ, "হন্দক্তি ঐ ইশামক পোন্থা ওইনা থাবে।" মতু তাবদা তুযোধনস্তু মহাক মশামক্তা পোন্থা ওইনা য়ারে।

শকুনিনা চৌবব হুল্লে. পোমিং তারে। যুধিষ্ঠির মাইথীরে। মতৌ অতুদ। শকুনিনা খুবাক খুরতুনা মথংগী পোন্থা তোয়না তোয়না হংজিল্লকই। শাঙনিংবা অমস্তুং মথৱাই নুংডাইতবনা মম্লবা যুধিষ্ঠিরনা খম্বরুবা তৌদনা দ্রৌপদীবু পোন্থা ওতনা অমুক থারক্লে। মসি তাবদা তুর্যোধনগী হবাওবগী চমথৈ লেখিদ্রে। মহাক্তা শকুনিদা মথৱাই য়াওনা হায়বকহ, "মামা, হন্দক্তি শোইবিবা য়াদে। খ্বাইগী মরুদি হন্দক্কী পোন্থা অসিনি।"

শকুনিনা নোক্ল নোক্ল খুম্লকহ, "তুযোধন, মামা লৈবি, কবিমতা চিংনকগনু।" অসি হায়না হায়না চৌবব হুনবগা লোইননা লাওবকই. "যুধিষ্ঠির, য়েংউ, হন্দকস্তু ঐনা কৌবা পোমিং খাক্লগদবনি"

হায়বগা তৌবগা চপ মান্নরে; শকুনিনা কৌবা পোমিং তারে। যুধিষ্ঠির মাইথীবে।

থোক্লিবা থৌদোক মওং অসিদা ধৃতরাষ্ট্রতু সভাদা অমুক ফমথবা চুমদ্রে খওলতুনা কোনুং মনুংদা চংখ্রে।

তুর্যোধন, তুঃশাসন অমস্তুং কর্ণনা নোক্লশিল্লকপনা পাণ্ডবশিং অতু মথৱাই চাকপনা খাঙবা দম্লক্তরে। অতুগী মথক্তা তুর্যোধননা

য়াথং অমুক তৌরকই, "যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জ্জুন। নখোই নচিন ননাও মচামক হৌজিক্তি নিংথৌগী ফীজোন থাদোক্তুনা মীনাইশিংগী ফমফমদা চংত্নুনা ফম্মুবো। ডসিদগী নথোই ঐগী মীনাই ওইববনি।"

শাওনিংবনা ভীম অর্জ্জুনগী ঈ অত্থু ফোং ফোং শাবক্লে, অত্থুবু ময়াম্বা অহল যুধিষ্ঠিরনা খোউবী মরাইলূক্লা তুমিন্না লৈখিবনা অশাওবা অত্থু ফাত্থুনা অত্থুম্মক লৈবদা তাখ্রে।

অত্থুগী মতুংদা দুর্য্যোধননা দ্রৌপদীবু রাজসভা অত্থুদা পুবরুবা মনাও বিকর্ণ কৌবা অমদা য়াথং পিরকই। অত্থুবু মত্থু চুমদবা থবক্লি হায়ত্থুনা কন্না য়েক্তুনা মহাক চংলু হায়বা য়াখিদে। অসিগুম্বা ফত্রবা থবক অসি তৌগন্থু হায়ত্থুনা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিত্থুবনচিংবনা কয়া দুর্য্যোধনদা হায়রে, অত্থুবু কনামত্তগী মন্না মানা তাবা লৈখিদ্রে। নাপলনা ময়্নবা দুর্য্যোধননা কনাবুস্থ খৌওইবা লেতনা দ্রৌপদীবু সভাদা পুবরুবা দুঃশাসনদা য়াথং তৌবক্লে।

দুঃশাসনদি দুর্য্যোধনগী মতিক চপ চাবা মনাওনি। ময়াম্বগী য়াথং হেক ফংবগা হৌনা কবেম্নবা মীনোক নোক্লত্থুনা কোন্নং তান্না চংখ্রে অমস্তুং কনাগীস্থ মন্না তাবা লৈতনা দ্রৌপদীবু লৈবম্নিবা ফীভম অত্থুদা মশম লাক্তুনা শ্রো শ্রে লাওনা সভা ময়াই তান্না চিংলক্লে।

দ্রৌপদীবু উবদা দুযোধন, কর্ণনচিংবনা হৌনা হৌনা নোক্তুনা ডাংহৈদবা ব্রা ডাক্কা ডাংলক্লে। মত্থু তাবদা ভীম অর্জ্জুন অনিমক হোৎচিন্দুনা মথন্নাই লৌগে খৌরাংলক্লে। অত্থুবু যুধিষ্ঠিরনা খাম্বদগী মথা ক্রক ক্রক চিক্তুনা য়াম্না ন্নানা থম্মোইগী অচাকপা মৈ ফাত্থুনা লৈখি। পাম্বৈ লৈত্রবা ভীষ্ম দ্রোণ বিত্থুরনচিংবা পূন্নমকস্থ য়াম্না ন্নানা মথন্নাই ফাথত্থুনা লৈখি।

অদুগী তুংদা থৌদোক অমু শাথীনা তুক্কচরবা ফীভম য়ৌরক্লে। দুর্যোধননা শাগী লিচৎতা লুতোন য়োন' ময়াই কাখিদুনা হায়রকই, "দুঃশাসন, দ্রৌপদীসি হৌজিক ঐখোইগী মীনাই ওইরবনি। মীনাই মুপীবু ময়াম মমাংসিদা মফী লোথোকউ।" মসি হেক তাবদা পাণ্ডবশিং অমু খুঙহৌদনা মকোক্তা বড় তারকপগুম থোকখ্রে। সভাদুদা তিল্লিবা মী পুম্বা 'ইস ওস্থোকপা রানি' হায়দুনা মরায় ঙম্না লুকখখ্রে।

ফত্রবা দুঃশাসনদি হায়বগা তৌবগা চপ মান্নবা নিপানি। মহাক্না থিন্দনা হোৎচিন্দুনা দ্রৌপদীগী মফী চিংবা হৌরক্লে। পাণ্ডব মচিন-মনাও মঙামক হায়ফম খঙদনা মথন্নাই চাক্লবস্তু হায়নখিবা রানা পুন্দুনা মমাই লুকখদুনা পুম্নমকসি খাঙদুনা লৈখ্রে। গাঙ্গেশেংবা অথৌবগী ধর্ম্ম ঙাকখ্রে।

দুঃশাসননা ফী অদু কন্না চিংবা হৌরক্লবদা দ্রৌপদীনা উপায় অমা অমুক উরক্তদুনা খোঙেল রাংনা কপ্প কপ্লদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরকই, "হে অল্লাবা তারবগী মরুপ শ্রীকৃষ্ণ! ননাই নুপীগী ইকাইবা অসি অমুক্তদি কনবিয়ু।" ফত্রবা মীনা ওৎপিরবী সতীনা কপ্পুনা কৌরবদা ভগবাননা করম্না তুমিন্না লৈগনি? দুঃশাসননা দ্রৌপদীগী মফী অদু চিংথোকলিবা মথৈ শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল্লা লোইবা থম্বা লৈত্রে। অদুদস্ত নতুনা ফীগী মচু অহুম্ব'অশংবা, অঙাংবা, নাপু তোঙান তোঙানবা ঙাক্তনি। ফী মথং মথং চিংবদা দুঃশাসন অদু নুংশামপী তোল্লক্লে মখুদাং চোকথরক্লে। অদুবু ফীদি লোইবা লৈত্রে। মদু উবদা সভাদা লৈরিবা মীপুম্বা ঙকপগা পন্দোল লোমখ্রে সতীগী অসিগুম্বা অঙকপা মগুণ উবদা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিদুরনচিংবা ময়াম্বক মথন্নাইদা পেন্নখ্রে অমস্তুং দ্রৌপদীবু হন্না হন্না থাগৎনখ্রে।

ভীমদি তুমিন্না থাওডুনা লৈরদু ওয়াক্তুনা ওংলহুনা হায়রকই, "ঙসি সভা অসিদা তিনবিরিবা মী পূম্নমক তাবিয়ু. ঐহাক ব্রাশক্লবনি— ঙসি দ্রৌপদীনা ইকাইবা নংলিবা অসিগী দমক ফত্রবা দুঃশাসনগী মথবাক শেগাইদুনা ঈ-খুজোক তরেং থক্লুনা লম্মন থুম্বা ওমদ্রবা, অদু ওইংবদি ঐগাক মুমিং থানা পাল্লিবমথৈ কুম্ভীপাক কৌবা নরক্তা তাখ্রগে "

ভীমগী ব্রাশক অসি তাবদা সভা পূম্না কিংনা তুমিন তুমিন লৈনখ্রে।

অদুবু দুর্যোধন, দুঃশাসন অমসুং কর্ণদি খোইনা হন্না করেম্নবা হৌরক্লে। দুর্যোধননা করেম্নব কা হেন্দোকপদা দ্রৌপদীদা ফৈগল ফাওবা উৎলক্লে।

মতু উবদা ভীমনা অমুক্কা হেন্না শাওগৎলদুনা খুৎ হোৎনা হৌগত্তুনা সভা অদু থক্ থক্ নিকপ মখৈ লাওরকই, "ঐহাক অমুকম্ হন্না ব্রাশক্লি-বসিনি—ঐগী গদানা ফত্রবা দুর্যোধনগী মকৈ হেক য়েথেকপা ওমদ্রবা, ঐতা নত্তনা ইপা ইপু পূম্ব নরক্তা তাবা ওইখ্রসনু।"

হন্দক্কি সভাদা তিল্লিবা মীচুতা নত্তনা কৌরবশিংমু অথুকপা ব্রাথল অমা পোকখ্রে। থোক্লিবা থৌদোক অসি কোম্লুং মন্নুংদা সতী গান্ধারীনা তারক্লগা থিন্দনমক ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্তা চেন্দুনা হায়রকই, "মহারাজ! সভা ময়াইদা শাগেগী মোবু শাথীনা ইকাইবা পিরে, অদুগা মফম অসিদা করিগী তুমিন্না লেখোকপিরিবনো? হৌজিকমক চত্তুনা ফত্রবা নচাশিংবু থামজিনবিয়ু. নত্রবদি সতীগী মমিত্তগী তারকপা মপিনা লোইনমক তুম্না মাঙলগনি।" অসি হায়রিঙৈ তাঞ্জাসিমক্তদা কোম্লুং মনুংদা ফত্রবা থুদম কয়াম্মু উৎলকলে। মতু উবদা ধৃতরাষ্ট্রনা

মথন্নাই থ্নানা সভা তান্না চত্তুনা দ্রৌপদীদা থেমজিনবা থ্নাহৈনা হায়রকই, "ইমা! অমুক কপ্লগন্নু, নংগুম্বী শাগৈগী মৌ ফংজবসি লেমজনফম্নি। ঐগী ফত্রবা ইচাশিং অসি নংনা অমুক্ত। ঙাকপিয়ু। নংনা অপাম্বা বব নিয়ু, ঐহাক ননিং থুংনা পিগে।"

মতু তাবদা দ্রৌপদীনা মপুবোইবা মঙাগী লনথুম লৈপাক পুন্নমক অমুক হল্লিনবা অমস্তুং মীনাইদগী কোকপা হায়না নিরে। ধৃতরাষ্ট্রস্তু হায়বিবা পূন্নমক য়াবে অমস্তুং পাণ্ডবশিংবু কৌশিল্লহ্না ইন্দ্রপ্রস্থদা চত্তুনা অমুক নিংথৌ ওইরুনবা হায়বক্লে। অস্তুম্না পাণ্ডবশিংনা দ্রৌপদীগা লোইননা ইন্দ্রপ্রস্থদা হল্লক্তুনা অমুক নিংথৌ ওইহ্না পাল্লরে।

দুর্য্যোধনদি মপাগী থবক অসিদা মপুক্লিং ওন্থোক্লা মুংঙাইত্রে। মহাক্লা পাণ্ডবশিংবু লাকচগে খনবতু থোক্লবমক্তদা অমুক ইবাই লাইনা নাম্থোকখিবতু উবদা তপথনা লৈবা ঙমদ্রে। মুমিৎ খরগী মনুংদা মান অমুক পাণ্ডবশিংবু চৌবব শান্নবগী দমক কৌরুনবা মপাদা তরুবা হৌরক্লে।

ধৃতবাষ্ট্র অতু অহানবদা ফনা কল্লা য়াদে। গান্ধাবী, বিতুবনচিংবনস্তু য়াদনবা ইত্তং তত্তনা হায়রকই, অতুবু মমৈথংদদি মচা নুংশিবা মৈনা কনখিহ্না য়াথং পিখ্রে। যুধিষ্ঠিববু অমুক হন্না চৌবব শান্নবা ইন্দ্রপ্রস্থদগী কৌহল্লুরে। মপল্ মহারাজগী য়াথং ওইবনা যুধিষ্ঠিরস্তু ইন্দবা ঙমদহ্না মনাও মবিগা হস্তিনাদা লাক্লে।

শান্নবা শীল-লাংলে। হন্দকী পোম্বাদি—অপোবা কাংবুনা চহি তবানিথোই বন্দা চৎলগা চহি অমা লোৎপা। অবোৎপা চহিহ্দ থিব থঙলগনা অমুক চহি তবানিথোই বন্দা চৎপ—আসনি।

ৱাফম অসি মাইকৈ অনিমক য়ানবহুনা শান্নবা অমুক হৌরে। অহুবু ওন্থোকপনি, শকুনিগী লৌনম্বা মশান্নদা যুধিষ্ঠিরবু হন্দকসু মাইথীবহুন' লম্বীগী চাক্লিবা ওইখ্রে। ছুর্য্যোধন, ছুঃশাসন, কর্ণ অমসুং শকুনি মখোই ময়ায়া থাক্লা থাক্লা নোক্লহুনা অচোপ্পা ৱাহৈনা লংনবা হৌবক্লে। মতম অহুদা অর্জ্জুননা কর্ণবু, সহদেবনা শকুনিবু অমসুং নকুলনা কৌরবশা'গ তুম্না মাডহনগনি হায়না ৱাশকখ্রে। মহু তাবদা ধৃতরাষ্ট্রহু মিপাইখ্রে।

অহুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরন গুরুজন পুম্নমক্কী মফমদগী বিদায় লৌহুন মমা কুন্তীবু বিহুরগী মনাওদা থনম্লগা মনাও মবি অমসুং দ্রৌপদীগ লাইননা বন্দ চৎলক্লে। মখোইগী পুরোহিত ধৌম্যসু মখোইগ লাইননা চৎলে। পাণ্ডবশিংনা লম্বীগী চাক্লিব' ওইন বন্দা চৎপহু মদা হস্তিনাগী প্রজা অভাং অহল-লম্মন পুম্নমক মথৱাহ শাক্লা কপ্লখ্রে।

অশুন্না পাণ্ডবশি হু হস্তিনাগী ডমথৈ লাস্থোকখ্রে।

ছু শাসন্ন মশম লাক্লুনা চিংলকপদা দ্রৌপদাগী বেণা অহু থোকখি, মতম অহুদা মহাক্না ৱাশকখি—"ছু শাসনগী ঈ তেববা য়াহমবা পাণ্ডবকী মখুৎনা বেণী পুনবিদ্রিবা মথৈ ঐহাক পুনবা তৌখ্রবোই।"—মবম অহুনা মহাক্না বেণী অহুম্মক পুনবা তৌদনা বন্দা চৎখি।

অসোমদা নোংমা থঙহৌদনা দেবর্ষি নারদনা ধৃতরাষ্ট্রগী রাজ-সভাদা লাক্লুনা হায়রকই, "মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! নহাকথক্কগী কৌরব-শাগৈগি পাপ য়াম্না ফংলে। ডসিদগী চহি তরাহুমদোই মতুং

চুপ্পদা লাইগা ব্রাহ্মণগদা ভক্তি লৈবা অমম্তুং চংজরক্লবা মাবু য়োকপিবা মীনি। মহাক্না করিগুম্বা ব্রা অমতা ভাংবা তৌদনা ব্রাহ্মণশিং অতুগা লোইননা লাক্লে। অতুবু মথোইবু করি পিজ-পিথক তৌগদগে হায়বসিনা মাগী অথোইবা ব্রাথল ওইখ্রে।

লম্বী অস্থম চৎন-চৎন মহাক্না য়াম্না ব্রানা মথোইগী পুরোহিত ধৌম্যদা হংলকই, "করম্না এরনা অস্তুক য়াম্বা মীসিবু পিজবা ঙমগনি, মতুগী উপায় অমতা তাকপিয়ু। ননাই ঐহাক থনবদা য়াম্না ব্রারে।"

ধৌম্যনা হায়রকই, "মহারাজ! উপায় হায়ববু স্থর্য্যদেববু খুরুম্মু। মহাক্না অক্লাবা অসিদগী কোকহনবা ঙমগনি।"

অতু তানদা যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না অচেৎপা ভক্তিগা লোইননা স্থর্য্য-দেববু খুরুম্লক্লে। মতুদা স্থর্য্যদেবনা পেল্লতুনা মশামক লাক্লুনা হায়রকই, "মহারাজ, করমতা ব্রারুম্মু। চফু অসি লৌ। পাঞ্চালানা চাক হেক চাত্রবা থাওবা চফু অসি অথুম অহাও অচা-অথক্লা পিক থন্না ভত্তনা লৈগনি। নংনা পিজলিংবা মী মথৈ নপুক্রিং থুংনা পেন্না পিজবা ঙমগনি।"

যুধিষ্ঠিরনা মথক্লাই য়াম্না নুংঙাইনা চফু অতু লৌতুনা দ্রৌপদীগী মথুক্তা পিরে। দ্রৌপদীনা স্থর্য্যদেববু হন্না হন্না খুরুমতুনা চফু অতুগী মপান্না ব্রাহ্মণশিংবু পিজ পিথক তৌরে। অতুদগী মথোইনা কামাক বন্দা লাক্লুনা ধনগী মরমদা নৈনতুনা মতম লেনবা হৌরক্লে। মথোইগী অক্লানা অমুক থোইনা লৈত্রে।

হায়রিবা বন অসিদা তমথীরবা হিংচাবা অমা লৈরম্মি। মহাক্না মামংদি কিমীর কৌই। মহাক অতু ভীমনা একচক্রা নগরদা হাৎথিবা বক হিংচাবগী মনাওনি। কিমীর হায়রিবসি মশক মতৌ অকিবগী

মশক্লি। হিংচ য়াইতস্বদস্থ অঙকপনি। মহাক্‌' ড়ংপদ মুনি ঋষিশিং অমতস্থ তপস্যা তৌবা ওম্লরমদে।

পাণ্ডবশিংনা বন অদুদা লাক্লে তাবদা মহাক্লা ময়াম্ব' হাংখিবগী লম্মন খুমগে হায়ডুন' হাংলগে হোংচিল্লক্লে। অতানবদা ভীম তম্না হোংচিল্লকই। ভীমনা থাইন' থৌশাক্‌বা তৌদনা তপ্পা মনাক্তা হৌবা উজাও অম' পাক ফুক্তুনা কিম্মীর তম্না লংশিল্লক্লে। কিম্মীরনা মতু তাপ ভক্তুনা থাপ্পা হুন্দোকখ্রগা লেপ্পা তৌদনা চংশিল্লক্লে। মনাক য়ৌবক্লবদা ভীমনা থংহৌদন' পাকথখিডুনা মথোং অনিডু শুপকেন কোন্দুনা ব্রা ন' থাঙ্গৎলক্লে। অদুদগী শুন্দ্রদা উক উক মবি-মভাবক লৈবগা অমুকুং থাপ্পা হুন্দোকথিবদা চাওবব শুংপাক অমদ মকোব-য়ৈশিন্দুনা ময়াদা ঈ শুডুনা হিংচাবডু অচুম্মক মথরাই লাল্লে। মতু উবদা মুনিশিংনা পেনখ্রডুনা ভীমদা আশীর্ব্বাদ পৌনকই।

অসোমদা পাণ্ডবশিংনা বন্দা চংখিবডুদা দুর্য্যোধন. দুঃশাসন-নচিংবা মযাম অডু শুংডাইবগী ডমথৈ লেথিড্রে। অদুবু ধৃতরাষ্ট্রদি নাবদকী ব্রা অডু নিংশিংলুবদ মতম লৈবা খিবিক্তা পোথাফম খঙলমদে। মতু উবদা বিডুবনা হায়বকই, "মহারাজ, শনুক ব্রাবিকুবগী কবি কান্নখিগদগে ? থোক্লিবা থৌদোক অসিগী মরুদি নজা হবুড়ো-শিংননি। মথোইবু ব্রাবকপিবগা পাণ্ডবশিংবু অমুক কৌবিডুনা মবৈবাক হনবিথো। অডুতদা তুংগী য়াইফবা ওইগনি।"

বিডুবগী ব্রা অসি তাবদা ধৃতরাষ্ট্রডু ব্রাখল তৌথগত্রা হায়বগা থোইনা হেন্নডুম শাওখ্রে। পাণ্ডবন' নুংডাহ য়াইফব হায়বসি মহাক শুকপাম পান্নমদে। মহাক্লা বিডুবদ শাওনা হায়বকই "বিডুব! নহাক অসি মতম চুপ্পদা ঐগী হচাশিংগীন। ফত্তবা ব্রা অদুগা পাণ্ডব-

শিংগীনা অফবা রা ভাক্তা ভাংই। ঐগী ইচাশিং অসি নংগী য়েক্লবগুম তৌবিবসি কনিগীনো? নহাক ঐগী লৈবাক্তা অমুক থম্বা পামদ্রে, হৌজিকমক চৎখ্রো।"

রা অসি তাবদা বিদুর অন্থ মপুক্লিং রাবৌবগা লোইননা কাম্যক বন্দা পাণ্ডবশিংগী মনাক্তা চৎখ্রে। যুধিষ্ঠিরনা অহানবদদি বিদুর উবদা ধৃতরাষ্ট্রগী ফত্তবা লৌশিং অম। থংলক্লদুনা তাক্কে লাক্লিবোই থল্লম্মি। অদুবু বিদুরগী মচিন্দগী রা পুম্বা তাবদা হবাওনা তবাম তবাম ওকখ্রে।

রতরাষ্ট্র মত্থ বিদুর তান্থোক্লবদগী মপুক্লিং রাবা অমুক হৈনগৎখ্রে। বিদুরগী লৌশিংগা পাণ্ডবকী মপাঙ্গলগা তিন্নখ্রবদি কৌরব তুম্নদফম লৈতে। অদুনা মহাক্না মপুক্লিংনা পামদ্রবস্থ সঞ্জয়বু বিদুর কৌকনবা কাম্যক বন্দা থাবক্লে অমস্তুং নুংশিব রাহৈ কয়া হায়দুনা বিদুরবু হস্তিন দা অমুক কৌশিন্দুনা থমলে।

পাণ্ডবশিংগী মপুকচেল চাওবা অমস্তুং কনথৌবগী রা তাবদা লৈপাক পুম্বগী মানা মখোইবু নুংশিনৈ। হৌজিক কৌরবকী চক্রিনা মখোইগী মবল মথুম তুম্না মাওথিদুনা বন্দা চৎলে তাবদা ভোজ, বৃষ্ণি অমস্তুং যদুবংশগী অকন অথৌশিং অদুগা পাঞ্চালনচিংবা লৈবাক্তা শাগৈ ভাই পুম্নমক কাম্যক বন্দা লাক্লে। মখোই পুম্নমক চপ মান্ননা চহি তরাক্তমদোহ শুররা মতুংদা মখোইনা কৌরবপু মাডহন্দুনা যুধিষ্ঠিরবু নিংথৌ শে ইদনা ওইহনগনি হায়না হায়রকই। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীবু মথক্লাহ নুংঙাহনতনা মাইথোং লাংশিন্না লৈবা উবদা থেম-জিল্লকই, "দ্রুপদনন্দিনি! চহি থবা অসি তুমিন্না পুক্লিং ফাথদুনা লৈখো। চহি তরাক্তমদোই শুররা তুংদা নংবু ইকাইবা পিথিবা ফত্রবশিং অদুগী

মতু মচা পূম্বা মপুবোইবা কায়নবা মৈনা লৈমাইথক্তা ফন-ফোইদুনা শোইদনা কপ্পখিগনি।"

অস্তুম্না থেমজিল্লম্লগা ময়াম্মক্তু বিদায় লৌখ্রবা তুংদা পাণ্ডবশিংনা কাম্যক বন থাদোক্তুনা দ্বৈতবন্দা চৎখ্রে।

মথোইনা দ্বৈতবন য়ৌরবা মতমদা নোংমা থংজৌদনা ব্যাসদেব লাক্তুনা হায়রে, "ইবুঙো যুধিষ্ঠির, ঐহাক নংন্দা 'প্রতিস্মৃতি' হায়বা মন্ত্র অমা তম্বিগে। নংনা মড় অর্জ্জুনদা অমুক তম্বিয়ু। মদুগী মপাল্লা অর্জ্জুননা অথোইবা লাইশিংবু পেলহন্দুনা অফ অফবা খুদোলশিং ময়াম ফংবা ঙমগনি অদুনা পৃথিবী অসি ঙম্বা ঙমগনি।"

অসি হায়দুনা যুধিষ্ঠিরদা মন্ত্র অদু তম্বিরে। য়াম্না মতম্না অসিগুম্বা মতেং ফংবদা যুধিষ্ঠির অদু নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না থিন্দনা মন্ত্র অদু অর্জ্জুনদা অমুক তম্বিরে। অর্জ্জুননা অফবা নুমিৎ য়েংদুনা ময়ামদগী বিদায় লৌবগা লাইশিংবু পেলহন্নবগী দমক তপস্যা তৌনা চৎখ্রে।

অর্জ্জুনা অস্তুম লাকপনা হিমালয় চিংজাক লান্থোক্তুনা ইন্দ্রকীল হায়বা চিং অদু য়ৌরক্লে। মফম অদুদা তপ্রেনবা শক্লম লৌবা ইন্দ্রগা থেংনরক্লে। অর্জ্জুননা মমৈথংদা অচুম্বা মশক থজলক্তুনা খুৎলাই নিবে। মদু তাবদা ইন্দ্রনা হায়রকই, "অর্জ্জুন, নহাক হান্না মহাদেববু পেলহনখো, অদু ওইরবদি নংনা নিংবদু থুংগনি।"

ইন্দ্রগী ৱা অসিদগী অর্জ্জুননা মহাদেববু নিংবা হৌরক্লে। অস্তুম্না থা মৈরি হৌখ্রবা তুংদা নোংমা থংহৌদনা মহাদেবনা শাতানবগী ফীজেৎতা মনাক্তা লাক্লে। অর্জ্জুননা মহাকপু অচম্বা শাতানবা ওইরবোই নিংদুনা শক্তি অমগী য়াহৌদগী অকনবা লাল থেংনরে। মহাদেবগা

থেংনবা ঙালনি, অচম্বা নত্তে। তেন মথং মথং কাপ্লদা অর্জ্জুনগী তেন্দোং অদু তেন য়াওশিল্লক্লবে। কাপখিবা তেন পূম্বা অবেম্বা ওয়া তাখ্রে। মমৈথংদা মহাক মায়থীবা ফংলে।

অদুবু অর্জ্জুনদি অদুক লায়না মায়থীব য়াগদবা মাদি নত্তে। মহাক থিন্দনা অনৌব পাঙ্গল ফংননবা মফম অদুগী লৈবাক্লা শিবগী মুত্তি শাদুনা পূজা তৌব হৌবক্লে। মশা মথন্তবু কাওথোকচবা মখ্য ভোলানাথন মমাংমক্তদা য়েক্লবা অর্জ্জুনগী শক্তি অদু উবদা য়েক্লবগী রাখল কাওখ্রে। অর্জ্জুননা কপ্পা লৈপুম্বা বাধ অদুগী নাকোংদা তারুরে। মত উবদ অর্জ্জুনচু কপগী চমৈথ লেখিদ্রে। নমৈথংদা মহাক্ত ওৎশংনা থহলে, মতুংদা—বাধ অদু অবোনবা শক্তম লোব মহাদেবনি। অদুদগী মহক্ত বাধগী শক্তম লৌবিবা মহাদেবগী খুয়দা ডাকাংনবা নিজবক্লে। মতুদা মহাদেবনা নখ্রহনা 'পাশুপত' হায়বা খুৎলাই অদু অর্জ্জুনদ পিবক্লে। হায়বিবা পাশুপত কৌবা খুৎলাইস য়াম্ন মগুণ চাওবা খুৎলাইনি। মতুনা সৃষ্টি পৃথিবসি মিকুপ অমগী মনুংদা হবাই লাননা মাংহনবা ঙম্মি। মদু ফংবদা অর্জ্জুনগী চবা ভুবগী পন্দোল লামখ্রে। থংহৌদনা মফম অদুদা লাকশিং অতৈ অতৈম্ব লাকুনা অর্জ্জুনদা দণ্ড পাশ, শক্তি অসিনচিংবা মথল মথলগী খুৎলাই কয়া পিবনে। পূম্নমক অসি ফংবদা অর্জ্জুন অদু মশা মথন্তা মবাইবক ফে হায়না থল্লক্রে।

অদুগী তুংদা দেবরাজ ইন্দ্রনা অর্জ্জুনবু দোলাইদা হাপ্তুনা স্বর্গ তাম্না পুবগা অংক অচকপা মনা উবদি লায়রবদুনা নমিং ফাওবা তাবা ফংড্রিব খুৎলাই কয়ামরুমস্ত পিরে।

য়ৌকাৎত্রিবৈনা কনামতা চৎপা ঙম্মরক্করে। দ্রৌপদীদি জ্ঞান মাঙহুনা তুহুনা লৈখ্রে। মহু উবদা ভীমনা ঘটোৎকচবু নিংশিংলকই। মিৎন-কুপ্পগী মঙ্গংদা ঘটোৎকচ য়ৌরক্লে অমসুং ভীমদা করি থবক লৈবগে হায়না হংলরে। ভীমনা মথোই পুম্ববু থিন্দনা বদরিকাশ্রমদা য়ৌহন্নবা তৌ হায়রবদা ঘটোৎকচনা ইরাই লাইনা ময়াম্মক পমথক্তুনা বদরিকা-শ্রম তান্না থিল্লে।

বদরিকাশ্রম অসিদগী অর্জ্জুননা স্বর্গদা কাখিবনি। পাণ্ডবশিং অহু মতম খরা মফম অহুদা লৈরে। মতম অসিদা নোংমা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লে। কদাইদগীনো মফম খঙদনা ফজরবা থম্বাল চামনিপাল অমথক দ্রৌপদীগী মমাংদা তাঙথরক্লে থম্বাল অহু মনমসু অঙকপা ফংনা নুংশি। থম্বাল অহু উবদা দ্রৌপদী অহু শুম-হৎখ্রে অমসুং অহুগুম্বা লৈ থরসু থিবিরনবা ভীমদা হায়জরক্লে। ভীমসু থিক্লনবা থোরক্লে। ফনা য়াম্না লাপ্না চৎলবগী মতুংদা মহাক্না চাওরবা পুখ্রি অমা থেংনরে। পুখ্রি অহুগী অরুবা ইশিং অহু উবদা মহাক্না ইরুজনিংহুনা পরপ পরপ কুমথরকপদা লম্বীদা য়োং মচা অমা শিরুম নারুম তৌনা তাহুনা লৈবা উরে। মহুদা ভীমনা ধমকা তৌহুনা লম্বীদগী চৎথোক্লবা লাওরকই।

মহু তাবদা য়োং অহুনা হায়রকই, "ঐহাক হোংগৎপা ঙমদরে, নংনা খরা থাংদোকপিয়ু।" ভীমনা করিমতা থৌওইদনা থাংদোক্কে হোৎনরুরে। অহুবু অঙকপনি, ফনা কন্না মপাঙ্গল অরৈ'মথৈ পুথোক্লুনা হোৎনহুনসু থাংদোকপা ঙমদরে। অহুদগী মহাক্না য়োং অহু অচম্বা নত্তে, শক্তম ওনবা মগুণ চাওবা কনাগুম্বা অমা ওইরমগনি

হায়না চিংনবক্লে। মতুংদা মবা মখোড হংনবকপদা অকনবা হনুমাননি হায়বা খড়লে।

মুংশিংকী মচা হনুমান হায়বসি অকনবা অমনি। মহাক্কা মপান্দগী ত্রেতাযুগতা শ্রীরামচন্দ্রনা রাবন নিংথৌবু শাগৈগা লোইননা তুন্না হাত্তুনা সীতাবু উদ্ধার তৌখ্রিবনি। সতী মরক্তগী অথোইবা সীতাদেবীগী ব্যদগী মহাক অসি যুগ মরি অমপ চৎখিবনি। অদুগা ভীমসু মুংশিং নিংথোগী মচানি। অদুনা হনুমানগা ভীমগা মচিন মনাও থোরহ। মশক খঙনবা মতুংদা মচিন মনাও অনিদু লুনা তৌনরে অমসুং হনুমাননা মথক্বাহ হবাগুনা পাণ্ডবশিংগী মতেং পাংগনি য়াবে অদুদনা ভীমদা থম্ব ল শাংফমসু তাকপিবক্লে।

কৈলাস পর্ব্বতকী মথক্তা পুখ্রি অচে বা অমা লৈ। পুখ্রি অদুদা হায়বিবা থম্বাল অসি শাংলি। হনুমাননা তাকপিবকপা মতুংইন্না ভীমনা পুখ্রি অসি তান্না লাক্লে অমসু, মশাং লাইদ্রবা ফজবরা থম্বাল শিংনা মকা ফন্না শাকাইংনা চথক্তা গাইহুন্না জগোত শাবদু উবরে। ভীমনা থম্বাস হেক্কে চংনুবদা হিংচাবা কাংবু অমনা থিংলবে। মদুদা ভীমনা শাণ্ডবদুনা ময়াম অত হাৎপা হৌবক্লে। মদু উবদা মখেই খব চেনখিদুনা মথোইগী মবুংে কুবেবদা পাও তম্নুবে।

ভীমনা দ্রৌপদীগী দমক্তা লৈ হেকপা লাক্লি হায়বা পাও তাবদা কুবেবনা মপুক্কি থুংনা হেক্তুনা পিথো হায়দুনা য়াথংতুম পিবক্লে। অদুনা ভীম অদু লে হেকপদা অন্নাবা অমুক ফংদ্রে।

অসোমদা ভীমনা হল্লকপা থীনবা অদু উবদা যুধিষ্ঠিবনচিংবা মচিন মনাও অতৈনা ঘটোৎকচবু অমুক কৌদুন মহাক্কা মতেংনা পুখ্রি অদুগী মপাল তান্না লাক্লে। পাও অসি তাবদা কুবেব মশামক মফম

অদুদা লাক্কুনা ময়াম্বু হরাও হরাওনা ওক্কনা মহাক্কী কোন্নুং আলকা পুরীদা পুদুনা চৎলে। মতম থরা মফম অদুদা হুংডাইনা লেল্লবা তুংদা পাণ্ডবশিং অদু বদরিকাশ্রমদা অমুক হল্লক্লে।

ইন্দক্তি মফম অসিদা মখোইনা হিংচাবা অমগা থেংনরবে। হিংচাবা অসিগী মমিং জটাসুর কৌই। মহাক অসি য়াম্না লৌনম চাওবা অমনি। ব্রাহ্মণ শাজিন্নদুনা লাক্লগা তাঞ্জা য়েংদুনা মহাক্না যুধিষ্ঠির, দ্রৌপদী, নকুল অমসুং সহদেববু হুবান্দুনা পুদুনা চেনখ্রে। অদুবু ভীমদদি মহাক্কী লৌশিং অদু চঙ-লাকপা ঙম্বা নত্তে। ভীমনা থিন্দনা কোকতান তান্নদুনা মহাকপু ফাবে অমসুং মবালগী মতিক চাবা মতক থুদেক্কুনা যমগী লেপাক্তা থাখ্রে।

অদুদগী অর্জুনবু ঙাইবা ওইনা পাণ্ডবশিং অদু গন্ধমাদন তান্না চৎলে। মফম অদুদা কুমিৎ খরা লৈবরা তুংদা নোংমা থংহৌদনা ইন্দ্রগী দোলাইদা তোদুনা অর্জুন অদু মফম অদুদা লাক্লে। চহি মঙাগী মতুংদা মচিন মনাও অমুক তিন্নবা ফংবদুদা মখোই পুম্নমক নুংঙাইবগী ঙমখৈ লেনদ্রে।

মতুং অদুদা মখোই অমুক কাম্যক বন তান্না অসুম লাকপদা লম্বীদা বিশখয়ূপ হায়না কৌবা মফমদা কুমিৎ খরা পোত্থাই। মফম অদুদা ভীমগী য়াম্না শাথীনা অজ্গরবা অমা থোকখি। মহাক্না নোংমা শাতানবা ১২পদ থংহৌদনা চাওরবা লাল অমনা মশা পুম্বা য়েংশিন্দুনা ফাখ্রে। ভীমনা মপাঙ্গল অবৈবমখৈ পুথোক্কুনা নাম্থোকুবা হোৎনবদা ঙম্বা লৈখিদ্রে। যুধিষ্ঠিরসু ভীমবু অসুম থিবকপদা মফম অদু য়ৌরক্লে। ভীম্না ওবিবা অজ্গরবা ফাওম অদু উবদা মহাক পাথৎখ্রে। যুধিষ্ঠিরবু উবদা লাল অদুনা হায়রককই, "নহাকসু নংগুম্না চন্দ্রবংশগী নিংথৌ

অমনি। ইমিং নহুষ কৌই, অগস্ত্য মুনিগী অভিশাপনা ঐহাক লীল ওন্দুনা লৈবিবনি। ঐহাক চানবা ফংলক্কবা মতম ওত্থোক্না কুইরক্লে, অতুনা লাম্বনা থাওবা চমশিল্লক্করে। ভীম অসি ঐগী বংশদা পোকপা ইচা ওইরবস্থ মহাকপু চাতুনা এগী অবাম্বা কোক্লবা তাবে। নংনা মসিদা মাবু কনগে হায়ববদি ঐগী ৱাহং থবগী পাওখুম পিযু, মতু ওল্লগা ঐনা মাবু থাদোক্কনি।"

লীলগী ৱা অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা ওক্না অমস্তুং কিনা খুল্লকই, "কবি ৱাহংনো হংবিয়।"

অতুদগী লীলগী মশক ওইরবা নহুষনা লুববা ৱাহং থবা হংলকই। যুধিষ্ঠিরনা মতুগী মতিক চাবা পাওখুম মথং মথং খুমথি। মতু তাবদা নিংথৌ নহুষ অদু পেনখিতুনা ভীমবু থাদোক্লে অমস্তুং মহাক মশাস্তু শাপ্তুগী কোক্কুনা স্বর্গদা কাখ্রে।

অসিগুম্বা তমথীববা থৌদোক অসিগী মতুংদা মুমিৎ থবা কামাক বন্দা লৈবল্লগা পাণ্ডবশিং অদু অমুক দ্বৈতবন্দা হল্লক্লে। মসিগী মনাক্তা লৈবা ঘোষপল্লী হায়বা মফম অদুদা ধৃতরাষ্ট্রগী ষণবী লাক্ষ অমা হেন্না য়োক্লি। পাণ্ডবশিংনা দ্বৈতবন্দা লাক্লে তাবদা নোংমা কর্ণগা শকুনি-গনা দুর্য্যোধনদা হায়বকই, "পাণ্ডবশিং অসি হৌজিক চাক্নিবগুম বন বনদা কোইচৎ চৎলি। মথোই মবল মথুম লৈবাক মাডথিবসিদা মথরাই নুংঙাইতনস্তু লৈবি। অতুনা মতম অসিদা নংগী মপাল নাইদ্রবা লন থুম অসি উরগা চাকপা অমুক হেনগনি। মতু য়েংবদা ঐথোই য়াম্না নুংঙাইবা অমা পোক্কনি। ঐথোহ নোংমা য়াম্না জাঁক-জমক তৌদুনা দ্বৈতবন্দা চৎসি।"

মসি তাবদা দুর্যোধন অদু মথরাহদদি য়াম্না নুংঙাইরবস্থ মপা

ইবুঙোনা য়াবক্কনি থাজদে হায়না মপুক্লিংদ চিনবপ তৌনা খুম্নকই।

শকুনিনা হায়বকই, "নপা ইবুঙোদদি ঘোষপল্লীদা ষণ যেংবা চৎলিবনি হায়গদবনি।" অস্তুম্না শকুনিগী ৱা মতুং ইন্না শীল্লহনা যাম্না চাওনা লাওহনা কোন্নুংগী লৈমশিং ফাওবা য়াওনা দুর্যোধন দুঃশাসন কর্ণ, শকুনিনচিংবা মযাম্মক দ্বৈতবন তান্না লাক্লে।

পাণ্ডবশিংনা লৈবিবা অহুগী মনাক অহুৱাইদা চাওববা পুখ্রি অমা লৈবম্মি। নোংমা গন্ধর্ববনিংথৌ চিত্রসেননা নুপী অঙাং পুহনা পুখ্রি অহুদ ইকুপ্ববৈ। মতম অহুদা দুর্যোধননা খোঙবু ময়াম পুহনা মফম অহুদা লাকপা অহু উহুন। চিত্রসেননা যাম্না নিংথিজবা ৱাহৈনা 'চৎথিনবা হায়কই। নাপল চাওববা দুর্যোধননা কবিমতা থৌওহদন' থোইনহুম শাওগৎলক্কনা মহাক্ক থৎনবহুম হৌবাক্লে।

কৌরবশিংগী মপুক্চেন ফত্তবগী ৱা অসি চিত্রসেনদি হান্নদগী খঙই। দুর্যোধননা মঙোন্দা ঊংলিবা লমচৎ মতাহুদা মহাকস্তু মুংঙাই ত্রহুনা মগুণ খঙহনগে হায়দুনা লাল থেংনবে। গন্ধর্ব লান্মীশিংগী মফমদা দুর্যোধন অহু মাযথাবে। মহাক্কী কাংব মনপ্পা অশিবস্তু যাম্না যাওবে। দুঃশাসন, কর্ণ, শকুনিনচিংবস্তু লেপ্পা ঙমশিল্লক্কহুন হৌহুন ঙম্না চেন্নখ্রে। অহুদগী চিত্রসেননা নুপীশিংগা লোইননা দুর্যোধনব ফাহুনা গন্ধর্বলোক্তা পুবাক্লে। কুরুশাগেগী মৌশিংনা কপ্পদ অতিয অসি পুমনিন নিনখ্রে।

থংহৌদনা নুপীশিংনা কপ্পগী খোঞ্জেল তাবদা যুধিষ্ঠিরন মপম থিবক্কুনা খোকলিবা থৌদোক অহু খঙলে। মহাক্কী মথৱাই অহু য়াম্না লাংতক্লবক্লে। মহাক্ক থিন্দনা ভীম অমসুং অর্জ্জুনদা দুর্যোধন নচিংববু গন্ধর্বগী মখুওগী কল্লুনবা যাথং পিবাক্লে।

যুধিষ্ঠিরগী য়াথং অসি তাবদা ভীম অর্জ্জুন্দি পুমণক ঙকখ্রে। কত্রবা দুর্যোধনগী চক্রিদগী মখোইনা অৱাবা তাবিবনি—অদুগুম্বা দুর্য্যোধন অদু ঙসি গন্ধর্ব্বনা ফাদুনা পুখ্রে, মসিদি য়াম্না নুংঙাইবা পাওনি। অদুবু মাব কল্লুনবা হায়বিবসি কবিগীনো? মসি খল্লদুনা ভীমনা হায়বকই, "য়াম্বুং, দুর্যোধনদি ঐখোইগী তমথীনা য়েক্কবনি, মহাক্না ঐখোইগী ইকমদা চৎখিবা লমচৎশিং অদুদি কাওবা য়াবা অমতা নত্তে। গন্ধর্ব্বনা মাবু ফাখিবা অমদি হাৎখিবদি যাম্না ফবা থবক্নি। মাবু ঐখোইনা অমুক কল্লু ফম থোকপ্রা।"

যুধিষ্ঠিরনা খুম্নকই, "ভীম, নহাক্কী ৱাখল অদু লাল্লে। মহাক্না চোম্লদি ঐখোইগীসু চোম্লনি। করিনা—মাদি ঐখোইগী ইচিন ইনাওনি। শাগৈ অমতদা ঈ অমতদা ঐখোই লোকপনি। মীতোপ অমগী মফমদা মখোইনা অমদি শাগৈগী মৌশ না চোম্লা নংবদু ঐখোইনা অস্লম্মক তুমিন্না যেংদুনা লৈথোকপা ঢ়ম্বু? মহাক্না ঐখোইগা লুংঙাইনদবদুদি ইমং মনুংগী ৱানি। মদুগা ... চোম্লা অমগ খৎনবক্লবদি ঐখোই ইচিন ইনাও মতাদা নাও,—ইচিন ইনাও চামগা মডানি। শাগৈগী ইকাই খুম্নবা ভাকপনা খুৎথংগী হেনবা ইথৌনি। ইচিন ইনাও মশেল যেংথিনদুনা শাগৈগী মমায় খুহনবা কদৌনুংদা হৌনদে।"

যুধিষ্ঠিরগী অসিগুম্বা পাওতাক্না থল্লবা ৱাসি তাবদা ভীম অমসুং অর্জ্জুন অনিদু মখোইগী অবানবা ৱাখলগী দমক মপাক্লিংদা ইকাইবা পাক্লে অমসুং অম্নক থিম্বা তৌদনা গন্ধর্ব্ব নিংথৌগা লান্থেংনবা চৎলে।

মাঙনবা থনবতনা মাগী পোথাফম ওই। মহাক্না কর্ণ অমসুং শকুনি হেক উনবদা য়াম্না ন্নাবৌবগা লোইননা হায়বকই, "নখোই অসি কয়ামুক অকনবনে হায়বা ঐ নিংথিনা থঙলে। নখোইগী নপান্দগী পাণ্ডবশিংগী মফমদা চোপ্পা নংবতা হেল্লে। নখোইগা ঐ অমুক মরুপ ওইববোই।"

মসি তাবদা কর্ণনা থেমজিনবা ন্নাহৈনা হায়বকই, "মরুপ, শাওথিনু। ঐহাক চসি ন্নাশক্লিবসিনি—পাণ্ডব মচিন মনাও মচা চংদুনা পৃথিবী জয় তৌবিবসি ঐ ইথন্তনা দিগ্বিজয় তৌদুনা নংবু থ্বাইগী মকোক থোংবা নিংথৌ ওইহনগনি।"

ন্না অসি তাবদা দুর্য্যোধন অদু শাওবা পুম্নমক ফথিদুনা চমথৈ লৈতনা নুংঙাইখ্রে। থিন্দনমক কর্ণনা দিগ্বিজয় চৎনবা শীল লাওখ্রে।

কর্ণ দিগ্বিজয়গী দমক থোরক্লে। মহাকস্তু মহারথী অমনি। মহাক্না অমগী মথংদা অমা পৃথিবীগী নিংথৌপুম্বা মায়থীবা পিদুনা হস্তিনাদা হল্লক্লে। মতুদা দুর্য্যোধননা হরাওথিবত্র পান্দমফম লৈথিদ্রে। মতম অসুক কুইবসি মহাক অর্জ্জুনগী মপাঙ্গল মথৌনা উবদা মপুক্লিং লাংতক্কদুনা লৈবক্লিবনি। হৌজিক্তি কর্ণগী মথৌনা উবদা মহাক্কী চিংনবা কোকখ্রে। মহাক্না য়াম্না চাওনা যজ্ঞ অমা তৌদুনা ব্রাহ্মণ অমসুং চাকনিবশিংদা লল থুম মপৈ মপৈ য়েনখ্রে।

যজ্ঞ লোইবকপ অদুদা, কর্ণনা অর্জ্জুন হাৎত্রিমথৈ কনাগুম্বনা নিরবা পোৎ অদু পিদন হলহনবা তৌখ্রোই হায়না ন্নাশকখ্রে। ন্না অসি তাবদা কৌরব পুম্বা নুংঙাইবগী মপাল নাইথিদ্রে। অদুগা যুধিষ্ঠিরদি মপুক্লিংদ অথুকপা অমা পোকখি, মরমদি কর্ণগী মশাদা

অমাং অতা লৈত্রবা কবচ কুণ্ডল পক্লিবা মথৈদি কল্লবা রাশক অদু ডাকপদা থোইনা চিংনফম লৈতে।

অসুমথেগী মতম অসিদা নোংমা দুর্ব্বাসা মুনিনা মহাক্কী শিষ্য লিশিং তরা পুবক্তুনা দুর্য্যোধনগী মফমদা আতিথ্য লৌবৈ। দুর্ব্বাসা হায়বসি য়াম্না শাওগনবা মুনি অমনি। করিগুম্বা থজিক্কং মাগী মফমদা লাল্লুবদা হিংফম লৈত্রে। মসি দুর্য্যোধনস্থু য়াম্না নিংথিনা খঙই। অদুনা মানা য়াম্না চেকশিন্না দুব্বাশাবু শিষ্যগা লোইননা পেন্নবা অচা-অথক লাওথি। মহাক্না নিংথিনা লাওবদুদা পেনখ্রদুনা দুর্ব্বাশানা চৎলমদাইদা বব নিজৌ তাকপিবকহ।

পাণ্ডবশিংগী মাঙনবা থনবতনা দুর্য্যোধনগী মতম চুপ্পদা মক্ক ওইবা রাথন্নি। দুর্ব্বাশাগী য়াথং তাবদা মহাক্না হায়রকই, "মুনিবর! ননাইবু বব নিজৌ তাকপিববদি নোংমতং দ্রৌপদীনা চাখ্রবা মতুংদা মুনিনা থৌজানবিদুনা শিষ্যশিং পুবিদুনা পাণ্ডবশিংগী আশ্রমদা আতিথ্য লৌবিরু।"

দুব্বাশাস্থু দুযোধননা নিংলিবদু থুংহনগনি হায়বম্লগা বিদায় লৌদুনা চৎখ্রে। রা অদু তাবদা দুর্য্যোধনগী নুংঙাইবা পন্দোল লোমখ্রে। মহাক্না খল্লকই, হন্দক্তি পাণ্ডবশিংগী হিংফম লৈরবোই। দ্রৌপদীনা চাক চাখ্রবা তুংদদি পাণ্ডবশিংনা শিষ্য মপৈ অমা য়াওনা দুর্ব্বাশাবু পিজবা কদোম্নুংদস্থু ঙম্লোই। মদুদদি মুনিগী শাওবা খম থেংলনি। দুর্ব্বাশানা শাওখ্রবদি লোইরে—শাপ তৌদুনা উৎ মবাইনা ওইজখ্রনি। পাণ্ডব লৈত্রবদি রারুফম কবিমতা লৈত্রে। অস্থুম্না মপুরিংদা মণ্ডল মণ্ডল থন্দুনা নুংঙাইবনা মমখ্রে। কর্ণ অমস্থুং শকুনিনস্থু দুর্য্যোধনবু লৌশিং শিংবদা শগোলসেল গুরুগা মান্নে হায়দুনা পংথাদা থাগৎখ্রে।

অচু অদা লাইবি। ঐহাকতুম য়াম্না থাঃ লাকপসিদা চাক য়াম্না লাম্মে, চফুদু অমুক্তা পুবকউ, থবা অবেম অবাক লৈত্রা য়েংগে।"

দ্রৌপদীদি শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অসিদা হান্নদগী অমুক হেন্না ৱাখ্রে। মহাক্না য়াম্না শাম্না খুম্নকই, "ওম্থোকপানি, এখু চাবা লোইখ্রে, চফুদা করিমতা য়াওদ্রে।"

অচুমকপু শ্রীকৃষ্ণনা হায়বকই, "পুদা পুবকউবা চফুদো। করিম্থু য়াওবমদবা হৌনদেদা ?"

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং শাবদা দ্রৌপদী অচু য়াম্না হেনিংদনা মমিঙা পিগী ইবা চেল্লতন মখৎ নিক্ত নিক্ত চাকথোং চফুদু পুবক্রে। শ্রীকৃষ্ণনা চফুদু লোবগ কে হয়েং য়েংবদা মতৌ অমদা চাক মরু অমতং পকপা উরে মচু লোবগা য়াম্না হৰ শনা 'জগৎকী আত্মা পূম্বা পেনবা ভক্তবৎসল হায়তনা য়া কাথোক্তুন' য়োংশিনখ্রে। মতু হেক লোইবদা পুক থন্না চাবদুগুম্না স্বৰ কুইনা হোল্লক্লে।

অসোনদা দুর্বাশাগা মাগী শিষ্যশংগা হকুর্জবিৱৈদা থংহৌদনা চাক পুক থন্না চাবগুম মবক ক থডুনা লেডবা খোৎপা ডম্নদ্রে। অহাও অথুম য়াম্ন চাতনা মশা লেথবগুম্না পূম্নমক লেথনবক্লে। মবুক থনমন-খিডুনা কনাগুম্বা শিষ্যিবগী আশ্রম ডান্না চৎপা ঙম্নদ্রে। য়াম্না ৱানা ইশিংদগী কাথডুনা ভোকবান অচুদা অহিংদু লেল্লে। লোংডাল্লকপগা দুর্বাশান মযাম অচু পৃচুনা মফম অচুদগী অচুম্মক হনখ্রে। পাণ্ডবপূম্বা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিগা লাইননা থুরুমজরে।

পাণ্ডশাসি দুর্যোধনগ তাবদা মপুরি অচু য়াম্ন নুংডাইত্রে। মচুনা হাক্না ডন ভাবকপ হায়বৰু কল্লকপগী পুকচেল অমুক

হেনগৎখ্রে। দ্রৌপদীতনা পাণ্ডবশিংগী য়াইফবগী মরুনি খল্লদুনা জয়দ্রথবু দ্রৌপদী হুবাল্লুনবা কাম্যকবন্দা থাবক্লে।

জয়দ্রথ হায়বসি দুর্যোধনগী মচল দুঃশলা লৌবা মশেন্নি, সিন্ধু-দেশকী নিংথৌনি। মহাক্না কাম্যক বন্দা চত্তুনা য়াম্না নরুববা ভাই-শেলগী মতৌ উণ্ডুনা পাণ্ডবশিংগী আশ্রমদা লাক্লে। মতম অদুদা পাণ্ডব মচিন মনাও কনামত আশ্রমদ লৈবমদে।

মথম অদুনা দ্রৌপদীন জয়দ্রথন হুবাম তরাম ওক্লে অমসুং হস্তিনাগী পাণ্ডু পূর্ণা হংলক্লে। অদুগা চাংদু উবদ জয়দ্রথনা নমদুনা দ্রৌপদীবু আশ্রম মন্দগী চিংথোক্লকুন রথদা থাঙ্গৎখ্রে অমসুং থিন্দনা রথ থোক্খ্রে।

কপ্তেন বক্তা মহৈ ফংদন নৌজুংদা লাক্লে। লাকপগী নোংদম্ম জয়দ্রথনা দ্রৌপদীবু হুবান্দুন চৎলিব লম্বী অদুদা ভীমসেন লাক্লম্মি। জয়দ্রথন ভীম উবা নথা লমাই থন্দুন হয় চেনগে লৌবাং হেক তোব খুদক্কুমক্তা লৈরন দুর্শিংকা মমা থান চেৎ চল্লক্কুনা। জয়দ্রথগী মশম পাযদুনা রথদগী চিংথবে। বজত মায়নবা কিনগা খুণ্ডুমগনা জয়দ্রথ অদু হৌগংলা ভমদবা মথৈ খুজিল্লক্লে। অদু অদুদ থংহৌদনা যুধিষ্ঠির মথম অদুদ লাকই। ভীমগী মচন্দগী ব্রা পূর্ব তাবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "নত্তে থবক ভৌরবগী মতিক চাবা মহৈ ফংলে। মহাকপু মথৱাইনমক্তি হাৎপ্রা রগন্থ। মতাক্না শিনবদি ইচল দুঃশলা অদু লুখ্রা ভৃহবগনি থাদোকাপিখ্রে"।

ব্রা আস ভীমদি কয়া য়ানিংদে, অদুবু মযাম্বগী য়াথ ওইবনা য়ানিং য়ানংদনা জয়দ্রথবু থাদোকপিখ্রে।

ইকাইবগা, নুংভাইতবগা অমসুং শাওনিংবগা তিন্নখিদুনা জয়দ্রথ অদু হস্তিনাদা অমুক হনদ্রে। মহাদেবদগী পাণ্ডবশিংবু মায়থীবা পিনবা বর নিনবা কৈলাসতা লাইনিংবা লাক্লে।

মহাক্না মথরাই য়াওনা নিংজবদুদা মহাদেবনা পেল্লদুনা মশামক লাক্লুনা অপাম্বা বব নিজৌ তাকপিবক্লে। জয়দ্রথনা মহাক্না পামজবা বব অদু নিবকপা তাবদা মহাদেবনা হায়বকই, "অর্জ্জুন নত্তনা অতৈ পাণ্ডবকী মচিন মনাও মবি নংনা মায়থীবা পিবা ঙমগনি। অর্জ্জুনবু দি লাইমরুস্থ মায়থীবা পিনবা পাঙ্গল লৈতে।"

বব অসিনা জয়দ্রথ অদু পেল্লদুনা হস্তিনাদা হল্লক্লে।

অসোমদ বন চৎপগী মতম লোহশিল্লকুবা অদুদা যুধিষ্ঠিব অদু কর্ণগী রাশক নিংশিংলুবদা মপুক্লিং তপথব ঙম্লক্লে। কর্ণগী অমাং অতা লেত্রবা কবচ কুণ্ডল অদুনা যুধিষ্ঠিববু অরাবা রাখল খলহনবগী মরু ওইব৷ মবমনি। দেববাজ ইন্দ্রনদি অর্জ্জুনবু কন্নবগী দমক নিংথিবা পাস্বে অমা শেমখ্রে।

নুমিৎ খুদিংগী ইরুজববা তুংদা কর্ণনা থুমিৎপু খুরুম্মি। মতম অদুদা মহাক্ন কনাগুম্বা নিবব৷ মাবু নিংবা থুংহন্দবা তৌদে। রাশকখিবা মতুংইন্ন নিববা পোৎ অদুতা অমুক থন্তব৷ তৌদনা পি।

নোংমা খুদোং চাবা য়েংদুনা ইন্দ্রনা ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেত্তুনা কর্ণগী মনাক্তা লাক্লে অমসুং কবচ কুণ্ডল নিবরে। নিববিবা নিপা অসি ইন্দ্রনা অবোনবা ফীজেৎ লৌদুনা লাকপনি হায়বা কর্ণ অদু সুয্যদেবনা হান্না তাকপিখিদুনা থওই! অদুব মশাগী অমাঙবনি হায়বসি খঙনা খঙনা মহাক্ন রাশক কায়বা পামদদুনা ইন্দ্রদা কবচ কুণ্ডল পিবে। মদু পিবা মতমদা মহাক্না ইন্দ্রদগী 'একঘ্ন' হায়বা

খুৎলাইত্নুমা নিহৌরে। খুৎলাই অসিনা অথন্নবা অকনবা নিপা অমতবু হাৎপা য়াই। ইন্দ্রনা খুৎলাই অদু পিবা মতমদা কর্ণদা হায়বকই, "খুৎলাই অমতনা নশা কনবা ওয়ন্তুবা মতমদা 'একঘ্ন' হায়বা খুৎলাইসি শিজিন্নগদবনি। অমুক্তং শিজিন্নবব' মতুংদা এগী খুৎলাইসি ঐডোন্দা অমুক হজিল্লকপা ওইগদবনি।"

দেবরাজ ইন্দ্রগী লৌশিংনা কর্ণগী কবচ কুণ্ডল লৌথোক্লে তাবদা পাণ্ডবশিংগী নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে, অদুগা কৌববশিংদি অৱাবা য়াখলদা লুপখ্রে।

অসিগী তুংদা পাণ্ডবশিং অদু দ্বৈতবন্দা অমুক হল্লক্লে। মতম অসিদা নোংমা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লে। শজি অমগী মচিদা ব্রাহ্মণ অমথক্কী যজ্ঞগী মৈ থাগৎনবা শং অদু লৌ দুনা পুদুনা চৎখ্রে। মন্থদা ব্রাহ্মণ অদুনা পাণ্ডবশিংগী নফমদা লাক্লুনা শজি অদু ফাবিনবা হায়জরবে। পাণ্ডবশিংনা শজি অদু ফানবা কোইতান তান্নবক্লে, অদুপু ফাবা ঙমদ্রে। অসুম তান্নবকপদ যুধিষ্ঠিরনা য়ামনখ্রুনা উ অমগী মখাদা পোত্থাবগা নকুলদা ইশিং থনা পুবরকবা হায়বকই।

নকুলনা ইশিং অসুম থিবকপদা পুখ্রি অচৌবা অমা থেংনবে। মহাক্না পুখ্রি অদুদ হেক কুমথবা মতমদুমক্রুদা উবোক অমনা মাবু কৌরদুনা হায়রকই, "অহানবদা এগী য়াহংগী পাউখুম পিথো, অদুগা ইশিং শোকউ। নত্রবদি নথরাই শোইদনা মাদগনি।"

য়া অসি নকুলনা কবিমতা থৌশাদনা ইশিংদা কুমথবক্লে। ইশিং হেকশোকপগা মহাক শিরে।

নকুল হল্লকপা থীনবা অদুগ যুধিষ্ঠিরনা সহদেববু পমুক থাবক্লে। অদুবু মহাকসু পুখ্রি অদু য়ৌবকপদা উবোক্তা ব' অদু থৌশাদনা

ইশিংদা কুম্লুবদগী মথৱাই থাবে। অদুগী তুংদা ভীম, অর্জ্জুন অনিস্থ মথং মথং লাকপদা পূন্নমক চপ মান্নবা দশা অদু তাবে।

মমৈথংদা যুধিষ্ঠির মশামক মফম অদুদা লাক্লে। মনাও মরিনা শিংনা লৈবক্তু উবদা মহাক ৱাবগী ভমথৈ লেখিদ্রে। খোঞ্জেল ৱাংনা কপ্পা হৌবক্লে।

মতম অদুদ উবোক অদুনা হায়বকই, "যুধিষ্ঠির মহারাজ! নৈন নংগী নানাওশিং অসির হাৎপনি। ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পিদনা মথোইন ইশিং শাকবদগী দশা অসি তাবিবনি। নংস্থ ঐগী পাউখুম পিরমদনা ইশিং কুম্লবদি শাতদনা দশ অসি তাগনি।"

বা অসি তাবদ যুধিষ্ঠির অদু অচম্ব উবোক নাংও, মগুণ লৈবা বনাগুম্বা শগোল অমনি হায়ব খংলে। মহাক হায়বকই, "ফরে, বাহ ৱাহংনে হংবিরে। ঐহাক মতুংগী পাউখুম পিনবা হোৎননৰগে।"

মতম অদুদ উবোক অদুনা অহিনা ফংলবা মমগী শক্রম লৌরদুনা হায়রকই,—

"পাওনা কনানা অচৌকপনা কবিনে, লম্বানা কবিনে ?
ফগ অসিদ কনম্বা মীন খুৎইদগী নুঙাইবনে ?"

যুধিষ্ঠিরনা খুম্মকই, "চাকথোংবা ওইবিবা মতমনা থৱাইপানবা পূন্নমকপু ময়নশাংগুম্বা থোংলি—মসিনা পাওনি। অদুগা নুমিৎ খুদিংগী থৱাই পানবা অস্তুক যাম্না শিবি, অদুবু মীশিংবনা শিব কাওনবি—মাসিনা অচৌকপনি। মগুণ লৈবা অচৌবা মীনা চৎখিবা লম্বলম্বনা অমা লম্বানি। অদুগা মীগী মবল তাংদনা মমুমদা চনা

নামতা নাপী শিংবিতা ওইরবস্ম চাতুনা পেঞ্জবা ঙম্বা মহাক অতু—জগৎকী মন্নুংদা থ্বাইদগী নুংঙাইবনি।"

যুধিষ্ঠিরগী পাওখুম তাবদা যক্ষ অতু পেল্লতুনা হায়বকই, "ফ:বে, হৌজিক্তি নংন। পাম্বা মতুংইন্না ননাঙশিংগী মরক্তগী অমথক্কী মথন্নাই ৎিংহনবা য়াগনি। হায়ু, কনাগী মথন্নাই হিংহননিংই।"

যুধিষ্ঠিরন হায়বকই, "অতুদি থৌজানবিতুনা নকুলগী মথন্নাই পিনবিয়ু।"

মতু তাবদা যক্ষ অতু য়াম্না ঙকখ্রতুনা হায়বকই, "হায়বিবা রা অতুবু কবিনো? নকুলনা নংগী কবি কান্নগদগে? ভীম অর্জ্জুন হায়বিবা কনথোবনা ননাও অনি অসিনা নংগী মাঙখববা লৈপাক অমুক হনজিন্নবদা অ:থাইবা পাম্বে ওইগদোরিবা—মথোইগী মরক্তগী অমগী মথন্নাইদি নিদনা, নকুলগী মথন্নাই নিবিবা?"

যুধিষ্ঠিরনা হায়বকই, "হোয়, ঐনা পাম্বদি মতুনি। ঐখোইগী ইমা অনিনি। নকুলনা হিংলবদি ইমা মাদ্রীগীস্ত মচা অমা হিংলগনি। মরম অসিনা নকুলগী মথন্নাইন ঐগী থ্বাইদগী অপাম্বনি।"

রা অসি তাবদা যক্ষ অতু মপাল নাইদনা নুংঙাইখ্রতুনা পুন্নমকপু হিংহল্লে। অতুদগী মহাক মশাগী পরিচয় তাক্লকই—"ইবুঙো যুধিষ্ঠির, ঐহাক অসি ধর্ম্ম হায়বতুনি, নংবু চাং য়েংগে হায়তুনা ঐনা শজি ওন্দুনা ব্রাহ্মণগী শীঙ পুতুনা চেনবনি অমস্তুং পুখ্রি অসি শেমতুনা অবোনবা শক্তম লৌতুনা লৈবিবনি। নহাক্কী নপুকচেন চাওবা অমস্তুং অচুম্বা রাখল উবদা ঐহাক ওন্থোক্লা পেল্লে। হৌজিক্তি নংনা নিনিংবা বর নিজরো।"

মসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা খুরুম্মদুনা হায়রকই "দেব, ননাইবু থৌজানরিবর দ ব্রাহ্মণগী মৈচম শীঙ অদু ননাইদ পিনবিরো।"

ধর্ম্মনা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, 'হবুচো, মতুগী দমক নং করিমতা ব্রারুগনু, ব্রাহ্মণ অদুদা ঐনা শোইদনা পিগনি। হায়ু, করি রব পাম্মী?"

যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি দেব, ননাইদা পুন্সিচুপ্পা ধর্ম্ম কাইদবা অদুগা চহি অমা লোৎপদা কনানস্সু খঙবা ঙমদবা বর পিনবিয়ু।"

ধর্ম্মন হায়রকই, "নংগ ম ঃবা ধর্ম্ম চেনবা পাণ্ডবাসিদ কনাস্সু খঙবা ঙমরসন্স। অদুগা নখোইগী বন চৎপা মতম লোইশিল্লক্লে; হৌজিক নখোই বিরাট-লৈবাক্তা চত্তুনা লোৎপ হৌরো। ঐগী বরদগী কনানস্সু নখোইবু নশক খঙবা ওতদ্রসন্ত।"

অসি হায়রম্লগা ধর্ম্ম মাঙখ্রে। পাণ্ডবশিংস্সু মখোয়গী অশ্রমদ হল্লগা বিরাট-লৈবাক্তা চৎনবা ব্রা তান্নবা হৌখ্রে।

---

# বিরাট পর্ব্ব

ধর্ম্মগী পাউতাক তাবগা লোইননা যুধিষ্ঠিরনা খন্থদুনা যেংবদ, চহি অমা লেৎপা অসি মৎস্যদেশকী নিংথৌ বিরাটকী মনাক্তা চংবনা ফবে হায়না লেপ্লে। মরমদি বিরাট হায়রবসি ধর্ম্ম চেনবা অমস্সু চংজরকপা নাবু কনবির মানি। ধর্ম্মগী মফম নত্তনা ধর্ম্ম চেনবা মীগী চংজযম লেতে।

মখোইগী লিরুং তেল, থাংশাং, গদানচিংবা খুৎসু খুৎলাই পুম্নমক ফী অমনা য়োমশিন্দুনা মফম অমদা লোৎলে অতুগা মী অশিবা অমা পুবক্তুনা উশা অমদা য়ানশিন্দুনা থম্লে। মতুগী মবমদি অসিনি, অশিবা মী অতু উবদা কিবদগী কনানসু উ অতুগী মনাক্তা চংলবোই, অতু ওহববদি মখোইগী খুৎলাইশিং অতু নিংথিনা লৈবগনি।

অতুগী মতুংদা মখোইনা মশা মশাগী ফীজেৎ ওম্থোক্তুনা অমমম ওইনা বিবাট নিংথৌগী সভাদা চংলক্লে। অহানবদা যুধিষ্ঠিব লাক্লে। মহাক্না অবোনবা ফীজেৎ ফনা শেত্তুনসু মাগী ফজববা শকফম অমসুং নিংথিববা শগুং-শাদা অতু উবদা বিবাট নিংথৌনা শুমহৎখ্রদুনা য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোইননা ওক্লদুনা হংলকই, "মহাশয়বু কনানো? কবি থবক্তা লেংবিবকলিবনো?"

যুধিষ্ঠিবন খুম্লকই "মহাবাজ, এ ব্রাহ্মণনি, ইমিংনা কঙ্ক কৌই। ঐহাক চৌবব শান্নবা য়াম্না হে। মমাংঙৈদা মহাবাজ যুধিষ্ঠিবগী সভাদা য়াওবম্মী, মহারসু ঐবু যাম্না চানবি। মখোইনা বনদা চংখ্রবদা চংজফম লেত্রদুনা মহাবাজগী সভা অসিদা য়াওজগে হায়দুনা চংজ-বক্লিবনি।"

যুধিষ্ঠিববু উবদা নিংথৌ অতুদি হান্ননা শুমহৎতুনা লেববনি। মহাকপু য়াম্না হবাওনা সভাদা য়াওবা য়াবে

উহাক লেবগা ভীম চংলকই। ফীজেৎ অতু চাক থোংবা ব্রাহ্মণমক্তা চপ মান্ননা শেৎলি। অতুবু মহাক্তী চাও-শাংবা মশা অতু উবদা বিবাট নিংথৌনা মিহৌবগা লোইননা মুন্না য়েংদুনা লৈবে। নিংথৌনা ব্রা ভাংবা নংদ্রিঙৈদা ভীমনা হায়বকই, "মহারাজ, ঐ চাক থোংবা ব্রাহ্মণনি, হমি না বল্লভ কৌই। চাক হনশাং থোংবা য়াম্না

হৈ। কুন্তী শান্নবস্থ নিংথিনা থওই। অহানবা ঐ মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা লৈরম্মি। হৌজিকতি লৈফম লৈত্রতুনা মহারাজগী মফমদা লাকচরিবনি। ঐবু থম্বিরবদি ঐগী য়াম্না নুংঙাইবা ওইগনি।"

ব্রা অসি তাবদা বিরাট নিংথৌনা মথন্নাই হরাওনা মাবু চাকথোংবা মকোক হাপ্তুনা থমখ্রে।

অসোমদা দ্রৌপদীস্থ সৈরিন্ধ্রী শাতুনা রাণী সুদেষ্ণাগী মনাক্তা চংজফম নিররে। অমোংপা ফীজেৎ শেৎলবস্থ দ্রৌপদীগী মশক মতৌ নিংথিজবা অতু উবদা সুদেষ্ণা ফাওবা অঙকপগা লোইননা মুন্না য়েংতুনা লৈখ্রে। দ্রৌপদীবু মহাক্না মীনাইগী থবক তৌহনগদবতু পাক হায়দোকপা ঙমদ্রে।

মতু উবদা দ্রৌপদীনা হায়রকই, "ইমা, ঐহাক অসি গন্ধর্ব্ব মঙাগী নুপীনি. মখোইনা ঐবু মতম চুপ্পদা ঙাকপি শেনবিরি। অহানবদা ঐ সত্যভামা অমস্থং দ্রৌপদীগী মনাক্তা লৈরম্মি। হৌজিক্তি চংজফম লৈত্রতুনা মফম অসিদা চংজরক্লিবসিনি।"

রাণী সুদেষ্ণানা ব্রা অমুক হংবা থোংপা তৌদনা দ্রৌপদীবু মাগী মনাক্তা থমগে হায়না য়ারে।

দ্রৌপদীনা অমুক হায়রকই, "ইমা, ঐ ব্রা অনিদংদি হান্না হায়জহৌগে।"

সুদেষ্ণানা খুম্নকই, "করিনো হায়ু।"

দ্রৌপদীনা হায়রকই, "ঐহাক কনাগী মখোঙ শোক্লোই, অতুগা কনাগীস্থ অরেম্বা চারোই। মসিগুম্বা থবক অসি ঐগী ইপুরোইবশিংনা য়াম্না শাওই।"

স্মুদেষ্ণানা খুম্লকই, "ঐহাক কদৌম্নুংদা নংবু অদুগুম্বা থবক তৌ হায়রোই।"

ব্রা অসি তাবদা দ্রৌপদী অদু হরাওনা স্মুদেষ্ণাগী মনাক্তা লৈখ্রে।

অসোমদনা অমুক অমমম ওইনা অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব চংলক্কুনা মাগী মাগী লেপ্নখিবা থবক বিরাট নিংথৌদা নিররে। পুম্নমক নিংবা ঙম্না থুংনরে। নুপীগী ফীজেৎ শেৎপা অর্জ্জুননা নিংথৌগী মচানুপী উত্তরাগী জগোই ইশৈগী ওঝা ওইরে। নকুল, সহদেবনা মথং মথং গ্রন্থিক অমসুং তন্ত্রিপাল কৌদুনা নিংথৌগী যগ শগোল পান্নবা ওইখ্রে।

অস্মুম্না তোঙান তোঙানবা থবক্তা চংদুনা ময়াম্মক নিংথিনা ইংনা লৈখ্রে। মথোই পুম্বা অরোনবা ফীজেত্তা অমসুং অরোনবা মিংফমদা অম্মুক চেৎনা লৈখ্রে, মদুদি, কনানসু মথোইবু পাণ্ডব মঙানি অদুগা দ্রৌপদীনি হায়বা খঙবা ঙম্নখিদ্রে। মবক অসিদা ভীমনা ফাওরবা কুস্তী কৈবা নিপা অমবু নম্নবদা ঙমদুনা নিংথৌ প্রজা পুম্নমক্তা লুনা চান্না তৌখ্রে।

অমমম ওইনা থা তরা হোৎখ্রে। মসিগী মনুংদা কনাসু নোংমতা অন্নাবা নুংঙাইতবা পোকখিদে। বিরাট নিংথৌনা নুংশিনা অমসুং ফজবা লমচৎনা লোইনদুনা পাণ্ডবশিংনা নুংঙাইনা লৈবগুম্না মহারাণী স্মুদেষ্ণানা লুনা তৌদুনা দ্রৌপদীসু নুংঙাইনা লৈরম্মি।

অদুবু নোংমদি হায়ফম খঙদনা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা কীচক্তা থোকহল্লে। কীচক হায়বসি বিরাটকী সেনাপতিনি। অদুগী মথক্তা অমুক মহারাণী স্মুদেষ্ণাগীসু মৌপুরানি। মপাঙ্গলসু অঙকপা ফংনা কল্লি। মহাক্কী মথৌনা মপাঙ্গলনা বিবাট-লৈবাক অদু য়েক্লবা চংঙক্কনি হায়বা কিফম লৈবগদে। হায়রিবা পুম্নমক অসিনা মহাক্তা

কনাবুস্থ উৎশিংপা তৌবমদে। ফত্রবা অসিনা নৈবদা লৈবাক অতুগী মী পূম্বা য়াম্না ন্নানা লৈবম্মি। অমুক কবি হায়গনি, বিবাট নিংথৌ মশামক মহাকপু কিনা চৎলম্মি।

মপুকচেন ফত্রবা কীচক্কী চুমদ্রবা মিংফম অতু দ্রৌপদীগী মথক্তা তারে। মহাক্না দ্রৌপদীবু হেক উবদা লংন-খোংনতুনা ইকাইবা তত্তনা পি। দ্রৌপদীনা য়াম্না থীনা চৈতুনস্থ ইকাইবা স্থকখড খডদে। অতুনা দ্রৌপদী অতু মতম অযাম্বদা খোইবাং খোইশাওননা লেল্লক্লে।

স্থদেষ্ণাদি পূম্নমক অসি কবিমতা থডদে নোংমা মহাক্না দ্রৌপদীবু কীচক্কী মমুমদা চান-থক্লবা থবা থিল্লু হায়না থাবক্লে। দ্রৌপদীনা মফম অতু হেক য়ৌবদা ফত্রবা কীচক্না লমচৎ নাইদবা শাজৎ চৎলকপদগী দ্রৌপদীনা শাওমনখিতুনা কন্না অমুক্তং ইনবদা কীচক অতু লৈপাকথক্তা তুখ্রে। মতুদগী দ্রৌপদী অতু মুংশা থীতুনা ফিংনা রাজসভা তান্না চেল্লক্লে। অতুবু মফম অতুদস্থ মহাক্কী অন্নাবা অতু কোক্ত্রে। নিংথৌ ফাওবা উৎশিংত্রবা কীচক্না মফম অতু তান্না তান্ন-রক্তুনা রাজসভাগী অডম অথৌ ময়ামগী মমাংদা দ্রৌপদীবু খোডপাক্লা কাওববে।

যুধিষ্ঠিরদি বাজসভা অতুদা যাওতুনা লৈবিবনি, অতুগী মথক্তা ভীমস্থ মতম অতুদা থবক অমগী মফম অতুদা লৈবম্মি। মমাংমক্তদা দ্রৌপদীনা ইকাইবা চোপ্পা নংবতুদা ভীম অতু শাওথিবনা মশা থক থক নিকখ্রে। মমিৎ অনিতু ঈগুক ডাংনা কীচকপু শংএক য়েংলক্লে। মতু উবদা যুধিষ্ঠিরনা ফওবা থোক্লক্তুনা পুম্মাচ মাংবা তাবে হায়তুনা ভীমবু ইঙ্গিত তৌতুনা থামজিল্লক্লে। মযাম্বগী ইঙ্গিত উবদা ভীম অতু তৌবগ থডদনা মুংশুম্না শেপ্পুনা লৈখ্রে।

দ্রৌপদীনা কপ্প কপ্পদুনা বিবাট নিংথৌদা হন্না হন্না অচুম্বা ৱায়েল তৌবিনবা হায়জরকই। নিংথৌদি কীচকপু কিবা মীনি। অদুনা কবিগুম্বা ৱা অমতা ভাংদনা তুমিন ফমদুনা লৈখ্রে।

মতম অদুদা যুধিষ্ঠিরনা দ্রৌপদী য়েংলদুনা হায়রকই, "সৈরন্ধ্রী, মফম অসিদা মতম মাঙহনগদবগী শরুক কোন্নুংদা চংলো। তাঞ্জা চারদা পোইদনা নংগী গন্ধর্ব্ব নপুরোইবশিংদুনা ভসিগী থৌদোক অসিগী মতিক চাবা লম্মন থুমজগনি।"

যুধিষ্ঠিরগী ৱা অসি তাবদা দ্রৌপদী অদু রাজসভা থাদোক্কদুনা লাক্লবগু মপুরিংদা শংশুনিংবা ন্নুংঙাইতবদি কোকপা লৈখিদ্রে। ভীমস্তু করম্বা মতমদা অমুক্তং কীচক্কী মথক্তা লম্মন থুমগদগে হায়না পোত্থাফম থডদনা থন্দুনতা লৈখ্রে।

দ্রৌপদী অদু মপূক্লিং ফাথবা ভয়ক্তদুনা চাকশঙদা চত্তুনা ভীমগা উনরবে। মফম অদুদা মথোই অনিনা য়াম্না চিক্লা অহিংদা দ্রৌপদীনা লৌশিং তৌদুনা কীচকপু জগোইশঙদা য়োনবা শীনবা, অদুগা ভীমনা ফীজেৎ শুম্থোকদুনা মফম অদুদা ভাইদুনা লেবগা কীচক্কী মথক্তা লম্মন থুম্বা হায়না লেপ্লবে। অদুদগী দ্রৌপদীনা মাগী লৈফম তান্না হল্লক্লগা কীচক উনবা মতমদা লৌনম্বা ৱাহৈ কযানা শুমহত্তুনা মাবু অহিংদা জগোইশঙদা লাকবা হায়খ্রে। অপাম্বনা ভাওররা কীচক অদু হবাওবনা বুদ্ধি মাঙখিদুনা দ্রৌপদীনা হায়রকপা মতুং ইন্না ফজ ফজবরা ফীজোন ভাক্তনা লেতেংলদুনা অহিংগী যুথক মবি শুবকপা মতমদা জগোই শঙ তান্না চংখ্রে। মফম অদুদা ভীমদি কীচক্কী মঙক থুদেক্লবা শীডদুনা হান্না লৈরমলে। কীচক্লা হেক য়ৌবকপগা ভীমনা চেৎনা চান্ন কোন্নবগী মও উক্তনা চংশিল্লগা ক্রক ক্রক লাকশিন্দুনা

হেক কোনশিনবত্তুদা কীচক অদু জ্ঞান খংতা তাবে। অত্তুদগী মবানি অকনবা লান থেংনবে। অমনা অমবু থোইনা লাকচনদে। কীনগা কীনগা, খুতুমগা খুতুমগা, খোঙপাক্কা খোঙপাক্কা ক্রিক ক্রিক ইন্নবক্লে। পাম্বোম মরু তাপ্ তাপ্ পায়নবদা খুবক্তা ঈ ফ্রী ফ্রী থোক্লে। অমনা অমুক নম্মা, অমনা অমুক ওনখৎলকই। মবানিনা ইন্নবকপদা জগোই শঙগী চাওর-চাওববা উখোঙশিং অদু তেক্কুনা তুবনা অয়াম্বা ওইশিল্লক্লে। অদুক চাওখ্রবা শঙ অদু থক থক নিক্কুনা থাঙই। অম্মুম্না নম্নহুনা, ইন্নহুনা, কাউনহুনা, থেংনবকপনা নোং ভানশিল্লকদোবে। মদু উবদা ভামনা নাং ভানখ্রবদি খঙলকপনা হান্দুনা পুম্নমক মাঙবা তাবে হায়হুনা ফিংনা মমাই লুকথনা হোৎচিন-খিহুনা কীচক্কী মথোঙ অনিদু শুমকোন কোনশিল্লগা য়াংনা থাঙগুনা শুন্দ্রংদা অহুম মবিবক কন্না উরু উক লৈবগা লৈপাক মথক্তা হাইহৎলে। মদুদা কীচক্কী অদুক চাওবা মশা অদু মথোং মখুৎ মকম খঙদনা শতুম অমগুন্ন তাহুনা লেবে। মহাক্কা মীশি অদুদা কনানস্ত মীশক লাকপা ওম্বগী উপায় লেতে। মদু উবদা ভীম অদু মথন্নাই পেল্লহুনা তুমিন্না মাগী মফমদা হনখিহুনা খঙশিন্নদনা লেখ্রে। নোংঙাল্লকপদা মী পুম্নমক হংনবকপদা দ্রৌপদীনা মহাক্কী মপুবোইবা গন্ধর্ব্বশিংনা কীচকপু হাৎপনি হায়না পাউদমলে।

কীচক শিবগী পাঙ হেক তাবদা লৈপাক পুম্বা ইবাং লাংনবে। খংহোদনা কল্লবা সেনাপতি শিবহুদা ময়াম্মক কিবনা লেফম খঙনত্রে। নিংথৌ মহাবাণী অনিমক ওমথৈ লৈতনা য়াখ্রে। কীচক্কী মনাও চামথক লৈবম্মি। মখোই অদু শাওনিংবনা ডাওখিহুনা 'সৈবন্ধ্রী'গী হাক্তক্কী ময়াম্বা কীচক শিনির্বান হায়হুনা মযাম্বগী পোৎলোইবদা

মাবু হিংনা মৈ থাদুনা হাৎনব দ্রৌপদীবু ফাদুনা মোংফম তাম্না পুরক্লে। দ্রৌপদীনা অতৈ উপায় লৈত্রদুনা "জয়, জয়ন্ত, বিজয়" হায়না খোঞ্জেল ষ্নাংনা কপ্লদুনা কৌরক্লে।

মতম অদু অহিং ওইশিল্লক্লে। ভীমদি লৈবাক্কী ইবাং কবিনো খঙনিংদুনা চাকশঙগী মপান্দা পুকনিং লাংতক্লনা কোইচৎ চত্তুনা লৈবম্মি। অথাপ্পদগী দ্রৌপদীনা কপ্পগী খোঞ্জেল হেক তাবদা ফিংগৎ-পগা লোইননা ফীজেৎ ভস্থোকতুনা মাইকৈ অদোমদা চেনখ্রে। মহাক্না মোংফম য়োৌবকপদা দ্রৌপদীগী অৱাবা ফীভম অদু উবদা কীচকী মনাও চামত্র অমমম ওইনা মথৱাই লৌদুনা দ্রৌপদীবু কল্লে। অদুদগী মাগী লৈফমদা ভন্না অমুক হল্লক্লুনা তুমিন্না লেবে। অহিং মতম ওইবনা মাবু কনানস্ন মশক খঙবা ঙমখিদ্রে।

থৌদোক অসিগা অমুক থোক্লবা মতুংদগীদি লৈবাক অদু গন্ধর্ব্বশিংবু কিনবনা মিপাইনখ্রে! কীচকুম্বা অকনবা অমবু হনাক্ট লাইনা হাৎপা ঙম্বা অদুদা কনানস্ন কিবোইদবা লেতে।

বিবাট নিংথৌস্ন কিবনা লৈফম খঙদ্রে। মহাক্না য়াথংনা সুদেষ্ণানা দ্রৌপদীদা হাযবকই, "য়েংউ সৈবন্ধ্রী, ঐহাক নংবু য়াম্না নুংশিবনি, অদুবু নংনা লৈবাক অসি মরু ফংনা মাঙনবগী মবম ওইবে। ঐহাক নংবু অমুক ঐগী ইনাক্ত থমনিংদ্রে নহাক মফম অতৈ অমদা চৎলো।"

পাণ্ডবশিংনা লোৎপা অত্র শুগদবা নুমিৎ তবাহুমদোইনিতা মঙাইবে। দ্রৌপদীনা নুমিৎ থবনি অসিদ অমবু ওইববস্ন অমবু ওইববস্ন লেনবনা ফবে হায়না থল্লে। মবম অদুন মগারা য়াম্ন৷ ৱানা মহাৱাণী সুদেষ্ণাদা হায়বকই, "ইমা, ঐবু থৌজানবিদুনা অস্নুক বুহবসি

চংজফম পিনবিরে। হৌজিক নুমিৎ থবদংদদি পিনবিখো। অদুদগী ঐ ইশানা থঙনা চৎচখ্রগনি। ঐহাক রাশকুনা হায়জবিবসিনি, ঐগী ইপুবোইবশিংনা অমুক হন্না লৈবাক্কী ফত্তনবা তৌবগোই।"

মসি তাবদা সুদেষ্ণা অদু দ্রৌপদীবু থাঙ্গৈমক শেংনা নুংশিবনা রা মথা অমুক তাবা ঙমদ্রে।

লোৎপগী মতম হৌবদগী দুর্য্যোধনগী মীনা হৌজিক ফাওবা লৈবাক লৈবাক চত্তুনা পাণ্ডবশিংবু থিবা হোৎনবি। অদুবু মতম অমুক কুহনা মরা মপাও অমা ফাওবা তাবা ফংদবসিদ। ভীষ্ম, দ্রোণ, বিদুর অসিনচিংবা মী থবা নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তি পাণ্ডব শিবে হায়না থন্নখ্রে। অবোনবা পাও চৎপা মীগী মচিন্দগী বিরাটকী সেনাপতি কীচক অমসুং মাগী মনাও চামা শিবগী পাও হস্তিনা যৌবক্লে। গন্ধর্ব্বগী মখুও কীচক শিবে তাবদা দুর্য্যোধনগী নুংঙাইবা ঙমখৈ লেখিদ্রে।

কীচক লৈবিডৈদদি মাবু কিবনা কনানসু বিরাট-লৈবাক্ত লান্দাবা ঙম্নবমদে। হৌজিক মহাক শিবে তাবদা নিংথৌ অয়াম্বনা য়েংশিল্লক্লে। তাঙ্গা চাবসি ফংবদা ত্রিগর্ত্ত লৈবাক্কী নিংথৌ সুশর্ম্মাগা রা তান্নদুনা কৌরবশিংনা বিরাট-লৈবাক লান্দানবা থৌবাং তৌবক্লে।

মতম অদুদা বিরাটকা মান্নবা মণ লৈবা নিংথৌ কনাসু লৈবমদে। অদুনা নিংথৌ অয়াম্বনা বিরাটপু কল্লক্কবনি। নোংমা থংহৌদনা সুশর্ম্মা নিংথৌনা থোঙমী লাম্মী য়াম্না পুদুনা বিরাটকী অরাং মাইকৈবোমদা লান্দারক্লে।

সুশর্ম্মানা মণ চাক্লিবশিংবু ওৎ-নৈত্তনা মণবী লিশিং লিশিং পুদুনা চেনখ্রে তাবদা বিরাট নিংথৌনা লালগী থৌবাং তৌদুনা সুশর্ম্মাবু থেংনবা লাক্লে। কীচক শিখিবদগী নিংথৌ মশামরা সেনাপতিসু

ওইবে। লৈবাক্কী অহল নহা থায়দনা লাল অসিদা মতেং পাংবা ডম্না চৎখ্রে। যুধিষ্ঠিব, ভীম, নকুল, সহদেবস্থ বিরাটকী লাম্মীদা য়াওখ্রে।

মাইকৈ অনিমক অকনবা লাল শোক্লবে।

স্নুমিৎ খবনি লেপ্পা লৈতনা লাল তৌববগী মতুংদা বিবাট লাম্মীশিংহু খংহৌদনা মচোই মচোই তাখ্রে। তাঙ্গা অসিদা সুশর্ম্মানা বিবাট নিংথৌবু ফাহুনা দোলাইদা হাপ্লগা কন্না চেনখ্রে। মী পুন্নমক রাবনা মাইথোং লাংশিনখ্রে।

মতম অহুদা ধর্ম্ম চেল্লবা যুধিষ্ঠিবনা মথোইবু রাববা মতমদা চংজফম পিথিবা মাগী অরাবা অহু য়েংহুনা লৈবা ওন্নক্রবে। থিন্দনা ভীমবু কৌশিল্লহুনা হায়বকই, "ভীম, চৎলো, হৌজিকমক বিবাট নিংথৌবু ডম্বা মথি হোৎনহুনা কল্ল। অহুবু নশক খডদনবদি যাম্না চেকশিনগদবনি।"

মহু তাবদা ভীম অত্ত হবাওনা গুংশিংকী মমাং থানা চেনখিহুনা সুশর্ম্মাগী দোলাই অহু মমাংদা থৎলুবে। সুশর্ম্মানা দোলাই অমুক থৌবা য়াদ্রহুনা ভাম তম্না তেন কাপ্লক্লে। ভীমনা অচৌবা উ অমা মরু ফংনা ফুকুনা উক উক লেহুনা মশা পুম্বা পুময়োম য়োম্না কনখ্রে। তেন অমতা পাইশিল্লক্কুনা মশা শোকপা ডমথিদ্রে। তাঙ্গা চাবা তাল্লক য়েংহুনা ভামনা অচৌ অচৌবা স্নুংহুম, উতুপ হুনজিল্লক্কুনা সুশর্ম্মাগী লাম্মাশিং অহু তকথাহবা হৌবক্লে। অয়াম্বনা মথ্বাই থানবক্লে। লাম্মীপুম্বা খাডবা ওন্নক্কুহুনা কায়হুনা চেন্নবক্লে। মহু উবদা সুশর্ম্মানা গতি লেত্রহুনা মথরাই হিংনবা চেনগে হোৎনরক্লে। খুদক অহুমক্কদা ভীমনা মাগী দোলাই তান্না চোংশিল্লক্কুনা সুশর্ম্মাবু নমহুনা ফাবে অমস্থং বিবাট নিংথৌবু থাদোক্লগা মাগী মহুত্তা সুশর্ম্মাবু ফীবাল

চৈথোক্তা পুনশিন্দুনা যুধিষ্ঠিরগী মমাং তান্না পুরক্লে। সুশর্ম্মাগী অরাবা ফীভম অদু উবদা যুধিষ্ঠিরনা মুংশিরহনা ভীমদা থাদোকপিনবা য়াথং পিরক্লে।

য়াথং অদু তাবদা ভীমনা সুশর্ম্মাবু থাদোকপিরে। সুশর্ম্মা অদু ইকাইথিবনা মমাই লুকথরহনা মফম অদুদগী চৎখ্রে।

মতম অদুদা বিরাট নিংথৌনা যুধিষ্ঠিরদা হায়রকই, "কঙ্ক! ঙসি নথোইনা ঐগী ইতেং পাংবসিদি পুন্সিদা কাওকম থোক্ত্রবা থবক্নি। নথোইনা ঐগী ইকাই খুম্নবা ঙাকপিরে। মসিগী দমক ঐগী পুন্সিচুপ্পা নথোইগী নফমদা লম্মন তোল্লবনি। ঐগী সিংহাসন অসি পিরিবস্থু নথোইগী নতেংগী মতিক চাবা লম্মন খুম্না ওইররোই।"

মহু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা নোল্লুকনা খুম্নকই, "মহারাজ, ঐথোইবু অমুক ইকাইবা পিবিগন্থু। ৱারবা মতমদা মহারাজনা ঐথোইবু চংজফম পিবিবসিগা য়েংনবদা ঐথোইনা তৌজরিবসিদি করিস্থু লৈতবনি।"

অস্থুন্না ময়াম্না মাইকৈ অসোমদা সুশর্ম্মাগী লাল থেংনবগী লাওহনা লৈরিঙৈদা, দুর্য্যোধননা তাঙ্গা ফংহনা লান্মী ময়ামগা লোইননা বিরাটকী অতোপ্পা মাইকৈ অমদা লান্দারক্লে। মহাক্কা লোইননা কর্ণ, দুঃশাসন, শকুনি য়াওরি। অদুদস্থু নত্তনা ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপনচিংবা পুন্নমকস্থু মহাক্কী চক্রিদা থাঙবা ঙমদহনা চুমদবা থবক অসিদা ভেংবাংবা লাক্লি। কৌরবশিংনা বিরাটকী ষণ ঙাকপশিংবু নৈথাইহনা ষণবী লিশিং ছমফু মুনখ্রে।

পাও অসি তাবদা কোন্নুংদা সুদেষ্ণা মহারাণী অরাবগী ইপাক্তা তাখ্রে। মতম অদুদা অম্মাং মাইকৈগী সুশর্ম্মাগী লান্দগী কনাস্থু

হল্লক্ত্রি। লৈরিবা হায়ববু মহাক্কী অনিশুবা মচা উত্তরদা মডাই। উত্তরদি কৌরবকী মপাঙ্গল করিমতা খণ্ডগ্রি। ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণনচিংবা কনাবুস্থু মশক খডবা লৈত্রি। মহাক্লা পাঞ অসি তাবদা মুপীশিংগী মমাংদা ফল্লহুনা হায়রকই, "লাকচৈদা, তাঞ্জা চাদবা মতম থোকখ্রেদা। হৌজিক অসিদা কনামতা ঐগী দোলাই থৌবিনিডাই লৈথিদ্রে। সারথী অমতং লৈরবদি কৌরবশিং অসি ঐগী ইগুণ খডলোইত্রদো। মতিক চাবা লাক্লগদবনি।"

মতম অহুদা দ্রৌপদীস্থু মফম অহুদা লৈরম্মি। উত্তবগী ব্লা অসি তাবদা মহাক নোক্লিংবনা থাডবা ডমদ্রে। মহাক্লা নোক্ল নোক্লহুনা হায়রকই, "যুবরাজ, সারথীগী দমক্তি করিমতা ব্লাক্লগন্ন। ঐহাক্লা নিংথিনা খডবা অমা লৈ। নচল ইবেম্মবু জগোই তম্বিরিবা বৃহন্নলা অসি য়াম্না হৈবা সারথীনি। খাণ্ডব বন মৈথাবা মতমদা বৃহন্নলা অসিনা অর্জ্জুনগী সারথী ওইখিবনি।"

উত্তরনা করেম্নবা থোম্থাংনা হায়রকই, "বৃহন্নলানা ঐগী দোলাই থোগদবা। মহুবু ওইবা য়াবা থবক্লা? মহাক্লবু লালগী মরমদা কবি খডগদগে? অহুবু হৌজিক করমদি তৌগনি? সাবথী লৈতহুনা লাল চংতবা তারি। ফরে অহুমডাইরে। উত্তরা। নং অমুক্তুং বৃহন্নলাবু কৌরকউ। অহুক হংহুনা য়েংগে।"

উত্তরা অহু মবুংগী ব্লা তাবদা অর্জ্জুনগী মনাক্তা চত্তুনা হায়রকই, "বৃহন্নলা। ঐগী ইবুং হৌজিক ষণ ময়াম মুনবা কৌরবকা লালথেংনবা চংপা তারি। নহাক্লা মাগী রথ থোবা তারে। সারথী লৈতহুনা মহাক কৌরবকী মথক্তা মতিক চাবা লম্মন খুম্বা ডমদহুনা লৈরে। নহাক্লা সাবথী ওইরবদি মহাক্লা কৌরবপু নিংথিনা মায়থীবা পিবা ডমগনি।"

উত্তরানা হায়ররিবা ৱা মতাত্তগা উত্তরনা ফল্লিবা মতৌত্তগা থল্লবদা অর্জ্জুন অত্থ য়াম্না নোকনিংলে। অত্থবু মহাক্না উত্তরাদা হায়রকই, "নংগী নবু° অসিদি য়াম্না থৌনা ফবা নিপা অমনিদনা। মহাক্কুম্বা অথৌবগী দোলাইবু থৌদনা কনাগীবু থৌগদগে ? ফরে, ঐহাক থিন্দনা রথ শেম শাত্থনা লোইবগে। নংগী নবুংস্থ শেম শারো হায়ক্কবো। অত্থগা মঙোন্দা অসিমদি হায়ু, ঐহাক্কি লাল ডমত্রিবমথৈ বথ মমাই থক লৈরক্লোইদবনি।"

উত্তবা অত্থ মহাক্কী মবুং উত্তব হায়বসি য়াম্না অকনবা মীনি হায়বদা করিমতা চিংনবা পোক্লমদে। মহাক্না তফিং তফিং খুম্লকই, "মত্থবু অমুক হায়নরুফম থোকপা ৱাবা ? কৌরব পুম্বা মঙক ক-ক্তনা ঐগী ইবুংনবু লালফমদগী হনবিবক্দ্রা ? অত্থগা বৃহন্নলা, নংনা তৌরক্কদবা থবক্না—ঐগী ইবুংনা কৌববতুম্না হাংলবা মতমদা নংনা মথোইগী মফী মবোলশিং অত্থ থোমত্থনা পুবকউ। ঐহাক মত্থনা ঐগী লাইফদিবীগী মফী থোনবিগে।"

অসি হায়না হায়না উত্তবাগী মাইথোঙ অত্থ হরাও মীনোক্না থল্লম্মি। মত্থ উবদা অর্জ্জুনস্থ নুংশিনা মহাক্না হায়বত্থ শোয়দনা তৌবক্কনি হায়না য়ারে।

অত্থগী তুংদা রথ শেম শাত্থনা অর্জ্জুননা উত্তববু লালদা চংনবা কৌররে, মত্থ উবদা উত্তব অত্থ পাথংলে। মহাক শোয়দনা লাল চংক্নি হায়বসি মহাক কবিমতা থাজবমদে। অত্থবু হৌজিক্কি ওম্বোক্না অৱাবদা তাবে। মহাক শোয়দনা লাল চংপদা মতাবে। চত্তনবা পাম্বৈ লৈত্রত্থনা ৱা অমুক ডাংবা তৌদনা বথ কাথংলে, অত্থবু মপুক্লিংদি শ্বাই শ্বাই লাওবা তৌবে।

পাণ্ডবশিংনা খুৎসু খুৎলাই লোৎলগ্বা ক্যামলৈ পাম্বী অত্তুগী মনাক্তা অর্জ্জুননা রথ থৌরক্লুনা খুৎলরে। মফম অত্তুদগী কৌরবকী লাম্মী ময়াম অতু উত্তরনা তশেংনা উবা ফংলে। মপাল নাইদবা সমুদ্রগুম কৌরব লাম্মীনা অরোই অথম লৈতনা লৈবতু উবদা মহাক অমুক্কা হেন্না পাথৎলে। পাক্লবা লমহাং অতু মীগী মকোক্লুনা ক্রিক ক্রিক ইন্নখ্রে। উত্তরনা অমুক তপথবা ঙমলক্লুতুনা অর্জ্জুনদা মখোল নিক্লা হায়রকই, "বৃহন্নলা, রথ অমুক থৌজিল্লগনু। ঐহাক অমুক চৎশিনবা ঙম্লরোই· ঐহাক নঙোন্দা ললথুম য়াম্না পিগে, ঐবু য়ুমদা পুতুনা চৎলো। ঐহাক ময়াম অসিগা লাম্বৈংনরবদি শোয়দনা শিবা তারে।"

অর্জ্জুনন পিশুম শুক্লতুনা খুম্নকই, "মতুবু হৌজিক ওইবা য়াবা থবক্লা রাজকুমার? ঘণ মুনগনি হায়তুনা লাক্লগা ক্তিুনা চেনবা য়াব্রা? ক্ষত্রি মচা ওইনা পোক্লগা অতুক কিগল্লবদি মীনা করি হাংন-থিগদগে? কোন্নুংদা নুপী ময়ামগী মমাংদা মাই করম্না উৎকদগে?"

উত্তরদি হায়রিবা য়াশিং অসি শুক্তা তানিংথিদ্রে। মহাক্তি কিথিবনা অফ ফত্তা য়াথল অমতা পকথিদ্রে। য়ুমদা হলহৌরগতা লোইরে থনখ্রে। রথ অতু মমাই ওন্দুনা হন্নবা হন্না হন্না অর্জ্জুনদা হায়জরক্লে।

অর্জ্জুননা মাগী য়া অতু করিমতা তাবা লৈখিদ্রে। মতুদদি উত্তর অতু পাম্বৈ অতৈ উদ্রতুনা রথদগী চোংথতুনা কন্না ময়ুমলোমদা চেল্লক্লে।

উত্তরগী পাংদবা মতৌ অতুদা অর্জ্জুন অতু য়াম্না নুংঙাইত্রে। মহাকসু বথদগী চোংথতুনা উক্তবু তান্নরক্লে।

তৌবিবা মতৌ অসি উবদা কৌরব মাইকৈগী মীনা ঙকপগী খম থেংখ্রে। ভীষ্মনা দ্রোণ অমসুং কৃপ য়েংলদুনা হায়রকই, "আদা মুপীগী মতৌগুম বেণীনা নঙ্গন্দা হাইরদুনা অঙাং ত্তান্নরিবা মীসি কনানো খঙবা ঙম্ব্রা ? ঐনা খনবদি মসি শোয়দনা অর্জ্জুন ওইরমগনি। মহাক্কী শাওং শাদা শাজৎ অসি অতৈ কনাস্নু ওইকম থোক্কে।"

কৃপনা হায়রকই, "চিংনফমদি করিস্নু লৈতে। ঐস্নু মসি অর্জ্জুন শোয়দনা ওইবমগনি নিংই। নত্রবদি ঐখোইগা লাল পাবদা অস্মুক থৌনা ফগদবা মী পোক্কে।"

দ্রোণনা অমুক হায়রকই, "মানি অর্জ্জুননি। ঙসি ঐখোই খবা অরাবা তাবা তাবে। মানবু লাল চংঙক্লবদি ঐখোইনা মণ পুদুনা হস্তিনাদা নিংথিনা হনবা হায়বদু ওইথোক্ত্রবনি।"

কর্ণদি য়াম্না নাপল তৌনা হায়বকই, "অর্জ্জুন ওইবগা ময়াম্না অস্মুক রানা খন্নবিবিবসি করিগীনো? ওইজসনুনা। দেববাজ ইন্দ্র ওইববস্ম ঙসিদি কর্ণগী খুত্তগী লিংকম লৈতে খঙবিয়ু।"

কর্ণগী নাপল অসি ভীষ্ম দ্রোণদি করিমতা রা ওইনা লৌরমদে। মবমদি গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্রসেনগী লানফমদা অরাবা তাববা দুর্য্যোধনবু হুন্দোক্লম্মগা কর্ণনা চেল্লকপদু মখোই নিংশিংলি। অদুবু রা মথা অমুক তাদনা মহৈ মহৈ তুমিন লৈনখ্রে।

অর্জ্জুননা লাল তৌবা লাক্লে তাবদা দুর্য্যোধনদি ঙমথৈ লৈতনা হরাওখ্রে। অস্মুক কুইনা লৈবাক খুদিংদা মী ময়াম থাদুনা থিবদা ফংবা ঙমদ্রবা পাণ্ডবশিংবু ঙসি অরোৎপা চহি শুদনা থেংনববদি, অমুক চহি তরাহুমদোই বন্দা চৎহনখিগনি অমসুং ঈংনা পানবা য়াখিগনি

হায়না মহাক্না থল্লম্মি। অদুবু ভীষ্মনা মুমিং মশীং থিদুনা য়েংবদা ঙরাংনা মুমিং শুখ্রে হায়বা তাবদা দুর্যোধনদু খোইদৌ শাওগৎখ্রে।

অসোমদা অর্জ্জুননা উত্তরবু তান্নদুনা ফারে অমস্তুং থেমজিনবা রাহৈনা অকিবা কোকহন্দুনা হায়রকই, "রাজকুমার, ঐবু থাজৌ, নহাক করিমতা কিরুগনু। নহাক্না লাল শোক্নগদবা নত্তে, ঐনা শোক্নদুনা ষণ পুন্নমক মুনগদবনি। রাজকুমারদি চুম্নগী দোলাইতমক থৌ।"

রা অসি তাবদা উত্তর অদু নুংশা মপী হোম্বরে, মপুক্নিং থজিক্কুং নেমথরে। অদুদগী অর্জ্জুননা মহাকপু ক্যামলৈ পাম্বীগী মনাক তান্না পুরক্তুনা হায়রকই, "যুবরাজ, উ অসি কাথক্তুনা মথক্তা য়াল্লিবা পোৎচৈশিং অসি পুথরকউ।"

অর্জ্জুনগী রা অসিদা উত্তর অদু কোকচাওবী কাখ্রে। কনখা ফত্রবা পুংফমদা লাল চৎকে য়ারুক্কুনা বৃহন্নলা থেংনরুরবা! মহাক্না লালমক শোক্নদ্রবসু ভুত মকোন্দা থাজিন্দুনা থরাই থাহল্লগে শীল্লবনি থন্দুনা কপনিংলক্লে। অদুবু অর্জ্জুননা তকশিল্লকপনা য়াদবা ঙমদদুনা মশানা ইয়া য়ানিংদনা উ কাদুনা খুৎসু খুৎলাই লৌথরুরে।

অর্জ্জুননা য়োম্লিবা ফী অদু হেক হাংদোকপদা খুৎলাই ময়াম অদুগী মঙান্না উত্তরগী মমিং অদু পুমথক থকখ্রে। অসিগুম্বা ফজরবা, থৌরবা, মগুণ লৈবা খুৎলাইদি মহাক মপোকতৈগী অমুক্তসু উদ্রি। রান্না ঙক্না মহাক্না অর্জ্জুনদা ঙহাক মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "বৃহন্নলা, খুৎলাইশিং অসিদি কনাগীনো? অসিগুম্বা অঙকপা খুৎলাইদি ঐদি অমুক্তসু উদ্রি।"

অর্জ্জুননা খুম্নকই, "মসি পাণ্ডবশিংগী খুৎলাইনি। মখোইনা লোৎপা হৌদ্রিবৈগী মমাংদা খুৎলাইশিং অসি মফম অসিদা লোৎ-লম্বনি।"

ব্রা অসিদা উত্তরনা থাজবা ডমদ্রতুনা অমুক হংডকই, "নংদি করম্না মতু খঙলুরিবা ?"

অর্জ্জুননা খুম্নকই, "ঐহাক পাণ্ডবশিংগী মরক্তগী অমনি, ঐগী ইমিং অর্জ্জুন কৌই।"

ব্রা অসি হেক তাবদা উত্তর অতু ঙকপন' ফল হেক চোংথংলি। অতুদগী হায়বকই—"নংবু অর্জ্জুন। অতুদি অতৈ নচিন ননাও মবি অতুগা মহারাণী দ্রৌপদীদি কদাই ?"

অর্জ্জুননা হায়রকই, "কঙ্ক হায়রিবা নপাবুং মহারাজগী সভাদা য়াওরিবা অতু মহারাজ যুধিষ্ঠিরনি। বল্লভ হায়বা নখোইগী পুজারী অতুনা অথৌবা ভীমনি। গ্রন্থিক অমসুং তন্ত্রিপাল হায়রিবা মখোই অনিহুনা নকুল সহদেবনি। অতুগা সৈরন্ধ্রী ওইতুনা নমা ইবেম্মগী মনাক্তা লৈরিবীতুনা দ্রৌপদানি।"

ব্রা অসি তাবদা উত্তর অতু ঙক্লা ঙক্লা মথন্তা থল্লকই, মসিবু ওইবা য়াবা থবক্লা ? নত্রগা ঐনা তাবিবসি মঙলা ? লাইয়ামমক্লা ইকাই খুম্নরবা অথৌবশিং অতুনা অমুক তোম্না মখোইগীদা লৈবা! মসি থাজফম থোক্তে। অম্সুম্না মপুক্লিংদা চিংনবতুনা অর্জ্জুনদা অমুক হংডকই, "ফরে, নহাক অর্জ্জুন ওইববদি নহাক্কী নমিং ময়াম অতুগা করম্বনা করিদগী থোক্লিবা অতুক হায়ু তাসি।"

উত্তরগী ব্রাডাং অসিদা অর্জ্জুননা হাইফেৎ নোক্লতুনা হায়রকই, 'অর্জ্জুন, ধনঞ্জয়, বিজয়, কিরীটী, ফাল্গুনী, সব্যসাচী, বীভৎসু,

শ্বেতবাহনা কৃষ্ণ অমস্তং বিষ্ণু—তবা অ স ঐগী মিংনি। ঐগী থবক্তা অমকপা লৈতে হাযদুনা এবু অৰ্জুন যে বনি, লেবাক ময়াম লাল তৌবগা লন-থুম পোম্লকই হাযদুনা ধনঞ্জয় কৌই, মফম পুম্নমক্তা মাক্ত পাকপা ফংহ হায়দুনা বিজয় কৌহ, হিংচাবশিংগা লান্থেংনবদা ভমদুনা ইন্দ্রনা মনা ওইনা লুপ্তপ শিখিবদগী কিরীটী থোনখিবনি, ফাল্গুনী নক্ষত্রদা পোকহ হাযদুনা ফাল্গুনাস্থ কৌহ, ওইথংব খুৎস্থ যেৎকুম্না চপ মান্নৱা খুৎলাহ শিজিন্নবা ঙম্মি হাযদুনা সব্যসাচী কৌই; লালগী মতমদা অকিবা ফ ব থবক তৌহ হাযদুনা বীভৎস্য কৌনৈ, ঐগী দোলাহগী শগোলপুম্ব ভৌহ হাযদুনা শ্বেতবাহন কৌই, ঐগী কুচু অসি শংবা নৈ হাযদুনা কৃষ্ণস্থ কৌই, যেক্রবমথৈ লাকশিনবা ঙম্মি হাযদুনা বিষ্ণু কৌহ। অসিদস্থ নওন এ অসি পৃথা অমদি কুন্তীনা পোকহ হাযদুনা মানা 'পার্থ' নগ 'কৌন্তেয' হাযনস্থ কৌনৈ।"

মাসি তাবদ উত্তরগী চিংনবা অমুক লেত্রে। মহাক্তা থিন্দনা ভক্তিগা লোইননা অর্জুনবু খুকমদুনা ঙাকপিনবা নিজবকই। মদু উবদা অর্জুননা হাযবকত, 'যুবরাজ, হৌজিক অস্তুম্না লৈথোকপা যাবা মতম নত্তে। মাংদ মশী লাকচনদ্রবা যেক্রবা লেবি। চৎসি, বথতা কাথৎলো।"

উত্তর হৌজিক কাবম কিব লত্রে। বনথৌববা অর্জুনগী মনাক্তা ফমদুনা লাল চংবদ বনান অকিবা পোক্কনি! উত্তরনা মথৌনা ফগৎপগা লোইননা খুৎলাই মযাম বথদ হাপকংতুনা সারথীগী ফমফমদা ফমখ্রে। অদুগা লোইন লোইননা অর্জুনস্থ রথদা কাথত্তুনা চাও শাংলবা গাণ্ডীব পায়থৎতুনা হৌনা লিবি খিংগংলকে, মোইবুং খোংগৎলক্লে। মদু তাবদ উত্তর অদু কিবনা থক থক নিকখ্রে।

ভীষ্ম, দ্রোণনচিংবা অহল-লম্মন ময়ামগী মফমদা খুকম্লগা অমস্তুং তেন অমনা দুর্য্যোধনগী লুহুপ অহু ককথৎলগা উত্তবগা লোইননা ক্যামলৈ পাম্বীগী মখোঙ তান্না অমুক হল্লক্লে।

ক্যামলৈ মখোঙ য়োবকপদা অর্জ্জুননা উত্তবদা হান্নগুম উথক্কা খুৎস্থ খুৎলাত লোৎলুবো হাযবক্লে। উত্তবস্থ হাযবিবা অতুগী মতুং ইন্না তৌবে। অতুদগী অর্জ্জুননা অমুক হাযবকই, "যুববাজ, ঐহাক ব্রা অমা হাযগে। ঙসি তাঞ্জা চাখিদবন যুববাজগী নফমদা ঐখোইগী অশেংবা ফীভম পূন্নমক তাকখ্রে। অতুবু ব্রা অসি কোন্নুং যৌবগা কনাগুম্না অমতদা হাযদোকপা য়াদে। মতুম তৌববদি এখোইগী অমাঙবা য়ান্না ওইগদৌবিবনি।"

হাযবিব ব্রা অসি উত্তবস্থ যাবে। অতুদগী অর্জ্জুননা অমুক বৃহন্নলাগী া সাবথী ওহব্রে।

অসোমদা কৌববপুম্ব ব্রাম্বকুবদগী অমুক লৌশিং তানবক্লে। কর্ণ অমস্তুং দুর্য্যোধননচিংব মখোত হবনা অর্জ্জুন কদাইদা লৈ হাৎকে অসিনচিংবা অনেম্বদা নাপলগী ব্রা মযাম চাংলকপা তাবদা ভাষ্মনা শাওবহুনা হাযবকই, 'অর্জ্জুনগী তনন ডফুলথক্কা থবো থবো ওন্দুনা লৈবিদে বিবাটকী মচা উত্তবনা নফী নবোল মুল্লবা মতমদদি নখোয়গী নথৌনাত্তবু কদাহদা লোৎলুবগে? নবাঙবক ফত্নুা ঙসি অর্জ্জুন থেংনবনি, ভীম ওহবম্বা গোক্লবদি কনামতস্থ নথব্রাই হিংগবোহ। হৌজিক অবেম্ব নাপল তৌহুনা কান্নদে, তুমিন্না য়ুমদা চনবনা ফে।"

ভীষ্মগী অশাঙব ব্রাঙাং আস তাবদ ডম্নমক নমাহ লুকথনখ্রে, কনাস্থ ব্রা মচেৎ অমতা ঙা নদ্রে।

অসোমদনা ভীমগী মপান্না সুশর্ম্মাবু লান্দা মায়থীবা পিবগা বিবাটনা কোন্নংদা হল্লকপদা কৌববনা যণ থোম্বা লাক্লে, অতুগা উত্তবনা বৃহন্নলাবু সাবথী ওইহন্দুনা লাল তৌবা চৎখ্রে হায়বসি তাবে। পাণ্ড অসি হেক তাবদা বিবাট নিংথৌ ওম্থোক্লা ব্লাখ্রে, মাইকৈপূম্বা পুম্মম মমখ্রে। ব্লাববা থোম্থাংনা মহাক্লা হায়বকহ, "ওম্থোকপনি, ঐগী ইবাইবকসি থিখ্রবা হাযবতুনি। অভাং পিশক উত্তব অতুনা কবম্না ভীষ্ম, দ্রোণনচিংবা অকনবশিংগ লাল থেংনগদ্গ? মথব্লাই শোইদনা মাঙলম্লগনি।"

মসি তাবদা যুধিষ্ঠিবন থেমজিনবা ব্লাইন হায়বকই, "মহাবাজ, তপথবিযু। নজাইবুডো উত্তরগী দমক কবিমতা ব্লাবিকগন্ন। বৃহন্নলাগা লোইনখ্রবদা নডা ইবুঙোগী তুবম অম শোক্লাহ হাযবা ঐ য়াম্না নিংথিনা থকে।"

ব্লা অসিনা বিবাটপু অম্মক তপথহনবা ঙমদ্রে। মহাক্লা অমুক থিম্থবা তৌদন লাল চৎনবা লাম্মা শেম শাও হাযনা যাথং তোবক্লে।

খুদক অতুমক্তদা দূত অমা চেনশিল্লকুনা বিবাটতা হঙ্গৎলৈ, "মহাবাজ, নজা ইবুঙোনা কৌববপূম্বা মায়থীবা পিতুনা অংশোহ অভাম লেতনা কোন্নংদা হল্লক্লে। অতুগা যণ পূম্বমু মুল্লক্লে।"

পাণ্ড অসি হেক তাবদা বিবাট নিংথৌ নুংঙাইবনা জগোই শাখ্রে। মচা উত্তবনা, লাইমব্র কনববা অথোবা পূম্ববু মায়থীবা পিবে তাবদা মপা ওইবগী থম্মোইনা হবাওমনথিতুনা দূত অতুদা মনা মথুম য়াম্না পিবগা লৈবাক পূম্বা হবাও কুম্মৈ তৌ হাযনা য়াথং পিখ্রে। অতুদগী মহাক মশাস্ত পৃরিং মকা লাম্না যুধিষ্ঠিবগা লোইনন চৌবব শাম্লতুনা নুংঙাইনা মতম লেন্নবা থৌবাং তৌখ্রে।

চৌবর শান্নবদা বিরাটনা অমুক হুনবগা মচা উত্তরবু থাগৎপন অরোই অথম লৈতে। মহাক শান্নবদা থোইনা মপুক্লিং চংদ্রে। মচাগী রাখলদা চাওতুনা মরক মরক্তা যুধিষ্ঠিরদা হংলকই, "কঙ্ক, ঙসি এগী ইচা উত্তরনা তৌরক্লিবা থবকসিবু মী অমা অমনা পাক ঙম্বা পবক্লা। ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণনচিংববু মায়থীনা তেক পিবা হায়বসি চুম্নগী অকনব অমগী থবক নত্তে।"

যুধিষ্ঠির রাজাং অমদা নৈ-রঙনা খুম্লকই, "মহারাজ, অওইবনি বৃহন্নলানা সারথী ওইগ্রবদবু কনানা মায়থীবা পিরক্লবা মতিক লৈবগে। মীদি থম্নু থম্বিখো লাই, তিংচাবা থক্ক, নক্ক—কনাসু বৃহন্নলাগী খুবাক্তা লিংপা ঙম্বা য়াওদে।"

রাজাং অসি বিরাট নিংথৌ কয়া হুংডাইতে। অতুবু হান্নগুম অতুম্মক চৌবর শান্নবদি লেপ্পে। ডহাক লৈরগা অমুকন্সু বিরাটন মচাবু থাগৎপা তৌরকই। মতু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "মহারাজ বৃহন্নলা য়াওবদগী থোদোক অসি থোক্লকইবনি।"

অসুন্না বিরাট নিংথৌনা মচা উত্তরগী মগুণ হেক থাগৎলকপদ যুধিষ্ঠিরনা বৃহন্নলাগী মখোনা ফবগা রানা হেক য়েথংলকই। মসিদ নিংথৌ অতু মমৈথংদা অশাওবা শাব ডল্লক্তুনা মথুত্তা পাইরিব চৌবর শরু অতুনা যুধিষ্ঠিরগী মমাইদা থারক্লে শরু অতুনা থাবদ যুধিষ্ঠিরগী নাতোন্দা ঈ হাথরে। মহাক য়াম্না ফিংনা ফীজিনা ঈ অং তৈথোক্লগা দ্রৌপদীদা হায়রকই, "সৈরন্ধ্রী! থুনা ইশিং পুরক্লুন অশৌকপা মফম অসি অমুক্তা চামথোকউ।"

শান্নবা হৌরকপদগী দ্রৌপদী অতু মফম অদুদা লৈরম্মি। অসুঃ তৌরিঙৈ তাঞ্জা অসিমত্তুদ উত্তর যুবরাজ চংলকই। যুধিষ্ঠিরগী ফীভঃ

অতু উবদা মহাক পাথংখ্রে অমস্তুং ফিংনা মিপাইবগা লোইননা হায়রকই, "পাবুং করিনো তৌরিবা মতৌসিদে ? মাঙলে, থিন্দনা মাবু ৱারোবিদনবা হায়বিয়ু, নত্রবদি ঐথোইগী অঋবা ওইরোই।"

বিরাট নিংথৌস্মু ঙহাক্তুং শাউনিংলুবদগী থোকখ্রিবা থবক অতুগী দমক ওন্থোক্লা মথৱাই নুংঙাইতনা লৈরম্মি। হৌজিক মতাগী ৱা তাবদা মথৱাই শোক্লা যুধিষ্ঠিরদা ঙাকপিনবা নিজরক্লে।

ঙাকপিহৈবা যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোইননা নোল্লু কনা হায়রকই, "মহারাজ, তপথবিয়ু। ঐহাক করিমতা ৱারোবা তৌদে।"

উত্তরগা লোইননা তাঞ্জাতুদা অর্জ্জুননা মকম অতুদা লাক্কবতু যুধিষ্ঠিরগী মথৱাইদা য়াম্না নুংঙাতরম্মি। মরমদি মমাংদৈদা অর্জ্জুননা ৱাশকথি মতুদি, কনাগুম্বা অমনা যুধিষ্ঠিরগী ঈ লেপাক্লা হেক তাহনবা উরবদি, মহাক্তু মপাঙ্গল ফনা কনবা ওইদুনস্তু মথৱাই লোইত্রে মথৈ পোথাবা তৌরোই। মরম অসিনা যুধিষ্ঠিরনা মশাগী কাজিনা ঈ য়াতুনা মরিক অমা ফাঙবা লেপাক তাহন্দবনি। অর্জ্জুন লাক্লুনা লৈবাক্তা ঈ মরিক অমতং হেক উথিবদা বিরাট তুম্না মাঙলগদবনি।

থৌদোক অসি থোকখ্রবা মতম থরগী মতুংদা বৃহন্নলাগী ফাংহেৎ শেৎপা অর্জ্জুন অতু মকম অতুদা লাক্লুনা বিরাটপু ইকাই খুম্নবা উৎলৈ। অর্জ্জুনবু হেক উবদা বিরাটনা উত্তরবু মতম্বাক্তা পম্নতুনা মথৱাই নুংঙাইনা হায়রকই ; "ইপাগী ইবুঙো উত্তর ! নংবু ইচা ওইনা ফংজবা ঐগী নহালমুক মপোক্তা পুণ্য তৌরকপগী মহৈননি। নং অসি শাগৈগী নুমিৎনি। ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণনচিংখা অকনবা কয়াবু নংনা মায়থীবা পিতুনা জগৎপূম্ববু ঙকহল্লে।"

রা অসি তাবদা উত্তবদি মমাই লুকথখ্রে। মহাক্না তপ্না হায়বকই, "পাবুং! অশেংবমক ঐনা ভীষ্ম, দ্রোণনচিংববু মায়থীবা পিবা নত্তে। মখোইগা ঐগা লানবা পাবা ইতিকলা? ইবাইবক ফবনা লাই-মচা অমনা ইতেং পাংবিত্নুনা ঐখোইগী ইকাই খুম্নবা ঙাকপিবকপনি। মহাক্না জগৎপু জয় তৌবা ঙম্নবা অকনবা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণবু লান্দা মায়থীবা পিবনি। ঐদি মাগী সাবথী ওইরুবতনি।"

অসি তাবদা বিবাট নিংথৌ মাইথোং লাংশিনখ্রে, রা মচেং অমা ফাওবা ঙাংখিদ্রে। অস্তুম্না ঙাইহাক লৈববা তুংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "লাই-মচা অত্নুদি কদাইদা চংখ্রে? মহাকপু পুবক্লিবা কবিগীনো? মাবু মতিক চাবা ইকাই খুম্নবা উৎপা চুম্মিদনা।"

উত্তবনা খুম্নকই, "মহাক নোংমা নিনিসিগী মন্নুংদা শোইদনা লাক্কনি।"

মত্নু তাবদা বিবাট অত্নু ক্নুংঙাইবে। অত্নুগী তুংদা য়াম্না চিক্না পাণ্ডব মচিন মনাও উনত্নুনা লোৎপগী মতম হেল্লে ফোংলসি হায়না রা তান্নবে।

অত্নুদগী নো মা অফবা গুমিৎ য়েংত্নুনা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিবনা নিংথিবা ফীজেৎ শেত্তুনা বিবাট নিংথৌগী সিংহাসন্দা কাত্নুনা ফমলে। মহাক্কী ওইদা দ্রৌপদীনা মহারাণীগী ফীজেৎ শেত্তুনা ঙানথোইববে। ভীম, অর্জ্জুন, নকুল অমস্তুং সহদেবনা কাংহাই. চামব পায়ত্নুনা নাকল অনিদা থৌগল্লবে। য়েংবদা ওস্থোক্না ফজবা মতৌনি।

৲ মতম অত্নুদা খংহৌদনা বিবাট নিংথৌ মফম অত্নুদা লাক্তুনা তৌবিবা মতৌ অত্নু উবদা ঙকপগা শাওনিংবগনা অঙাওবগুমখ্রে। অশাওবা ফাবা ঙম্নক্তুত্নুনা মহাক্না য়াক্লবা খোঞ্জেলনা হায়বকই,

"কঙ্ক ! নখোইনা তৌরিবা লমচৎসি করিনো ? নখোইবু অকবা মী ওইনা থল্লুতুনা ঐনা চৎজকম পিবনি। মতুংগী তৌবিমন খঙবা উৎপগী থৌদৌদি অসিন্না ? নখোইগী নপুকচেন অদু অস্থুক তোনবা। ঐগী সিংহাসন্দা কাখতুনা ফম্বদা করিমতা হৈকাইবা পোক্তবা।"

অস্থুন্না মহাত্মা যুধিষ্ঠিরবু থীনা ঙাংলকপদু তাবদা ভীম অর্জ্জুন অনিদু শাওনিংবনা লৈকম খঙলক্করে। মদু উবদা যুধিষ্ঠিরনা ইঙ্গিত তৌতুনা থেমজিল্লকই। অদুবু অর্জ্জুন অদু পুমকা-কাথবা ঙমদতুনা নাপলগা লোইননা হায়রকই, "মহারাজ, তপথৌ। পংশাও শাওতুনা থোইনা কাম্নবা লৈতে। লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রমকন্দু অমুক্তং মাগী সিংহাসন্দা ফমহনবা ফংলবদি মরাইবক্তু ফবনি থমজরগদবা, নিংথৌ-শিংগী মকোক ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিবনা শ্রৌজানবিতুনা ওসি মহারাজগী সিংহাসন্দা ফম্বিররে। মসিদি মহারাজগী লাইবক্তুম য়াম্না ফবনি।"

য়া অসি তাবদা বিরাট নিংথৌ পুমণক ঙকখ্রে। য়া মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংবা থোক্ত্রে।

তাঙ্গা অদুদা উত্তর যুবরাজ মফম অদুদা লাক্তুনা হায়রকই, "মানি পাবুং, কঙ্ক মশামক ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনি, অদুগা বল্লভ হায়রি-বসিনা অকনবা ভীমনি, বৃহন্নলানা খুৎলাইদা মপা লৈত্রবা অর্জ্জুননি, গ্রন্থিক, তন্ত্রিপাল হায়রিবসিনা নকুল সহদেবনি। সৈরন্ধ্রীনা অতৈ কনা নত্তে, মহারাণী দ্রৌপদীনি। ঐনা পাবুংদা হায়জবা লাই-মচা হায়বদু অর্জ্জুন অসিনি। মহাক অত্তুনা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণনচিংববু মায়থীবা পিবা ঙম্বা কনা লৈবগে ? লোৎপগী মুমিং শুরতুনা ওসি ফোংননবগী দমক পাবুংগী সিংহাসন্দা ফম্বিবনি।"

মচাগী মচিন্দগী পাণ্ডবশিংবু মশক খঙলক্লবা অদুদা বিরাট নিংথৌ অদু অমরোমদা ইকাইথিবনা লৈফম খঙদ্রে অদুগা অম-রোমদনা মুণ্ডাইবনস্থু মপাল নাইদ্রে। জগৎনা পূজা তৌনরবা, মপাঙ্গল মথৌনাদা মীওইবগী লেম্নজনফম ওইরবা পাণ্ডবশিংনা চহি অমা কীজেৎ লোত্তুনা মহাক্কী মমুমদা লৈবিরম্বা অদু মরাইবক ফবনি খল্লুবদা বিরাট নিংথৌনা যুধিষ্ঠিরবু মতিক চাবা ভক্তিগা লোইননা ইকাইখুম্নবা উৎলে।

মতু উবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়বকই "মহারাজ! খুদোং থিরবা মতমদা ঐথোয়বু চংজফম পিবিথিবা অসিগী দমক মতম চুপ্পদা তৌবিমন খঙবা উত্তুনা লৈরগদবনি। মহাবাজগী পুকচেল চাওবগী মরম কদৌগুংদস্থু কাওররোই। পুক্রিং লাংতক্লবিবগী মহুত্তা ঐবু অমুক্তং হরাওনা কোনবিতুনা লাইবক ফবা ওইহনবিয়ু।"

মসি তাবদা বিবাট নিংথৌনা য়াম্না হবাওনা যুধিষ্ঠিরগা কোম্নতুনা নুংশিনবা উৎলে। অতুদগী অথৌবা অর্জ্জুনদা য়াম্না তবাম্না কোন্দুনা উত্তবাবু লুহোংনবা হায়জবক্লে।

মা অসিদা যুধিষ্ঠিবদি য়াদবা লৈতে। অতুবু অর্জ্জুননা হায়রকই, "ঐহাক চহি অমসি মহাকপু ইচাগুম্না তম্বি-তাকপিবক্লবনি, মানস্থু মপাগুম্না ভক্তি তৌবক্লবনি। অতুনা মাবু ঐনা লুহোংবা হায়বসি অচুম্বা থবক নত্তে, ফজফমস্থ লৈতে। অতুবু ঐনা হায়জনিংবদি, ঐগী ইচা অভিমন্যুগা লুহোংবিববদি য়াম্না মুংঙাইজগনি।"

অর্জ্জুনগী মা অসি তাবদা ময়াম্মক হরাওনা য়ানরে। বিরাট নিংথৌনা খিন্দনা লৈবাক লৈবাক খুদিংদা হুত থাতুনা পাও অসি শন্দোকহল্লে। খংহৌদনা বিরাট লৈবাক অদু মরুপ মপাং, শাগে

নাইতেনা পিক থল্লক্লে। লাক্লিবা ময়াম্বু মতিক চানা বিরাট নিংথৌনা ওত্তুনা মথরাই পেন্নবা হোৎনরক্লে। পাঞ্চালদগী দ্রুপদ, ধৃষ্টদ্যুম্ন অমস্থং দ্বারকাদগী কৃষ্ণ, বলরাম অমতা চিংখবা লৈত্রে।

অতুদগী অফবা স্থমিত্তা অফবা পুংফমদা য়াম্মা চাওনা উত্তরাগা অভিমন্যুগা লুহোংলে।

---

# উদ্যোগ পর্ব্ব

লুহোংবগী ইবাং লোইরবা মতুংদা অচৌ অচৌবা নিংথৌ অমস্থং অকন অথৌ পুন্নমক তিন্নহনা বিরাটকী-কোন্নুংদা সভা অমা ফমলে। সভা অতুদা যুধিষ্ঠিরনা করম্না অমুক লৈবাক হনজিনগদগে হায়না থন্নবনা মরু ওইবা রাফম্লি।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়বকই, "চৌবব শান্নবদা লেপ্পথিবা মতুং ইম্না পাণ্ডবশিংনা চহি তবানিথোই বন্দা চৎপা অমস্থং চহি অমা লোৎপা হায়বতু মপুং ফাবে। কবিশুন্না অকায়বা অমতা থোকখিদ্রে। হৌজিক্তি ময়েক্লা মথোইনা মরৈবাক হন্না ফংফম থোক্লে; অতুগা দুর্য্যোধননস্থু শোয়দনা পিফম থোকই। ঐনা পাম্বদি, অহানবদা পাণ্ডবশিংগী লৈপাক পিরো হায়না দুর্য্যোধনগী মফমদা দূত থাবা; মতুদা মানা নিংথিনা পিবক্লবদি ফরে, নত্রবদি ঐথোই পুন্নমক পাণ্ডবকী মীচংদা লেপ্পুনা কৌরবপু মায়থীবা পিরগা যুধিষ্ঠিরবু সিংহাসন্দা ফমহনবা অসিনি। মসিদা ফনানস্থু ঐথোইদা অয়ানবা শীবা ওয়োই।"

শ্রীকৃষ্ণগী য়া অসি সভা অদুগী মী পূম্বনা য়ানরে। দ্রুপদনা হায়রকই, "হস্তিনাদা দূত থাবগা লোইন-লোইননা সভা অসিদা য়াওদবা অতৈ নিংথৌশিংদসু শ্রীকৃষ্ণনা তাকশিনিরিবা য়াফম অসি খঙহনবা তাই। মরমদি—দুর্যোধননা করিগুম্বা য়াফম অসি খঙথিদুনা হায়না মখুৎ চনশিনখ্রবদি মখোইবু পাণ্ডবকী মীচংদা পুরকপা হায়বসি অরুবা অমা ওইগনি।"

ময়াম পূম্নমক হায়বিবা য়া অসি চুম্মি হায়না লেপ্লবে।

অদুগী মতুংদা লেপ্লথিবা মতুং ইম্না হস্তিনাদা দূত থাবে, মদুগা লোইননা অতৈ লৈপাক্কসু দূত চেন্নখ্রে। তিল্লিবা নিংথৌশিং অমসুং শ্রীকৃষ্ণ, বলরাম, দ্রুপদনচিংবা শাগে ভাই পূম্নমক মরৈবাক মবৈবাক্তা হন্নখ্রে। পাণ্ডবশিংদি বিরাটকী কোন্মুংদা অদুম্মক লৈরে।

মতম চানা হস্তিনাদগী দূত হল্লক্তুনা পাও তম্লরে মদুদি, দুর্যোধননা লাল শোক্লদনা কদোম্বুংদা লৈপাক হনবা তৌখ্রবোগ। য়াফম অসিদা করি উপায় লৈবি! পাণ্ডবশিং অদু লালগী দমক শেম শাবদা তাবে। কৌরবকী মাইকৈম্ম ইবাঙ লাঙলে। মাইকৈ অনিমক নিংথৌ কয়া অকন অথৌ কয়া লাক্তুনা তিল্লরে।

নকুল অমসুং সহদেবকী মামা মদ্রদেশকী নিংথৌ শল্য হায়বসি অকনবা অমনি। মহাক্না মহাক্কী লান্মী ময়াম পুদুনা পাণ্ডবকী মাইকৈদা য়াওনবা বিরাটতা লাক্লম্মি। শিংলবা দুর্যোধননা মহাকপু তরাম তরাম ওক্লনবা লমথাঙদা য়াম্না নিংথিনা থৌরাং তৌদুনা থম্নম্মি। লম্বীদা অস্লুম লাকপদা শল্য মহারাজনা পোত্থাশঙ অমদা চংউবদা শঙ অদুগী নিংথিজরবা খুৎ শা হৈবগী থবক উবদা পেন্নদুনা অশাবা মী অদুদা মপুক্লিং থুন্না য়না পিগে হায়রক্লে। থুদক অদুমক্তদা

কদোমদগীনো থংহৌদনা দুর্য্যোধন অদু মকম অদুদা লাক্নুনা হায়-রকই, "অদুদি মামা, ঐনা পোখাশঙ অসি শাবনি, মনা ঐনা ফংফম থোকই। মামানা খোজানবিদুনা ঐগী মীচংদা লাল থাওবিরবদি ঐগী নিংবা থুংবা মনা ফংজবা ওইগনি।"

শল্য অদু দুর্য্যোধনগী অসিগুম্বা লৌশিং অদু হায়না খঙলমদে। মহাক্না খল্লম্বদি, মহাক্কী মুংডাইনবগী দমক পাণ্ডবশিংনা লম্বীদা থৌবাংশিং অসি তৌবাম্নিবনি অসিনি। অদুবু হৌজিক্তি য়াম্না লুরবা ফীভমদা তারে। ক্ষত্রিনি হায়থিবা ব্রা হোংফম থোক্তে—মরম অদুনা মহাক দুর্য্যোধনগী মাইকৈদা য়াওবা তাখ্রে। শল্যবু মীচং ওইনা ফংবদুদা দুর্য্যোধনগী মুংডাইবগী ভমথৈ লৈত্রে।

বিরাট য়োররুগা শল্যনা ব্রা পুম্নমক অসি যুধিষ্ঠিরদা তম্লে। মতুদা যুধিষ্ঠিবনা হায়বকই, "য়াখ্রবা ব্রাফমনি, কবি অমুক তৌনিংঙাই লৈবি? ঐদি মহারাজবু য়াথং হোংঙউ হায়বদি ভমদে। অদুদা ঐনা হায়জনিংবা অমতংদি—কর্ণগা অর্জ্জুনগা লাল পাবকপা মতমদা মহা-রাজনা কর্ণগী সাবথী ওইবিদুনা লৌশিংনা মাগী মপাঙ্গল থবদং নোপথনবা শীনবিরবদি ঐখোইগী য়াম্না কান্নবা ওইগনি।"

ব্রাফম অসি শল্যসু য়ারে।

অসোমদনা শল্যবু খোমজল্লবা অদুদা দুর্য্যোধননা খল্লকই, শল্যগুম্বা অকনবা অমা মীচং ওইনা ফংলবদা করি কিফম লৈরি? হৌজিক্তি কৃষ্ণদংগা খোমজিনবা ভম্নগা লাল ভম্বা শোইদ্রে।

অশুম্না খল্লদুনা মহাক্না কনাদম্ভু করিগুম্বা অমতা তাক্নমদনা দ্বারকাদা লাক্লে। অদুবু ওন্থোকপনি, মহাক্না হেক থুংবগা অর্জ্জুনসু

অতে নিংথৌ কয়া মহারথী কয়া মথোই মথোইগী তেঙ্গোলগা লোইননা কৌরবকী মীচংদা লাক্লে। অদুগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নারায়ণী সৈন্যস্থ য়াওরে।

পাণ্ডবকী মীচংদা অক্ষৌহিণী * তরেৎনি অদুগা কৌরবকী মীচংনা অক্ষৌহিণী তবামাথোইনি—নাকল অনিমক্কা অক্ষৌহিণী তরানিপাল তিল্লে।

লানগী দমক অসি য়োনা লাওলবা ফাওবা অইংবা পাম্লবা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মতম অদু ফাওবদা তাইশিন্নবগী ব্বাথল থাবা লৈতে। মহাক্না থনবদি দুর্য্যোধননা মথোইদা লৈবাক পিনিংব্রবস্থু ধৃতরাষ্ট্রনদি চুমদবা লম্বী অসি চৎসি য়াবোই। অদুগা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিদুরনচিংবা অচুম্বা চৎলবা অহল লম্মনশিংনস্থু মচিন মনাও মশেন হাৎন-থিল্লবা অদুগা লান্দা মী লাক্ষ লাক্ষকী মথব্রাই মাঙবা অসি কদোম্নুংদস্থ থোকহল্লোই। অস্থুম্না থাজদুনা মহাক্না অমুক হন্না দ্রুপদগী পুরোহিতপু থাদুনা তাইশিন্নবা য়া ঙাংনহল্লুই।

অদুবু দ্রুপদগী পুরোহিতনা মাইথোং লাংশিন্না হন্নকুনা তম্লবে,—"দুর্য্যোধননা লাল তৌদনা য়েন্তুম মতোন্দা পকপা লেপাক মচেৎ অমা ফাওবা পিববোই। লাল অসিদা মহাক মচিন মনাও, মচা মশু, শাগৈনাতৈগা লোইননা মুৎখিবা অমা, নত্রগা পাণ্ডবশিংবু হাত্তুনা য়েক্ক-তিংখৎ লৈতনা পানবা অমা, শোয়দনা থোকহনগনি। ভীষ্ম দ্রোণ, বিদুব অদুদগীস্থ হেন্দোক্কুনা ধৃতরাষ্ট্র মশামক্কা লাল তোক্কবা হন্না হন্না হায়ব্রদা য়াবা লৈথিদ্রে।"

---

* শামু ২১৮৭০, রথ ২১৮৭০, শগোল ৬৫৬১১ অমস্থং লান্মী ১০৯৩৫০ অসিনা অক্ষৌহিণী অমা শাই।

মসি তাবদা করি তৌগদগে তৌকম থঙজ্রদুনা যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরুনবা দ্বারকাদা মী থাখ্রে।

পাও ফংবগা থিন্দনা শ্রীকৃষ্ণ লাক্লে। অদুগা হস্তিনাদগী মন্ত্রী সঞ্জয়সু লাক্লুনা থুংলরে। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই, "মিৎতাংবা নিংথৌদি তাইশিন্নবা কন্না হোৎনজে, অদুবু মাগী হায়বা ইন্দ্রবা মচাশিংনা য়াবা কৌবা লৈথিদ্রে। মথোইনা পাম্বদি লান তৌদনা পাণ্ডবশিংদা লম মচেৎ অমা ফাওবা পিরোই অসিনি।"

মদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা শাওনা খুম্মকই, "ফরে, মদুদা তারে। মথোইনা লাল পাম্নবদি পাণ্ডবসু য়াদবা লৈতে। লাল শোরুদুনা মথোইসু মথোইগী ফংফম থোকপদু লৌগনি।"

সঞ্জয় অদু পাও অসি পুদুনা হস্তিনাদা অমুক হল্লক্লে। ধৃতরাষ্ট্রদি মহাক হল্লকপা খোবাংনা ঙাইবম্মি। সঞ্জয়গী মচিন্দগী পাণ্ডবশিংনা মীচং কন্না খোম্বা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না অর্জ্জুনগী সারথী ওইগনি তাবদা অকিবগা লোইননা অরাবা য়াথলদা তাখ্রে। হন্দকী লাল অসিগী মহৈদি কৌবব মরু ফংনা মাঙবা শোইদে হায়বসি মহাক হৌজিক্না তশেংনা উরে। মহাক্না থম্মোই অদু হায়ফম থঙদনা লাংতক্লখ্রে। মহাক্না হন্না হন্না তাইশিন্নবা ঙম্বা মথৈ হোৎনৈ, অদুবু ঙন্না অরেম্বদা তাখ্রে। দুর্য্যোধনগী মচিন্দা লাল তৌদনা লৈপাক পিরোই হায়বা লেঙদবা য়াফম অদু অদুম্মক লৈখ্রে।

দুর্য্যোধনগী মপুকচেন অসি উবদা ভীষ্ম অদুসু শাওরক্লে। পাণ্ডবশিংনা লেপ্নথিবা য়া পুম্বা ইকায় কায়দনা চৎলবা ফাওবদা দুর্য্যোধননা অসুম তৌরকনি হায়বসি মহাক থাজরমদে। মহাক্না দুর্য্যো'ধনগী মনাক্তা চত্তনা মথল মথলগী য়াঙাংনা নিংথিনা তাকপিদুনা

হায়রকই, "দুর্য্যোধন, হৌজিকসু মতম লৈরি ঐখোইগী য়া তাও। লাল অসি তোকউ। করি পাঙ্গল লৈহুনা নংনা শ্রীকৃষ্ণনা ওাক্লিবা পাণ্ডবশিংগা মাইয়োক্লহুনা লেপকদৌরিবনো? কর্ণ লৈ অসিরা? মহুদি নংনা হেন্না খওলিবা অহু মওাই। চিত্রসেননা নংবু ফারকা হন্দোক্তুনা চেল্লকপদা ইকাইবা পোকথিত্রবা, অহুগা হন্দক্তসু বিরাট-লৈপাক্তা মপাঙ্গল মথৌনা নিংথিনা খওলবা নিপা অসিবু নংনা অহুক কন্না থাজক্লবা মবম কবিনো? কায়দে, ঐখোইনা হায়রিবসিনি, পাণ্ডব হায়বসি নচিন ননাওনি। নখোই নচিন ননাও খৎনহুনা পাঙ্গল শোম্বহনবগী মকত্তা তাইশিন্নহুনা খুৎ কন্নবা হোৎনৌ।"

অসিগী মতুংদা দ্রোণ, কৃপ, বিদুরনচিংবা ময়ামসু মথং মথং অফবা পাউত্তাক কয়া পিহুনা মপুকচেন হোৎনবা হোৎনরে। অহুবু দুর্য্যোধননা কনাগী মন্না তাবা লৈথিদ্রে।

খ্‌াইগী মমৈদা যুধিষ্ঠিরনা কন্না হায়জবদগী শ্রীকৃষ্ণ মশামক তাইশিন্নবগী য়া পুহুনা কৌরব সভাদা লাক্লে। ময়াম পুম্নমক হন্দক্তি শ্রীকৃষ্ণনা হায়বহু দুর্য্যোধননা শোইদনা য়ারনি খন্নরে। শ্রীকৃষ্ণনা দুর্য্যোধনদা মওং কয়াগী য়াডাংনা খওহন্দুনা হায়রকই, "য়েংউ দুর্য্যো-ধন! লাল অসিগী তাবকদবা মহৈদি অকিবগী মশক্লি। নহাক নশাগী অমদি কুরু শাগৈগী য়াইফবা পান্নবদি ঐনা হায়রিবসি য়াও। পাণ্ডব-শিংগা নিংথিনা তাইশিন্নৌ। মখোইদা লৈপাক তংখাই অমা পিত্রবসু মচিন মনাও মওাগী খুঙং মওাদং পিয়ু। মহুনসু মখোইদি অপেনবা ঔইজগনি। ধর্ম্মরাজদি লাল অসি শুকশোক শোক্লনিংদে। মহাক্তি অইংবত পান্মনি। অহুনা ঐনা হায়রিবসিনি, নহাক তাইশিন্নবসি য়ায়ো।"

মীচং কয়ে মপাকল কল্লে হাক্না মম্মাই কাম্বা দুর্যোধননা হায়রিবা হাকম অসিদগী য়াবা লৈত্রে। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মম্মাই থজিক্লুং ডাকপদি থাপ্পা থমখ্রুনা ইকাইনবা অচোম্বা য়াঙাং কল্লা ভাংথদগী হালেংবা লৈথিত্রে অমস্তুং নাপলগা লোইননা হায়রকই, "খুদং মডাদি থম্মু থমথো, ঐহাক লাল তৌদনা য়েত্তুম মতোম্দা পকপা লৈপাক ফাওবা পিরোই।"

শ্রীকৃষ্ণমকপু অম্তুম্না উৎশিং থোওইদনা ভাংবসি তাবদা মরাম পুম্নমক মথম্মাই শোরক্লে; মথোই পুম্নমক দুর্যোধনগী মাঙনবা মতম লাক্লে হায়বসি থম্মক্লে। মমিং তাঙলবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রদি কিবনা মশা পুম্বা থক থক নিকখ্রে। পুকচেল কত্রবা মচা অহু মমানা হায়বগা থম্নদং ফগত্রা হায়দুনা মহাক্না গান্ধারীবু রাজসভাদা কৌহন্দুরে।

গান্ধারীদি নোংমতা দুর্যোধনগী লমচত্তা য়াবা লৈবক্তে। হৌজিকসু অহু মডাই। মহাক্না রাজসভাদা লাক্লগা মথম্মাই য়ানা হায়জরকই, "দুর্যোধন, হৌজিকসু পাপকী লম্বী অসি থাদোকউ। জগৎ অসিদা লেঙদনা ধর্মনা জয় ওইদুনা লাক্লিবনি। হন্দকী লাল অসিগী মহৈসু অহু থোক্কনি। অসুক চাওখ্রবা কুরু শাগে অসি নংগী নবালতনা মাঙথিবা তাবে। শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং অহল-লম্মন পুম্নমক্না নংবু লাল তোক্লবা থেম্রি, ঐসু নংবু লাল তৌদনবা হায়রিবসিনি। ঐগাক নংগী নমানি, ঐগী য়া অসি অমুক্তা নিংথিনা থল্লু, থোওইদবা তৌগল্লু। পাণ্ডবশিং অসি নংগী মচিন ননাও ওাক্লি, মথোইগা চাম্ন-লুনা তৌনদুনা লুংঙাইনা লৈপাক ওাক্কুনা পাল্লু।"

অহুবু ওম্মোকপনি, দুর্যোধননা মমাগী য়াসু তাবা লৈথিত্রে। মহাক্না মমা, মপা, অহল-লম্মন, অহুদগীসু হেন্দোক্কুনা শ্রীকৃষ্ণ কাওবা

থৌওইবা লৈতনা নাপলগা লোইননা সভা অদুদগী মপাল থোকখ্রে। অদুদম্থু নত্তনা কর্ণ শকুনিনচিংবগা তিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণবু বন্দী তৌননবা ৱা তান্নখ্রে।

ভীষ্মনা ৱা অসি খঙহল্লকদুনা শাওথিবনা মমদুনা মত্তিংতাংবা নিংথৌদা হায়রকই, "ধৃতরাষ্ট্র, নংগী নচা অসি বুদ্ধি চোইরে। ঐনা হন্না হন্না হায়রিবসিনি, মহাক্না করিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু চোপ্পা ইকাইবা নংহল্লবা অদু ওইরবদি—লাই, হিংচাবা যক্ষ, রক্ষ অসিনচিংবা জগৎকী করিগুম্বা শক্তি অমতনা মাবু কনবা ঙম্নবোই।"

শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন নোক্লদুনা হায়বকই. "ঐগী দমকত্তা ময়াম করিমতা চিংনবিরুগনু। শেংলবা কুরুসভা অসি পুকচেল ফত্তবা মীশিংগী শান্নফম ওইরে হায়বা ঐ খঙলুদ্রে। মফম অসিদা লাক্লগা দুর্যোধনগী মরমচৎ উবদা· ঙক্তবা ঙমদ্রে ময়ান্না মাবু লাকপা ঙমদ্রবদি য়াথং পিনবিয়ু ঐহাক মাবু ফাদুনা যুধিষ্ঠিরগী মনাক তান্না পুদুনা চৎলগে। মদু নত্তনদি কুরুবংশ কনবা হায়বসি ওইথোক্ত্রবনি।"

শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অসিদা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিদুরনচিংবদি ঙম্না য়ারে, অদুবু ধৃতরাষ্ট্রদি ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদনা তুমিন্না লৈখ্রে। মদুদা ময়াম্মক ইচং থৌবা ঙম্নদ্রে।

শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হায়রকই, "অশিবনা য়োৎশিল্লক্লবদা মীওইবগী রাখল ওন্নরকই। ফরে, মসিদা ঐগী থোইনা কান্নবা লৈতে। ঐনা তৌগদবা ইথৌ অমতা কায়দনা তৌরে, হৌজিক্তি ঐহাক যুধিষ্ঠিরগী মনাক তান্না চৎলগে।" মসি হায়না হায়না অকিবা ফংলবা মুর্ত্তি অমা লৌখ্রে, মদু উবদা ময়াম্মক কিবনা থক থক নিরুখ্রে। দুর্যোধন অদু শ্রীকৃষ্ণবু ফাক্নবদি লায়রদুনা মনাক ফাওবা চংবা ঙমখিদ্রে।

খিৱনা সভা অতুদগী থোক্লক্লগা শ্রীকৃষ্ণনা বিদুরগী য়ুমদা কুন্তী দেৱীগা উনরয়ে। মহাক্না কুন্তীদা হায়রকই, "ইনেমতোন, ঐহাক তাইশিন্নবা কনা কয়া হোৎনয়ে, অদুবু কায়রে। দুর্যোধননা লাল তৌদনা নচাশিংদা লৈপাক মচেৎ অমা কাওবা পিরোই হায়না চপ লেপখ্রে। হৌজিক ইনেমতোয়া নচাশিংদা করি হায়নিংই ?"

কুন্তীনা খুম্মকই, "কৃষ্ণ! ঐহাক ঙক্ত্রি নিঙোলনি। ঐগী ৱা অমুক করি হংঙম লৈ ? কৌরবনা নৈবনা ঐগী ইচাশিংগী অৱাবা পন্দোল লোয়ে; অদুবু ইচাশিংনা হৌজিক ফাওবা ধর্ম করিমত্তা কায়দ্রি। ঐহাক মথোইনা লানবা করিমতা উদ্রি। অদুবু দুর্যোধননা মথোইবু অমুক হেন্না লাক্লনিংলবদি ঐনা থরাই য়াওনা-হায়রিবসিনি— ঐগী ইচাশিং অদু, শাগৈগী মৌবু সভা ময়াইদা ইকাইবা পিখিবা অদুগা দুর্যোধননা মথোয়গী মফমদা শাগী লিচং চৎথিবা পুন্নমক অসি নিংশিংদুনা অনৌবা পাঙ্গলগা লোইননা লাল শোক্লৌ হায়বিয়ু। ধর্ম লৈত্তবা মীগী মথক্তা খুৎলাই পায়বদা মপুক্লিংদা করিমতা চিংনবা লোকনু, মথোইপুম্বা মথৱাই থারবা ফাওবা ঐগী মিত্তা পি তাবা তৌথ্রোই হায়না তম্বিয়ু। ঐনা থাজৈ, ধর্মনা শোয়দনা জয় ওইগনি।"

কুন্তীগী ৱা অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণ মপাল নাইদনা য়ুংঙাইখ্রে। মফম অদুদগী থোক্লক্লগা মহাক কর্ণগী মনাক তায়া চৎলে। কর্ণনা য়ায়া তরাম তরায়া মহাকপু ওক্লম্মি, অদুদগী মহাক্না কর্ণগা পাণ্ডবকা করি মরী থোক্লবা করয়া থঙনখিদবা পুন্নমক অসি শুগাইনা তাক্লদুনা হায়রকই, "কর্ণ! হৌজিকতি নহাক নচিন ননাওশিংগা তিন্নদুনা চুমদবা মীগী মথক্তা খুৎলাই পায়বনা চুম্মি। যুধিষ্ঠির অসি ননাওনি

মহাক্লা খৎনবা অসি কয়িস্থ কজকম লৈত্তে। নহাকপু কংজরবদি মহাক্কী অপোনবা ওইজগনি অদুগা ইনেম কুন্তীশু হরাওজগনি।"

শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অসি তাবদা কর্ণনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! নংদি পূম্নমক খঙবনি। কুন্তীদেবীনা কদৌন্থুংদা ঐবু মচা মুংশিবা উৎপিখিদে, মমানা মচাগী মকমদা চৎপা হৌনদবা লিচৎ ভাক্তা চৎপিখি। ঐবু জগৎ পূম্বনা রাধাগী মচা হায়না খঙনৈ, ঐশু মতুনা পামজরে। অতুগী মথক্তা দুর্য্যোধন হায়বসি ঐবু চংজকম পিবিখিবনি, ঐহাক অহান-বদগী হৌনা মডোন্দা চাওববা আশা পিহুনা লাক্লবনি। ভসি ঐনা মাবু খাদোক্লবদি ধর্ম্ম কায়বা থোক্লনি অদুগা মীনস্থ ঐবু থীনা ভাংলে-রগনি। অহুনা ঐডোন্দা মসিগী ৱাকমসি অমুক তাকপিরগনু।"

কর্ণগী ৱা অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী অমুক ভাংকম লৈতরে। মহাক্লা হনখ্রগা যুধিষ্ঠিবদা কর্ণগী ৱা অসি তম্লবে। মসি তাবদা কুন্তীগী মথৱাই শোক্লা ৱাখ্রে।

অতুগী তুংদা কুন্তীদেবী মশামক কর্ণনা সূর্য্যদেব খুরুম্লিডৈদা চত্তুনা, মশাগী অওইবা তাক্তুনা হন্না হম্না পাণ্ডবগী মীচংদা ৱাওনবা হায়রবে। মহাক্লা অবানবা লমচৎ চৎখিবহু নিংশিংলুবদা কর্ণগী মাইথোং য়েংদুনা মমিত্তা পিগী ইরা অত্তৎ অথম লৈতনা শিম্হরকই। অতুবু কর্ণনা হায়গুম পুকচেল হোংবা লৈতনা চপ লেপ্লুনা হায়রকই, "ইমা! ঐহাক শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী পূম্নমক তাজরে। নহাক অসি ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিবগী মমানি, মরম অতুনা নংগী ৱা অসি মীনম্বা নত্তে হাম্নবা ঐ থাজৈ। থাজৈশেংনমক নহাক ঐবু পোকপী ইমানি। অতুবু অমুক্তা হায়বিয়ু ইমা, ঐডোন্দা ইমানা চৎখিবা লমচৎ অসিবু কয়িনো! শা উচেক কাওবনস্থ মচাদা অশুয়া চৎলমগনি নিংদে। ঐ

খল্লই, ঐ য়াথাগী মচানি, অদুগা নংনা পাণ্ডবশিংগী মমানি। ওসি ঐগী ইকময়দা লাক্লিখসিস্থ পাণ্ডবশিংগী য়াইকনবগী দমক্তনি। অদুম ওইনমক ঐহাক নংবু য়াহনবা পামদে। ঐনা য়াশকখিবদু নংস্থ তাখি-রম্লগনি। ইচিন্না য়াখ্রবনি, শিক্রিবা ফাওবা দুর্য্যোধনগী মীচংদা লেপ্পুনা লাল তৌরগনি। অদুবু নংগী নফমদা অসিমদি য়াশক্লবনি, ঐহাক যুধিষ্ঠির, ভীম, নকুল, সহদেব মখোই কনাবুস্থ হাৎলোই। অদুগা তাঙ্গা যংলবদি অর্জ্জুনবু হাৎপদা নিংহন্নবদি তৌরোই। ওমত্রগা অর্জ্জুনগী মখুত্তা থরাই থাগনি। শন্না হায়রবদা, ঐনা নত্রগা অর্জ্জুননা অনিগী মরক্তা অমা লেপ্তদনা লৈহুনা নংগী নচা মডা লেপ্তদনা অদুম্মক লৈগনি।"

য়া অসি তাবদা কুন্তীদেবী য়া মখা তাবা ওমদয়ে। ইকাইবগা মুংভাইতবগা তিন্নহুনা মাইথোং লাংশিন্না বিদুরগী ময়ুম তান্না হল্লক্লে।

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী যুধিষ্ঠিরনা মচিন মনাও মডাগী খুজ্যং মডাত্তা ফাওবা পিস্থু য়াদ্রে তাবদা, অতৈ লম্বী লৈত্রহুনা লালগী দমক শেম শাবদা তাখ্রে।

খিন্দনা কুরুক্ষেত্রগী পাক্লবা লমহাংদা মাইকৈ অনিগী মশীং লাকওমত্রবা লানশও শাগংলক্লে। নোংপোক থংবা মাইকৈদা পাণ্ডবকী লাম্মী অক্ষৌহিণী তরেৎ অদুগা নোংচুপলোমদনা কৌরবকী লাম্মী অক্ষৌহিণী তরামাথোই লালগী দমক শেম শাহুনা তিল্লক্লে।

বিরাট, দ্রুপদ, সাত্যকি, ধৃষ্টকেতু, চেকিতান, শিখণ্ডী অমস্থং ভীম মখোই তরেৎ অসিনা পাণ্ডবশিংগী সেনাপতি ওইরে। খ্বাইগী সেনাপতি মকোক্লা ধৃষ্টদ্যুম্ন, থৌরম তাকপনা অর্জ্জুন অদুগা ময়াম্মকী য়া তায়ফম্না শ্রীকৃষ্ণনা ওইরে।

অসোয়দা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবদি অন্নাবা কীভমদা তারে। পাণ্ডব-শিংগী মথক্তা মথোই কনামতা খুৎলাই পান্নিনিংবা য়াওদে। অদুবু অশুক কুইনা কুরু নিংথৌগী চেং চাদুনা লাক্লগা লুরবা লালগী মতাং লাক্লবসিদা করম্নস্থ থাদোক্তুনা চৎকনি ? মতুম তৌরবদি ধর্ম্ম কায়বা থোক্লগনি। অস্নুম্না হন্না হন্না থল্লবা মতুংদা মথোই কৌরব মাইকৈদা য়াওবদা তাখ্রে।

মশানা শিনিংত্রিবা ফাওবা শিবা লৈররোইদবা ভীষ্ম য়াওবদা দুর্য্যোধনগী মুংভাইবগী মপাল নাইথিজ্রে। মহাক হৌজিক লাই ফাওবা কিবা লৈতে। মহাক্না থল্লি, মহাক্না লানভম্বা শোয়দবনি ; পাণ্ডবশিংগী মপাঙ্গল ফনা কন্দুনস্থ ভীষ্মগী মমাংদা লেপ্পা ভমগদবা লৈতে। অগুনা মহাক্না য়াম্না হরাওনা ভীষ্মবু অথোইবা সেনাপতি ওইনা হাপ্লে।

ভীষ্মনা হায়রকই, "ঐদি অহল ওইরে, অদুবু হিংলিবা মথৈদি নংগী দমক অরৈবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা লাল শোক্লগনি। অদুবু ঐনা হায়গদবদি, নংনা মাগী মন্না লোত্নুনা লাল শোক্লবা পাম্লিবা, মহারথ-শিংগী মরক্তা ঐনা অর্দ্ধরথ ওইনা উরিবা, কর্ণ অদুগা অমতা ওইনদি লাল তৌবা ঐ ভম্লোই।"

ন্না অসিগী পাউথুম দুর্য্যোধননা পিক্রিষ্ণৈগী মমাংদা কর্ণনা থুম্নকই, "ইবুধৌ ভীষ্মনা হিংলিভৈদা ঐ কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা খুৎলাই পায়রোই" অসি হায়রম্নগা অমুক পাউথুম ভাইবা তৌদনা মফম অদু থাদ্রোক্তুনা চৎখ্রে।

ভীষ্মনা অমুক হন্না দুর্য্যোধনদা হায়রকই, "অসি নত্তনা ঐনা হায়গদবদি, ঐগী ইফমদদি কৌরব পাণ্ডব অনিমক চপ মান্নে, অনিমক

ঐনা খুংশিজবা ঙাক্তনি। অদুনা যুধিষ্ঠিরনচিংবা মথোই মচিন মনাও মতাগী মনুংদা ঐ কনাবুস্মু হাংপা ঙম্লোই। অদুগা শিখণ্ডীগী মশাদস্মু ঐহাক খুংলাই থারোই। মরমদি, নহালমুক্কী মপোক্তা মহাক অসি নুপী ওইনা পোক্লম্বনি। তরুক অসি নত্তনা ঐহাক পাণ্ডবকী রথী, মহারথ, অর্দ্ধরথ, অতিরথ কনাবুস্মু থাকপা তৌরোই। অদুগা অসিমস্মু রাশক্লিবসিনি, ঐহাক নোংমগী মনুংদা তা-রবদা পাণ্ডবকী লাম্মী লিশিং তরা শোয়দনা হাংকনি।"

ভীষ্মগী অসিগুম্বা রাডাং অসি তাবদা দুর্য্যোধন অদু জগৎপুম্বা তুমিং-কাণ্ড ওইনা উখ্রে। খুদক অদুমক্তদা শকুনিগী মচা উলুকপু কৌরবনা হয়েংমক পাণ্ডবশিং লাল হৌরক্লবা ইনশিল্লচো হায়না থাখ্রে।

শকুনিগী মতিক চপ চাবা মচানি। দুর্য্যোধনগী মচিন্দগী বা হায়দোকপা লোইবম লোইফাত্রিডৈনা থুনমক পাণ্ডবকী লানশঙ তাম্না চেনথিদুনা ময়ামদা ওইদবা পরেং হায়জিন্দুনা নোংহেক ঙানবগা লাল তৌনবা থৌবাং তৌহনখ্রে।

মাইকৈ অনিমক লালগী শেম শানরক্রে। মতম অদুদা দুর্য্যোধননা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ, অশ্বত্থামানচিংবা ময়ামদা হংওকই, "ময়ামগী মরক্তগী কনানা খুমিং কয়ানিদা পাণ্ডবকী লাম্মী তুমনা মাঙহনবা ঙমগদগে ?"

ভীষ্মনা হায়রকই, "য়াম্না চোকশিন্না নিংথিনা লাল তৌরবদি থা অমদা ঙমগনি।"

দ্রোণনা হায়রকই, "ঐহাকস্মু হায়রিবা মতম অস্মুম্না চংগনি।"

কৃপনা হায়রকই, "থা অনি চংব্রবদি ঐহাকী ইতিক লৈতে।"

অশ্বত্থামানা হায়রকই, "ঐনা হোৎনরবদি মুমিৎ জয়ানিদা ঙমগনি।"

মমৈথংদা কর্ণনা নাপলগা লোইননা হায়রকই, "ঐঙোন্দদি মুমিৎ মঙানিমকপু খরা হেন্দোক্না থোকনি।"

কর্ণগী নাপল অসি উবদা ভীষ্মনা করেম্বা মীনোক্না নোক্লদুনা হায়বকই, "কৃষ্ণ অর্জ্জুনগী মথুক্তা তারবদি নংগী নাপল অসি থংহোদনা মাঙখিনি। নহাক নশাস্থু মত্থু মুন্না থঙলমগনি নিংঙই।"

ম্না অসি তাবদা কর্ণ অত্থু শাওনা মমাই লৈথোক্লুনা চৎখ্রে।

অম্মুম্না ডাংনবা ম্না অসি অরোনবা পাও পুবা মীদগী তাবদা যুধিষ্ঠিরনা পাথক্তুনা অর্জ্জুনদা হংঙকই, "অর্জ্জুন, নহাক মুমিৎ কয়ানিগী মনুংদা কৌরব লাম্মী পুম্বা মাঙহনবা ঙমগনি?"

অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণদা হাইফেৎ য়েংলগা খুম্নকই, "বাসুদেবনা পাখে ওইনা লেবিরিবৈদা মুমিৎ ককপগী কান্নবা লৈতে, মিৎন কুপ্পদা ঐহাক পুম্নমক তুম্না মাঙহনবা ঙমগনি। ঐঙোন্দা লৈরিবা শিবনা পিনবা 'পাশুপত' কৌবা খুৎলাই অসিনা কৌরব লাম্মীদি থম্বু থম্বিথো, খুদকসিমক্তদা জগৎ সংসার অসি পুম্মাও মাঙহনবা ঙম্মি। অত্থবু কৱিস্নু লৈতবা লাল অসিদা খুৎলাই অসি শিজিন্নবগী কান্নফম উজদে। সুপ্পা হায়জরবদা লালগী দমক করিমতা চিংনবিক্লগন্নু। ঐখোইনা মায়পাকপা শোয়দবনি।"

ম্না অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরগী থম্মোই অত্থু মুংঙাইবনা থনখ্রে।

অত্থুগী মতুংদা নিংথিজরবা ফীজেৎ ঙাক্তনা লৈতেংলক্লুনা মাইকৈ অনিমকী লুচিংবপুম্বা মহাক মঙাকী লৈফমদা লেপ্পরক্লে। মখোইনা

লাওরকপা থোল্লাও, মোইবুং অমসুং পুং শেনগী মথোলনা আকাশ অসি পুমনমক নিনথ্রে পৃথিবী অসি থক থক নিকপগুমথ্রে।

অসোয়দা কুরু শাগৈগী থোক্লকদবা অরাবা অমসুং থবুদা ব্যাস-দেবগী থম্মোই অদু লাংত্রুথ্রে। থুনা য়াংনা মহাক্না লাল অদু থামবা ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্তা চেল্লক্লে। মহাক্না য়োরক্লগা দুর্য্যোধনগী অচেৎপা য়াশক, অদুদগীসু হেন্দোকুনা শ্রীকৃষ্ণমকপুসু ইকাইবা পিথিবগী থৌরম পুম্নমক তাবদা থিংনবা লগী উৎত্রুনা থম্মোই শোক্না য়াথি।

মহাক্না চৎলমদাইদা ধৃতরাষ্ট্রবু থেমজিনবা য়াহৈনা হায়রকই, "মসিগী দময়ক অমুক য়াক্লহুনা কান্নদ্রে। লাইবক্তা তমথিবা থেৎ-তোকপা ঙম্বা লৈতে। নংনা করিগুম্বা লাল অসি য়েংনিংলবদি, হায়ু, ঐহাক নংগী নমিৎ অদু উনবা হোৎনগে।"

ধৃতরাষ্ট্রনা খুম্নকই, "ঐ মতু অমুক পামজদ্রে। ইচা মশেল হাৎনহুনা ঈগী তুরেল চেনবা অদু উরুহুনা ঐগী কান্নথা লৈতে। অদুবু ঐহাকপু পাও পুম্বা হেক হেক তাবা ফংনবা পাম্বৈ অমতং জৌথি-রবদি য়াম্না মুংঙাইজগনি।"

মতম অদুদা সঞ্জয় মফম অদুদা লৈরম্মি। মতু উবদা ব্যাসদেবনা হায়রকই, "করে, সঞ্জয়গী মচিন্দগী নহাক লালগী পাও পুম্বা খুদক্তা তাবা ফংগনি। ঐগী বরদগী মহাক লানফমদা চত্রবসু পুম্নমক থঙবা ওইরসনু। অদুদসু নত্তনা ময়াম্মক্কী পুক্লিংগী য়া ফাওবা থঙলসনু। লানফমদা চৎলবসু মহাকপু খুৎলাই অমতনা শোক্ত্রসনু।" অসি হায়রয়গা ব্যাসদেব চৎখ্রে।

---

# ভীষ্ম পর্ব্ব

লান হৌভ্রিডৈগী মমাংদা মাইকৈ অনিমক য়া থরা লেপ্লরে, মতুদি—খুংলাই য়াওদবা মীবু খুংলাই থানরোই, চেন্নবা অমদি অশোকপা মীদা অমুক হন্না লাকশিনবা য়াদে, শগোল তোংবগা শগোল তোংবগা, খোঙমীগা খোঙমীগা—অন্নুম্না মাম্ন মান্নবা পানগদবনি, মাইয়োল্লবা নঙনা তুংদগী অমদি থঙহন্দনা কনাবুসু লাকশিনবা য়ারোই ; অসি নত্তনা দোলাই থৌবা, পাঙচৎপা, শগোল শেন্নবা, পুং শেন মৈবা মীশিংবু হাৎনবা য়াদে।

অতুগী তুংদা নাকল অনিমক ব্যূহ শাত্নুনা মাগী মাগী লাম্মী থম্নবা হৌরক্লে।

পাণ্ডবকী ব্যূহ উবদা দুর্য্যোধননা দ্রোণদা হায়বকই, "য়েংবিয়ু গুরুদেব, নহাক্কী শিষ্য ধৃষ্টদ্যুম্ননা পাণ্ডবকী ব্যূহ শারি। অতুগা ভীম, অর্জুন, দ্রুপদ, বিরাট, সাত্যকি, চেকিতান, যুধামন্যুনচিংবা মহারথশিংনা লানগী থৌরাং তৌতুনা লৈবে। ঐগী মীচংদসু গুরুদেব নশামক, ইবুধৌ ভীষ্ম, কর্ণ, কৃপ, সোমদত্ত, জয়দ্রথ, শল্যনচিংবা মহাবথশিং য়াওবিরি। হৌজিক্তি ময়াম্না মফম চানা চানা লেপ্লিতুনা ইবুধৌ ভীষ্মগী মতেং পাংবিয়ু।"

য়া অসি হেক তাবগা ভীষ্মনা লানগী থোল্লাও লাওতুনা মোইবুং খোজংলক্লে। মতুগা লোইন লোইননা কৌরব জেজোলদগী মোইবুং শোরে শিঙ্গা লিশিং লিশিংগী মখোলনা মাইকৈ মরি পুমনিন নিনখ্রে।

মতুগী পাণ্ডখুম ওইনা পাণ্ডব মাইকৈদগীসু শ্রীকৃষ্ণগী 'পাঞ্চজন্য' অর্জুনগী 'দেবদত্ত', ভীমগী 'পৌণ্ড্র', যুধিষ্ঠিরগী 'অনন্তবিজয়',

নকুলগী 'সুঘোষ', সহদেবগী 'মণিপুষ্পক' হায়বা মোইবুংশিং অমু পুন্না থোংলক্লে। মতুংগা লোইননা বিরাট, সাত্যকি, দ্রুপদ, ধৃষ্টকেতু, চেকিতাননচিংবা অকনবা ময়ামগী মোইবুং থোঙ্গেলনা হৌনা থোংলক্লুনা কৌরবশিংগী থম্মোইদা তুচুংবা পোকহনখ্রে।

অতুদগী অর্জুননা গাণ্ডীব পায়থরুনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! মাইকৈ অনিমক্কী তেঙ্গোল ময়াইদা ঐগী দোলাই অমুক্তা থৌজিনবিয়ু। অথৌবা কনা কনানা লাঙ্গাও অসিদা কৌরবকী মীচংদা য়াওবগে অমুক্তা য়েংজগে।"

অর্জুননা পাম্বা মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবা মফমতুদা দোলাই থৌজিল্লে। মফম অতুদগী অর্জুননা মবুথৌ, গুরুদেব, মাম্মা, মচিন-মনাওশিং, মচাশিং অমসুং শাগৈ ভাইশিং কয়ানা লানগী শেম শারিবতু উরে। মতু উবদা অর্জুনগী থম্মোই অতু থওহৌদনা মুংভাইতবা অমা পোকখ্রে। মহাক্না থরাই শোক্না হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! কনা কনাবুনো ঐখোইনা হাৎলগা লৈপাক লৌনবা থৌরাংলিবসিবো? মচা মগু শাগৈ ভাই মুংভাইহন্নবগী দমক মীনা নিংথৌ ওইবা তান্নরিবনি; অতুগা ঐনা মথোই পুম্নমকপু হাৎলগা লৈবাক লৌনবা হোৎনরি। নত্তে প্রভু, ঐহাক অসিগুম্বা থবক তৌগদবগী মহুত্তা উমং য়ামংদা অমুক হন্না চৎথিবনা হেন্না পামজরে।" অসি হায়রুনা গাণ্ডীব থাদোক্লুনা লৈখ্রে।

মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণ অরাবা রাথলগী ইপাক্তা তাখ্রে। মহাক্কী মথৌনা মইদা তোংলুনা লাস অসিগী মাইপাকপা লেপ্পরিবা অতুগুম্বা অর্জুন অতুনা মতম অসিদা অমুক মথরাই পিকথখ্রবদি পুম্নমক অরেম্বা ওইরে। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা মথল মথলগী

পাউতাক পিবা হৌরকই। পাউতাকশিং অদু 'শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা' হায়না জগত্তা মঙ্গল নাইত্রবা লাইবিক ওইনা লৈখি।

শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাকশিং অদু তাবদগী অর্জ্জুনগী মথোনা অমুক পোল্লক্লে। লালগী দমকতা শেম শারক্লে।

তাঙ্গা অসিদা খংহৌদনা যুধিষ্ঠিরনা রথদগী কুমথদুনা খুৎস্থু খুৎলাই অমত্তা য়াওদনা কৌরবকী ব্যূহ তম্না মথত্তা চংলক্লে। মদু উবদা মী পুম্নমক পুমওক ঙকখ্রে অমস্তুং মিপাইনরক্লে।

মতুদা শ্রীকৃষ্ণনা ময়ামদা হায়রকই, "ময়াম্মক করিমত্তা মুংশা খীরুগনু। ধর্ম্মরাজনা লাল হৌত্রিডৈগী মমাংদা ভীষ্ম, দ্রোণনচিংবা গুরুজনশিংবু খুরুম্বা চৎখ্রিবনি। মসিনা ঐখোইগী মঙ্গল শোয়দনা ওইগদবনি।"

হায়রিবা অতুমক চুমলে। যুধিষ্ঠিরনা কৌরব তেঙ্গোল মরক্তা চংখিদুনা ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপ, শল্য ময়াম্মকপু খুরুম্নরে।

মদু উবদা ভীষ্মনা মথরাই মুংঙাইরদুনা হায়রকই, "ইবুঙো! নংগী নরমচৎ অসি উবদা ঐ ঙমখৈ লৈতনা পেল্লে। ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, লেপ্পমক লাল ঙম্বা ওইজো।"

যুধিষ্ঠিরনা খুম্নকই, "ইবুধৌ! ইবুধৌনা লেপ্পিরিবা মাইকৈনবু মায়থীবা হৌনববা? ইবুধৌদি অশিববু নিংতম্না শিজিন্নবিরিবনি, কনানা ইবুধৌগী মফমদা মায়পাকপা ঙমগদগে?"

মা অসি তাবদা ভীষ্মনা মোমোন তৌরদুনা যুধিষ্ঠিরদা অমুক হায়রকই, "মতুগী দমক্তি করিমত্তা চিংনরুগনু। নহাক তাঙ্গা চানা ঐগা অমুক্তং উননবা তৌ। মতম অদুদা ঐহাক নঙোন্দা য়া পুম্বা তাক্কে।" অদুদগী যুধিষ্ঠিরনা দ্রোণ অমস্তুং কৃপনচিংবগী মফমদা

চংলক্রে। মখোইনা আশীর্ব্বাদ তৌরদুনা হায়রকই— "মহাক্তি ধর্ম্ম চেনবনি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনসু নত্তেং পাংলিংনি। করিমতা চিংনরুসু নংনা শোয়দনা মায়পাকনি।"

শল্যনা হায়রকই—"যুধিষ্ঠির, নংনা হায়থিবা ঐ কাওজ্রি। অকিবা লৈক্তনা লাল তৌ। নংনা লেপ্পা ঙমগনি।"

অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা ময়ামদা ওনশিল্লদুনা লাওরকই, "মাইকৈ অসোমদা লৈবা কনাগুম্বনা ঐখোইগী মীচংদা য়াওবিনিংবা লৈরবদি, ঐগা লোইননা লেংবিরকউ। ঐনা য়াম্না তরাম তরাম্না ওকচগনি।"

মা অসি তাবদা কৌরব তেঙ্গোলদগী দুর্য্যোধনগী মনাও যুযুৎসুনা হায়রকই, "ধর্ম্মরাজ, ঐহাক নংগী মীচংদা য়াওজনিংই।"

থুদক অদুমক্তদা যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না নুংশিনা হায়রকই, "লাও ইনাও ইবুঙো। নংতদি মিৎউত্রবা ইপাগী অমতা ভাইরবা ইংনফম ওইহনসি।" অসি হায়দুনা মহাক্না যুযুৎসুবু কোন্দুনা হল্লক্রে।

অদুগী তুংদা ভীষ্মনা অমুক হন্না মোইবুং খোংদুনা লাল হৌনবা থুদম পিরক্রে। মদুগা লোইন লোইননা নাকল অনিমক্তগী মোইবুং পেরে, শিঙ্গা মশীং নাইদনা খোংগৎনরক্রে। মাইকৈ অনিমক লাল শোক্লবা হৌখ্রে।

অহানবদা অর্জ্জুননা তেন অনি কাপ্লুনা ভীষ্মগী খুয়াদা থুরম্মি। ভীষ্মসু তেননা মহাকপু মঙ্গল পিনরকই। অদুদগীদি ভীষ্ম অমসুং অর্জ্জুনগী তেন্না আতিয়া অসি পুমকুপ কুপখ্রে। অকিবগী মশক ফংলবা লালনি। খুংলাইগী মখোলতনা মালেম অসি পুমনিন নিনখ্রে। ময়াম পুম্নমক ঙসিদি মহাপ্রলয় থোক্লবা য়াই হায়না চিংনরক্রে।

মাইকৈ অনিমক মপাঙ্গল মাল্লবা অথৌবা ভাক্তনি। লাল অসিদা মী কয়া শোক্লবা, কয়া শিরবা, মশীং থঙবা ডব্বা পোৎ নত্রে।

অস্তুম্না ভীষ্মগা অর্জ্জুনগা লাল শোক্লিরিডৈদা মাইকৈ অমদা ভীমগা দুর্য্যোধনগা, শল্যগা যুধিষ্ঠিরগা, বিরাটকা ভগদত্তগা, সাত্য-কিগা কৃতবর্ম্মাগা অকনবা লাল থেংনরি। তেনগা তেনগা, গদাগা গদাগা, থাংগা থাংগা অডকপা মতৌ ওইরি।

কুরুক্ষেত্র লমহাং অহু ইঙেল থাগী ইচাওগুম ঈগী ইচাও চেল্লক্লে। ভীষ্মার্জ্জুনগী অডকপা লাল অহু উবদা স্বর্গগী লাইয়াম পূম্নমক ডক্না মিৎকুপ্তুনা য়েংনখ্রে। মথোই লাল কয়া উরবনি, লাল কয়া থেংনববনি,—অহুবু হন্দক্কী অসিগুম্বা লালদি অমুক্তস্ন উথিদ্রি। ভীষ্ম অর্জ্জুন অনিম্নক চপ মান্নে। অমনা অমবু লাকচবা ডম্নদে।

অস্তুম্না অহানবা নুমিৎ মক্তুদা অকনবা লাল শোক্লরিডৈদা অরাবা থৌদোক অমা থোক্লক্লে। বিবাটকী অনিশুবা মচা উত্তর অহু মতম থর মথৌনা ফবগা লোইননা লাল শোক্লরম্মগা শল্যগী মখুত্তা মথরাই থাখ্রে। মহুগী পাও তাবদা উত্তরগী ময়াম্বা শ্বেত হায়বহু ভমথৈ লৈত্তনা শাওথিহুনা শল্য তম্না অকিবা ফংনা ফুজিল্লক্লে অমস্তুং অকিবা ফংনা লাল থেংনরহুনা শল্য মথরাই থাবা তানা লৈরক্লে; অহুবু খুদক অহুমক্তুদা ভীষ্ম লাকুনা মহাকপু কনবিররে।

অহানবদা ভীষ্মস্থ শ্বেতগী মকমদা থরা অরাবা নংথিরম্মি। অহুবু ভীষ্মগী মাংদা কয়া কুইনা লেপ্পা ডমগদগে? মমৈথংদা ভীষ্মগী মখুত্তা শ্বেতগী মথ্বাই থারে।

নোংমত্তদা বিরাটকী মচা অনিমক পুন্না শিবহুদা পাওথলিংগী

মুংঙাইতবগী ভমথৈ লৈথিদ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্মকপু নিংথিবা য়াহৈনা থেমজিল্লকই।

অস্তুম্না তৌরিডৈদা হুমিং তাশিল্লক্লে, অদুগী হুমিংকী লাল লোইরে।

থংনবা হুমিত্তা অমুক লাল হৌবগী শিঙ্গা থোংলকপদা পাণ্ডব মাইকৈগী সেনাপতি ধৃষ্টদ্যুম্ননা "ক্রৌঞ্চারুণ" হায়বা ব্যূহ শেমদুনা তেঙ্গোল থমখ্রে। কৌরবকীনা অতোপ্পা মওংগী ব্যূহ অমা শাখ্রে।

লাল হৌবে। অদুগী হুমিত্তুস্তু অকিবা ফংবা লানফম্নি। ভীষ্ম অর্জুন অনিমক অঙাওবগী পান্দমগুম লাল শোক্লখ্রে। মথোইগী তেনগী মৈশাতনা মাইকৈপুম্বা মৈগুম্না শাখ্রে। মবানিমক্কী মশাপুম্বা ঈ মরি মবি শিন্থনবক্লে। অদুবু মদুগী য়াথল করিমতা তৌনবা লৈথিদ্রে।

অসোমদা দ্রোণগা ধৃষ্টদ্যুম্নগস্তু অকনবা লাল থেংনবি। অনিমক অথৌবা ভাক্কনি। মিকুপ য়াকাবা য়াদবমথৈ তেনগা তেনগা ক্রিক ক্রিক ইন্ননা কাপ্পবকপদা দৃষ্টদ্যুম্ননা লককৃতা তৌরুবদা দ্রোণগী তেম্না পাইশিল্লক্কুনা লিরুং অদু ককখ্রে। অমা অমুক পায়থংপদা ঙাইরিঙৈদা মদুমস্তু ককখ্রে। অস্তুম্না ধৃষ্টদ্যুম্ননা অল্লাবা তাদুনা মথল্লাই মাঙবদা তাবক্লবদা থংহৌদনা ভীম চেনশিল্লক্কুনা মহাক্কী মনাক্তা লেপ্লরে অমসুং দ্রোণনা কাপ্লকইবা তেন পুম্নমক গদানা য়েথেক্কুনা দ্রোণ তম্না ফুজিল্লক্লে। ভীমগী অকিবা ফংলবা লানজংদা দ্রোণ অদু লেপ্পা ঙমদ্রদুনা মমাই লৈখ্রে। ভীমনা অরেপ্পা লৈতনা তকশিল্লক্কুনা কলিঙ্গ, ভানুমান, কেতুমাননচিংবা অকনবা কয়াগী মথল্লাই লৌখ্রে।

মহাক্কী গদানা অদুগী সুমিত্তা কলিঙ্গগী লাম্মী লিশিং অনি চাত্তরেৎ অদুগা শগোল, শামু, রথ কয়া ফুগাইদুনা মাণ্ডহনখ্রে।

অদুগী তুমিত্তা অর্জ্জুনগী মচা অত্তাং ওইরিবা অভিমন্যুগা দুর্য্যোধনগস্থু অকনবা লাল থেংনখি। অভিমন্যুনা অদুগী তুমিত্তা অস্থুক্কী মতিক অণ্ডকপা ফংনা লাল তৌখি মদুদি, দুর্য্যোধন অদু মথন্তা মাইয়োক্লনা লেপ্পা ওম্নক্ত্রদুনা মহাক্কী তেঙ্গোল খোমদুনা লান-থেংনবদা তাখি। অদু ফাওবদা অভিমন্যুবু মখোইনা লাকচবা ওমখিদে।

তৌরিবা মতৌ অসি অর্জ্জুননা অথাপ্পদগী উরদুনা মচাগী মতেং পাংবা চংলকই। মপামচা তিন্নরবদুদা অমুক্কা হেন্না অকিবা লৈতনা লাল তৌরক্লে। মবানিগী ভেন্না কৌরব মাইকৈ অসি থাংফম থণ্ডত্রদুনা কোইচেন চেন্নবা হৌরক্লে। মশীং নাইদনা মথন্নাই থানরক্লে। মসি উবদা ভীষ্ম, দ্রোণনচিংবা ময়াম্মক্লা পুন্না মপা মচাগা লাল পাবা চংডক্লে। অদুবু থিংবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে। হেন্না হেন্না লাম্মী মথন্নাই থাবা হৌরক্লে। কৌরবপুম্বা ওসি লাল লোইবা তারে হায়না মিপাইনরক্লে। মমৈথংদা মখোইপুম্বা দ্রোণগা ম্নাতান্নদুনা লাল লোইবগী শিঙ্গা খোংদুনা অদুগী তুমিংকী লাল লেপলে। ময়াম্মক মাগী মাগী লানশঙদা হন্নখ্রে।

তুমিং অদুগী তুমিদাংদা দুর্য্যোধননা মাইথোং লাংশিন্না ভীষ্মগী মফমদা চংওক্ত্রনা হায়রকই, "ইবুধৌ, ইবুধৌনা থন্না চোংকশিন্না লাল তৌরিত্রবদি ঐখোই পুম্বা মাঙবা তারে। ওসিগী লাল অদু উবদা ঐহাক য়াম্না অকিবা পোক্লে। পাণ্ডবশিংবু তুংশিবদগী ইবুধৌনা কোমখোক্লা লাল তৌবিরবদি ভীম অর্জ্জুনগী মথুত্তা ঐখোই লিংফম লৈন্নরোই।"

ভীষ্মনা খুম্নকই, "দুর্য্যোধন, নং ঐবু শেন্নাম্নবা লৌরে। ঐদি অহল ওইরবনি, অদুবু ওন্বা মথৈ লান শোক্লবা হোৎনরি। ভীম অর্জুন হায়রবসি মপা নৈতবা অথৌবনি, নংনা হেন্না খঙলিবদু মন্তাই। অদুমকপু, নং কৱিমতা ন্নাক্লগনু, ঐ হৃয়েং ঐনা ওন্বমথৈ মথোইবু লাক্লগে।"

ন্না অসি তাবদা দুর্য্যোধন অদু থন্না ইংথরে।

থংনবা নুমিত্তা ভীষ্মনা 'গরুড় ব্যূহ' অমস্তুং অর্জুননা 'অর্দ্ধচন্দ্রব্যূহ' শাদুনা লান শোক্লবা হৌখ্রে। ওসিদি ভীষ্মনা অস্নুকী মতিক অকিবা অমস্তুং অঙকপা ফংনা লান শোক্লরক্লে - পাণ্ডব মাইকৈ পুম্বা অর্জুন কাওবা মাবু থিংবা ওন্বগী পাঙ্গল লৈরক্তে। ভীষ্মগী তেন্না মশীং লাকওমদনা পাণ্ডবকী লাম্মী শিবা হৌরক্লে; ফনা কন্না হোৎনদুনসু অর্জুননা ডাকপা ওমথিদ্রে। ভীষ্মগী তেন অমমমনা প্রলয়গী মৈওম অকিবা ফংখ্রে। শ্রীকৃষ্ণ মশামকসু মদু উবদা পুক্লিংদা অঙকপা পোকখ্রে। অর্জুননা ভীষ্মগী তেন অমা ফাওবা ককপা ওমশিল্লক্লবদুদা লান ওমগনি হায়বা ন্নাথলদা নিংবা কায়রক্লে। মহাক্কী মথোনা মপাঙ্গল মহৈ অস্নুম অস্নুম মাঙশিল্লকপগুম তৌরক্লে। মদু উবদা শ্রীকৃষ্ণ অন্নাবদা তাখ্রে। লাল্লোং অসিদা মতম থরদং চোম্থরবদি ভীষ্মগী মথুত্তা ওসি পাণ্ডব মাইকৈ তুম্বা তারে হায়বা উরে। মহাক্লা অর্জুনবু হন্না হন্না থৌগৎপা হৌরকই। অদুবু অর্জুননা মথন্নাই মতা ন্নাওনা হোৎনদনসু কবিসু পাঙথোকপা ওমদ্রে। মদু উবদা পাণ্ডব মাইকৈ পুম্বা নিংবা কায়নরক্লে; কৌরব মাইকৈরোমনা হন্নাওবনা কুপ্তাইবগী মীনোক হৌনা হৌনা নোক্লরক্লে। মদু তাবদা ভীষ্মসু হেন্না হেন্না মন্নাই কাথিদুনা লেন্না তৌদনা লান তৌরক্লে।

শ্রীকৃষ্ণদি হন্দক্কী লাল অসিদা খুৎলাই পায়রোই হায়না য়াশকখি। অদুবু পাণ্ডবপু কনবা তারবদি য়াশক অদু ভাকপগী মতম নৎলক্লে। থিন্দনমক রথদগী চোংথদুনা স্থদর্শন চক্র পায়দুনা ভীষ্ম হাংকে হায়দুনা চেনশিল্লক্লে।

মতৌ অদু উবদা ভীষ্মনা খুৎলাই থাদোক্কু্না রথদগী কুমথ-রক্লগা মখুৎ লোম্নরদুনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! চংলকউ, ঐবু হাৎলরো লাও। নংগী নখুত্তা ইথল্লাই থাবদি ঐগী ইরাইবক য়াম্না ফবনি। ঐগী নিংবা পূম্নমক থুংজরে। কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা নহাক খুৎলাই পায়বোই হায়থিবদু ঐগী ইবাইবক ফবনা নংবু পায়বদা তাহল্লে। ঐ হৌজিক অপাম্বা কবিমতা অমুক লৈত্রে, নংগী নখুত্তা থল্লাই থাবগা স্বর্গ তাম্না চৎচখ্রগে।"

শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু কন্ননবগী দমক খুৎলাই পায়থিবদু উবদা অর্জ্জুন অদু ইকাইবগী ডমথৈ লৈথিদ্রে। থংহৌদনা মাগী মপাঙ্গল মথৌনা অমুক নৌনা হল্লক্লে। মহাক্না য়াম্না ফিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক তাম্না চেল্লক্কু্না হায়রকই, "ঐহাক লানজবে প্রভু, অমুক্তা তপথবিয়ু। ঐহাক থিন্দনা নিংথিজনা লাল শোক্লজবগে।"

ভীষ্মগী মফমদা ইকাইবা ফংদুনা তৌফম থওদনা লৈবিগৈ অদুদা অর্জ্জুননা থাম্নবা তাদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হল্লক্কু্না বথকী শগোল চুপ্লি পায়ররে।

হন্দক্তি অর্জ্জুনগী মথৌনা অদু শক্লক অনি হেনগৎলক্লে। মহাক্কী গাণ্ডীবদগী পাইথোবকপা লাইনা পিনবা তেন খুজোক খুজোক্লা মিৎন কুপ্পগী মঙ্গুৎদা কৌরব তেঙ্গোল অদু মশীং নাইদনা মথল্লাই থানরক্লে। মহাক্কী অওকপা ফংলবা লান্দা হৈশিংবদুনা, মথক্তনা চামগী পাংথক

ওইখিহুনা কৌরবপুম্বা অমাবা ইপাক্তা তানরক্লে। মহু উবদা ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপ, শল্য, বাহ্লীকনচিংবা পুম্নমকস্থু পুমডক ডকখ্রে। মথোই ময়াম চংহুনা অর্জ্জুনগা লাল পাবা হৌরক্লে। অহুবু মথোইহুনা হোৎনবা পুম্বা অরেব্বদা তাখ্রে। অর্জ্জুনগী মমাংদা কনাস্থু লেপ্পা ডম্মরক্লে। পুম্নমক মথল্লাই হিংননবা অকং অফংবা মাইকৈদা চেম্নখ্রে। অস্থুম তৌনা তৌনা মুমিৎ অহুগী লাল লোইখ্রে। ময়াম্মক মাগী মাগী মফমদা চংহুনা পোথানখ্রে।

থংনবা মুমিত্তা নোং হেক ঙানবগা অকনবা লাল অমুক হৌরে। কয়া কয়া হাৎনরে, থিম্নরে; মাইকৈ অমনা ম্রাবনা কোইচেন চেম্নরি, মাইকৈ অমনা হরাওবনা ম্রা ম্রা নোক্লি। ডসিদি ভীমনা অকিবা ফংনা লাল শোক্লবা হৌরক্লে। মপাঙ্গল কনবগা লোইননা চাও শাংলবা মশা অহুনা চাওরবা গদা অহু পায়হুনা যমগী মতৌঙ্গম্না মাইকৈ অমদগী কৌরব তেঙ্গোল তক্লা হাৎপা হৌরক্লে। মশীং লাকডমজ্রবা শামু, শগোল, রথ মহাক্কী গদানা ফুগাইহুনা মাওলক্লে। দুর্য্যোধননা মাবু থিংননবা হোৎচিল্লকই। অহুবু করিস্থু তৌবা ডমজ্রহুনা মহাক লানশঙ তাম্না চেনখ্রগা মনাও তরাগা মরিথকপু ভীমগা লাল পাক্লনবা থারক্লে। ভীম্না দুর্য্যোধনগী মনাও অম্বুক য়াম্না অমুক্তদা থেংনবা ফংবহুদা হরাওবগী ডমথৈ লৈথিজ্রে। মহাক্লা অমমম ওইনা গদানা থোমহুনা মথোই তরেৎথক যমগী মফমদা থাখ্রবা মতমহুদা অতৈ লেমহৌরিব্বা তরেৎ অহু ময়াম্বগী লৈপাক কনববুদি মথল্লাই হিংহৌবনা কাম্নবতাই থন্দুনা মমাই লৈহুনা কম্না চেনখ্রে।

মুমিৎচুপ্পা লেপ্তুনা লাল তৌরকপহুদা ভীম অহু মুমিৎ তারমদাই য়ৌরকপদা মশা চোকথরক্লে। মহু উবদা তাঞ্জা চারে হায়হুনা

ভগদত্তনা ভীষ্মগা থেংনবা চংলক্লে। ভীষ্ম অহু ভগদত্তগা থেংনবা থরা য়ারপ থোক্লে। অদুবু থংহৌদনা ঘটোৎকচনা হিংচাবা লান্মী মপৈ অমা পুরক্লগা ভীমগী মতেং পাংলবে। হন্দক্তি ভগদত্ত অন্নাবদা ভারে। ঘটোৎকচগী মায়াগী লান্দা মহাক শোইদনা মথন্নাই মাডক্কদা অরক্লে। মহু উবদা ভীষ্মনা য়াম্না থুনা মুমিৎ অহুগী লান লোইবগী খুদম পিহন্দুনা ভগদত্তগী মথন্নাই কনখ্রে।

মতুংগী মুমিত্তা পাণ্ডবশিংনা "শ্যেন ব্যুহ" অহুগা কৌরবশিংনা "মকরব্যুহ" শাহুনা লান হৌরে। ওসিদি দ্রুপদগী মচা শিখণ্ডীনা ভীষ্মগা লানবাবা চংলক্লে। শিখণ্ডীনা অতং অথম লৈতনা তেন কাপ্পকই, অদুবু ভীষ্মদি শিখণ্ডীগী মশাদা খুৎলাই থারোই হায়না য়াশকথিবনা খুৎলাই থাদোক্লগা তুমিন্না ফমহুনা লৈখ্রে। মশাপুম্বা শিখণ্ডীগী তেন্না লৈতেংলক্লে। তৌরিবা মতৌ অসি অথাপ্পদগী দ্রোণনা উরক্লগা ভীষ্মগী মনাক ওয়ান্না চেল্লক্লে। মহু উবদা শিখণ্ডী পাথংখ্রে। দ্রোণগী তেন্না অমুক অনিরক্তং মশাদা থাবদা অমুক লেপ্পদ্বা তৌদনা মমাই লৈহুনা চেনখ্রে।

অহুদগী দ্রোণগা সাত্যকিগা অকনবা লান থেংনবক্লে। ওহাক থেংনরবা তুংদা সাত্যকি দ্রোণগী মাংদা লেপ্পা ঙম্লক্লে। মতম অহুদা ভীম, অভিমন্যু অমসুং দ্রৌপদীগী মচা মণা (প্রতিবিন্ধ্য, সুতসোম, শ্রুতকর্ম্মা, শতানিক অমসুং শ্রুতসেন) চংলক্লগা সাত্যকিগী মতেং পাংলরে। অসোমদনা ভীষ্ম অমসুং শল্যনা দ্রোণগী মতেং পাংলরে। অসুম্না মাইকৈ অনিহু অমুক অকনবা লান থেংনরে। তেঙ্কোল মশীং নাইদনা শিনরক্লে। অমরোমদনা ভুরিশ্রবানা ওসি অকিবা ফংলবা লান তৌহুনা নোংমতদা সাত্যকিগী মচা তরা পুক্লপ হাংখ্রে।

পাণ্ড অসি হেক তাবদা অর্জ্জুননা শাওম্রনখিহুনা প্রলয়গী মতৌগুম কৌরব জেজোল হাংলক্লে। মহাক্কী তেনগী মচিন্দা ম্রিথন কুমগী মমুংদা কৌরব লান্মী লিশিং কুনমঙা মথক্লাই থাখ্রে।

অদুগী থংনবা মুমিত্তম্ মাঙন-মুংনবগী থৌদোক অহু অমুক হৌরে। মুমিংসিদদি ভীমগা ধৃষ্টদ্যুম্নগা পুন্না কৌরবকী মথক্কা কুপ্পি-লক্লে। অকনবা অনিসিগী মমাংদা কৌরব জেজোল থাণ্ডবা ওমশিল্লক্লরে। মাইকৈ অমরোমদনা ভীষ্মনচিংবা অথৌবা থরনা অর্জুনগা লানবা পারি। ভীষ্ম থিংবিনবা কনাম্মু লৈত্রে। মহাক্কা থেংনবা দুঃশাসননচিংবা দুর্য্যোধনগী মনাও তরা হুমদোই নাপল তৌনা চংলকই—অদুবু ভীমগী গদা উবদা কনাম্মু থৌনা ক্ষনা মনাক নকপা ওমদহুনা অথাপ্পদগী অতম্মক চেনখ্রে। ভীমদি মখোই অমতম্মু গদানা থোমগাইবা ফংহৌদ্রে হায়ত্তুনা থোইদৌ ওস্তোক্লা শাওগথহৌরে। অস্থুম্না অদুগী মুমিংম্মু লাল লোইখ্রে। কৌরব লাম্নীগী অশিবা মশানা কুরুক্ষেত্র অহু চিংমুক ম্রাংনা পৈখ্রে।

মতুংগী মুমিত্তা পাণ্ডবশিংনা চক্রব্যুহ' অদুগা কৌরবকীনা 'মণ্ডপব্যুহ' শাহুনা লাল হৌরে। ওহাক লৈবগা শল্যনা নকুল, সহদেবমু অকিবা কংনা লানবারক্লে। শল্যদি মখোইগী মাম্মনি, অদুবু লানফম-দদি য়েন্নবা মাইকৈদা য়াওখ্রবদি মচান্না মপা হাংপা ফাওবা দোষ লৈনদে। মম্মাকশিংগী লালদা হৈ-শিংবা অহু উবদা শল্যনা মথক্লাই মুংঙাইনা লাল তৌরি। অদুবু থংহৌদনা সহদেবগী তেন অমনা পাম্মুনা ম্রাম্মগ্রে। মতৌহু উবদা সারথি অদুনা দোলাই মমাই লৈহুনা শল্য পুহুনা চেনখ্রে।

অর্জ্জুনগী মচা ইরাবাণম্মু ওসি অকিবা ফংনা লাল তৌহুনা

ময়াম্মকপু ওকহল্লি। অমুখিন্দনচিংবা অকাওবা অথৌবা কয়া মহাক্কী মফমদা মায়থীবা কংখ্রে। কৌববকী লাম্মী কয়া মহাক্কী মথুত্তা মথন্নাই থাখ্রে। মহাকপু খিংবা হোৎনবদা কৌরব অন্নাবা অমা ওইরে। মতম অসিদা দ্রোণনা থংহৌদনা বিরাটকী মচা শঙ্খবু হাত্তুনা লাম্মী ময়ামু অমুক অনৌবা থৌনা পোকহনখি। অদুগী মুমিত্তা সাত্যকিনা হিংচাবা অলুম্বধরবু হাত্তুনা মহাক্লা ওৎনৈবত্থ কোকহনখি। মুমিং অদুদা ভীষ্ম, দ্রোণ অমস্মুং অর্জ্জুনগী তেন্না মাইকৈ অনিমক্কী লাম্মী কয়া কয়া মথন্নাই থাখি, মত্থ মশীং লাকপা ওস্বা নত্রে।

মদুগী নোংডানবদা ব্যূহ অমুক শেম্নরগা নাকল অনিমক লাল হৌরে। মতম অস্মুক কুইবসি ভীষ্মগা অর্জ্জুনগা লাল পাবক্লি। অদুবু ওসিদি ভীষ্ম ভীষ্মবু লাল পাবা চোংথোবক্লে। ভীম্মনা ফনা কন্না হোৎনত্থনস্থ ভীমগী মফমদা কা হেনজিনবা ইওম ওমত্রে। দুর্য্যোধননা মচিন মনাওশিংগা লোইননা ভীষ্মগী মতেং পাংবা লাক্করি। মতম অদুদা ভীমনা লৌশিং তৌত্থনা ভীষ্মগী সারথী অত্থ মওক ককখ্রে। মদুদদি ভীষ্মগী রথ চিংলিবা শগোলশিং অত্থ লানকম ময়াইদা মাইকৈ শলাই থওদনা কোইচেন চেনবা হৌরক্লে। মতৌ অত্থ উবদা দুর্য্যোধনগী মনাও নিপাল থক্লা ভীমবু লাল পাবা চেনশিল্লক্লে। মখোইবু উবদা ভীমগী মুংডাইবা মপাল নাইত্রে। অমমম ওইনা মখোই নিপালত্থ মথন্নাই লৌখ্রে। মমাংমক্কদা মনাওশিং শিবা উবদা দুর্য্যোধন ন্নাবগী পন্দোল লোমখ্রে।

অসোমদা ইরাবাণনা অওকপা ফংনা লাল তৌত্থনা শকুনিগী মনাও ওরুক হাৎলে। অত্থবু মমৈথংদদি কৌরব মাইকৈগী আর্য্যশৃঙ্গ কৌবা মায়া হৈন্নবা হিংচাবা অমগী মথুত্তা মহাকস্থ মথন্নাই থাখ্রে।

অর্জুনদি মতম অছুদা মাইকৈ অমদা লান কল্লা শোক্লরি। মচা শিখণ্ডী পাও মহাক ভাবা ফংদে।

মুম্মিৎ তারমদাইদা ভীমনা অমুক অকনবা লান হৌরক্লে। ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপ, শল্য অমস্থং ভগদত্ত মথোই কনামতনস্থ মহাকপু খিংবা ভমক্লে। অছুগী মুম্মিত্তা মহাক্না দুর্যোধনগী মনাও মাপলখক অমস্থ গদানা থোমছুনা হাংলে। মুম্মিৎ তাখ্রে, অছুবু লান লেপ্পা তৌখ্রে। মাইকৈ অনিমক অভাওবগী পান্দমশুম্নখ্রে। অহিং খেংজিন্নবদা পোথাবগী শিঙ্গা থোংলজুনা ময়াম্মক লানশঙদা চংছুনা পোথানখ্রে।

ভসিদি দুর্যোধন, কর্ণ অমস্থং শকুনিগী মুংভাইতবা থম থেংখ্রে। মথোই অহুম খ্না তান্নরক্লে।

কর্ণনা দুর্যোধনদা হায়রকই, "চিন্দা ফনা হায়ছুনস্থ ভীষ্মগী হৌজিক মমাংঙৈগুম্না মপাঙ্গল মথৌনা লৈত্রে। মছু লৈরবদবু মহারাজগী ননাওশিং অস্থক লায়না মথন্নাই মাঙগত্রা? মহাক পোথাহল্লো, ঐহাক লোংমতদা পাণ্ডবশিংগী নাপল অসি মাঙহনগে।"

খ্না অসিদা শকুনিস্থ য়ারে।

অছুদগীদি অহিং অছু দুর্যোধন্না ভীষ্মগী লানশঙদা চত্তুনা পুক্লিং থোইশাওনবগা লোইননা হায়রকই, "ইবুধৌ, ভীম অর্জুনগী মখুত্তা পুম্নমক মাঙশিল্লক্লে। ইবুধৌদি হৌজিক অহল মতম ওইশিল্লক্লে।— মসি খিংবা করিগুম্বা ভম্বিরোইদবা লৈরবদি তাকপিরো—কর্ণবু সেনাপতি হাপ্তুনা মথোইবু মতিক চাবা থবক তৌহল্লগে।"

অস্থক অহল ওইরবা মতমসিদা মাগী দমক্তা হায়ছুনা অরেম্না লৈত্তনা লান শোক্লরিবা, অছুগুম্বা দুর্যোধন অছুগী মচিন্দগী ৱাঙাং অসি তাবদা ভীষ্মগী থম্মোইছু মুংভাইতবা শাওনিংবনা পিক থনখ্রে।

ফমা কুইনা তুমিন্না লৈরকববগী মতুংদা মখোল নিঙ্গা হায়রকই, "দুর্য্যোধন, ঙসি নংগী য়া অসি তাবদা ঐহাক হায়কম খঙদনা ইকাইরে। য়া অসি নংনা ঐঙোন্দা হায়ত্রিবৈগী মম্মাংদা অমুক্তুংদদি খন্নবনা চুম্বনি। কর্ণগী নাপল য়াঙাংদা ঐবু নংনা করিস্তু ওইদনা উখ্রে। মহাক্কী মথৌনা, মপাঙ্গল, মহৈ মশিংপুম্বা নহাক মমাংঙৈদা গন্ধর্ব্বগী লানকমদা, বিবাট্টা যণ থোমডৈদা, হন্না হন্না উখ্রবনি। ফরে, মসি পুন্নমকসি তোক্লসি। হৌজিক ঐহাক সেনাপতিগী খুঙম অসি হিংলিঙৈসিদা থাদোক্তুনা জগৎপুম্বগী মাংদা চোপ্পা নংবদি কয়া পামদ্রে। অতুনা ঐ ঙসি য়াশক্লিবসিনি, হয়েংগী মুমিত্তা লাল লোইবা নত্রগা ঐগী থয়াই থাখিবা, অনি অসিগী মবক্তা অমা শোয়দনা থোক্লগনি।" অসি হায়বগা ভীষ্ম অতু মমাই লুকথতুনা তুমিন্না অমুক লৈখ্রে। দুর্য্যোধন্দি য়া অসি তাবদা হরাওবগী ঙমথৈ লৈতত্নুনা পুক্লিং মকা লায়া মাগী লানশঙদা হনখ্রে।

ভীষ্মগী য়া অসি অহিং অতুদা অরোনবা পাও লোবা মীগী মচিন্দগী পাণ্ডব লানশঙদা য়ৌখ্রে। পাও অসি তাবদা পাণ্ডব মচিন মনাও পুম্বা য়াথলগী ইপাক্তা তাখ্রে। ভীষ্মগী য়াশক্লি, কিয়োইদবা কনা লৈ? পুন্নমক য়াবনা চিনবাল মথক মথা কংনখ্রে। অস্তুয়া য়ায়া কুইনা থনফম খঙদনা তুমিন্না লৈনরক্লবা তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডব মঙামক মনাক্তা কৌশিন্দুনা য়ায়া চিক্লা হয়েংগী লানফমগী দমক্তা লাক্লোং তাকখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী য়া অসিদা ময়াম পুন্নমক য়ানরে।

৭ অহিং অতু হৌখ্রে, নোংঙাক্লক্লে। মতুগা লোইনদা লালস্থ থিন্দনা হৌরে। ঙসিদি ভীষ্ম হৌবদগী হৌনা অকিবা ফংনা লাল শোক্লবা হৌরক্লে। অতং অথম লৈতনা তেম্মা নোং চুবগুম

কায়রক্লে। মহাক্কী দোলাইনা থৌজিল থৌজিন্নবা মাইকৈদা পাণ্ডব লাম্মী অপূম্বা রা রা কায়হুনা চেন্নরক্লে। মশীং লাকওমত্রবা রথী, মহারথী, খোঙমী, লাম্মী, শগোল, শামু, রথ মাঙশিল্লক্লে। মতৌ অতু উবদা যর্গগী লাইমাম পূন্নমক ভসি লাল লোইবা তারে হায়না চিংনরক্লে। ভীম অর্জ্জুন কনামতম্থু ভীষ্মগা লাল পাবা চোংথোরক্লে। ভীষ্মগা পাবিনিংঙাই কনাস্থু লৈত্রে। অস্থুম্না অথিংবা য়াওদনা হাংচিল্লক্লবদা মমৈথংদা শিখণ্ডীনা ভীষ্মগী মাংদা দোলাই থৌজিল্লক্লে। মহাক্লা ভীষ্ম তন্না তেন খুবাম খুবাম কাপশিল্লক্লে। ভীষ্মদি শিখণ্ডীগী মফমদা খুংলাই পান্নবোই রাশকখিবনিনা মহাক্কী তেন অমতা থিংত্রে, তেন পুম্বা মহাক্কী মশাদা থাববে। থৌর-থৌববা তেন্না পানশিল্লক্লবতুদা ভীষ্ম থাঙবদা রাবক্লে, মশা চোকথবক্লে। মসি য়েবববা ফাওবদা দ্রোণ কৃপনচিংবা কৌববকী অথৌবা অমতম্থু ভীষ্মবু কনবা চংলক্তরে। শ্রীকৃষ্ণগী লৌশিংনা ভসি ভীম অর্জ্জুননা মাইকৈ অমরোমদা অস্থক্কী মতিক কন্না লাল শোক্লবকখ্রে মতুদি—কৌরবকী অকনবা অমতা মমাই লৈথোবকপা ভন্নথিত্রে।

অর্জ্জুনগী গাণ্ডীবদগী কাপথোক্লকপা তেন খুদিংমক্তা ভসিদি মৈ কৌবা লাই তোংবগুম তৌখ্রে। কৌবব পুম্বা চাকথেক্কুনা উৎওইথিগদবগী মতৌ ওইখ্রে। মতৌ অসি উবদা দুর্য্যোধন অতু মথরাই রাশিল্লক্লে। মহাক্লা থিন্দনা ভীষ্মগী মনাক তান্না চেল্লক্কুনা হায়বকই, "ইবুঙৌ! তৌবিরিবসিবু কঁরিনো? লাল নিংথিনা অমুক্তা তৌবিয়ু। অসোমদা অর্জ্জুননা ঐথোইপুম্বা তুমহনগদবগী থৌরাং তৌরক্লে। অস্থুম তৌরবদি ঐথোই কদাইদগী থাঙবা ভন্নগদগে?"

শিখণ্ডীগী তেন্না তুখোং রৈনা পানশিল্লক্কুনা অন্নাবা ওইরিঙেদা

দুর্য্যোধনগী অসিগুম্বা য়াওং অমুক্তা তাবদা ভীষ্ম শাওবনা মৈ হৌরক্নে। দুর্য্যোধন্দা থানা য়েংলত্তুনা হায়রকই, "দুর্য্যোধন, ঐনা ওসিগী থানা মুমিং তরানি অসি থয়াই থুবাক্তা হাপ্লুনা লাল শোক্নবদা মুমিং খুদিংগী য়ামত্রবদা পাণ্ডব লাম্মী লিশিং তরা তরা হাৎলক্লি। ঐগী হন্দক্কী লাল অসিদি স্বর্গগী লাইয়াম ফাওবা ঙক্লরিবনি। অদুবু নংনেদি ঐবু কোম-থোক্লা লাল তৌরে হায়রি। করে, নং চৎলো, ওসিদি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা লানফম ওইরগদবনি।"

অদুদগী ভীষ্মনা অমুক অঙকপা ফংনা লাল তৌবা হৌরক্নে। মহাক্কী অকিবা ফংলবা খুৎলাই কয়ানা মুমিং অদুদা পাণ্ডব মাইকৈগী রথী চাতরেৎ, শামু লিশিংমণ্ডা, শগোল লিশিং তরা অমস্তুং থোঙমী লিশিং তরামরি হাৎলে।

মহাক্না হন্দক শোক্নরিবা লানফম অসি অরোইবমক্নি হায়বা য়াই। শিখণ্ডীনা লেপ্না লৈতনা কাপশিল্লকপা তেন্না থাবদা মশা পুম্বা থোইদিং মথাই অমা ফাওবা অহাংবা লৈরক্নে। অদুবু মহাক্না শিখণ্ডীদা মিৎচিনা ফাওবা য়েংলুবা তৌদে। অঙকপা ফংলবা মাগী অথাং কনবনি।

মতম অদুদা যুধিষ্ঠিরবু উদুনা ভীষ্মনা হায়রকই, "ইবুঙো যুধিষ্ঠির, ঐবু অমুক য়াহন্নগনু। ঐ থাওবা ওম্নক্তরে। থিন্দনা অর্জ্জুন কৌরক্তুনা ঐবু হাৎহন্দুনা অইংবা ওইহল্লো।"

য়া অসি তাবদা যুধিষ্ঠির য়াথিবনা মমিত্তা পিগী ইয়া চেক্লহুনা তুন্নিন্না মকম অদুদগী চৎখ্রে।

অদুগী মতুংদদি অকিবা ফংলবা লাল্লোং অমদা ভাখ্রে। হন্দক্তি শিখণ্ডীবু মাংদা থম্নগা অর্জ্জুননা ভীষ্মবু হাৎনবা থৌরাং তৌরক্নে।

মছু উবদা কৌরবপুম্বা অন্নাবগী খোজেলনা লিন্নরক্লে। দ্রোণ, কৃপ, দুঃশাসননচিংবা মন্নান্না অর্জুনবু থিংনবা কন্না হোৎনৈ, অছুবু পুন্নমক অরেম্বদা তাখ্রে।

অসোমদা ভীম, ধৃষ্টদ্যুম্ন, সাত্যকীনচিংবা মন্নান্না অর্জুনগী মতেং পাংবা চংলক্লে। অকনবা লাল থেংনরে। লানকম অছুদা ভীম্ন নত্তনা কনামতম্ম লেপ্না ওন্নখিন্রে।

মমৈথংদা ভীম্ম অছু অর্জুনগী কন্নবা তেন মন্নাম থাওবা ওম-শিন্নক্তরে। থারকপা খুদিংগী মশা অছু চোকথরক্লে। মশা পুম্বা তেন্না পুন্নথন থনখ্রে। ঈনা অতং অথম লৈতনা শিন-খুংনা চেম্বরক্লে। অসুম্না তেনতনা পুমন্নোম ন্নোম্নহুনা জগত্তা মপা লৈতনা থৌরবা ভীম্ম অছু অমুক থাওবা ওম্নক্তুহুনা মুমিং তাগদবা ওাহাক্তং ন্নাংলিঙৈদা রথদগী লৈমাইথক্তা ওম্বরক্লে। মছু উবদা মাইকৈ অনিমকী তেজোল পুম্বা অন্নাবনা মুংবংনথি।

ভীম্মগী মশা অছু অসুক্কী মতিক ন্নাম্না তেম্না থাখ্রে মছুদি, রথদগী তারকপদা মহাকী শেংলবা মশা অছু লৈপাক শোকপা ওমখিদে। তেনতনা শৌহুনা শুন্দ্রংদা লৈখি।

মিৎন কুপ্লগী মনুংদা ভীম্ম তুবগী পাও অসি মাইকৈ পুম্বা নিম্নরক্লে। খুদক অছুমক্তদা মাইকৈ অনিমকী রথিশিং অমস্তুং তেজোল পুম্বা খুংলাই থাদোক্তুনা মকম অছু তান্না চেন্নরক্লে। যুধিষ্ঠিরদি মথন্নাই অছু মুংডাইথিদবনা অণ্ডাওবগী পান্দম ওইখ্রে।

ভীম্মদি মতম অছু কাওবা পুক্লিং মকা লান্নি। মহাক্না মন্নাম পুম্নমকপু তন্নাম তরান্না কৌহুনা তপ্না তপ্না হান্নরকই, "মন্নাশক ঐগী দমক্তা করিম্নক্তা ন্নাবা তৌরুগনু। ঐবু স্বর্গদা মতম চারে হান্ননা

নিংশিংলক্লবননি। অদুবু হুমিংনা থা মাইকৈদা লৈরিবমথৈ ঐহাক কীভম অসিদা অশুম্মক লৈথিগনি। মহাক্না অরাং ওয়াক্লবা মতমদা ঐ থরাই থাগনি। মতম অদুদা ঐগী শিনবা অচাবা মতমনি।"

ওহাক লৈরগা মহাক্না অমুক হায়রকই, "ঐগী কোক অসি থরা ওমথরে, করিগুম্বা অমতং থরা থাংগৎলু।"

বা অসি তাবদা দুর্য্যোধননা ফজরবা রেশমগী মোন অমা লৌহল্লুরে। মহু উবদা ভীষ্মনা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "মোন অদুনা হৌজিক ঐগী করি কান্নগদগে? ঐনা হিপ্লিবা ফমুং অসিগা মতিক চাবা মোন পাম্মি। ইবুঙো অর্জ্জুন, নহাক লৈরিঙৈদা ঐগী মোন ব্রাৎফম থোকপ্রা?"

ভীষ্মগী বা অসিদা অর্জ্জুন অদু রাবনা ওমথৈ লৈথিরে। অদুবু তৌদবদি য়াদবনিনা তপ্পা চংলক্লুনা মবুধোবু থুরুম্নগা মকোক তম্না তেন অহুম কাপ্লুনা মতিক চাবা মোন শেমখি।

অদুগী তুংদা ভীষ্মগী অকোয়বদা থোং লুনা তৌহন্লুনা মতিক চাবা ওারুবা মী থম্নগা পুম্নমক মাগী মাগী লানশঙদা হন্নখ্রে।

মতুংগী নোং হেক ওানবগা হুপী নিপা নহা অহল মপৈ মপৈ কুরুক্ষেত্রদা লাক্লুনা ভীষ্মবু থুরুম্নখি।

ভীষ্মনা ইশিং থৌরাংবগী মতৌ উৎলকপদা দুর্য্যোধন মশামক্না ইংলবা ইশিং পুরক্লুনা ভীষ্মদা লানশিল্লে। মহুদা ভীষ্মনা হায়রকই, "ইবুঙো, ইশিং অদুনা ঐহাক থৌরাংবা কোক্লোই। অর্জ্জুন, নংনা ঐধু নিংথিবা ইশিং পিথরুবা তৌ।"

অঙকপনি অর্জ্জুনগী মহৈ! ভীষ্মগী পুক্লিংগী বা হেক থওবদা মহাক্না পৃথিবী তম্না তেন অমা কাপ্পি,—খুদক অদুমক্তদা লৈমুংদগী

পূন্নবা ইপিং ম্নরী অমা কাপথংলজুনা ভীষ্মগী ময়াদা তারে। মতু থকপদা ভীষ্মগী খোরাংবা পূম্বা কোকখিত্নুা পোখাখি। অতুদগী অর্জুনদা মথল্লাই পেল্লা আশীর্বাদ তৌখি।

অতুগী তুংদা তুর্য্যোধনবু কৌশিন্দুনা ভীষ্মনা পাউতাক অরুবা কয়া তাকুনা লাল তোরুবা হায়রকই, অতুবু তুর্য্যোধল্লা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে।

ভীষ্মগী মনাক্তা লাক্লম্বা পূন্নমক অমমম ওইনা চৎখ্রবা তুংদা কর্ণনা তপ্পা চংলজুনা থল্লাই রানা হায়বকই, "কুরুগী অথোইবা ইবুধৌ, তোল্লবা কর্ণনা লওর্জথিবা ইরাল পূন্নমক ৬াকপিয়ু নিজগে হায়ত্নুা ওসি ইবুধৌগী খুয়াদা খুৎলোম্লনা মীনাইগুম্না চংজরক্লি।"

মতু তাবদা ভীষ্মনা মাবু ৬াক-শেল্লিবা মীশিং অতুবু থরা থাপ্পা হন্দোকহল্লগা কর্ণবু মনাক্তা কৌশিন্দুনা মুংশিনা হায়রকই, "কর্ণ, ঐহাক নারদ অমস্তুং ব্যাসকী মচিন্দগী থওলে, নহাক রাধাগী মচা নত্তে, নংবু পোকপীদি কুন্তীনি। নহাকপু ঐহাক থম্মোইন্তুংদদি থাংজৈশেংনমক মুংশি। অতুবু ফত্তবা মীগা তিন্নত্নুা পাণ্ডবশিংবু অথীবা য়া ৬াংই হায়ত্নুা ঐনা নংবু চৈবনি। ঐনা হায়রিবা পূন্নমক নংগী য়াইফনবগী দমক্তনি। ঐ থওই, নহাক অসি থাজৈশেংবা অথোবা, ধর্ম্মচেনবা অমস্তুং দানদা মপা লৈতবা মীনি। হৌজিক ঐনা নওোন্দা হায়নিংবদি নহাক ননাওশিংগা থৎন-চৈনবসি তৌরগম্ম। ঐনা তুবসিদা লালগী অরোইবা ফীজং হাইথবা ওইরসম্মু। অতু ওইরবদি ঐগী থল্লাই অসি ওন্থোক্লা মুংডাইবা অমস্তুং অইংবা ওইরগনি। ঐ শিবদম্মু মুংডাইনা শিরগনি।"

হায়রিবা রাফম অসি কর্ণদি য়াখিদ্রে। মহাক্লা হায়রকই,

"পাণ্ডবশিংপা ঐগা থৎনবা নত্তে। অদুবু ঐবু লাল তোকউ হায়বসিদি তাকপিগনু।"

ভীষ্মনা ওহাক থল্লগা হায়রকই, "করে, লাল তৌবা তারবদি অশেংবা ক্ষত্রি ওইনা তৌ। নপুক্লিং মাংনা অমদি লৌনম্বা লিচংনা লাল তৌগনু।"

য়া অসি তাবদগী কর্ণ মাগী লানশঙদা হনখ্রে। ভীষ্মনু তেনগী কয়ুংদা হুমিৎনা অৱাং মাইকৈদা লৈরকপা ভাইদুনা লৈখ্রে।

---

# দ্রোণ পর্ব

ভীষ্মনা তুখ্রবা তুংদা অকনবা কর্ণনা কুরুক্ষেত্র লালদা খুৎলাই পায়বা হৌরে। মসিদা কৌরবকী লাম্মীপুম্বা অনৌবা থৌনা অমুক হাপল্লে।

কর্ণগা তান্নদুনা দুর্য্যোধননা ভীষ্মগী মথংদা আচার্য্য দ্রোণবু কৌরবকী অথোইবা সেনাপতি হাপলে। মদুদা দ্রোণনা হায়রকই, "দুর্য্যোধন, হন্দকী লাল অসিদা নংনা হায়বা পুন্নমক ওয়বা ঐহাক থবাই থুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনগনি। অদুবু ধৃষ্টদ্যুম্নদদি ঐহাক্না হাৎপা ঙম্বগী পাঙল লৈত্তে। মরমদি, মহাক অসি ঐবু হাৎনবা পোক্লকপনি।"

দুর্য্যোধননা হায়রকই, "গুরুদেব! থৌজানবিদুনা যুধিষ্ঠিরবু চংনা ফাদুনা পিবিয়ু; মদুত্তনি ঐনা পামজবা।"

দ্রোণনা ওহাক থল্লগা হায়রকই, "কন্নিওবা নংনা লৌশিং

তৌহুনা অর্জ্জুনবু মাইকৈ অমরোমদা পুথোকখিবা ওম্নবা, অহু ওইরবদি নংনা হায়রিবা অহু পাওথোকপা ওমগনি।"

দুর্য্যোধননা হায়রকই, "মরে, ঐহাক ওম্বা মথৎ অর্জ্জুনবু মফম অমদা পুথোকখিনবা হোৎনজরগে। গুরুদেবনা যুধিষ্ঠিরবু কানবা হোৎনবিরো।"

ভাংনবিবা রাফম অসি অবোনবা পাও লৌবা মীগী মচিন্দগী যুধিষ্ঠির তাবে। মসিদা মহাক্না পুক্লিংদা অকিবা অমত্তুং চিংনবা পোক্লে।

মসি উবদা অর্জ্জুননা পুক্লিং থৌগৎপা রাহেনা হায়রকই, "মসিদা কবিগতা চিংনবিরুগনু। ঐনা হিংলিভৈদা ইয়াম্বগী তুবুম অমত্তং শোক্ল-গদবদি, গুরুদেবদি থম্বিথো ইন্দ্রমরুম্থু ওয়োইদবনি।"

মসি তাবদা যুধিষ্ঠির মথম্নাই মুংভাইবে অমত্তুং অর্জ্জুনবু থম্নাই পেম্না আশীর্ব্বাদ তৌরে।

নোংভাল্লকপদা দ্রোণনা অওকপা ব্যূহ অমা শারে। মহুগী মেৎ ওইদা কৃপ, কৃতবর্ম্মা, দুঃশাসননচিংবা অকনবশিং অমত্তুং মাংদা কর্ণ থমলে।

কর্ণনা লানফম অসিদা খুৎলাই পায়দা ওসিনা অহানবা দুমিথনি। মাবু উবদা অর্জ্জুন মমিত্তা ঈ কাবমথৈ শাওখ্রে। হন্নক কর্ণগী মাপল খুদেক্কে হায়না মপুক্লিংদা চপ মুংনা নিংখ্রে।

লাল হৌবে। মাইকৈ মবিদা লালগী পুং-শেল মৈরক্লে। দ্রোণ ওসিদি অনৌবা পাঙ্গল অমুক ফংবশুমখ্রে, অকনবা নোং দুংশিংকুম্না পাণ্ডব লাম্মীগী মথক্তা লান্দারক্লে। মহাক্না তেম্বনী তেন লিশিং লিশিং থোক্লকুম্না মৈগী নোং চুবগা পাংথক ওইখ্রে।

দ্রোণগী অকিবা ফংলবা লাল অসি উবদা মাবু থিংনবা দ্রুপদ, সাত্যকি, যুধিষ্ঠির, ভীম, অভিমন্যুনচিংবা ময়াম হোৎচিল্লক্লে। অসোমদা কৃপ, শল্য, অশ্বত্থামানচিংবা অথৌবা ময়ামস্তু দ্রোণবু ভেংবাংবা চংলক্লে।

নাকল অনিমক অকনবা লাল শোক্লরক্লে। লানফম অসিদা ভীমগা অভিমন্যুগা অওকপা ফংনা লাল তৌরক্লে। শল্যগা হার্দ্দিক্য-গনা অভিমন্যুবু হাৎনবা হোৎনরকপদা অভিমন্যুনা হার্দ্দিক্যবু মশম পায়হনা শুন্দ্রংদা উরু উরু লৈহনা লৈপাক্লা অমুক্তুং থাদবদা মরৈ তমহনা মথল্লাই লান্নিং লান্নিং তৌখ্রে। ভীমনা গদানা থাহনা শল্যস্তু হ্রাস্থহনা তুখ্রে।

থৌদোক অসি ইবদা দ্রোণ ওমথৈ লৈতনা শাওখ্রে। মহাক্লা অকিবা ফংলবা লালগী লাল্লাও লাওরহনা যুধিষ্ঠিব তম্না দোলাই চুমদ্রিং থৌজিল্লক্লে। লম্বীদা বিরাট, দ্রুপদ, সাত্যকি, নকুল, সহদেব অমস্তুং শিখণ্ডীনচিংবা ময়াম্না মাবু থিংননবা হোৎনৈ, অহুবু কনাস্থ থিংবা ওমদ্রে। দোলাই অহু যুধিষ্ঠিরগী মনাক য়ৌশিল্লক্লে। মতৌ অহু উবদা পাণ্ডবপুম্বা অল্লাবগী থোল্লাও লাওনরক্লে। মহু তাবদা অর্জ্জুননা থংহৌদনা হোৎচিল্লহুনা দ্রোণগা মাইয়োক্লররে।

দ্রোণগা অর্জ্জুনগা ওহাক অকনবা লাল থেংনরে। মমৈথংদা দ্রোণ অহু অর্জ্জুনগী তেন্না শাথীনা শোক্লে। মহাক অহুগী স্নমিত্তা লাল অমুক তৌবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈত্রে। ওহাক লৈবগা স্নমিৎস্তু তাশিল্লক্লে, লাল লেপ্লে। যুধিষ্ঠিরবু ফাবা ওমহৌদবা অহুদা দ্রোণগী মথল্লাইহু সুংভাইতনা লানশওদা হনগ্রে।

মতম অহুদা অসিগুম্বা লাম্নী মথল অমা লৈরম্মি, মথোই অহুদি

য়েক্লবা অতুনা কনা কন্দুনস্থু অরোইবা লাল থেংনক্লিমথৈ মমাই লৈররোই হায়রদুনা মৈ পায়রদুনা য়াশকখ্রবা কাংবুনি। লাম্মীশিং অসি মমিং 'সংশপ্তক' কৌই। অসিগুম্বা লাম্মী অসি দুর্য্যোধনগী মীচংদা য়াম্না য়াওরি।

দ্রোণনা য়াম্না শুকথনা লৈবদু উবদা ত্রিগর্ত্তরাজ সুশর্ম্মানা হায়রকই, "হয়েং অসি ঐখোই সংশপ্তকশিংগা লাল তৌনবা অর্জ্জুনবু থাপ্না পুথোকখ্রগে, তারক অদুদা যুধিষ্ঠিরবু কাননবা তৌবিয়ু।"

সুশর্ম্মা হায়রিবা অসি মমাংঙৈদা বিরাট্টা যণ থোম্বা লাকপদা ভীমগী মথুত্তা মথয়াই থাবা তারবদা যুধিষ্ঠিরনা কনবিখিবনি। মহাক 'অসি মীগী ফত্তনবা খুজিল থৌরাং তৌবদা মপা লৈত্রবা মীনি।

সুশর্ম্মানা হায়বা মতুং ইন্না থবক তৌবা ময়াম্মক য়ানরে। থংনবা নুমিত্তা লাল হেক হৌবগা সংশপ্তকশিংনা অর্জ্জুনবু লাল থেংননবা কৌরে। কনাগুম্বনা লাল শীংলক্লবদা য়াদবা হায়বসি ক্ষত্রিগীদি ধর্ম্ম নত্তে। মরম অদুনা অর্জ্জুন অদু মখোইগা লাল তৌবা চৎপা তারে। অদুবু মহাক যুধিষ্ঠিরগী থল্লুবদা অরাবা অমা ওইরে। চৎলমদাইদা মহাক্না যুধিষ্ঠিরদা হায়রম্মি,"দাদা মহারাজবু ঙাক্লবা ঐনা সত্যজিৎপু থনম্লবনি। করিগুম্বা মতুদা খুদোং চাদবা থোক্লক্লবদি থিন্দনমক লানফম হেক্তা থাদোকপিয়ু।"

অসি হায়রম্লগা মহাক সংশপ্তকশিংগা লাল থেংনবা চৎখ্রে। হেক থেংনবগা অকনবা লাল হৌখ্রে। সংশপ্তকশিংস্থু অর্জ্জুনবু হাংতনা লাল তোকপদি তৌরবোই। অদুবু মদু থবক্তা হেক পাঙথোকপা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে। অর্জ্জুনগী মথুত্তা সংশপ্তক মপৈ মপৈ মথয়াই থাবা হৌরক্লে, অদুবু লোইবা থম্বা লৈখিদ্রে। কাংবু অমা

হাংপগা কাংবু মঙা চোংশিল্লকই, মঙা অদু হাংপগা তম্না হেক্তা চোংশিল্লকই। অসিগী মথক্তা নারায়ণী সৈন্যনস্থু মখোইগী মতেং পাংলরে। লাম্নী কাংবু অনি অসি থেংনবদা অর্জ্জুন মিকুপ য়াকাবা য়াখিত্রে।

দ্রোণদি ওসি মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈত্রে। অর্জ্জুন থাপ্না চৎখ্রে, পাক হেক হল্লকপা ওম্বগী ফীভমস্থু নত্তে। যুধিষ্ঠিরবু ফানবা খুদোং চপ্‌ চাবা মতম্নি। মহাক্না অমমম্ ওইনা সত্যজিৎ, দৃঢ়সেননচিংবা পাণ্ডবকী অকনবশিংবু মথল্লাই লৌদুনা যুধিষ্ঠির তম্না দোলাই থৌজিল্লক্লে।

খুদোং চারক্তবা ফীভম অদু উবদা যুধিষ্ঠির অদু অর্জ্জুননা হায়রম্বা মতুংইন্না থুনা য়াংনা লানফম থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মহুদদি দ্রোণ অদু নিংবা কায়রদুনা হল্লক্লে।

অসোমদা দুর্য্যোধনগা ভীমগস্থু অকনবা লাল থেংনরি। দুর্য্যোধন অদু ওহাক থেংনরম্নগা থাওবা ওয়ক্‌দুনা মমাই লৈদুনা চেল্লক্লে। খুদক অদুমক্তদা ভগদত্তনা ঐরাবতমুক চাওরবা মাগী শামু অদু তোংদুনা ভীমগা লাল পাবা চংলক্লে। মহাকী শামু অসি অওকপনি। ভীম অদু মহাক্কী গদানা শামু কয়া কয়া হাংখ্রবনি, অদুবু ভগদত্তগী শামু অসিদদি করিমতা তোবা ওমখিত্রে। শামু অসি থিংবা হোৎনবদা ভীমগী অন্নাবা অমা ওইরে। অদুগী মথক্তা পাণ্ডব লাম্নীগী শামু, শগোল, রথ কয়া কয়া শামু অসিনা নৈহত্তুনা মাওহল্লক্লে। ভগদত্তস্থু ইন্দ্রমক্কা মান্নবা অকনবা অমনি। অনি অসিগী মমাংদা পাণ্ডব লাম্নী থাওবা ওম্নত্তরে।

অর্জ্জুনদি মতম অদুদা শংসপ্তকশিং লাল কন্না থেংনরি। অথাম্বদা

পাণ্ডব লাম্মীগী অয়াবা থোক্লাও তারকপদা মহাক অমুক তপাথবা ওমত্রহুনা শ্রীকৃষ্ণদা দোলাই মমাই ওয়বা হায়ক্তরক্লে।

শ্রীকৃষ্ণস্থু খিন্দনা দোলাই মমাই ওন্দুনা লাকপদদি ভগদত্তগী অকিবা ফংলবা লাল অহু উরক্লে। মহুদা অর্জ্জুননা শাওখিহুনা ভগদত্ত তম্না তেন মশীং নাইদনা কাপক্লে। অর্জ্জুনগী তেন অমা অনিনা থাবদা ভগদত্ত অহু শাওরক্লে। মওোন্দা ইস্ত্রমকস্থু থাওবা ওমত্রবা বিষ্ণু-দত্ত হায়বা খুৎলাই অমা লৈ। মহু মহাক্না অর্জ্জুন তম্না হুক্লক্লে।

শ্রীকৃষ্ণনা খুৎলাই অহু উবদা অর্জ্জুননা থিংবা ওস্বা খুৎলাই নত্তে, শোয়দনা মথল্লাই মাওবা তারে হায়বা খঙলে। মহাক্না খিন্দনমক অর্জ্জুনবু কল্লবা খুৎলাই অহুগী মমাংদা মথবাক লোংনা য়াহুনা লৈরে। অকিবগী মশক ফংলবা খুৎলাই অহু শ্রীকৃষ্ণগী খোংলবা থবাকতা থেংবদা মৈখু ওইনা মাওখ্রে।

খুৎলাই অসিগী মপান্না ভগদত্তনা মপাঙ্গল কল্লম্বনি। মহু লৈত্র-বদা মহাকপু হাৎপদি অক্লবা থবক নত্রে। থিন্দনা অর্জ্জুনগী মখুত্তা মহাক্কী অচৌবা শামু অহুগা লোইননা মহাক মথল্লাই থাখ্রে।

অহুগী হুমিত্তস্থু যুধিষ্ঠিরবু ফাবা ওমত্রবহুদা দ্রোণনা মথংগী হুমিত্তা 'চক্রব্যূহ' হায়বা লুরবা ব্যূহ অমা শাহুনা পাণ্ডব মাইকৈগী মহারথী অমা শোয়দনা হাৎকনি হায়না রাশকখ্রে।

ওসিস্থু লাল হেক হৌবগা সংশপ্তকশিংনা অর্জ্জুনবু লাল শীংলহুনা মফম অত্তোপ্পদা পুথোকখ্রে।

অসোমদা চক্রব্যূহ শাহুনা দ্রোণনা পাণ্ডব লাম্মীগী মথক্তগী অঙকপা কংনা তকশিল্লকপনা পাণ্ডবকী অথোবপুবা অয়াবদা তাবক্লে।

মথোইনা উরে—করিগুম্বা পাইনা ব্যূহ মনুংদা চংবা ঙমদ্রবদি মথোই কনামতম্থু হিংকম লৈত্রে।

অদুবু অসিগুম্বা ব্যূহ মনুংদা চংবগি লৌশিংদি পাণ্ডব মাইকৈদা অর্জুন নত্তনা কনাম্থু খঙবা লৈতে। অর্জ্জুনদি অভিমন্যুদা লৌশিং অদু তাক্তি তাকপিখ্রে, অদুবু মহাক্তি হৌজিক ওন্থোক্না নৌরিবা অঙাংনি। মশীং লাকঙমদ্রবা য়েক্লবনা কোয়শিল্লবা অকিবগী মশাক ওইরবা ব্যূহ অসিগী মনুংদা মাবু থাজিনবা হায়বসি যুধিষ্ঠিরনদি কন্না পামদে। অদুবু মহু নত্রবস্থু পূম্নমক তুম্না মাঙবদা তারক্লি। মরম অদুনা যুধিষ্ঠিরনা অতৈ লম্বী লৈত্রদুনা অভিমন্যুবু কৌশিল্লদুনা হায়-বকই, "ইবুঙো অভিমন্যু! নহাক ব্যূহ অসিগী মনুংদা চংনবা লৌশিং খঙই হায়না ইপা তায়। নহাক্না মসি থিংদ্রবদি ঐখোইগী লিংখম লৈত্রে। মসিবু নং করি থল্লিবগে?"

অভিমন্যুনা খুম্নকই, "ইপল ইবুঙো, ঐহাক ব্যূহ অসিগী মনুংদা চংনবা লম্বীদি খঙই, অদুবু থোক্লকবা লম্বীদি খঙজদে।"

য়া অসি তাবদা যুধিষ্ঠির, ভীম, সাত্যকি, দ্রুপদ, ধৃষ্টদ্যুম্নচিংবা ময়াম্মক্না হায়বকই, "নংনবু ব্যূহ চংবা ঙম্লবদি ঐখোই পুম্না নংগী নতুং ইন্দুনা চংগনি। অদুদগীদি থোক্লকবা লম্বী ঐখোইনা হোংনগনি।"

ময়ামগী য়া অসিদা পিক্লিবা অভিমন্যু অদু মথন্নাই হন্নাওরদুনা, অমুক থিস্থবা তৌদনা ব্যূহ তম্না বথ থৌজিন্নবা সারথীদা য়াথং পিরক্লে।

জয়দ্রথনা ব্যূহগী থোঙ ঙাক্লম্মি। মহাকপু নমথেক্লুনা অভি-মন্যুনা ইন্নাই লাইনা ব্যূহ মনুংদা চংখ্রে। অদুবু অন্নাবনি, মাগী মতুং ইনবিগনি হায়থিবা অকনবশিং অদুদি কনামত্তম্থু ব্যূহ মনুংদা চংখ্রা

ঙমদ্রে। মহাদেবগী বরনা ঙসি জয়দ্রথনা ময়াম্বকপু মারথীবা পিহনা থিংখ্রে।

ব্যূহগী থোঙদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা ময়াম্বক অরাবা রাথলদা লুপ্তুনা লৈরে। মথোই পূম্নমক অভিমন্যুগী থল্লুবদা অমুক তপথনা লৈবা ঙম্নরক্তে। অঙাং ওইরিবা অভিমন্যুবু য়েক্লবশিংগী মরক্তা মথন্তা থাজিল্লুবসি করিগুম্বা ফত্ত-মুংদ থোক্লবদি, অর্জুনগী মাংদা মথোইগী মমাই করম্না উৎকনি থল্লুবদা লৈকম খঙদ্রে। হন্না হন্না হোৎনরে, অদুবু কনামত্তা ব্যূহ মনুংদা চংবা ঙমখিদ্রে।

অসোমদা ব্যূহ মনুংদা অভিমন্যুনা অঙকপা মথৌনাগা লোইননা লাল তৌরকঙ, মদু উবদা কৌরবগী অথৌবা পূম্বা মুংশা থীবা অমা পোক্লবক্লে। দ্রোণ, কর্ণ, কৃপ, শল্য, দুর্য্যোধন, দুঃশাসননচিংবা কনা-মত্তনসু থৌরবা অঙাং অভিমন্যুবু থিংবা ঙমদ্রে। দ্রোণনা অভিমন্যুগী মথৌনা উবদা মপাগী মতিক চাবা মচানি হায়না হন্না হন্না থাগৎখি।

কর্ণসু অঙাংগা লাল তৌবদা চেল্লি হায়থিগনি হায়বগী ইকাই-বতনা থাঙতুনা লৈরবনি, নত্রবদি চেনবা য়ানা লৈববনি।

দুঃশাসননা অরৈবা মপাঙ্গল পুথোক্তুনা অভিমন্যু হাৎনবা হোৎনরুই; অদুবু অভিমন্যুগী গদা খুৎহাইঁ অমুক্তদা রাম্থতুনা তুখ্রে। মাগী সারথীনা দোলাই মমাই লৈতুনা চেল্লমত্রবদি মথক্লাই শোয়দনা থাবমগদবনি।

কৃপ, অশ্বত্থামা অমসুং দুর্য্যোধনসু উচিন-নাচিম্না মথক্লাই হিংখ্রে। অম্নুম্না মতম থজিক্তংগী মনুংদা কৌরব মাইকৈগী রথী লিশিংমাপল, শগোল লিশিং অমা, শামু চামাপল অমসুং মশীং লাকঙমত্রবা লাম্মী অভিমন্যুগী মথুত্তা মথক্লাই থাখ্রে।

মমৈথংদা দুর্য্যোধননা ময়ামদা হায়রকই, "ঐখোইনা কদৌ-মুংদসু অভিমন্যুবু অচুম্বা লান্দা হাংপা ঙমরোই। ময়াম পুন্না মাগী মথক্তা লান্দারসি।"

মা অসি হেক তাবদা দ্রোণ, কর্ণ, কৃপ, অশ্বত্থামা, কৃতবর্ম্মা অমসুং হার্দ্দিক্যনচিংবা রথী তরুক অসিনা পুন্না অভিমন্যু তম্না ফুজিল্লক্লে। অদুবু মখোই তরুক্কা ফনা কন্না হোংনদুনসু অভিমন্যুবু খোউ-কম অমা কাওবা লেংহনবা ঙমদ্রে। অভাং ওইরিবা অভিমন্যুগী তেন্না মখোইদুম মশা পুম্বা ঈহিং নাহিং শারক্লে। হন্না হন্না লাম্লোং কয়া পুখোক্তুনা মখোইনা তকশিল্লুববু মায়থীবা ফংবতা থোক্লে।

মমৈথংদা দ্রোণনা হায়রকই, "অভিমন্যুগী মখুত্তা খুৎলাই য়াওরিবা মথৈ মাবু মায়থীবা পিবসি - ঐখোই তককতি থম্বু থমখো ঐখোই তরানিখোই চংহনসু শুকঙম ঙমরোই। মাবু হান্না খুৎলাই য়াওহনখিন্নসি—অদুতদা মাবু লাকচবা ঙমগনি।"

মা অসি হেক তাবগা কর্ণনা তেন অমা কাপ্পুনা অভিমন্যুগী লিরুং ককথংলে, মদুগা লোইন-লোইননা কৃতবর্ম্মানা রথগী শগোলশিং হাংলে, কৃপনা সারথী মণ্ডক ককলে। অসুন্না ময়াম চংদুনা তাঙ্গা অমতদা অম্বাবা পিরবসু অভিমন্যুনা নিংহন্নবা লৈতনা থাং চুলোই পায়দুনা রথদগী চোংথদুনা ময়ামগা থেংননবা হোৎচিল্লক্লে। অদুবু অরাবনি, থংহৌদনা দ্রোণগী তেন্না থাংগা চুংগোইগসু ককখ্রে। অদু-মতুংদা অভিমন্যুনা চক্র পায়দুনা হোৎচিল্লকই, অদুসু পাণ্ডবরবা ময়ামদা লৌশিং তৌদুনা ককখ্রে। অভিমন্যুগী মখুত্তা খুৎলাই অমতা য়াওদ্রে।

অসোমদা ময়ামনা অতং অথম লৈতনা তেন কাপশিল্লকপনা

অভিমন্যুগী মশা অদু ঈগী লৌথোং শিন্থরকলে। অভিমন্যুনা অতৈ পাম্বৈ লৈরক্তুদুনা রথদা গদা অমত্তং য়াওবদু ফিংনা লৌদুনা খুদুম চেৎনা পান্নরগা য়েক্লবা তম্না হোৎচিল্লক্লে। অহানবদা অশ্বথামাগা থেংনৈ। অভিমন্যুগী মথৌনা উবদা অশ্বথামা অদু অমুক পল্লম্বা তৌদনা মমাই ওন্দুনা চেনখ্রে। অদুদগী অভিমন্যুনা য়েৎ-ওই হাইদুনা গদানা ফুজিল্লকপদা রথ কয়া, শামু কয়া নৈহৎলগা মমৈথংদা দুঃশা- সনগী মচাগা থেংনররে। মবানি গদাগী অকনবা লাল শোক্লরে। ফাওরবা অকনবা কয়াগা মুমিৎচুপ্পা লেপ্তুনা লাল তৌরক্লবা অভিমন্যুনি। হৌজিক্তি অভাং ওইবগী মপাঙ্গল হন্থরক্লে। দুঃশাসনগী মচাগা গদা হাইনরকপদা থংহৌদনা চপ মান্নবা অমনা অমবু ফুথনদুনা অনিমক রাম্থমিন্নখ্রে। মশা কেমদুনা লৈববা অভিমন্যুনা জ্ঞান তারক্ত্রিডৈগী মমাংদা দুঃশাসনগী মচানা হান্না জ্ঞান তারক্তুনা ফিংনা হোৎচিনখিদুনা রাম্থরিবা অভিমন্যুগী মকোক্তা গদানা অস্থুক্কী মতিক শাথীনা ফুক্লরে— মদুদি.— মতম কুইনগী দমক থৌনা ফরবা নোবিবা অভাং অদু অদুম্মক জ্ঞান মাঙখ্রে।

মসি উবদা কৌরবকী লান্মী পুম্বা হরাওবনা নোক-খেন্দুনা মুংঙাইবগী পুং-শেল য়ৈরক্লে। অডকপনি, অস্নুক চুমদবা লাল তৌবদা ময়াম অদু ইকাইবা থজিক্তস্থ পোকখিদে। মিৎন কুপ্পদা অরাবা পাণ্ড অসি মাইকৈ শীন্না শন্দোবক্লে। মদু তাবদা পাণ্ডবশিংগী থম্মোইদা শোকখিবা অরাবদু, রাহৈনা হায়দুনা চাংতম্বা ঙম্বা নত্রে।

অর্জুনদি মতম অদুদা অরাপ্পদা সংশপ্তকশিংগা লাল শোক্লরি। পাণ্ড অসি মহাক হৌজিক ফাওবা তাবা ফংত্রবস্থ মথরাইদদি থংহৌদনা থংমুং মুংঙাইভবা অমা পোকথি। মাইকৈ পুম্বা ফত্তবগী খুদম উথি।

মাগী খম্মোইদু অসুম শোম্বরক্লে। মশাপুম্বা চোকথরক্লে। মদু উবদা মহাত্মা কৃষ্ণদা হায়রকই, "ঐহাক পুক্কিং অসি থংহোদনা লাওলে প্রভু। পাণ্ডবশিংগী করিগুম্বা ফত্তবা থোক্লমগদ্রা চিংনরে। খিন্দনা দোলাই মমাই লৈবিদুনা লানশঙ তাম্না পুবিরো।"

মা অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণন্সু দোলাই মমাই লৈরক্লে। লানশঙ মনাক অসুম য়ৌশিল্লকপদা মরাম্না ইশুক শুকথনা মাইথোং লাংশিন্না লৈবদু উবদা অর্জ্জুনগী পুক্কিং অদু অমুক্তা হেন্না লাংতক্করক্লে। মহাক্না তকিং তফিংনা ময়ামদা করি তৌরবগে হায়না হংলকই। অদুবু কনা-মতন্সু মা মচেৎ অমতা ঙাংদনা অর্জ্জুনবু চিংনা য়েংদুনা লৈনখ্রে। মদু উবদা অর্জ্জুননা অমুক হংলকই,—"কৈদোরে ময়াম্মক তুমিন লৈরবদে ? অভিমন্যুদি কদাই ? ঐহাক মাবুদি উদে।" অসি হায়না মানা খোঞ্জেল মাংনা হন্না হন্না হংঙকই।

ময়াম অদু খুমদবদি য়াদবনা অভিমন্যু তুবগী পাও অদু মঙোন্দা তমলে। মদু হেক তাবদা অর্জ্জুন মথন্নাই শোকখিবনা লেপ্পা অমুক ঙমখিদ্রে। 'হা ইপাগী ইবুঙো অভিমন্যু' হায়না খোঞ্জেল মাংনা লাও-রম্মগা লৈপাক থক্তা ফমখখ্রে। মহাক্কী মমিং অনিদা পিগী ইরা তাতং অথম লৈত্তনা চেম্বরক্লে।

হন্দক অভিমন্যু তুবদা মাবসি অতৈদি থম্বু থমখো, পাণ্ডবশিংবু অরাবা পুম্বদা থেমজিনবতা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ ফাওবা তপথবা ঙমখিদে। মহাক্কী মিংলুদন্সু পিগী ইরা চেনথি।

অদুম অদুম ওইদুনন্সু মমৈথংদা অর্জ্জুননা, জয়দ্রথগী মরৌশিংতনা অসুক শাথীরবা থৌদোক অসি থোকখ্রিবনি হায়বা থওলক্লবদা, মহাক শাওবনা মাইকৈ শলাই থওথিদ্রে অমসুং হয়েং সুমিৎ তাদ্রিঙ্গেগী

মমাংদা জয়দ্রথবু হাংপা ভমত্রবদি মৈপী কুপ্তদা চোংথক্লনা মথরাই থাগনি হায়না রাশকখ্রে।

থিন্নমমক অর্জুনগী রাশক অসি অরোনবা পাও লৌবা মীগী মচিন্দগী কৌরব লানশঙদা য়ৌখ্রে। মহু তাবদা জয়দ্রথ কিবনা লৈকম খঙত্রে। মহাক্না দুর্য্যোধনগী মনাক্তা চংলক্লুনা হায়রকই, "মরূপ, ঐবু বিদায় পিরো, অথাপ্পা লম অমদা চেনখ্রগে। নত্রবদি হয়েং ঐহাক অর্জুনগী মথুক্তা লিংকম লৈত্রে।"

মাগী অকিবা মতৌ অদু উবদা দুর্য্যোধননা নিংথিবা রাহৈনা হন্না হন্না থেমজিল্লকই, অদুবু মহাক্কী থম্মোইদু অইংবা লৈত্রে। মতুংদা দ্রোণ মশামক্না হায়রকই, "করিমতা কিরুগনু জয়দ্রথ। ঐ হয়েং অঙকপা ব্যূহ অমা শাদুনা নংবু লোংকনি, মহু থুগাইদুনা অর্জুননা নংবু থিবা মতিক নত্তে। অদুগী মথক্তা হয়েংদি ঐখোই পুন্নমক চংদুনা নংবু ঙাকনি।"

রা অসি তাবদা জয়দ্রথ অদু থরদং তপথরে।

দ্রোণগী রা অসি থিন্দনা পাণ্ডব লানশঙদসু তারে। শ্রীকৃষ্ণদি রা অসি তাবদা রাথলগী ইপাক্তা তাখ্রে।

মথংগী সুমিত্তা দ্রোণনা ওস্মোক্না ওক্লবা ব্যূহ অমা শারে। মহু ময়ুংদা ক্রোশ কুনমরি শাংই, মরাক্তা ক্রোশ তরা পাকই। মতুগী মমুংদা অমুক 'সুচী' কৌবা পিক্লবা ব্যূহ অমসু শেম্মে। ব্যূহ অসি মীনা পাক হেক উবা ফংবা নত্তে। মতুগী মমুংদা কর্ণ, দুর্য্যোধন, কাম্বোজ, কৃতবর্ম্মা অসিনচিংবা অথৌবা কল্লা জয়দ্রথগী মাইকৈ মরিদা কোয়-শিন্দুনা ঙাকহল্লে। অচৌবা ব্যূহগী অকোয়বদসু কল্লা কল্লবা মহারথশিং

থয়ে। দ্রোণাচার্য্য মশামক্কা ব্যুহগী থোঙ ঙাক্লে। অমম্না জয়দ্রথ কন্নবা অঙকপা ফংনা শীনখ্রে।

অদুমকপু মচা কায়নবগী মৈনা ঙাওরবা, য়াশক চেৎলবা অর্জ্জুনবু পাক হেক থিংবা হায়রবসি অরায়বা থরক্তি নত্তে। অশিবা কৌবা লাইগুম মহাক ঙসিদি অকিবা শকতম লৌখ্রে। মাবু উবদা মী পুম্বা কিবনা থক থক নিক্লখ্রে। মহাক্কা গাণ্ডীবগী লিরি তোঙ্গৈনা তোঙ্গৈনা শিংলদুনা ব্যুহ তম্মা চংশিল্লক্লে। অহানবদা দুঃশাসননা শামুমপৈ অমা পুরদুনা অর্জ্জুনবু থিংবা চংলকই, অদুবু মহাক করিস্সু তৌবা ঙমদনা মথন্নাই পুদুনা চেনখ্রে। শামুশিং অদুসু তুম্মা শিরে।

অদুদগী অর্জ্জুননা ব্যুহগী থোঙ য়ৌরক্লে। থিন্দনা গুরুশিষ্য অনিগী অকনবা লাল হৌখ্রে। ঙসিদি অর্জ্জুননা দ্রোণবু মায়থীবা পিনবা হোৎনরুদুনা মতম মাঙহনবগী থোইনা কান্নবা লৈত্তে। দ্রোণবু ঙম্মিবমথৈ থুনা থৈদোক্তুনা ব্যুহ মনুংদা চংথিবনা মাগী থবক পাঙনবগী লম্বীদা য়াম্না খুদোংচাবা হেনগনি। মরম অদুনা মহাক্না ঙহাক লাল তৌরম্মগা থৈদোক্তুনা দোলাই থৌখ্রে। মাবু মমাই লৈরকবা দ্রোণনা কয়া হোৎনৈ অদুবু পূম্নমক অরেম্বদা তাখ্রে।

অর্জ্জুননা অহানবদা ভোজরাজবু মায়থীবা পিরে। অদুদগী কৃতবর্ম্মাবু তেম্না রাম্বহল্লম্মগা শ্রুতায়ুধকা মাইয়োক্নরে। মহাকপু হাৎপদি থোইনা পাঙ্গল য়াথিদে। মরাইবক থীরবা অদু মথন্তগী দোঝনা মথন্তা মথন্নাই থাখ্রে। বরুণনা শ্রুতায়ুধদা অঙকপা গদা অমা পিথি। মদু পিবা মতমদা বরুণনা হায়খি, 'লাল য়াওদবা কনাগুম্বদা গদা অসিনা থাক্লরবদি গদা অসিমক্কা মাবু পায়রবদুগী মকোক থোমদুনা ওন্না তৈনবা থৌদোক থোক্কনি।' মসি থঙনা থঙনা শ্রুতায়ুধনা অর্জ্জুনবু

গদাডুনা ঝুগে তৌরুবদা শ্রীকৃষ্ণদা পাল্লুরে। অদুদগীদি গদা অদুনা হাইজিল্লক্কুনা মকোক থোমগাইদুনা মথল্লাই অদুম্মক থাখ্রে।

অদুগী মতুংদা অর্জ্জুননা অকন-অথৌ কয়া থেংনরবা তুংদা সুচী ব্যুহগী মাইকৈ তম্না চংশিল্লক্লে। মদু উবদা দুর্য্যোধননা দ্রোণবু ওল্হোক্লা শাওরে। দ্রোণনা হায়বকই, "অহল ওইরবা ঐনা অর্জ্জুনবু মতুং কোইন ইন্দুনা তান্নবদি কদাইদগী ঙমগদগে? অদুগী মদুত্তা ঐহাক নঙোন্দা খুৎলাই চংব্রবা কবচ অমা পিগে, নহাক ময়ামগা লোইননা মাবু থিংনবা হোৎনৌ।"

মা অসি তাবদা দুর্য্যোধন অদু মথল্লাই য়াম্না নুংঙাইরে। হায়রিবা মাফম অদুদা য়ারদুনা দ্রোণনা মশা পূম্বদু মন্ত্র শোন্দুনা অমাং অতা লৈত্রবা কবচ শেমলে। অদুদগীদি দুর্য্যোধননা নাপলগা লোইননা অর্জ্জুনগা লালপাবা লাক্লে। কবচ অদুগী মপান্না মহাক ঙসি কনাবুসু কিত্রে।

দ্রোণগী লৌশিং অসি অর্জ্জুনসু থিন্দনা খঙলে। মহাক্না অসুম য়েংবদা দুর্য্যোধনগী মশা পূম্বা কবচনা য়োমখ্রবসু মখুৎ অনিদি চিথরে হায়বা উরে। মদুদগীদি মহাক্না মখুৎ তম্না তেন মশীং নাইদনা কাপ্লক্লে। দুর্য্যোধনগী মখুৎ অনিদু তেনতনা পুময়োম য়োম্লক্লে। মমৈথংদা থাঙকম খঙঙকত্রদুনা মমাই ওন্দুনা চেনখ্রে।

মহাক্না চেনখিবা অদু উবদা ময়াম্মক মপুক্রিং হল্লে। মশাদা অমাং অতা লৈত্রবা কবচনা কুপ্লবা মহাক্কনসু অর্জ্জুনগী মাংদা লেপ্পা ঙমত্রবদা অতৈদি করি থোকপা হৌনরবগে? অদুম ওইনমক কৃপ, কর্ণ, শল্য, অশ্বত্থামানচিংবা মহারথী নিপালথক্তি পুল্লপ পুন্না অর্জ্জুনবু

থিংবা হোৎনরকই, অদুবু কনানসু থোঙকম নামফাওবা ঙমহনবা ঙমজে।

অসোমদা যুধিষ্ঠিরগী য়াথংনা অর্জ্জুনগী মতেং পাংনবা সাত্যকিনা ব্যুহগী থোঙদা থুংলরে। মতম অদুদা দ্রোণগা ধৃষ্টদ্যুম্নগা অকনবা লান্ শোক্লরম্মি। সাত্যকিনা তাঙ্গা অসিদা থৈদোক্তুনা ব্যুহগী মনুংদা চংলক্লে। মিংনব-কুপ্পগী মনুংদা দ্রোণনা তুংদগী মাবুসু থিংনবা হোৎনরক্লে। অদুবু সাত্যকিনা মুংশিংকী মমাং থানা রথ থৌদুনা অতুম্মক নাম্থোক্তুনা চংলক্লে। মমাংদা দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, কৃতবর্ম্মানচিংবা থেংনবা পূম্মক মহাক্না মায়থীবা পিদুনা মহাক্কী লম্বীদা অপনবা লৈতনা তকশিল্লক্লে। ভোজ অমসুং কম্বোজরাজসু সাত্যকিগী তেন্দা থাঙবা ঙমদদুনা মাইকৈ থগদনা চেনখ্রে।

মতম অসিমক্তদা যুধিষ্ঠিরগী য়াথংনা ভীমসু সাত্যকিগী মতেং পাংনবা ব্যুহগী থোঙদা থুংলরে। মহাক্না অহানবদা দ্রোণদা থোঙ থাদোক্নবা হায়জরকই। মদুদা দ্রোণনা য়াত্রদুনা ভীম্না গদাদু অমুক্তং দ্রোণ তম্না হুন্নকপবু. অহল ওইরবা দ্রোণ অদু রথদগী চোংথদুনা চেনবদা তাখি।

তাঙ্গা অসিদা ভীমনা ব্যুহ মনুং চংখিদুনা মাগী মথৌ তৌবা হৌরক্লে। মাবু থিংবা লাকপা পূম্মক মথন্নাই ঙম্না মাঙনরে। অমমম ওইনা দুর্য্যোধনগী মনাও কুন্ত্রামাথোইথকসু ভীমগী মখুত্তা মথরাই থাথ্রে। কৌরবশিংনা জয়দ্রথ কন্নবা হোৎনবদা ভীমগী গদানা লিশিং লিশিং থোমগাইরক্লে। লানফম পূম্বা ঈতনা পুমডাং ডাংলক্লে। কর্ণনা ভীমবু থিংনবা হন্না হন্না হোৎনরকই, অদুবু ইত্তংতত্তনা মায়থীবা ফংদুনক্তা তোক্লে। মমৈথংদা ভীমনা কর্ণগী শগোল, সারথী অমসুং

লিঙ্গং পুন্নমক উং ওইনা মাওহল্লক্রবদা দুর্য্যোধন্না খিদনা দুর্জয়বু কর্ণগী মত্তেং পাংনবা থারকই। অদুবু য়োরকপগা ভীমগী মখুত্তা মথল্লাই অহুম্মক থাখ্রে। অদুদগী দুর্ম্মুখনা কর্ণবু তেংবাংবা চৎলকই। মাসু কুইদনা মথল্লাই মাঙলে। রথ য়াওদ্রবা কর্ণনা তাল্লক অসিদা দুর্ম্মুখকী রথ তোংদুনা চেনখ্রে।

অসুম্না চংশিল্লকপনা ভীমগা সাত্যকিগা উনরে। অদুদগী খোইনা পংলাপ লাপ্তুনা অর্জ্জুনগী রথ উরক্লুনা মখোইনা কৃষ্ণনা কৃষ্ণনা সিংহনাদ লাওবকই, মদু তাবদা কৌরব পুম্না কিবনা থক থক নিক্করক্রে।

তাল্লক অসিদা থংহৌদনা ভুরিশ্রবানা তকশিল্লক্লুনা সাত্যকি অদু অন্নাবদা তারে। মতম কুইনা লাল তৌরকপনা মাগী খুৎসু খুৎলাই লোইশিল্লক্রে, মতম অসিদা ভীমসু থন্না থাপ্না লৈখ্রে। মতম থন্না ভুরিশ্রবাগা থাংগী লাল তৌরবা তুংদা সাত্যকি অদু চোকথরক্রে। খুদোংচাবা ফংদুনা ভুবিশ্রবানা সাত্যকিবু হাৎনবা থাং থাঙ্গৎলক্রে। খুদক অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাক্লুনা অর্জ্জুননা অথাপ্লদগী থোরবা তেন অমা কাপ্লক্লুনা থাংগা লোইননা ভুরিশ্রবাগী মখুৎ অদু ককলে। তাপ্পা অসিদা সাত্যকিনা চোংশিল্লক্লুনা ভুরিশ্রবাগী মন্তক ককলে ভুবিশ্রবা মথল্লাই থাখ্রে।

অসুম তৌবিদুদা মুমিং তাশিল্লকদোরে। মদু উবদা অর্জ্জুননা মাগী ব্রাশক ডাক্লবা জয়দ্রথবু কোইথি থিবা হৌরক্রে, অদুবু থিবা কংবা লৈখিদ্রে।

থন্না চংশিল্লক্লগা কর্ণ, কৃপ, শল্য, অশ্বত্থামানচিংবা অকনবা পুন্নমক্কা মাবু থিংনবা পুল্লপ শেম শাদুনা লৈবদু উরে। মদু উবদা

অর্জ্জুননা নুমিৎ তাত্রিবৈঞে মমাংদা জয়দ্রথবু থিবা ফংগনি হায়বা থাজরক্তে, মাগী নিংবা কায়খ্রে।

অর্জ্জুনগী মতৌ অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা থৌগৎপা য়াহৈনা হায়রকই, "য়েংউ অর্জ্জুন, হৌজিক্তি লৌশিংনা থবক পাংনবা হোৎনদবা য়াদ্রে। নহাক জয়দ্রথ হাৎনবা শেম শাদুনা লৈয়ু, ঐহাক মায়ানা নুমিৎপু গুহাক্তুং খুমজিনগে। মহুদা ময়াম পূন্নমক ঙসিগী লাল লোইবে হায়দুনা খুৎলাই থাদোক্লগনি, জয়দ্রথসু অকিবা লৈতনা চোংথোক্লকনি। মতম অদুদা নংনা মাগী মঙক ককউ। অদুগা মকোক অদু লৈপাক তাহন্দনা তেন্না লেংদুনা পুরগা 'সমন্তপঞ্চক' কৌবা তীর্থদা মাগী মপা বৃদ্ধক্ষত্রগী মতম্বাক্তা থাদৌ। নত্রবদি নংগী অমাঙবা ওইগনি।"

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপা মতুং ইন্না অর্জ্জুননা শেম শাদুনা লৈখ্রে। থিন্দনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা নুমিৎ কুপথিদুনা পৃথিবীপুম্বা মমশিল্লক্লে। মদু উবদা কৌবব পূম্বা নুমিৎ তাখ্রবোই নিংদুনা লাল লেপ্লে। মখোইগী মথয়াইদা ঙসি নুংঙাইবগী মপাল নাইদ্রে। মখোইনা কিনা থল্লম্বা অর্জ্জুননা ঙসি য়াশক কায়বগী দমক মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা মথয়াই থাখ্রগনি থনবদা, হরাওবনা নোক খেদুনা পুমনিন নিনখ্রে। ঙসাই মথৈ চেৎনা লোৎলুববা জয়দ্রথসু নুমিৎ তাখ্রে থন্দুনা নোক্ল নোক্লদুনা মপাল থোক্লকলে।

মাবু হেক উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা 'হন্দক্তি অর্জ্জুন' হায়না হায়না ইঙ্গিত তৌবগা লোইননা মায়াদু লৌথোক্লে। খুদক্কু মক্তদা অর্জ্জুনসু তেন অমা কাপ্পুনা জয়দ্রথগী মকোক ককলে অমসুং তেন অমনা মকোক অদু লৈপাক তাত্রিবৈঙদা লেংদুনা পুবগা 'সমন্তপঞ্চক' তীর্থদা লৈবা মপা বৃদ্ধক্ষত্রগী মতম্বাক্তা থাদরুরে। লাই নিংদুনা লৈবা

বৃদ্ধক্ষত্রনা মী মকোক অমা মতম্বাক্তা ভারকপতুদা ওকথিহুনা লৈপাক্তা পোপ থাদরে। খুদক অতুমক্তদা বৃদ্ধক্ষত্রগী মকোকস্থ কেল্লে।

ওক্লবা থবক অসিগী মরম অমা লৈ। মতম অমদা বৃদ্ধক্ষত্রনা তপস্যা তৌবদা পেল্লহুনা মহাদেবনা বর অমা পিথি মতুদি, কনাগুম্বনা জয়দ্রথগী মকোক লৈপাক্তা থাদরবদি, থাদবা মীতুগী মকোকস্থ কেনবা ওইসনু। মা অসি শ্রীকৃষ্ণতদি থওই। মরম অতুনা মহাক্লা লৌশিং তৌহুনা জয়দ্রথগী মপাবুস্থ মথরাই মাঙনবা শীনবনি। অতু নত্রবদি অতুগী মুমিত্তা অর্জ্জুনগী মকোক শোয়দনা কেনগদবনি।

জয়দ্রথগী মকোক হেক ককপগা শ্রীকৃষ্ণনা মুমিৎপু কুপ্লম্বা মায়া লাং অতু লৌথোকখ্রে। ময়াম্মক আকাশতা মুমিৎ থোক্লগা অতু উবদা পুমওক ওকখ্রে। হন্দক্কী শাথীরবা থৌদোক অসিদা কৌরবকী মুংঙাই-তবগী মপাল ন'ইথিদ্রে। দ্রোণদি থ্‌বাইদগী হেম্না শাওখ্রে। মহাক অফ-ফত্তগী থাথল থাদোক্লুনা অকনবা লাল তৌবা হৌরক্লে। অতুগী মুমিত্তি অহিং অথেংবা ফাওবা মৈরা চমথৎনহুনা লাল শোক্লখ্রে। দ্রোণগা অর্জ্জুনগা, সাত্যকিগা কর্ণগা, যুধিষ্ঠিরগা দুর্য্যোধনগা, অশ্বথামাগা ঘটোৎকচগা, শকুনিগা নকুলগা অকনবা লাল শোক্লরে। ভীমনা মাইকৈ মরি কোইচৎ চত্তুনা মী হাৎপা হৌরক্লে। দুর্য্যোধনগী মনাও মাপলবু মানা অতুগী মুমিৎতা শাথীনা হাৎলে। অমরোমদা ঘটোৎকচনা মাগী লৈজবা মপাঙ্গল মরোশিং পুথোক্লুনা কৌরব তেংজোল মাঙহল্লক্লে। মহাক্তি মায়া হৈরবা হিংচাবনি। করিগুম্বদা চিং ওন, করিগুম্বদা মৈ ওই, অতুগা করিগুম্বদা নোং-মুংশিং ওইহুনা অঙকপা লাল তৌরক্লে। মহাক্লা অমুকস্থ থংমাঙ হেক মাঙ, অমুক আকাশতা

হেক লৈ, অস্থম তৌতুনা কনাগী মথোঙ কনাগী মখুৎ, কনাগী মওক থুদেক্তুনা কৌরব লাম্মী অকিবা ফংনা নৈরক্লে।

ঘটোৎকচগী লাল অসি উবদা দুর্য্যোধন অহু মুংশা খীরক্লে। মায়া থল্লবা মতুংদা মহাক্না কর্ণদা হায়রকই, "মরুপ, নংনা ইন্দ্রগী মক্মদগী ফংলকপা 'এক-পুরুষ-ঘাতিনী' হায়বা খুৎলাই অহু শিজিন্নতুনা ঘটোৎকচবু হাৎলো।"

মসি তাবদা কর্ণনা খুম্নকই, "মহুদি ঐহাক অর্জ্জুনবু হাৎনবা থম্লিবনি। ওসি মহুনা ঘটোৎকচবু হাৎনবা শিজিন্নখ্রবদি অর্জ্জুনদি করম্না হাৎকনি?"

দুর্য্যোধননা হায়রকই, "ওসি শিখ্রবদা করম্না অর্জ্জুনবু হাৎলুবা ওমগনি? ঘটোৎকচগী ওসিগী লাল অসিদা ঐখোই হিংগনি থল্লিব্রা?"

ৱা অসিদা কর্ণ অহু ওহাক থৈক্লে। ঘটোৎকচনা নৈবদি অস্থম অস্থম হেনগৎলক্লি। অতৈ লম্বী থনফম থওদ্রহুনা কর্ণসু ইন্দ্রনা পিরকপা খুৎলাই অহু ঘটোৎকচগী মকমদা শিজিন্নরক্লে।

অওকপা খুৎলাইনি। খুৎলাই অহুনা ঘটোৎকচগী চাওরবা মথবাক অহুগা লৈপাক্না ফাওনা লেংহুনা, কন-থৌরবা হিংচাবা অহু মিৎন কুপ্পদা মথৱাই থাখ্রে।

ঘটোৎকচ তুবদা পাণ্ডবপুম্বা ৱাবনা মুংবংনখ্রে। অহুবু শ্রীকৃষ্ণদি হরাওবনা মাইথোং মকা লাম্মী। মহু উবদা অর্জ্জুননা ওক্না শ্রীকৃষ্ণদা হংঙ্কই, "প্রভু, ময়াম্না অস্থুক ৱানখ্রবা মতমদা প্রভুনা হরাওবা মতৌ তৌববু করিগীনো?"

শ্রীকৃষ্ণনা খুম্নকই, "অর্জ্জুন, মতম অস্থুক কুইনা কর্ণনা চেকশিন্না থমগ্রবা মগুণ লৈরবা খুৎলাই অহু ওসি ঘটোৎকচগী মকমদা শিজিন্নখ্রে।

হৌজিক্তি নহাক্কী মরমদা মুংশা থীকম অমুক লৈত্রে, অদুনা ঐহাক মুংঙাইরবনি।”

অসোমদা কর্ণদি ঘটোৎকচ হাৎলবস্থু মথরাই মুংঙাইবা লৈখিদ্রে। নিংবা কায়বনা' মাইথোং লাংশিল্লদুনা মাগী লানশঙদা ভুমিন্না হনজিনখ্রে। লাম্মী পূন্নমকস্থু অহিং লোইরমদাইদা পোখানখ্রে।

মথংগী মুমিত্তা নোং ভাল্লম-ভানফাৎত্রিভৈনা অকনবা লাল হৌরে। দ্রোণদি মুংঙাইত্তবনা ভাওরবনি, কনানা মমাংদা লেপ্পা ভমগনি। মশীং লাকডমদ্রবা পাণ্ডব লাম্মী মাগী মথুত্তা মথরাই থানরক্লে।

অকন-অকনবা পাণ্ডবকী রথি কয়ানা দ্রোণবু থিংনবা হোৎনরে, অর্জুনবু কনামতস্থু থিংবা ভমদ্রে। অদুগী মথক্তা লাল হৌখগা ইকুই কুইদনা দ্রুপদগা বিরাটকা মতম অমতদা মাগী মথুত্তা মথরাই থাখ্রে। পাণ্ডবকী ভসি অৱাবগী ভমথৈ লৈখিদ্রে।

মপা শিথিবদুদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা শাওরদুনা, 'মহাক্কা দ্রোণবু ভসি হাৎত্রবদি মহাক স্বর্গ ফংবা ওইদ্রসন্থু' হায়না ৱাশকখ্রে। হেক ৱাশকপগা মহাক দ্রোণগী মথক্তা লান্দারক্লে। অদুবু দ্রোণগী মফমদা অন্নাবা ফংবা নত্তুনা করিস্থু তৌবা ভমদ্রে।

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়রকই, “নংদি কদৌমুংদা গুরুবু হাৎলু য়াররোই। অদুনা অইভেবু হাৎহনবা তাই। অদুবু দ্রোণগী মথুত্তা খুৎলাই লৈরিবমথৈ মাবু মায়থীবা পিবা ভমগদবা লৈক্তে। অদুনা লৌশিং অমা তৌদুনা মাবু খুৎলাই য়াওহন্দবা তাই।”

শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অসিদা অর্জ্জুননা ওক্না য়েংলকই। মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হায়রকই, “দ্রোণদি মচাবু মথরাইদগী হেন্না মুংশিবা

মীনি। কনাগুম্বা অমনা মতোন্দা অশ্বত্থামা শিরে হায়রুরবদি মুংঙাই-তবদগী মহাক খুৎলাই শোয়দনা থাদোক্কনি ”

ম্না অসি তাবদা অর্জ্জুন কোকচাওবী কাখ্রে। মহাক্না হায়রকই, “মহুদি মহাপাপকী থবক্নি।”

অসোমদা ভীমনা খুদক্কুমক্তদা পাণ্ডব মাইকৈগী ‘অশ্বত্থামা’ কৌবা শামু অমা হাৎতোক্কুনা দ্রোণগী মমাংদা ‘অশ্বত্থামা শিরে’ ‘অশ্বত্থামা হাৎলে’ হায়না কন্না লাওররে।

ম্না অহু হেক তাবদা দ্রোণগী থম্মাইহু থক থক নিকখ্রে। অহুবু মহাক থাজবদি ভমদে, মরমদি অশ্বত্থামাদি অমরনি, মাবু কনানা হাৎকনি ? অহুমকপু মচাবু লুনা তৌজরবা মপাগী থম্মোইনদি লাংতক্লবা কোক্তে। মহাক্না অচুম্বা পা৺ থভননবগী দমক যুধিষ্ঠিরদা হংলকই, “তারিবা ম্না অসিবু করিনো ধর্ম্মরাজ! ঐগী ইচা অশ্বত্থামাবু লৈত্রবা অচুম্বরা ?”

অসোমদা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা, অশ্বত্থামা শিরে’ অমুক্তা হায়বিয়ু হায়না হন্না হন্না তক্লরক্লে।

মতৌ অসিদা যুধিষ্ঠিরনা তৌফম থভত্রহুনা দ্রোণদা হায়রকই, “অশ্বত্থামা শিরে, মহুদি শামুনি।”

শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরগী ম্নাহৈ ‘অশ্বত্থামা শিরে’ হায়বা হেক লোই-বগা পাঞ্চজান্য কৌবা মোইবুং হোনা থোনগত্তুনা দ্রোণবু ‘মহুদি শামুনি’ হায়বা মতুংগী ম্নাহৈ অসিদি তাহনখিত্রে।

দ্রোণনা অচুম্বতা ভাংলবা যুধিষ্ঠিরগী ম্না অহু থাজদবা ভমদয়ে। মচাগী দমক ম্নাখিবনা মখুত্তগী খুৎলাই তাবা থভখিদ্রে, মকম অহুদা অহুম্মক ম্নাহুদ্রে।

মতৌ অসিদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাগী মাশক তাক্লবা চপ চাবা তাঙ্গানি হায়রবা উরে। মহাক্না মিকুপ অমা কাওবা পাঙ্গবা তৌদনা থুনা মাংনা দ্রোণ শত্না হোৎচিল্লক্লে। মতু উবদা মী পুম্বা অরাবগী থোক্লেননা লাও-নরক্লে। অর্জ্জুননা থিন্দনা রথদগী চোংথত্না ধৃষ্টদ্যুম্নবু থায়রবা তাম্নরক্লে,—অত্তবু ওস্থোকপনি! ধৃষ্টদ্যুম্ননা কনাগী মরা লৌবা তৌদনা অর্জ্জুননা থাম্বা নংত্রিতৈগী মমাংদা দ্রোণগী মনাক য়ৌরক্তুনা নাকল-দগী থৌরবা থাং শত্তুনা দ্রোণগী মকক ককখ্রে।

পাণ্ড অসি হেক তাবদা অশ্বত্থামাতু মুংতাইতবনা মমথিত্নুনা, লানফম তাম্না তফিং তফিং চেল্লক্লগা, পাণ্ডব মাইকৈ পুম্বা তুম্না মাঙনবা অকিবগী মশক ফংলবা নারায়ন অস্ত্র কাপ্লক্লে।

অসিগুম্বা প্রলয় ওম্বা খুৎলাই অসি নারায়ন মশামক্না দ্রোণদা পিখিবনি। দ্রোণনা অমুক মচা অশ্বত্থামাদা পিখি। খুৎলাই অসি লাক্লে উরবদা কনাগুম্বনা মথুত্তগী খুৎলাই থাদোক্তুবা অমস্তুং রথদগী কুমথত্রবা, অত্তু ওইরবদি মহাক্কী মথত্রাই লৌবা শোয়ত্রবনি।

মা অসি শ্রীকৃষ্ণতদি থগুই। মরম অত্তুনা মানা খুৎলাই অসি হেক উবগা পাণ্ডব মাইকৈগী তেজোল পুম্নমকপু খুৎলাই থাদোক্লবা অমস্তুং রথদগী কুমথনবা য়াথং পিরকই। ময়াম পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং মতুং ইন্না থবক তৌরে; অত্তবু ভীমদি লানফমদা ফত্রিনা খুৎলাই থাদোকদবগী শরুক শিথিবনা তেল্লা কৈ হায়ত্নুনা থাদোক্তনা লৈরে। মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা মাঙলে হায়ত্নুনা তফিং তফিং হোৎচিন-খিত্নুনা ভীমগী মথুত্তগী খুৎলাই মুক্লে অমস্তুং রথদগী নমঙ্কুনা চিংথরে। অস্নুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণগী মপাম্না পাণ্ডব পুম্বা হিংলে, খুৎলাই অত্তু

অরেম্বদা তারে। অতুগী তুংদা অশ্বত্থামানা আগ্নেয় অস্ত্র অমুক কায়কই, মতুদি অর্জ্জুননা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্তুনা অরেম্বদা মাঙহনখ্রে।

হোৎনরুবা পুম্বা অবেম্বদা তাবতু উবদা অশ্বত্থামা অতু অতুগী হুমিত্তা মথ্বাই হুংঙাইতনা লানশঙদা হনখ্রে।

---

# কর্ণ পর্ব্ব

দ্রোণ তুবদা কৌরব মাইকৈ অতু অরাবনা হুংবংনথি। অতুবু অশ্বত্থামাগী রা মতুং ইম্না দুর্য্যোধননা কর্ণবু সেনাপতি মকোক হাপ্পতু উবদা ময়াম্মক অমুক অনৌবা পাঙ্গল ফংবগুম হুংঙাইথি। কর্ণসু হরাওবগা লোইননা নাপল তৌনা হায়বকই, "মহাবাজ দুর্য্যোধন, ঐবু থাজো, নোংমা নিনিগী মন্নুংদা পাণ্ডবশিংবু মাঙহন্দুনা ঐনা নংগী নিংবা থুংহনগনি।"

দুর্য্যোধনসু হায়রিবা রাতু কন্না থাজে। মরমদি—ভীষ্ম, দ্রোণ অনিমক পাবিনিঙাই লৈতবা অকনবা ওইববসু, পাণ্ডবশিংবু হুংশিবদগী কা হেনজিনবা থবক তৌরমদবনি। অতুগা কর্ণদদি মতু পুম্নমক করিমত্তা লৈতবনিনা শোয়দনা পাণ্ডবশিংবু শাথীনা নৈহত্তুনা মথরাই লৌবা ঙমগনি।

মতম চানা মাইকৈ অনিমক অকিবা মশক ফংলবা লাল হৌরৈ।

কর্ণগী রা অতুসু কা হেনবা নাপল পংওই ওইবদি নত্তে। থাঙ্গ-শেংনমক মহাক অসি ইরাই লাইনা পৃথিবী জয় তৌবা ভম্বা নিপা

অমনি। মহাক্না অহানবা মুমিত্তা অম্মুক্কী মতিক কম্না লাল তৌখ্রে, মত্তুদি ইকুই কুইদনা পাণ্ডব মাইকৈ পুম্বা রাবনা মিপাইনরক্লে। মহাক্কী তেনতনা অত্তুক পাক-চাওখ্রবা কুরুক্ষেত্র লানফম অত্তু পুমকুপ কুপ্পগুম তৌখ্রে। মিকুপ খুদিংদা মহাক্না হাংচিন্নকপা পাণ্ডব লাম্মীসি মশীং লাকপা ভম্লক্রে। উ-ন উ-ন পাণ্ডব লাম্মীগী ঈনা লালফম অত্তু লৌখোং ওইনা চেন্নক্লে।

অমরোমদা ভীমনা চাওরবা শামু অমা তোংলত্তুনা কৌরব লাম্মী মশীং লাকভমদনা হাংপা হৌরক্লে। মত্তু উবদা অশ্বত্থামানা মাবু থিংবা চংলকই। অনিমক অকনবা লাল থেংনরে। ভহাক থেংনরবা মতুংদা মবানিমক চপ মান্ননা রাম্বুমিন্নরত্তুনা মাগী মাগী সারথিনা পুত্তুনা চংনখ্রে।

অসোমদা কর্ণগী খুবাক্তা পাণ্ডব লাম্মীগী রাবা অস্তুম হেক্সিন্নক্লে। অর্জ্জুনস্তু মতম অত্তুদা সংশপ্তকশিংগা লাল কম্না তৌরি। নকুলনা অমুক তুমিন্না লৈবা ভম্লক্রত্তুনা কর্ণগা থেংনবা চংলক্লে। ভহাক লাল শোক্নরে। মমৈথংদা নকুল অত্তু থাভবা ভম্লক্রত্তুনা চেন্নগে তৌরকপদা কর্ণনা মভকশমদা লিরুং হুকচিন্দুনা ফাখ্রে। কর্ণনা নিঙলবদি মাবু অত্তুগী মুমিত্তা হাংপা য়াববনি, অত্তুবু কুন্তীগী মফমদা মানা রাশকখিবত্তু নিংশিংলুবদা অত্তুম্মক থাদোকখ্রে।

দুর্য্যোধনগা যুধিষ্ঠিরগস্তু অত্তুগী মুমিত্তা অকনবা লাল শোক্নখি। লাল অস্তুম তৌরকপদা যুধিষ্ঠিরগী খুৎলাইনা শোক্তুনা দুর্য্যোধন রাম্বুখ্রে। মতম অত্তুদা ভীম মফম অত্তুদা লাক্তুনা যুধিষ্ঠিরদা হায়রকই, "দাদামহারাজ! দুর্য্যোধনবু ঐনা হাংকনি হায়রত্তুনা রাশকপ্রবনি, অত্তুনা মাবু থাদোকপিখ্রো।"

ভীমগী রা অসিদা যুধিষ্ঠির মথা অমুক তাব্রে, সারথিনা দুর্য্যো-ধনবু পুন্থনা চেনখ্রে।

হুমিৎ তাশিল্লকদৌরে। মতম অসিদা অর্জ্জুননা সংশপ্তকশিং লাল লোইত্থনা হল্লক্লে। কর্ণগী মক্ষমদা পাণ্ডব লাম্মীনা অরাবা তারিবত্থু উবদা মহাক শাওবনা মৈ হৌখ্রে। থিন্দনা গাণ্ডীব পায়থত্তুনা মহাক্না মিৎন-কুপ্পগী মন্নুংদা অকিবা লাল হৌরক্লে, মত্থু উবদা কৌরব মাইকৈপূম্বা অরাবগী খোঞ্জেলনা নিন্নরক্লে। হুমিৎচুপ্পগী মন্নুংদা কর্ণনা হাংথিবা লাম্মী মশীং অত্থুগী শকক অনি অজ্জুননা ভহাক্তদা হাংখ্রে।

অস্তুম তৌরিভৈদা হুমিৎ তাখ্রে, অত্থগী হুমিৎকী লাল লেপ্লে।

থংনবা হুমিত্তা কর্ণনা দুর্য্যোধনদা হায়রকই, "ভসিদি পাণ্ডব অমতা লিংকম লৈবরোই, অত্থবু সারথি অকবা অমতংদি পাম্মি। বিশ্বকর্ম্মানা শাবা ঐগী 'বিজয়' হায়বা লিকং অসিস্থ অর্জ্জুনগী গাণ্ডীবদগী মগুণ করিমতা রাংপা নত্তে। ঐগীস্থু কৃষ্ণগুম্বা সারথি অমতং ফংলবদি লোইবে। মদ্ররাজ শল্যনা ভসি ঐগী সারথি ওইবি-রবদি ইরাই লাইনা পাণ্ডব মাভহনবা ভমগনি।"

রা অসি তাবদা দুর্য্যোধননা শল্যবু কর্ণগী সারথি ওইবিনবা হায়জরক্লে। মত্থুদা শল্যনা হায়রকই, "ফবে, ঐহাক কর্ণগী সারথি ওইবগে। অত্থুদা রা অমতংদি, ঐনা মভোন্দা ভাংনিংবা রা ভাংবদা মহাক শাওবস্থু য়াদে অত্থগা থিংবস্থু য়াদে।"

রথ থৌবদা শল্যস্থু কৃষ্ণগা চপ মান্নবা হৈ-শিংই। অত্থনা মাবু সারথি ওইনা ফংবা হায়বসি অকনবা মীশিংগী লেমজফম্মি। অত্থনা কর্ণস্থু শল্যগী রা অত্থুদা য়ারে।

শল্যবু সারথি ওইনা ফংবত্থুদা কর্ণগী মথৌনা অমস্তুং মাপল

য়াম্না হেনগৎখ্রে। অদুবু শল্যনা তাঙ্গা চাবা ফংবদা হেক হেক লংনদুনা খোইদৌ তত্তনা শাওগৎহল্লি। মদুগী মরমদি অতৈ কবিস্থু নত্তে, মমাংঙৈদা যুধিষ্ঠিরনা কর্ণগী মথৌনা হন্থহন্নবা শল্যদা হায়জখি, মদু ঙাক্লনবগী দমক্তা ঙসি শল্যনা তুক্কচরবা থবক অসি তৌরিবনি।

কর্ণনা 'ঙসি পাণ্ডব লিৎফম লৈত্রবনি' হেক হায়রকপদা, শল্যনা 'নথল্লাই কন্নবদুম হাম্না হোৎনৌ, নংনা অর্জুন হাৎপা নতিক নত্তে' হেক্তা খুম্মি।

কর্ণনা মদু তাশিন্নদনা অমুক হায়রকই, "ঐ ঙসি রাশক্লবনি, পাণ্ডবপু শোয়দনা মাঙহনগনি। দেববাজ ইন্দ্র মশামক লাক্লনস্থ মথোইবু কনবা ঙম্লোই।"

মদু হেক তাবদা শল্যনা ওক্কুনা হায়বকই, "নচিন্দদি পংঙাংদা ঙাংই থবক্কদি মদুগী তংখাই ফাওবা য়ৌবা ঙমদে। ঐখোই পূম্বা নহাক অসি নচিন্তদা থৌবনি হায়বা মুম্না থঙই।"

মদুদা কর্ণদু হাইক্কেৎ শাওদুনা হায়রকই, "ঐহাক রাশকখ্রে, অদু নৎলমদ্রবদি নংনা ঙাংলিবা রাঙাং অদুগী মতিক চাবা মহৈ খুদক্তা পিগদবনি।"

শল্যনা করিস্থ থৌওইদনা নোক্না নোক্না খুম্নকই, "তোকও, তোকও, হৌজিক্তগী হৌনা নকোক্তু শাগৎহনগস্থ। অর্জুনগী তেন্না হোরেল রান্থরগা মাইকৈ শলাই খঙলরোই। অস্থক কনবা লাপ থেংনবা চৎলগা অদুক ফিংনা নকোক শাগৎহনবা হৌনব্রা?"

অসিগুম্বা শল্যগী করেম্নবা রাঙাংশিং অসি কর্ণদু তুমিন্না অদুম্মক থাঙদুনা লৈখ্রে।

অদুদগী পাণ্ডবকী ব্যূহ মমাংদা রথ য়ৌরক্লবদা কর্ণনা খোঞ্জেল

য়াংনা লাওরকই, "কদাই, কদাইদা চৎখ্রে অর্জ্জুন ! মহাকপু পুথোকপা ডম্বা মীহুদা ঐহাক লন-থুম য়াম্না পিগনি।"

তাঙ্গা চারে খডহুনা শল্যস্থু হায়রকই, "তুমিন লৈয়্যু তানিংদে। নংনা শেল তিংগদবসিবু কদাইদনো ? অর্জ্জুন মথস্তা চোংথোক্লক্লগনি। নংবু যমালয়দা থানবা মাদি শেম শাহুনা হান্না লৈরবনি।"

অস্থুম্না মথল মথলগী থম্মোই শোকপা য়াডাং ডাংহুনা শল্যনা কর্ণগী মথৌনা হম্মনবা হোৎনরি। অহুবু পাক হেক হম্বা কর্ণগী মথৌনাদি নত্তে। লাল হৌগৎপদগী হৌনা মহাক ডসিদি অকিবগী শকক্ষম লৌখ্রে। মহাক্কী তেন্না পাণ্ডব লাম্মী লিশিং লিশিং হাৎপা হৌরক্লে। অহুগী মুমিত্তা মানা থেংনবা লাল অহুদি আকাশতগী শূর্য্যদেবনা কুম্মক্তুনা তুম্না চাকথেক্লবগা চপ মান্নখ্রে। সাত্যকি, ভীম, ধৃষ্টদ্যুম্ন, দ্রৌপদীগী মচা মডা অমস্থুং অতৈ অকন অকনবা কয়া চডহুনা লাল ভৌবদস্থু মহাকপু থিংবা ডম্বগী পাঙ্গল লৈত্রে।

মমৈথংদা যুধিষ্ঠিরগা কর্ণগা অকনবা লাল শোক্লরে। যুধিষ্ঠির অহু ক্ষনা থৌনা ফনদি শোক্লে হায়ববু কর্ণগী মমাংদা কুইনা লেপ্পা ডম্লক্তরে। সাত্যকি, যুযুৎসুনচিংবা ময়াম্না মাগী মতেং পাংবা চংলকই, অহুবু কনবা ডমদ্রে। কর্ণনা কাপ্লকপা মশীং নাইদ্রবা তেনগী মমাংদা কনাস্থু চংশিনবা ডমদ্রে। যুধিষ্ঠিরগী দোলাই, ফীরাল, লিরুং, ফুরিৎন-চিংবা পুম্নমক মচেৎ মচেৎ তাথিহুনা অন্নাবা ফীভম তারক্লে। কর্ণগী মখুত্তা যুধিষ্ঠির অমুক লিৎফম লৈত্রে। অহুবু কুন্তীগী মফমদা কর্ণনা, অর্জ্জুন নত্তনা মাগী মচা কনাগীস্থু মথল্লাই লৌরোই য়াশকথিবনা যুধিষ্ঠিরগী মথল্লাইমক্তি লৌদ্রে।

মতম অদুদা শল্যনা হায়রকই, "কর্ণ। যুধিষ্ঠিরদদি ফনা থৌনা ফরে, অদুবু অসোমদা ভীমনা কৌরব লাম্মী তুম্না হাৎচিল্লক্লে।"

থাঙ্গৈশেংনমক ভীমগী অকিবা ফংলবা শাফুদা মাইকৈ অম-রোমদা কৌরব লাম্মী তুম্না শিজিল্লক্লে । মদু উবদা কর্ণ কোকচাওবী কাখ্রে, থিন্দনা ভীম তম্না দোলাই থৌজিল্লক্লে। অদুবু ভীম থেংনবদা কর্ণ অদু হায়ফম খঙদ্রবা অৱাবদা তাখ্রে। মাগী মথৌনা, মাগী নাপল পুম্বা মিকুপ্তা মাঙখ্রে। মমৈথংদা ভীমগী গদাগী চৈফুদা মহাক ৱাম্থখ্রে। শল্যনা মদু উবদা মাঙবা তারে হায়দুনা রথ মমাই ওন্দুনা কর্ণবু পুদুনা চেল্লক্লে। অথাপ্পদগী কর্ণগী অৱাবা মতৌ অদু উবদা দুর্য্যোধননা পাখৎ-খিৎদুনা মনাক্তা লৈবা মনাওশিংবু ভীম থিংলুনবা থারক্লে।

ভীমনা পামজবস্থ মদুতনি। দুর্য্যোধনগী মনাওশিংবু উবদা মহাক হৱাওবগী ঙমথৈ লৈত্রে। মনাক য়োৰম য়োকাদ্রিঙৈনা ভীম্না মথোই তক্ষক মথৱাই লৌরে। মদু উবদা অতৈশিং অদু অমুক চংশিনবা তৌদনা অফং অফংবা মাইকৈদা চেন্নখ্রে।

তাল্লক অসিদা কর্ণ অমুক জ্ঞান তারক্তুনা ভীমগা থেংনবা চংলক্লে। অহানবদা ভীমনা কর্ণবু ফনা লাকচৈ অদুবু মমৈথংদা কর্ণনা ভীমগী রথ অমস্থং লিক্লং ককথংখ্রে। মদুদা ভীমনা শাওরদুনা মহাক্কী চাওরবা গদা পায়থত্তুনা কর্ণ তম্না ফুজিল্লক্লে। মদু উবদা কর্ণ চেনবা নত্তনা অতৈ লম্বী লৈত্রে। সেনাপতিনা চেল্লবদুদা কৌরব লাম্মী পুম্বা কায়দুনা চেন্নরক্লে।

অদুগী মুমিত্তা ভীমগা মাইয়োক্লবা ইয়া ময়াদ্রবদুদা মমৈথংদা কর্ণনা মুংঙাইত্রদুনা যুধিষ্ঠিরগা অমুক লানপাবা চংলক্লে। যুধিষ্ঠিরদি অম্সুম্না কর্ণনা মঙোন্দা তম্লকনি হায়বসি খল্লমদে। অদুবু থংহোদনা

কর্ণনা কুজিল্লকপত্নদা ওহাক লাল শোক্লবে। মতুংদা কর্ণগী মাংদা লেপ্পা য়াবক্ত্রুত্নুনা যুধিষ্ঠিরনা সাবথিদা রথ মমাই লৈনবা য়াথং পিবক্লে।

মতৌ অসি উবদা নকুল সহদেব অনিনাথুনা য়াংনা চংশিল্লক্তুনা যুধিষ্ঠিরবু কন্দুনা লানশঙ তান্না লোইনবক্লে। অত্নদস্তু কর্ণনা লেপ্পা লৈতনা তকশিল্লক্লে। যুধিষ্ঠিবগী অন্নাবগী ওমথৈ লৈত্রে।

মতম অত্নদা শল্যনা কর্ণদা হায়বকই, "নংগী নথৌনা অসিদি অওকপনি। ভীম অর্জ্জুনগা লাল পাবদি ওমদ্রত্নুনা মবাল লৈত্রবা মী থিত্নুনা নপাঙ্গল উৎপা লাক্লবি। ওসি নত্রা নংনা অর্জ্জুন হাংকনি হায়বদো? অত্নদি তোকথোক্তুনা যুধিষ্ঠিব তান্নত্নুনা অবেম্বদা মতম মাওহল্লিবসি কবিগীনো? অহানবদা অর্জ্জুন হাংথো, অত্নগী মতুংদদি থোকপা থোকপা লাক্কনি। অত্নগা ভীমগী মখুত্তা দুর্য্যোধননা তাবিবা অন্নাবসি অমুক্তা য়েংউ। মসিত্নুম হান্না অত্নক কনথো।"

ন্না অসি তাবদা কর্ণনা যুধিষ্ঠিব থাদোক্লমত্নুনা দুর্য্যোধনগী মতেং পাংবা চৎখ্রে। যুধিষ্ঠিব অত্নু মশা শাথীনা .শাক্লত্নুনা লানশঙ তান্না অত্নুম্মক চৎখ্রে।

মতম অত্নদা অর্জ্জুনদি সংশপ্তকশিংগা অকনবা লাল শোক্লবি। মহাক্লা মথোই পুম্নমকপু তুম্না হাংলম্মগা লানশঙলোমদা হল্লকপদা লম্বীদা অশ্বথামানা লাম্মী ময়াম পুত্নুনা লান্দাবক্লে। অর্জ্জুনস্তু মপাঙ্গল অবৈবমথৈ পুথোক্তুনা ওহাক অকনবা লাল থেংনবে। থংহৌদনা অর্জ্জুননা অশ্বথামাগী সারথি অত্নু মওক ককখ্রে, বথ চিংলিবা শগোলশিং অত্নু ফাবিনিঙাই লৈত্রত্নুনা মফম মবাং খওদনা কোইচেন চেল্লক্লে। মতৌ অত্নদা অশ্বথামা অত্নু লাল তোক্তুনা শগোল

চুপ্নি পায়ত্থনা থাম্নবা হোৎনরক্লে। তাম্লক অত্থদা অর্জ্জুননা কৌরব লাম্মী পূম্নমক অঙকপা ফংনা হাৎচিন্নক্কুনা ময়াম্মক কায়ত্থনা চেন্নরক্লে।

মত্থু উবদা দুর্য্যোধননা কর্ণদা হায়রকই, "য়েংউ অসে কর্ণ, লাম্মী ময়াম কায়ত্থনা চেন্নরক্লে, নংনা অমুক্তা থামজিন্সবদি পূম্নমক মাঙবা তারে।"

মত্থু তাবদা কর্ণনা খুদক অত্থমক্কুদা ভার্গব অস্ত্র হায়বত্থু পাণ্ডব লাম্মী তম্না কাপ্লক্লে। অঙকপা ফংলবা খুৎলাইনি। মিৎন কুপ্পদা পাণ্ডব লাম্মী পূম্নমক অন্নাবা খোল্লাও লাওনরক্লে। মতম অত্থদা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই, "য়েংবিয়ু কেশব, ভার্গবাস্ত্র কাপ্লক্কুনা কর্ণনা ঐখোইগী তেঙ্গোলবু অন্নাবা পিরে। রথ অসি কর্ণ তম্না থৌবিরো। ঐহাক মসিগী মতিক চাবা লম্মন খুমজগে।"

শ্রীকৃষ্ণনা খল্লকই, কর্ণবু ঙাহাক অতৈগা লাল শোক্নহন্দুনা মপাঙ্গল থবা ময়েং তাহনথিবা থোকই, নত্রবদি মহাকপু হাৎপা হায়বসি অন্নাবা অমা ওইনা থোক্লনি। মবম অত্থনা মহাক্না অর্জ্জুনদা হায়রকই, "অত্থগী মমাংদা কর্ণগী তেন্না দাদা মহারাজ যুধিষ্ঠির শাথীনা শোক্কুনা অন্নাবা ফীভমদা লানশঙদা লৈরিবসি অমুক্তা হান্না য়েংলুথিসি।"

মসি তাবদা অর্জ্জুনস্থ মিপাইত্থনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা মতুং ইন্না লানশঙ তান্না লাক্লে। লানশঙ য়ৌবকপদা যুধিষ্ঠিরগী অন্নাবা মতৌ উবদা অর্জ্জুন মথন্নাই শোক্না নুংঙাইথিদ্রে। মহাক্না অশাওবগা লোইননা ন্নাশকলকই মত্থুদি, ঙসিগী লানফমদা কর্ণ নত্রগা মহাক শোয়দনা অমদি মথন্নাই থাগনি।

অসোমদা ভীমনা অকিবা ফংনা লাল শোক্লরি। ঙসিদি

মহাক অঙাওবগুম্না অকংবা মী পূম্বা তুম্না হাৎপা হৌরক্লে। লাল শোক্ল-শোক্লনা মহাক্কা মাগী সাবথি বিশোক্কা হায়রকই, "বিশোক, ঐগী পুন্সিদা লাল কয়া থেংনবক্লে, অদুবু ঙসিমুক লালদা মুংঙাইবদি থেংনদ্রি। ঙসিদি ঐহাক রাথল পূম্বা চোইবে। কনানা মীচংনো কনানা য়েন্নবনো মীশক খঙবা ঙমদ্রে। নহাক খবা চেকশিন্না রথ থৌ। অদুগা খুৎলাইস্তু কয়া য়াম্না লৈবি য়েংশিল্লু।"

বিশোকনা খুম্নকই, "করিমতা চিংনবিগনু। খুৎলাইস্তু নিংথিনা লৈরি।"

অস্তুম্না তৌবিউঁ তাঞ্জাদা অর্জ্জুনস্তু অকনবা মথৌনাগা লোইননা কৌবব হাৎপা তেংবাংনবা ভীমগী মনাক য়ৌবক্লে। মচিন মনাও তিন্নদুনা কৌবব তেঙ্গোল মথক মথা ওন্না নৈবক্লে। কনাস্তু মথোইগী মমাংদা লেপ্পা ঙম্নবক্তে। লান্মী পূম্নমক অফং অফংবা মাইকৈদা কায়দুনা চেন্নবক্লে।

অমরোমদনা কর্ণগী মখুত্তা পাণ্ডব লান্মী মশীং নাইদনা মথন্নাই থার্নবি। তাঞ্জা অসিদা খংহৌদনা গাণ্ডীবগী লিবি থোঞ্জেল তাবদা কর্ণনা অর্জ্জুন তম্না বথ থৌজিল্লক্লে।

দুঃশাসননা ভীম থিংনবা হোৎচিল্লক্লে। ভীমস্তু মাতবু থিরকপনি। অনিমক হেক উনবগা অকনবা লাল শোক্লবে। হৌবকপমক্তদা ভীমগী তেন্না দুঃশাসনগী বথকী ফীবাল, অদুগা সাবথিগী মঙক ককথৎখ্রে। অদুদগী গদা চাওববা অমা দুঃশাসন তম্না লংশিল্লক্লে। দুঃশাসনস্তু অরৈবা মথৌনা পুথোক্লুনা থৌববা তেন্না গদা অদু উফুল থোক্লা থুগাইখ্রে। অদুদগী দুঃশাসননা অমুক ভীম তম্না গদা অমা লংঙকই, মদুস্তু ভীমনা মরক্তা মাঙহনখ্রে। অস্তুম্না লাল তৌবসি পেল্লক্ত দুনা

ভীমনা মাগী অচৌবা গদা অদু পায়্তুনা রথদগী চোংথত্নুনা হোৎচিল্লক্লে। দুঃশাসন্না তেন কাপ্লুনা ভীমবু থিংনবা হোৎনৈ। অদুবু ভীমগী গদানা য়েথেক্লুনা অশোক অপন লৈতনা চংশিল্লকপনা মনাক য়ৌশিল্লক্লে। মতৌ অদুদা দুঃশাসনস্বু অতৈ লম্বী লৈত্রত্নুনা গদা পায়্দুনা বথদগী চোংথরগা ভীমগা থুৎথেংননা লাল শোক্লরে। ওহাক অঙকপা ফংনা গদাগী লাল শোক্লবে। অদুবু মমৈথংদা ভীমগী শাফু কল্লবা থুৎহাইদা দুঃশাসন অদু থাভবা ওল্লক্রে। ভীমগী চাওববা গদানা মকোক্তা থাত্নুনা লৈমাইথক্তা ওনথোইত্নুনা তুখ্রে।

মতম অসিদা ভীমনা দ্রৌপদী মফী মুনভৈদা রাশকথিবত্নু নিংশিংলক্লুন' দুঃশাসন তম্না চোংশিনখিত্নুনা মথবাক্তা ফম্নগা থুজিন তবা য়েশিন্দুনা শেগাইবে। অদুদগী মথরাই পেন্না ঈ থুজোক থুজোক থক্লুনা মহাক্কী রাশক ডাকখ্রে।

ভীমগী হিংচা য়াইতম্বগী থবক অসি উবদা মী পুম্বা কিবনা থক থক নিকখ্রে। তাঞ্জা অদুদা দুর্য্যোধনগী মনাও তবাথক ভীমগী মথক্তা লম্মন থুম্নবা হোৎচিল্লকই। ভীর্মদি ঈ থক্লুবদগী ময়াহ হেন্না হেন্না কাথিত্নুনা অঙাওবগুম থাক্লা থাক্লা নোক্লত্নুনা মথোই তবাত্নুবুস্বু কবিস্মু থৌওইদনা অমমম ওইনা মথরাই লৌখ্রে।

মসি উবদা শল্যনা কর্ণদা হায়বকই, "য়েংউ অসে কর্ণ, পাণ্ডব-শিংনা মথোইগী রাশক মথং মথং ডাকপা হোরক্লে। নংস্বু নথরাই হিংনবা হোৎনহৌরো।" রাসি তাবদা কর্ণনা অশাওবগা লোইননা ভীম তম্না ফুজিল্লক্লে।

অসোমদা কর্ণগী মচা বৃষকেতুগা নকুলগস্মু অকনবা লাল শোক্লরি। বৃষকেতুগী মমাংদা নকুল লেপ্পা ওমশিল্লক্লরে। মত্নু উবদা

অর্জ্জুননা বৃষকেতুগী মাইকৈ তম্না হোৎচিল্লক্তুনা য়াক্লবা খোম্থাংনা লাওরকই,---"কদাই কর্ণ, কৃপ, অশ্বত্থামা ! নখোই ময়াম তিন্নদুনা চুমদবা লানফমদা ঐগী ইচা অভিমন্যুবু হাৎখিবা অদুগী লম্মন এনা ওসি নখোইগী নমাংদা বৃষকেতুবু হাত্তুনা থুম্নগনি। নখোইগী নপাঙ্গল লৈরগা মাবু কল্লোলাও।"

অর্জ্জুনগী ব্বা অসি তাবদা কর্ণ অদু মিপাইবা পোকখ্রে। বৃষকেতুদি মাগী মথল্লাইদগী হেন্না নুংশিজরবা মচানি। মহাক্না থিন্দনমক অশ্বত্থামানচিংবগা লোইনদুনা অর্জ্জুনবু থিংননবা চেনশিল্লক্লে।

মখোই ময়াম চংনা ওম্বমথৈ হোৎনৈ, অদুবু অদুগী মুমিত্তা অর্জ্জুনগী মথুবাক্তগী বৃষকেতুবু কনবা ওইথোক্তবা ওইনা থোকখ্রে। অর্জ্জুননা অমমম ওইনা বৃষকেতুগী লিরুং তেন্দোং রথনচিংবা ককথত্তুনা মমৈথংদা মথল্লাই লোখ্রে।

থৌদোক অসিদা কর্ণগী থম্মোই অদু কায়খ্রে। মসি উবদা অশ্বত্থামানা মথল্লাই শোক্লদুনা দুর্য্যোধনগী মখুৎ অনি পায়রদুনা হায়রকই, "মহারাজ ! মাঙন-তাক্লবগী মশক ওইরবা লাল অসি তোকপিরো। অমুক্তা থম্বদুনা য়েংবিয়ু, হৌজিক ঐখোইগী আশা হায়ববু কর্ণতা মণ্ডাইরবনি। অদুবু মহাকম্তু বৃষকেতু লৈতবসিদা মথল্লাই ওমথৈ লৈতনা শোকখ্রে. শোয়দনা অর্জ্জুনগী মখুত্তা মথল্লাই থারগনি। কর্ণ তুখ্রবা মতুংদদি লাল ওম্বগী ব্বাদি লায়রদুনা মহারাজবু কম্নবা হোৎনবা ফাওবা ব্বানা থোক্লগনি। য়াথং পিনবিরো, ঐহাক পাণ্ডবশিংবু থেমজিল্লুরগে। ঐনা হায়জবদা মখোই শোয়দনা তাবিগনি।"

দুর্য্যোধনদি মতম অদুদা শনিনা মপুং ফানা চারি। করম্না মানা

অফবা ব্রা তানিংগনি ? অশ্বথামা যে'ল' ন হায়বকহ, "মহুগী মরমদা কবিমতা কিফম লৈতে। শোয়দনা কর্ণনা অর্জ্জুনবু হাৎকনি।"

অওইবমকস্থ মসিগী মতুংদা থোক্লকপা লানদি অঙকপা অমস্থং অকিবগী মশক্তি। মাইকৈ অমদা অর্জ্জুন—অমদা কর্ণ। অনিমক মীনা মায়থীবা পিবা ঙমগ্রব্বা অথৌবনি, মথব্রাইবু কবিস্থ থৌওইদনা অমনা অমগী মথব্রাহ লৌনবা হোৎনরক্লে। অনিমকী লিরু'দগী নোংজু থাগী নোংথোঙ যুয়ববা নোংগুম তেনগী নোং চুথনবক্লে। অতৈ অতৈ মাইকৈদা অমুক হন্না য়েনবা লেথিদ্রে। তেনতনা আতিয়া অসি পুমকুপ কুপখ্রে। মাহকৈ মবিমক্ত' বজ্র তাবগুম লাও থোংখ্রে, মৈগী নোং চুখ্রে। পৃথিবী অসি থক থক নিকখ্রে।

কর্ণ অমস্থং অর্জ্জুনগী বাদি তোক্লহুনা সাবথি ওইবিবা কৃষ্ণ অমস্থং শল্যগী মশা অহুফাও ঈনা লৌখো' ওইনা শীন্থবক্লে। অউবা পূন্নমক কোকচাওবা কানখ্রে

অস্থন্না ঙহাক লাল শোক্লববগী তুংদা অর্জ্জুননা অকিবগী মশক ফংলবা মেগী তেন অমা কাপ্লক্লে। মাইকৈ মবিমক মৈতনা পুমঢাক চাকশিল্লক্লে। কৌববকা লান্না পূন্নমক খাঙবা ঙমদ্রহুনা ব্রা ব্রা লাওনা কায়নবক্লে। মতৌ অহু উবদা কর্ণনা হশিংগী তেন অমা কাপ্লকই। তেন অহুনা ালকংদগী হেক পাতথোকখিবদগী আতিয়া অসি নোংনা পুম্মম মমখ্রে অমস্থং মিকুপ অমগী মতুংদা নোংথোঙ কুংনা অকিবগী মশক ফংনা নোং তাবক্কুনা মাহকৈ মাব ইশিংনা থুমজিল্লক্লে। থংহৌদনা অহুক কিববা মে অহু পুম্মুৎ মুথৎখ্রে।

অর্জ্জুনগী মহৈস্থ অঙকপনি। মহাক্লা অমুক তেন অমনা ইশিং পূন্নমক্কু চুপশিনহনথিহুনা ইন্দ্রনা পিনবা অঙকপা তেন অমা কাপ্লক্লে।

তেন অতুগী মচিন্দগী অকিবা ফংলবা খুৎলাই লিশিং লিশিং থোরক্লুনা কর্ণবু হাৎকে হায়দুনা পাইশিল্লক্লে।

ময়াম পুম্নমক হন্দক্তি কর্ণগী মথরাই মাঙবা শোয়দ্রে হায়না চপ মান্নমা নিংনরক্লে। অতুবু কর্ণস্থু হৈতবা মীদি নত্তে, মহাক্লা থিন্দনা ভার্গবাস্ত্র হায়বা তেন অতু কাপ্লক্লুনা অর্জ্জুনগী তেন অছু ময়াই চমহনখ্রে। অতুগী তুংদা মহাক্লা প্রলয় ভগ্বা তেন অমা লিক্লুংদা তেঙ্গা থোংতুনা অর্জ্জুন তম্না লাণ্ডুনা হায়রকই, "অর্জ্জুন! হন্দক্তি শি-নবা শেম শারো।" অসি হায়না হায়না মিৎকুপ্তুনা তেন অতু কাপ্লক্লে। অঙকপনি, তেন অতুগী মচিন্দা অকিবা ফংলবা চাওরবা লীল অমনা অর্জ্জুনবু য়োংকদবগী মথা লাওনা কাথোক্লুনা প্রলয়গী খোম্লাংগা লোইননা পাইশিল্লক্লে। লীল অসি অতৈ কনাস্থু নত্তে, তক্ষককী মচা অশ্বসেননি—খাণ্ডব বন চাকচৈদা চেন্দুনা মথরাই হিংহৌবনি। অর্জ্জুন হাত্তুনা লম্মন খুমগে হায়দুনা কর্ণগী তেন্দা য়াওরকপনি।

তেন অতু উবদা অর্জ্জুনদি লায়রতুনা কৃষ্ণ ফাওবা চমন্নখ্রে। হন্দক্তি তেন অসি অর্জ্জুননা ভাকপা মতিক লৈতে হায়বা কৃষ্ণনা খঙলে। অতুবু অর্জ্জুনবু কন্দবদি য়াদে। মহাক্লা পাম্বৈ অতৈ উদ্রতুনা অর্জ্জুনগী রথ অছু মখোঙনা নমথতুনা খজিক্লুং নেমথহল্লে, মতুদা কর্ণগী তেন অছু অর্জ্জুনদা পান্দতুনা মকোক্কী লুহুপ্তা পাল্লে। লুহুপ অতু উফুল থোক্লা মাঙখ্রে, অতুগা অর্জ্জুনগী মশাদদি শোকখিদ্রে। কৃষ্ণনা থিন্দনা অর্জ্জুনদা তাক্লুনা লীল অতু মথরাই লৌখ্রে।

কৃষ্ণনা অস্নুম্না মহাক্কী শোয়ফত্রবা তেন অরেম্বদা তাহনখিবতুদা কর্ণগী মথরাইতু থুক লাওবা অমা পোকখ্রে। মাইকৈ মরিদা অমঙ্গলগী খুদম উরক্লে।

কৃষ্ণগী লৌশিংনা মথন্নাই হিংগৌবত্নদা অর্জ্জুনদি অকিবা লৈখিদ্রে, মপাঙ্গল শরুক অনি কনথৎখ্রে। কর্ণগী মথক্তা মশীং লাক-ঙমদনা তেন কাপশিল্লক্লে। কর্ণনা থিংবা ফনা হোৎনৈ অদুবু ঙম-শিল্লক্তরে। মমৈথংদদি মহাক্কী মশাপূম্বা তেন্না থাজিল্লক্তুনা চোকথবা হৌরক্লে। অমুক থাঙবা ঙমশিল্লক্ত্তুনা রথ মথক্তা ম্নাম্হুনা তুখ্রে।

মতু উবদা কৃষ্ণগা ভীমগনা অর্জ্জুনদা কর্ণগী মথন্নাই সৌনবা হন্না হন্না হায়রকই। অদুবু অর্জ্জুননা য়াবা লৈখিদে। তমথীনা য়েরুবা অমা ওইববস্থু মশা কনবা ঙমদনা ম্নাম্বিবৈঙদা খুৎলাই থাবদি অথৌবগী থবৃক নত্তে হায়ুনা অর্জ্জুননা কর্ণবু অমুক জ্ঞান তাবকপা ফাওবা ঙাইহুনা লৈখি।

ঙহাক লৈরগা কর্ণ অদু জ্ঞান তাবক্তুনা অর্জ্জুনগা অমুক লান পাবা হৌবক্লে। অদুবু মাগী হান্নগী মথৌনা মপাঙ্গল অদুদি লৈত্রে। মতম অসিদা মহাক পবশুরামনা পিনখিবা খুৎলাই ফাওবা কাও-শিল্লক্লে। অর্জ্জুনবু থিংবদি লাইবহুনা মায়থীবা পিবা ঙমগদবা কর্ণনি। অদুবু ওন্থোকপনি, মশাগী দোষনা অন্নাবা তারবা মতমসিদা কবিগুম্বা অমতা নিংশিংবা থোকখিদ্রে। পবশুরামগী মফমদা মহাক্কা ব্রাহ্মণনি হায়জিন্নহুনা খুৎলাই তমখি। অদুবু মমৈথংদা পবশুরামনা মহাক্কী থাক্কৈশেংবা পরিচয় থঙলক্তুনা মঙোন্দা অভিশাপ তৌখি মহুদি, "নংনা ঐঙোন্দা মীনমথিবা অসিগী দমক নংনা শিরমদাইদা ঐনা তম্বিখিবা মকৈ পূম্বা কাওবা ওইবসনু।"

ঙসিদি অভিশাপ অদু অমতা কায়দনা থোক্লরে। অদুগী মথক্তা থঙহৌদনা খুদোংথিবা অমম্থু থোক্লে, লৌশিং পূম্বা মাঙহুনা

লৈরিবৈদা মহাক্কী রথগী চাকাতুস্ম লৈবাক্তা পুৎথখ্রে। মসিস্ম মহাক্কী তৌজবা পাপকী মহৈনি।

মমাংঙৈদা মহাক্কা ব্রাহ্মণ অমগী ষণ অমা হাৎখি। মতুদা ব্রাহ্মণ অতুনা শাওতুনা অভিশাপ পিখি, মতুদি, "লাল থেংনরিবৈ চোকথরক্লবা মতমদা নংগী রথগী চাকাতু লৈপাক্তা পুৎথবা ওইসনু।"

হৌজিক মতম চারতুনা অভিশাপ অতুস্ম থুংলরে।

কর্ণগী অরাবগী ঙমখৈ লৈতরে। তেংবানবগী অরাবা পূম্বা মতম অসিদা মাগী মথক্তা পুল্লপ নল্লরে। থৌনা ফরবা মহাক্কি, অতুবু তমথিরবা খুদোংথিবা অসি উবদা মিৎলুদা পিগী ইরা চেল্লক্লে। মহাক্কা খিন্দনা রথদগী চোংথতুনা মখদাং চিক্তুনা চাকা ফুক্লবা হোৎনরক্লে। অতুবু অরাবনি, মহাক্কী লাম্বা লৈত্রবা মপাঙ্গল অতু হৌজিক্তি পুম্মাঙ মাঙখ্রে। মতম থরগী মমাংদা পৃথিবী পূম্বা জয় তৌবা ঙম্লম্বা কর্ণ অতু হৌজিক্তি রথগী চাকা নাম ফাওবা ঙ্কুকপা ঙমখিদ্রে। মতু উবদা মহাক হুংঙাইখিদবনা মশা তনিক তনিক্লতুনা ৱানা অর্জ্জুনবু কৌতুনা হায়রকই, "অর্জ্জুন! নহাক্তি অথৌবনি, ধর্ম্ম চেনবনি, ঐহাকপু চাকা অসি অমুক্তা ফুক্কৎহনখো, অতুগা লাল অমুক তৌসি। হৌজিক খুৎলাই থারক্লবদি নংগী ধর্ম্ম কায়বা থোক্কনি।"

মতু তাবদা কৃষ্ণনা খুম্লকই, "কর্ণ! ঙসি নংগী নচিন্দগী ধর্ম্মগী ৱা তাবদা ঙক্তবা ঙমদে। অতুবু নখোইনা শকুনিগা লৌতুনতুনা মীনম্বা চৌবরদা পাণ্ডবশিংবু মরল মথুম তুম্না মাঙহনখিবা; শাগৈগী মৌ দ্রৌপদীবু সভা ময়াইদা ইকাইবা পিবদা হালেংথিদবা; অতুগা নৌরিবা অঙাং অভিমন্যুবু পাম্বৈ লৈত্রবা মতমদা নখোই ময়াম্না কোয়শিন্দুনা শা-ঙাগুম হাৎখিবা—মতমতুদদি নংগী ধর্ম্মগী ৱাথল অতু কদাইদা

থম্মুই ? নংগী নচিন্দা ধর্ম্ম পনগন্ন, ধর্ম্মগী ময়েং তাবা থোক্কনি। নংনা ফনা লাওজন্নুনস্সু ঙসি নংগী শিংথম লৈত্রবনি।”

রা অসি তাবদা কর্ণ অদু ইকাইখিবনা মমাই লুকখ্রে। মহাক্না অতৈ অমুক পাউখুম পিবা তৌদনা অফংবা খুৎলাইনা অর্জ্জুন তম্না থাবকপা হৌরক্লে। মমৈথংদা মগুণ লৈবগা অকিবগী মশক ফংলবা তেন অমনা অর্জ্জুনবু থাদুনা রান্থহল্লগা কথগী চাকা অমুক ফুক্লবা হোৎনবক্লে। অদুবু অরাবনি, হন্না হন্না হোৎনদ্নুনস্সু ঙম্বা লৈখিদ্রে।

তাল্লক অসিদা অর্জ্জুন রান্থরুবদগী জ্ঞান তাবকপা উতুনা কৃষ্ণনা হায়বকই, “অর্জ্জুন, হৌজিক কবি অমুক পাইখিবা ‘অঞ্জলিক’ কৌবা তেন কাপ্পুন। কর্ণগী মথরাই লৌগে।”

শ্রীকৃষ্ণগী রা তাবদা অর্জ্জুননা তেন অমুক কাপ্লে। তেন অদু কক্লবা কর্ণনা অথৌ অথৌবা খুৎলাইগী বখং মাপ্লকই,—মচু পুম্নমক অবেম্বদা তাখ্রে। অকিবগী মশক ওইবনা তেন অদু অবেপ্পা লৈতনা পাইশিল্লক্নুনা মহাবীর কর্ণগী মকক কক্খে। মতুগা লোইন-লোইননা কর্ণগী মশাদগী মচাল অমা থোক্লক্নুনা কুমিৎকী মশাদা তিনখ্রে।

হৌজিক্তি পাণ্ডবকী মুংচাউবগী ডমৈশে লেদে। মাইকৈ মবিমক মোইবুং খোঞ্জেলনা শুমনিন নিনখ্রে। লাল চম্বগী কুংচাইবা রাথলনা পুম্নমক ময়াই কানখ্রে।

কর্ণ তুবগী পাও তাবদা কৌরব মাইকৈদি তেংথা খোঞ্জেলনা থনখ্রে। দুর্য্যোধনগী মথরাই শোকপগী পান্দোল লোমখ্রে। কর্ণগী আশাতনা মহাক্না ভীষ্ম দ্রোণ লোত্রবাস্সু খুৎথাইবগনি, অদুবু ঙসিদি মহাক্কী রাথল অদু মড ওইনা থোকখ্রে।

অসোমদা সঞ্জয়গী মচিন্দা কর্ণ লৈতবগী পাও তাবদা ধৃতবাষ্ট্রনা "হা-কর্ণ হা-কর্ণ" হায়তুনা অঙাংগুম্না খোঞ্জেল লাওনা কপখ্রে।

---

# শৈল্য পর্ব্ব

ভীষ্ম তুখ্রে, দ্রোণ তুখ্রে, ভসি কর্ণস্মু তুখ্রে! হৌজিক লাল লোইবকপগী ফাঙম নওনা অতৈ লম্বী লৈবক্কে। অদুবু দুর্য্যোধননা হিংলিবমথৈদি মতু থোকহনগদবা নৈতে। মহাক্না হৌগৎথিবা মৈ অদুদা মরাম পুম্নমক চাকথেকহল্লগা মহাক মশাস্মু উৎ ওইনা তুম্নবা চোংশিন্দ্রিবমথৈ অমুক মুৎকদবা লেত্রে

থংনবা নুমিত্তা মহাক্না শল্যবু সেনাপতি হাপ্লুন। লাল তৌনবা থৌবাং তৌবক্রে। কৃপাচার্য্যনা ফনা যাম্না দুর্য্যোধনবু খোঙজিনবা হোৎনৈ, অদুবু দুর্য্যোধননা য়াবা লৌখদ্রে।

সেনাপতি ওইনবত্তুদ শল্যনা দুর্য্যোধনদা নাপলগা লোইননা হায়বকই, "মহারাজ দুর্য্যোধন! হাঙ্কিক্কি নহাক ঐগী ইথৌনা ইপাঙ্গল নিংথিনা যেংলো। কবিস্মু লৈত্রবা পাণ্ডবসিদি থস্মু গমথো, লাইয়াম ফাওবা ঐগী লালদা ডক্লগদবনি।"

অদুবু ঙাংবা য়াঙাংগা তৌথোবকপা থবক্কদি ওস্থোক্না থেন্নরে। মহাক্না লাম্মী পুম্নমক্ক—নাইতোম নাইতোম লাল চংবা য়াদে, পুন্না পুন্না পাণ্ডবকা মথক্তা লাল তাগদবনি, অদুগা পাণ্ডবশিংনা কৌববকী কনাগুম্বদা কন্না তকশিল্লরবদ্ধ পুন্না থিংনবা হোৎনগদবনি হায়না য়াথং তৌবক্রে।

মুমিৎ অতুগী অহানবা লানফমমক্তদা কর্ণগী মচা চিত্রসেন, সত্যসেন অমস্তুং সুষেননা নকুলগী মখুত্তা, অতুগা শল্যগী মচানা সহদেবগী মখুত্তা থরাই থাখ্রে।

অতুগী মথংদা ভীমগা শল্যগা অকিবা ফংলবা গদাগী লাল শোক্লরে। গদা হাইবদা অনিমক অমনা অমবু থোইনা লাকচনদে। গদা অনি অমুক অমুক য়েথাইনবদা মৈ ফ্রুং ফ্রুং হৌই। ভহাক অকনবা লাল শোক্লরবা তুংদা অনিমক চপ মান্নবা ৱাস্থমিন্নতুনা তুখ্রে। মতৌ অতু উবদা কৃপাচার্য্যনা থুনা য়াংনা শল্যবু পুতুনা চংখ্রে। ভীমনা লৌশিং তারকপদা শল্যবু অমুক কৌদ্রনা লাল শাংলকই। শল্যদি জ্ঞান তারক্লগা ভীমনা কৌবতুদা অমুক চংদ্রে, যুধিষ্ঠিররোমদা লাল থেংনবা চংখ্রে। থোক্তনা অরানবা ৱাখল থনজদ্রবা যুধিষ্ঠিবগা লাল প্যাবতুদা শল্যগী ময়াহ কাখ্রে। মহাক্না তেন অমগী মথংদা তেন অমনা যুধিষ্ঠিরবু থাবা হৌরক্লে। যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা হাকমবিব লাম্মাশিং অতু চাইথাইবক্লে। মতৌ অতুদা যুধিষ্ঠিরতু মুংভাইথিদ্রতুন, অতগী নুমিত্তা শল্যবু হাংপা অমা নত্রগা মথরাই থাবা অমা তৌগনি হায়না ৱাশকখ্রে।

ৱাশক্লবগা তুংদা মহাক্না সাত্যকি অমস্তুং ধৃষ্টদ্যুম্নবু নাকল অনিদা, অতুগা ভীম অর্জ্জুনবু মাং ভুংদা থম্লগা শল্যগা অকনবা লাল থেংনবা হৌরক্লে।

অনিমক অমনা অমবু থৌওইনা লাকচনদে। মরক মরক্তা যুধিষ্ঠিরগী তেন্না শল্যদা, শল্যগী তেননা যুধিষ্ঠিরদা থাতুনা অনিমক খুদোংথিবা থোক্লরক্লে। কৌরব লাম্মীগী অকনবা মথৈস্তু শল্যগী মনাক্তা চংলক্তুনা লানবাংলরে।

খংহৌদনা অকিবা লানফম ওইরক্লে। যুধিষ্ঠির শল্য অনিমক মশাপুন্বা ঈনা পুমণ্ডাং ডাংনরক্লে। অদুবু কনাস্থু মদুদা নাচুংবা লৈতনা অমনা অমগী মথক্কাই লৌনবা কন্না হোৎনরক্লে।

মতম অসিদা কৃপাচার্য্যগী থৌরবা তেন অমনা যুধিষ্ঠিরগী সারথি অদু মণ্ডক ককখ্রে। মাসি উবদা শাওখিদুনা ধৃষ্টদ্যুম্ন, শিখণ্ডি অমস্তং সাত্যকি মখোই অহুম্মক পুল্লপ পূন্না শল্য তম্না ফুজিল্লক্লে। তাল্লক অসিদা ভীমনা শল্যগী লিরুং, রথ, শগোলনচিংবা পুম্নমক ককখ্রে।

শল্য উপায় অতৈ লৈত্রদুনা থাং পায়দুনা যুধিষ্ঠির তম্না চেনশিল্লক্লে, মদু উবদা ভীমনা তা অমা হুল্লকপদা শল্যগী পাম্বোম মক্ক অদুদা লেংখ্রে। মদু ফাওবদা হনবা তৌদনা শল্যনা যুধিষ্ঠির তম্না চেনশিল্লকই। যুধিষ্ঠিরনা তা অমা অমুক হুল্লক্লে। শল্যনা তা অদু ওক্কে হায়দুনা ফনা কন্না হোৎনৈ, অদুবু মশা হকচিন্না চোকথখিবনা শাফু কল্লবা তা অদু ওকপা ভমদ্রে, তা অদুনা লেংদুনা লৈমাইথক্তা তুখ্রে।

শল্য শিবসিদা কৌরব লান্মী পূম্বা কায়নরক্লে। দুর্য্যোধননা য়াম্না ব্রানা থামদুনা লাল অমুক থেংননবা থৌরাং তৌরক্লে। সেনাপতি লৈত্রবদুদা মহাক মশামক্তা সেনাপতি ওইনা থবক শীল্লক্লে। মতম অসিদা ম্লেচ্ছ রাজ শাল্বনা ব্রাং চাওরবা শামু অমা তোংদুনা দুর্য্যোধনগী মতেং পাংলকই।

অদুবু অস্দুম্না মকম মরাং খণ্ডনা রুয়া কুইনা লাল তৌগনি? থিন্দনা পাণ্ডবশিংগী মখুণ্ডা শাল্ব অদু মহাক্কী শামুগা লোইননা মথক্কাই থাখ্রে। মদু উবদা দুর্য্যোধন অত্তিয়া নিংথায়দুনা মকোক্তা তাবমুক ব্রাখ্রে, মাইকৈ পূম্বা পুম্নম মমখ্রে।

ধ্বতরাষ্ট্রগী মচা চামগী মন্নুংদা মতম অহুদা দুর্য্যোধন থাদনা মথোই তরানিথোই হিংলি। নুমিৎ অহুগী লালদা ভীমনা মথোই তরানিথোইমক অমমম ওইনা মথল্লাই লৌখ্রে।

অহুগী তুংদা অর্জ্জুনগী মখুত্তা নিংথৌ সুশর্ম্মা অহুগা সহদেবগী মখুত্তা শকুনিগী মচা উলুক মথল্লাই থাখ্রে।

মচা শিবহুদা শাওবনা মনখিহুনা শকুনিনা সহদেব হাংকে হায়হুনা চংশিল্লকই। ডহাক লাল শোক্করবা তুংদা শকুনি অহু থাডবা ডল্লক্তুহুনা চেনবদা তারক্লে। অহুবু সহদেবনা মাবু কোইতান তাল্লহুনা অহানবদা মখুৎ অনি ককথংলে, অহুগী তুংদা মডকশমদা তা-না লেংহুনা মথল্লাই লৌরে। সহদেবনা শকুনিবু হাংকে হায়হুনা ব্রাশকথি। হৌজিক্তি মাগী ব্রাশক থুংলবসিদা হরাওবনা থুমহংখিহুনা কল্লবা নোংশাগী লাল্লাও লাওরক্লে।

কৌরব মাইকৈদা হৌজিক দুর্য্যোধন, কৃপ, অশ্বত্থামা অমস্তুং কৃতবর্ম্মা নত্তুনা অতৈ থোইথোকপা অকনবা লৈত্রে। মতম অসিদা পাণ্ডবশিংনা দুর্য্যোধনবু কোইখি থিবা হৌরক্লে। দুর্য্যোধননা পাও অসি তাহুনা তুমিন্না লানফমদগী চেনখ্রে। চেনবা নত্তুনা মহাক্কী পাম্প অমুক লৈত্রে।

লানফম অহুদগী খরা থাপ্লপ্লা লৈবা দ্বৈপায়ন কৌবা পাৎ অমগী ময়াইদা অল্লাংবা ক্ষুরা অমা লৈ। দুর্য্যোধন অহু মহুদা লোৎনবগী দমক চেনবনি। অহুবু লম্বীদা থংহৌদনা সঞ্জয়গা থেংনরে। মহাক্তি মাগী অতৈ মনাওশিংগী পাও অমতা নিংথিনা খঙদে; মরম অহুনা সঞ্জয় উনবহুদা মহাক্কা মনাওশিংগী পাও হংলকই।

মহু তাবদা সঞ্জয়না শাওনা খুম্লকই, "মহারাজ, ঐ ইমিৎমক্কা

মখোই পূন্নমক ভীমগী মখুওা মথল্লাই মাঙখিবা ঈহৌববনি। হৌজিক কৃপ, অশ্বত্থামা কৃতবর্ম্মা নওনা কৌবব মাইকৈদা কনাশ্ম লৈত্রে।"

মসি তাবদা তুর্য্যোধন অল্লাবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মমিৎ অনিদা পিগী ইবা চেল্লকলে। খোঞ্জেল নিক্লা নিক্লা মহাক্লা হায়বকই, "সঞ্জয়! ইপা ইবুঙোদা পাও পুন্বা তম্মু, অতুগা ঐদি পাৎয়াইদা লৈবিবা ফুরাদা লোৎতুনা থল্লাই হিংলি হাযু"— অসি হায়বম্মগা থুনা য়াংনা পাৎ তম্না চংখ্রে।

সঞ্জয়স্ম কপ্ল কপ্লতুনা হস্তিনা তম্না লাক্লে। লম্বীদা মহাক্লা কৃতবর্ম্মা, কৃপ অমসুং অশ্বত্থামাগস্ম তুর্যোধন থিবকপদা উনবে। সঞ্জয়গী মচিন্দগী তুর্য্যোধনগী লেফম খঙলতুনা মখোই অতুম্মক পাৎ মপান তান্না লাক্লে। মতম অগদা তুর্য্যোধনদি পাৎয়াইগী যুবা য়ৌথিবম্লে।

কৃপ, অশ্বত্থামা অমসুং কৃতবর্ম্মা মখোই অতুম্না তুর্য্যোধন কৌবতুনা হায়বকই, "মহাবাজ, কবিগা মথম অতুদা লেবিবিবনো ; লাকপিবো। পাণ্ডবশিংগী লাশ্মাস্ম পংয়াম য়ামদ্রে। ঐখোই মবি তিন্নতুনা মখোইবু হাৎনবা হোৎনরুবসি।'

মতু তাবদা তুর্য্যোধননা মঙক লিৎথোক্তুনা খুম্নকই, "ময়াম পুম্নমক উজবদা ঐ য়াম্না নুংঙাহবে। হৌজিক এগী ইশা পুম্বসি ঙমখৈ লৈতনা শোক্লে। লাল তৌবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈতবে। ঙসি অসি পোথাবগা হয়েং ঐখোই পুম্বা তিন্নতুনা নিংথিনা লাল তৌসি।"

১ অসি তাববমক্তদা অশ্বত্থামানা থৌগৎলতুনা অমুক হায়বকই, "মহাবাজ! করিমতা কিবিকগনু। ঐহাক ব্রাশকলিথসিনি, য়েক্রবশিংবু তুম্না মাঙহনদ্রিমখৈ ঐহাক চাবা থকপা তৌগ্রবোহ।"

অসুন্না ডাংনরিঙৈ তাঙ্গাসিদা শাতানবা থরা মফম অতুদা লুমহুনা তারম্মি। মথোয়গী মনা ফংনিংবদগী থিন্দনা চেনখিহুনা ভীমদা পাও পূন্বা তম্লুবে।

অসোমদা পাণ্ডবশিংদি দুর্য্যোধনবু থিবদা মকোক ডাওহুনা লৈবম্মি। শাতানবগী মচিন্দগী পাও অসি তাবদা মথোইবু মনা চাওনা পিবগা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা পাং অতু তম্না ময়াম্মক লাক্লে। মথোই লাকপা তাবদা কৃপনচিংবা মথোই অহুম্মক লোৎখ্রে, পাণ্ডবশিংগা থেংনখিদ্রে।

পাং মপাল য়োরবদা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিবদা হায়রকই, "দুর্য্যোধনদি হৌজিক পাৎয়াইনী ইশিংমনুংদা লেবা ফুবাদা লোৎলি। মহারাজনা মাবু থীনা থীনা অমুক্তা চৈনিয়ু; অতু ওইরবদি মহাক শোয়দনা চোংথোক্লক্কনি।"

মসি তাবদগী যুধিষ্ঠিবনা অথীবা খোনফমদা লাওরকই, "দুর্য্যোধন! নংগী নতৌ অসি কবিনো? মশীং লাকডমদ্রবা মীবু নংনা তুম্না মথল্লাই মাঙহল্লগা নং নশাদি নথল্লাই হিংননবা করিগী লোৎলি? মসিবু ক্ষত্রিগী হৌনবা লিচৎলা? নংবু ইকাইবা কবিমতা খঙদ্রববা? নংনা করিগুম্বা মা হায়বতু ওইববা অতুগা ক্ষত্রিধর্ম্ম ডাকনিংলবা, অতু ওইরবদি হৌজিকমক থোক্লক্কুনা লাল তৌরোলাও।"

যুধিষ্ঠিরগী ৱাহৈ অসি তাবদা থাঙ্গৈশেংনমক দুর্য্যোধন অতু থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম থোকখ্রে। মহাক্না খুম্লকই, "থল্লাই থাবা কিহুনা ঐ মফম অসিদা লাকপা নত্তে। ঐ পোথাদবা য়াদহুনা লাকপনি। নথোইস্তু ওসি পোথারুবো, হয়েং নথোইনা অপাম্বা অহু তৌসি।"

যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "ঐখোইদি পোত্থাবগী অমুক কান্নবা লৈতে। নংদি ফনা কুইনবু পোত্থারে। লাও, হৌজিক থোক্লক্তুনা লাল তৌরো। নং, ঐ—অনিমক পুম্না হিংবা থক য়াররোইদবনি। নহাক্না ঐখোইবু হাৎলগা নুংঙাইনা নিংথৌ ওইহৌবা অমা, নত্রগা ঐখোইগী খুত্তা নংগী নথন্নাই মাঙবা অমা শোয়দনা থোকহন্দবা য়াদ্রবনি।"

দুর্য্যোধননা খুম্লকই, "ঐনা হৌজিক নিংথৌ ওইরুতুনা করি নুংঙাইরুফম লৈরি? ঐগী কনা লৈতুনা লৈপাকপু অমুক মিহৌগদৌরিবনো? লৈপাক পুম্বা নখোই লৌজরো। ঐদি উমং-ন্নামংদা চত্তুনা পুন্সি অসি লেনখ্রগে।"

মসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা শাওবনা মৈ হৌথিতুনা হায়রকই, "ঐখোইবু নঙোন্দা লৈপাক নিজবা লাকপরা? নংনা হৌজিক করি নথৌনা নপাঙ্গল লৈতুনা লৈপাক পিগদৌরিবনো? অমুক নাপল উত্তুনা কান্নদে, চোংথোরক্তুনা লাল তৌরোলাও। লৈপাক্তি ঐখোইনা নমতুনা লৌরগদবনি। মতুগী মমাংদা নংগী নথন্নাইস্মু লৌথিগদবনি।"

ন্নাহৈ অসিদা দুর্য্যোধন অমুক লোৎতুনা লৈবা ঙমশিল্লক্করে। শাওনা ইশিং মনুংদগী থোক্লক্তুনা নাপল তৌনা হায়রকই, "ঐহাক নখোই কনাবুস্মু কিদে। নখোইগী নপাঙ্গল পুম্নমক ঐ নিংথিনা খঙই। ঐগী ইতিক চাবা খুৎলাই লৈরবা অতুগা নখোইনা অচুম্বা লাল তৌরবা, অতু ওইরবদি নখোইগী নাপঙ্গশিং অতু ইলাই লাইনা মাঙহনবা ঙম্মি।"

মসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "অচুম চুমদগী ন্না পনগনু। নখোইনা অভিমন্যু হাৎথিবা লাল্লোং অতুনা নশাদা অচুম্বগী ন্নাখল

পকই পক্কে খঙনখ্রে। ফরে, মহু পূম্নমক তোক্লো। হৌজিক্তি নংনা অপাম্বা খুৎলাই পায়মু। ঐখোই ইচিন ইনাও মঙাসিগী মন্নুংদা নংনা অপাম্বা অমগা লাল তৌরো। মহুদা নংনা ওম্নবদি নৈপাক পূম্বা নহাক লোজো।”

মা অসি তাবদা দুর্য্যোধননা মফী শেম্ন শেম্নদুনা মথৱাই মুংঙাইনা হায়রকই, “ফরে, অহুদি নখোইগী মরক্তগী অপাম্বা অমা থোক্লক্কু না ঐগা গদা হাইনব' তাবে। মহুদা কনানা কয়ামুক কনবা খঙনরগনি।”

খুদক্কু মক্তদ' ভীমনা গদা তাপ পায়দুনা চোংথোরক্লগা হায়রকই, “ঙসিদি নংগী লিৎফম লৈত্রবনি, যমনা নমাংদা খুংলরবনি। খুৎ অসিনা অতৈ শা মরিফুতরামাপলদি হাংখ্রবনি। হৌজিক শা নংবুসু হাৎলগা থম্মোইদ' চাকলিবা মৈ অসি মুৎলগে।”

যুধিষ্ঠিরগী মা তাবদা শ্রীকৃষ্ণদি থম্নাই মাবগী পন্দোল লোম্মু-ববনি। মহাক্না যুধিষ্ঠিরগী মশাক্তা চংদুনা চিকনা হায়বকই, “মহারাজ, হৌজিক্কা মাফমদুদি করিনো ? করিগুম্বা দুর্যোধন্না মহারাজবু, নত্রগা অর্জ্জুনবু নত্রগা নকুল, সহদেববু গদা হাইনসি হায়রম্মবদি করি থোক্কনি ?”

শ্রীকৃষ্ণগী মা অসিদা যুধিষ্ঠিরসু চুম্মি হায়দুনা মশাগী অরানবা য়াখি।

খুদক অদুদা থংহৌদনা বলরাম মফম অদুদা থুংলরে। দুর্য্যোধন অমসুং ভীম মথোই অনিমক বলরামগী পরুয়ানি। মবানিমক তাঙ্গা অদুদা গুরুদেববু উবদা মথম্নাই মুংঙাইরদুনা চংদুনা খুরুম্মি। মহাক্না মবানিমকপু কৌরদুনা পুণ্যভূমি কুরুক্ষেত্রদা চঙুনা লাল তৌনৌ হায়না য়াথং পিবকই।

বলরামগী য়াথংদগী ভীম অমসুং ছুর্য্যোধন অহু কুরুক্ষেত্রদা লাক্লুনা লাল শোক্লবা হৌবে। শ্রীকৃষ্ণ, বলরাম অমসুং নাকল অনিমক্কী মী পুম্বা লাল য়েংহুনা লৈবে।

হৈবা মাল্লবা, পাঙ্গল মাল্লবা অনিনা গদাগী লাল তৌবসি অঙকপগী কুম্মৈনি। মখোই অনিগী থাংলিবা খোঙথাং, চোংলিবা খোঙফম, হাইবিবা খুৎহাই অহু উবদা মী পুম্বা মিংকুপ্পদ্রে। কল্লবা শামু লমশা অনিনা মথল্লাই পাম্মুদনা য়াথিল্লবগুমখ্রে। অনি অহুগী গদা অহু অমুক অমুক ফুগাইনরকপদা মৈ ক্রুং ক্রুং হোৎ, মখোলনা পৃথ্বি অসি থক থক নিকই। শুন্দা গদা লৈনবকপদা কল্লবা নোং-মুংশিং অমগী মতৌগুম্মি।

মতম ফনা কুহনা লানথেংনববা তুংদা ছুর্য্যোধননা খুদোং চাবা অমা ফংথিহুনা ভীমগী মবুক্তা কন্না অমুক্তং ফুখ্রে। ভীমনা মহুদা শাওথিহুনা ছুর্য্যোধনদা অনি অহুম্লক নম্ফু ফাজিল্লি, অহুবু ছুর্য্যোধননা তঙুনা চাক্লুনা মশা শোকপা ঙমদ্রে।

অহুগী মতুংদা ভীমনা কয়াবক হন্না হন্না হোৎনৈ, অহুবু ছুর্য্যো-ধনবু লাকচবা ঙমদ্রে। মপাঙ্গলদি ভীমনা ছুর্য্যোধন্দগী য়াম্না হেল্লি, অহুবু গদা হাইনরকপদদি পাঙ্গলতম্না চৎনদে, অহৈ-হৈত থায়রকই। ছুর্য্যোধনদি গদাগী মবমদা নিংথিনা হৈরবা নিপানি। মসি উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অচুম্বা লাল্লোংদা ভীমনা ছুর্য্যোধনবু মায়থীবা পিবা ঙমগনি হায়বসি উদ্রে। মরম অহুনা শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিৎনা অর্জ্জুন্না মখুকউদা খুবাক্না পোপ পোপ য়েংহুনা ভীমদা ইঙ্গিৎ তাক্লক্লে।

মহু তেক উবদা ভীম লৌশিং তাবে। মহাক্না ছুর্য্যোধনগী মখুকউ য়েথেক্লে হায়না ব্লাশকথিবহু থংনিং নিংশিংলক্লে।

অদুগী তুংদা মহাক্না য়াম্না চোকশিন্না গদা হাইবা হৌরক্লে। মহাক্না ভাইবিবা তানফম হায়ববু, দুর্যোধননা মাবু ফুথনবা অমুক্তং চোংথৎলকপা অসিতনি। অদুবু খুদোংচাবা ফংদদুনা দুর্যোধনদি মতুম্না থক তৌরকপা লৈত্রে। মতুংদদি ভীমনা থঙনা থঙনা খুদোং চাবা অদু পিরে। দুর্যোধনদি ভীমনা নিংলিবদু থঙদে। খুদোং চাবা ফংলদুনা মহাক্না ভীমগী কোকতোন্দা ফুথরগে হায়না ব্রাংনা হেক চোংথৎলকপা তাঙ্গাদুদা ভীমনা হাইগৎতুনা মাগী খুকউদা চাওরবা গদাদুনা লৈজবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা অমুক্তং থোমগাইরক্লে. মতুংদদি দুর্যোধনদু মরু ককথৎলবা লফু পাম্বীগুম লৈপাকথক্তা তারক্লে, লেপ্পবগী পাঙ্গল ফাওবা লৈখিদ্রে।

মহাক্না লৈপাক্তা হেক তাবগা ভীমনা খোংচিন্দুনা মকোক্তা খোঙপাক্না কাওবদুনা হায়রকই, "থঙলত্রা পাপী! হৌজিক্তি নহাক্কী লৌনম্বগী চৌবর অদুগা দ্রৌপদীগী মফী মুনবনচিংবা ফত্তবা লমচৎশিং অদু নিংশিংউ। ঙসি ঐহাক ঐগী ব্রাশক ভাক্লে। নংনা তুবসিদা মাঙন-তাক্লবগী মশক ওইরবা লাল অসিন্দ লোইবে।"

ভীমগী লমচৎ অসি উবদা তিল্লিবা পুম্বা মথক্রাই নুংঙাইহনখিদ্রে। যুধিষ্ঠির মশামকম্ন ভীমবু শাথীনা চেখ্রে। অদুগী তুংদা মহাক্না দুর্যোধনগী মনাক্তা চংদুনা মথক্রাই শোক্না হায়রকই, "দুর্যোধন, নহাক্না পুকচেল ফত্তবা মীগী মরা চত্তুনা অরাবা দশা অসি থোক্লিবনি। অদুবু হৌজিক্তি থোইনা ব্রাক্লরদু, শিরগা নহাক শোয়দনা স্বর্গ ফংল-গনি। ঐথোইদুম শাগে নাতৈ মরুপ মপাং লৈজদবা ওইদুনা ব্রানা লেলহৌরগনি।" অসি হায়না হায়না মমিত্তগী মপি শিন্থরক্লে।

অসোমদা বলরামনা ভীমগী মথক্তা তমথীনা শাওরক্লে। গদাগী

লালদা থোইদৌ মথা লান্থনা গদানা ফুবা অসি নিয়ম কায়বনি। ভীমনা গৌনদবা লাল্লোংদা দুর্য্যোধনবু হাংপনি। মসি উবদগী হলধর বলরামনা শাওবনা মৈ হৌথিদুনা মহাক্কী লাঙ্গোল থাঙ্গত্তুনা ভীম হাৎনবা হোৎচিল্লক্লে।

খুদক অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা চেনশিল্লক্তুনা বলবামবু খামদুনা হায়বকই, "দাদা! অমুক্তা তপথবিথো, খন্দুনা য়েংবিয়ু; দুর্য্যোধননা হন্না হন্না মশীং লাকওমদনা পাণ্ডবশিংবু নৈবল্লবনি। অচুম অবানগী য়াথল অমতা মহাক্না থম্লক্রবনি। মদুগী পাপনা মানা ওসি দশা অসি ফংলিবনি। অদুগী মথক্তা ভীমনসু দুর্য্যোধনগী খুকউ য়ৈথেক্কে হায়না য়াশকখি। ক্ষত্রিনা য়াশক ওাক্রবদি পাপ ফংফমসু থোকই।"

মদু তাবদা বলবামনা শাওনা খুম্লকই. "কৃষ্ণ! নহাক্না হায়বিবসি ঐ য়াবা ওমদে। নংদি মতম চুপ্পদা পাণ্ডবতগী ওইদুনা লৈববনি।" অসি হায়বম্লগা অমুক পন্থবম্বা তৌদনা শাওনা দ্বারকাদা হনখ্রে।

অদুগী তুংদা পাণ্ডবশিংসু শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা লানশঙদা হল্লক্লে।

অসোমদা কৃপ, অশ্বত্থামা অমসুং কৃতবর্ম্মা মথোহ অদুম্মক লোৎলুবদগী থোল্লক্তুনা দুর্য্যোধনগী মনাক্তা লাক্লে। দুর্য্যোধনগী অয়াবা ফীভম অদু উবদা মখোই পূম্বা মমিত্তগী মপি তাখি। ওস্থোক-পনি, পাক চাওববা লৈপাক্কী মপু! লাম্মী অক্ষৌহিণী তবামাথোইগী মকোক ওইবম্বা মহাক অদুনা ওসি তাবিবা অয়াবা মতৌ অদু উবদা ময়াম্মক থম্মোই শোক্না নুংঙাইতবা পোকখ্রে।

অশ্বত্থামানা অমুক থাঙবা ওমশিল্লক্লদুনা দুর্য্যোধন য়েংলদুনা হায়বকই, "মহারাজ, ঐহাক মহাবাজগী নতৌ অসি য়েংবা

উমশিল্লক্তে, ঐডোন্দা য়াথং পিনবিবো, ডসিমক ঐহাক মহারাজগী য়েক্লবা পুম্বা তুম্না মাঙহল্লগে।"

ফীভম অদু য়োরবা ফাওব' দুর্য্যোধনগী কল্লকপা পুকচেল কোক্তি। মহাক্না খুদক অদুমক্তদা অশ্বথামাবু সেনাপতি হাপ্তুনা পাণ্ডব হাৎনবা য়াথং পিবক্লে।

মতু তাবদা অশ্বথামা, কৃপ, অমসুং কৃতবর্ম্মাগী থম্মোইদা অনৌবা মথৌনাগা লোইননা মীহাৎপগী পুকচেল পোকখ্রে।

---

## সৌপ্তিক পর্ব্ব

নুমিৎ চুপ্পা কোইচেন চেন্দুনা লৈরুবনা কৃপ, অশ্বথামা অমসুং কৃতবর্ম্মা মথোই অদুম্মক মশা অদু য়াম্না চোকথরম্মি। মথোইনা দুর্য্যোধনগী মক্ষমদগী বিদায় লৌরক্লগা পোত্থানবগী দমক উমং অমদা চংদুনা চাওববা খোংনাং পাম্বা অমগী মথাদা হিপ্লম্মি। থিন্দনা কৃপ অমসুং কৃতবর্ম্মাদি তুমখ্রে। অদুগা অশ্বথামাদি তুম্বা য়াদ্রে; মহাক্তি পাণ্ডবশিংবু মরু ফংনা মাঙহন্নবা পান্বৈতা থন্দুনা লৈরম্মি।

অসুম্না ব্রাথলনা ডাওদুনা হিপ্তুনা অদুম্মক লৈবদু মডোন্দা অব্রাবা অমা ওইনা খোক্লক্লে। মহাক্না তাফং তফিং হৌগত্তুনা কৃপ অমসুং কৃতবর্ম্মাবু হৌদোক্তুনা হায়রকই, "হৌজিক পাণ্ডবশিং য়াম্না নিংথিনা তুমখুন তানবা মতমনি। মথোহবু মরু ফংনা মাঙহন্নবদি হৌজিক অসি খুদোং চপ চারবনি।"

ব্রা অসি তাবদা মথোই অনিমু কোকচাওবা কাখ্রে অমসুং

মখোইনা অশ্বত্থামাবু তুক্কচপবা থবক অসি তৌদনবা হল্লা হল্লা থেম-জিল্লক্লে। অদুবু অশ্বত্থামাদি মখোইগী রা অদু না ওইনা তাখিদ্রে। মমৈথংদদি কৃপ অমস্তুং কৃতবর্ম্মা অদু য়াম্না য়ানিংদনা মহাক্কী মতেং পাংবদা তাখ্রে।

পাণ্ডবকী লানশঙ য়োৗরকপদ মখোইন' উবে, - চাও শাংলবা, গুণ চেল্লবা নিপা অমনা থোঙ ডাকু না লৈরম্মে। ফৌজেৎ ওস্থোক্কু না লৈবিবা নিপাসি মহাদেবনি, - অদুবু অশ্বত্থামানদি খডদহুনা ওস্থোক ওস্থোকপা খুৎলাই ময়াম থাজিল্লক্লে। থোডশঙব। অদুনা খুৎলাই পূম্নমক্কু ডম্না ইবাই লাইনা পাক পাক ওক্কু না ময়াদ য়োৎশিনখ্রে মতু উবদা অশ্বত্থামাগী অমম্বা ব্রাখল কোকখিহুনা মহাদেব মশামক্লি হায়বা খঙলক্লে অমস্তুং য়াম্না হাইজ-খোৎচবগা লোইননা খুরুম্লক্লে।

মহাক্না তৌজবপূম্বহুদা মহাদেবনা কবিমতা পেনাবিবা লেখিদ্রে। মমৈথংদা নিংবা কায়রহুনা অশ্বত্থামা অদু মৈগী কুণ্ড অমা তৌবগা মথক্লাই থাবগে থৌবাংলক্লে। মতু উবদা ভোলানাথ অমুক নিংডাইদনা লৈথোকপা ওম্লক্কে। মহাক্না থিন্দনমক থোঙ অদু থাদোকপিবে, অদুগী মথক্তা অমাং অতা লৈত্রবা থাংশা' অমগু পিবিরে।

অদুগী তু দা মহাদেব চৎখ্রবদা, কৃপ অমস্তুং কৃতবর্ম্মাবু থোঙ ডাকহল্লম্মগা', অশ্বত্থামানা শিবনা পিনবা থাংশাং অদু পায়হুনা লানশঙ মন্নুংদা চংডকলে। মন্নুং হেক য়োৗবগ মানা ইহান হানবমক্তদা মপা হাৎপা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মকোক ককলে। অদুদগী .দ্রৌপদাগী মচা মডাবু য়াম্না মুংশি হৈতনা হাৎলে। অদুদগী পাণ্ডব লানশঙদা তুমহুনা হেক লৈবিবা লাম্না পূম্নমক ডম্না মথক্লাই পাবে। শ্রীকৃষ্ণ, সাত্যকী অমস্তুং

পাণ্ডব মঙাদি অদুগী হুমিত্তা লানশঙদা লৈতবনা মথোইবু হাৎপা ঙমখিদ্রে।

অসোমদা নোং ঙানশিল্লক্লে। অমুক পম্থববদি খুদোং চাববোই হায়দুনা কৃপ অমসুং কৃতবর্ম্মাগা লোইননা দুর্যোধনদা পাও তম্নবা লাক্লে।

দুর্য্যোধনগী ফীভমদি মতম অদুদা অৱাবগী পন্দোল লোমলে। শিগদবা কুইশিল্লক্রবে মচিন্দা ঈ অতৎ অথম লৈতনা হাথবক্লে। লমহুই, লাংজানা মাগী অশিবা মশা অদু চাগদবগী ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈবক্লে। মাগী মতৌ অদু উকবা মা পুম্বা কপ্পুনা লৈবা ঙম্নবোইদবা ফীভম্নি।

কৃপনচিংবা মথোই অহুম্মক মাগী মতৌ উবদা কপ্পবক্লে। অদুদগী অশ্বত্থামানা হায়বকই, "মহারাজ! হৌজিক মহারাজগী য়েক্রবা পুম্বা লোইশিল্লকদোবে। শ্রীকৃষ্ণ, সাত্যকি অমসুং পাণ্ডব মঙাদংদি লানশঙদা লৈরমদদুনা মথৱাহ হিংগোবে। অদুবু দ্রৌপদীগী মচা মঙাদি মথৱাই লৌবে।"

অহানবদা পাপ অসি তাবদা দুর্যোধন অদু হাইফেৎ মুংঙাইবম্মি, অদুবু দ্রৌপদীগী মচা মঙা হাৎখিবসিদা কুরু শাগৈগী পিণ্ড পিবিনবা লৈববোই খল্লবদগী থংহৌদনা মাইথোং অদু মকশিনখ্রে। মহাক অৱাবসি অমুক থাঙদুনা লৈবা ঙম্নক্লে। থিন্দনা মতম কুইনগী মিকপ থোক্কবা তূমখুন তানখ্রে।

অসোমদা পাণ্ডব লানশঙদা অৱাবগী মিকপথোলনা নিনলক্লে। যুধিষ্ঠিরবদি থম্মু থমখো, শ্রীকৃষ্ণ ফাওবা ঙসিদি কপ্পবা ঙমখিদ্রে। মতম

অম্লুক কুইবসি মহাক্না পাণ্ডবশিংবু অন্নাবা থিবিক্তা থেমজিনবতা ওইবক্লিবনি, অদুবু ডসিদি থেমজিন্নবা ৱাহৈ লাম্ব ফংথিদ্রে।

দ্রৌপদীদি মতম অসিদা পাঞ্চালদা লৈ। তমথীরবা পাণ্ড অসি হেক তাবদা মহাক কপ্প কপ্প লানশঙ তান্না চেল্লক্লে। ৱাথিবনা মহাক্কী থম্মোই অদু কায়খ্রে। মুংশিরবা মচা মডামক অশ্বত্থামানা হাৎখ্রে, অদুগা কন থৌরবা মবুংস্থ শা ডাগী মতৌগুম্না তুক্কচববা মওংদা মথৱাই মাডখ্রে। পূম্নমক অসিগী থল্লুবদা মথৱাই চাকথিবনা মহাক ৱাম্বহুনা তুখ্রে।

মতুংদা জ্ঞান তাবক্লবদা চাক্লা মুংডাইতবগা লোইননা মহাক্লা হায়বকহ, "হৌজিকমক ফত্রবা অশ্বত্থামাবু হাৎতুনা মহাক্কী মকোক্কী মণি অদু ঐডোন্দা পিত্রবদি ঐহাক মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিবগনি।"

অসিগুম্বা দ্রৌপদীগী অন্নাবা অসি উবদা থাওবা ডমদ্রহুনা ভীমনা খুদক অদুমক্তদা নকুলবু সাবথি ওইহন্দুনা অশ্বত্থামা থিবা থোক্লক্লে। মহাক অম্লুক্কী মতিক মুংডাইতবনা ডাওখ্রে মতুদি, মাবু কনানস্থ থিংবা ডম্নদ্রে।

শ্রীকৃষ্ণদি থল্লুবদা ৱারে। অশ্বত্থামানা শাওহুনা কবিগুম্বা দ্রোণনা পিবা "ব্রহ্মশিব" হাযবা খুৎলাইদু কাপ্লক্লবদি ভীমগী হিংফম লৈত্তে। মবম অসিনা মহাক্লা যুধিষ্ঠির অমস্তং অর্জ্জুনবু পুহুনা ভীমগী মতুং ইন্নবক্লে।

অশ্বত্থামাদি কিবনা ব্যাসদেবগী আশ্রমদা চত্তুনা লোৎলম্মি।

খংহৌদনা যুধিষ্ঠির লাকপা উবদা মহ'ক্লা অকিবগী মশক ফংলবা 'ব্রহ্মশিব' হায়বা খুৎলাই অদু "পাণ্ডব শাগৈ মাঙহল্লুবো" হায়হুনা

থারক্লে। খুদক অতুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা অর্জ্জুননা দ্রোণনা পিনবা দিব্যাস্ত্র কাপ্লক্লে।

অকিবা ফংলবা খুৎলাই অনিতুগী মডালনা স্বর্গ মর্ত্ত্য থক থক নিক্লক্লে। মতম অতুদা নারদ অমস্তুং ব্যাসদেব অনিমক মফম অতুদা চেল্লক্তুনা সৃষ্টি মাঙহনবা ঙম্বা খুৎলাইশিং অতুগী মরক্তা লেপ্লরে অমস্তুং অর্জ্জুনগা অশ্বত্থামাগদা মথোই মথোইগী খুৎলাই হনজিন্নৌ হায়ররে।

অতুবু খুৎলাই অতুদি খাম্বদা অরাইবা থবক নত্তে। মী অতুগী মপুক্লিংদা ফত্তবা পুকচেন চেল্লবা, অচুম্বতা চৎলবা, অতু ওইরবদি খাম্বা ঙমগদবনি। নত্তুনা পাপ চেনবা মীনা খাম্মুরবদি খুৎলাই অতুনা ওর্মশিন্দুনা মশাগী মঙক ককদবনি।

অর্জ্জুনদি থিন্দনা খুৎলাই হনজিনখ্রে, অতুবু অশ্বত্থামাদি হনজিনবা ঙম্মোই, হনজিনলুরবদি মহাক শোয়দনা শিরনি হায়তুনা য়াদ্রে।

মসি তাবদা নারদ অমস্তুং ব্যাসদেব অতু অৱাবদা তারে।

অতুদগী মথোইনা, অশ্বত্থামাগী খুৎলাইনা উত্তরাগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাংগী মথৱাই লোবা অতুগা অশ্বত্থামানা মকোক্কী মণি পিতুনা পাণ্ডবশিংবু পেলহনবা হায়না লেপ্লরে।

মতুমক তোরে। উত্তরাগী গর্ভদা লেরিবা অঙাংতু গর্ভদা অতুম্মক মথৱাই মাঙলে। দ্রৌপদীনা অশ্বত্থামাগী মকোক্কী মণি অতু যুধিষ্ঠিরগী কোক্তা থেৎহন্দুনা অৱাবা থরদং নেমথখি।

মতমগী মতুংইন্না উত্তরানা মচা শিনা শিনা পোক্লরুবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হিংগৎহনখি। অঙাং অতুগী মমিংনা "পরীক্ষিৎ" হায়না থোনখি।

---

# স্ত্রী পর্ব

মুমিৎ তবানিপান্নি চুপ্পা লাল থেংনববা মতুংদা কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরে। অকিবগী মশক ফংলবা লাল অসিদা মী অক্ষৌহিণী তবা-নিপাল থক মথক্লাই মাঙখ্রে। পাণ্ড অসি তাবদা হস্তিনাপুরীগী যুম-থোঙ খুদিংদা অবা-খোঞ্জেল্লা থনখ্রে। অকপ-অরাওগী খোঞ্জেল অসি তাবদা মুঙ ফাওবা পেংখ্রে।

সঞ্জয়গী মচিন্দগী তমথিববা পাও অসি হেক তাবদা ধৃতরাষ্ট্র অমসুং গান্ধারী ব্রান্থখ্রে। জ্ঞান তাবক্রবদসু অহিং নুংথিল নাইদনা মচাশিংবু কৌদুনা তেংথাদুনবা লেখ্রে।

ব্যাসদেব, বিদুর অমসুং অতৈ অতৈ শাগৈ-নাতৈ কয়ানা মখোইবু থেমজিনবা হোৎনবকই। মমৈথংদা বিদুরনা কপ্প কপ্প হায়রকই, "মহারাজ। মহারাজদি শিংনবা পন্নমক খংলনা পণ্ডিতনি! এখোইনা অমুক খোইন হঙ্গচ্চনিংদাহ লেজদে। এনা অদুক হঙ্গচ্চনিংবদি হৌজিক্কি অরাব পূন্বা তোকাপদুনা, লেখিদ্রিবা নচাইবুঙোশি অমসুং শাগৈ-নাতৈশিংগী সংকার অমসুং শ্রাদ্ধনচিংবা তৌনবা লাংবিবো।"

ধৃতরাষ্ট্রনা কবি অমুক তৌগনি? অরাবা নুংঙাইতবা পূন্নমক তুমিন্না থম্মোইনুংদা ফাজিন্দুনা গান্ধারী অমসুং অতৈ নুপী নিপা পূন্নমক পুদুনা লানফম তান্না লাবে। নুখ্রাবী ওইববী মমৌ চামথকসু মহাক্কা লোইনবকই।

পাণ্ডবশিংদি হান্ননা মফম অদুদা লেবন্মে। মখোশবু ঈবদা ময়াম অদু নুংঙাইতবগী শকক অমুক হেনগৎখ্রে।

মতম অদুদা ধৃতরাষ্ট্রগী মাইথোংদা নুংঙাইতবগী মওং অমা থংহৌদনা ফাওবকই, মদু উবদা অকিবগী মশক্কি 'ভীমনা' মাগী মচা

চামমক হাৎখিবনি, মরম অদুনা ভীমবু মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না শাণ্ডই। মচা হাৎপগী লম্মন খুমগে হায়দুনা মহাক্না ভীমবু মনাক্তা কৌশিল্লি। শ্রীকৃষ্ণদি মওং অসি হান্নদগী খন্দূনা লৈরম্মি অমস্তুং মদুগী দমকস্থ শেম শারম্মি।

মমিৎ তাঙলবা নিংথৌ অদুনা ভীমবু মনাক্তা কৌশিল্লকপদুদা শ্রীকৃষ্ণনা ভীম মানবা য়োৎকী মুর্তি অমা মমাংদা পুশিল্লক্লে। ধৃতরাষ্ট্রনা য়োৎ মতুম অদুবু থাঙ্গৈশেংবা ভীমনি খন্দুনা অস্পক্কা মতিক কন্না কোনশিল্লি, মদুদি অদুক চাওখ্রবা য়োৎতুম অদু মচেৎ মচেৎ থোক্লা কায়খি। মদু উবদা ময়াম পূম্নমক ঙকপগী পন্দোল লোমখি।

ভীমবু হাঙোক্লুবা অদু ধৃতরাষ্ট্রগী অইংবা ওইদ্রে। "ঐনা তৌরু-রিবসি ভন্থোকপনিদা" হায়দুনা মথন্নাই মুংভাইতনা কপ্পা হৌরক্লে।

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা থাঙ্গৈশেংবা মওং অদু তাকথোকলে; অদুদগী হায়বকহ, 'মহারাজ, পাণ্ডবশিংগী মফমদা নাং শাথীনা শাওবিবা চুমদে। কুরুক্ষেত্র লাম্লাও অসিগী দায়ীদি মহাক্গী নচা-শিংনি। মাসিদা পাণ্ডবশিংগী করিগুম্বা মরাল অমত্তা লেতে, মদুদি মহারাজনা হেন্না খঙবিরিবনি।"

মা অসি তাবদা ধৃতরাষ্ট্র হকাইবগী পন্দোল লোমখ্রে। অদুগী তুংদা মহাক্না পাণ্ডবশিংবু চেৎনা লুংশিনা কোন্দূনা অইংবা থরা ফংখি।

ব্যাসদেবগী পাউতাক তাবদা গান্ধারীগী থম্মোইদদি শাওনিংবা নুংঙাইতবা করিমত পোকখিদ্রে। অদুম ওইনমকস্থ পাণ্ডবশিংনা মহাকী মনাক্তা চংবদু ইচং থৌবা ঙমদ্রে।

মতম পূম্নমক্তা ধর্ম্মবু চেৎনা থাজরবী, অচুম্ববু লেঙদনা ভাক্লিবী, অদুগা মহাকমক্কী মচাবু লান্দা থাবা মতমদা "ধর্ম্মনা ঙম্বা ওইসন্নু"

হায়না আশীর্ব্বাদ শৌথিবী ; মপুবোইবনা পোকপদগী মমিৎ তাঙল-বনিনা মহাকস্থু পুন্সি চুপ্পা মমিৎ খুনতুনা লেপ্লবী, অতুগুম্বী সতী অতুনা কদোম্নুংদগ্ভ ইচম চপ্বী নুপী অমগুম শাওনিংবা ময়াইনা থুমহৎখিতুনা ধর্ম্ম কায়দ্রবা পাণ্ডবশিংবু অভিশাপ পিবা হৌনদে। মরম অতুনা পাণ্ডবশিংনা মাগী মথোঙদা চংজবক্তুনা খুরুমুবা মতমদা মহাক্না নুংশিনা কোন্দুনা আশীর্ব্বাদ পিখি। অতুগা মহাক্না মচা চামমকপু শা-ঙা হাৎপদোনা হাৎখিবা ভীমতবুদি মহাক্না অস্তুম্না হায়খি, "ইবুঙো, নহাক্না ঐগী ইচা চামতুগী মনুংদা মরাল খবদং ব্রাংপা অমতং হিংহন-লম্লবদি, ঙসি মিৎ তাঙলবা মমা মপা আসগী চেশু ওইজবমগদবনি। অতুমকপু কবে, হৌজিক্তি এগী ইচা নখোই লৈবে।" অতুম অতুম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণবুদি মহাক্না ঙাকপিবা ঙমদ্রে।

শ্রীকৃষ্ণনা মনাক্তা চংলকপদা মহাক্না হায়খি, "ঐহাক নহাকপু ঙাকপিবা ঙম্মোহ বৃষ্ণ! নহাকনা কৌরব পাণ্ডব অনিমক নংগী নফমদা চপ মান্নে হাযবদাই, অতবু তৌথোবকপা থবক্তদি কদাই? ঙসি ঐনা লাংবক থীববী অমা ওইঁববসি নংগী লৌশিং, লৌনম, অতুগা পুকচেন থোয়বতনান। যেংউ, ঙসি কৌববকী নুপী অঙাংশিংনা মচা মব্রা লৈতবগী ব্রাবনা মোংকম ওইববা কুরু ক্ষত্রসিদা চেল্লকুনা কপ্লবি-বসে, অসিগুম্না নংগী যদু শাগেগী মৌশিংস্থু নোংম শোয়দনা মচা-মব্রা কায়নবা মৈনা চাক্তুনা কোহচেন চেল্লগদবনি।"

গান্ধারীগী ব্রা অসিদা শ্রীকৃষ্ণ অতু ব্রা মথা তাবা অমুক ঙমদ্রে। মবাই নূক্না সতীগী অভিশাপ অদু কোক থোংনা লোখি।

অতুগী মতুংদা থংন-থংননা শাং লিশিং লিশিং শেমতুনা শিখ্রিবা

ময়াম অহু পোৎলোইবে। মৈথু মপৈ মপৈনা আতিয়া অসি কুপখ্রে। উ-ন উ ন কনাগীসু লেমহৌবা খুদম অমতা লৈখিদ্রে।

পোৎলোইবা লোইববদা ময়াম পূম্নমক স্নান অমসুং তর্পণ তৌননবা গঙ্গা মপান্দা লাক্লে। মতম অদুদা কুন্তীনা মথৱাই মুংঙাইতবনা থনখিদুনা যুধিষ্ঠিরবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "ইমাগী ইবুঙো, নখোই কর্ণগী দমক তর্পণ কৎলু। মহাকতি নখোইগী নয়াম্বনি—ঐগী ইচা অহনবনি।"

মমাগী ৱা অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরগী ঙকপগী পন্দোল লোমখ্রে। মহাক্না খল্লকই—কয়াদা তমথিখ্রবা ৱানো! মহাক্কুবু হাৎনবগী দমক অস্থুক কল্লা হোৎনখ্রবা, মহাক শিবদা অদুক নুংঙাইবা পোকখ্রবা, অদুগুম্ব' কর্ণ অদুবু মখোইগী ময়াম্বা!

অসি থম্ন থম্ন ৱাবনা নুংবংনখিদুনা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "ইমা, করিনো ঙসি ইমানা তাহনবিরিবা ৱা অসে? ইমা নংবু অস্থুক নুংশিহৈ-খিদ্রবা? মহাকপু ফংজবদা লাইবক ফবা ওইজবগদবা, মহাক্কী মখোঙ সেবা তৌজবগা পুন্সি ঐহে য়াল্লগদবা, ঐখোইগী কোক্কা লৈতেং ওইববা, মহাক অদুবু নংনা অস্থুক তমথীববা দশা তাহনখ্রবা? ওস্লোক-পনি ইমা! মাংজোননা মসিগী মরম অসিবু খজিক্তুং থঙজবম্নবদি ঙসি কুরুবংশ করিগী তুম্না মাঙলুগদগে?" অসি হায়দুনা কপ্পা হৌরক্লে।

ৱাবগা, নুংঙাইতবগা, ইকাইবগনা কুন্তীগী মচিন্দগী ৱা অমা ফাওবা ডাংথোকপা ঙমখিদ্রে।

---

## শান্তি পৰ্ব্ব

লৈবাক কংনবগী দমক শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং মশীং লাকঙম-দনা হাংখিবা অদুদা যুধিষ্ঠিরগী মপুক্লিং অদু অইংবা লৈত্রে। মহাক্কী মপুক্লিংদা নিংথৌ খুভম থাদোক্তুনা উমং রাময়দা লাই নিংলুরগে হায়না খল্লক্লে।

মসি উবদা ময়াম পুম্নমক রানরে। মহাকপু ময়ান্না থেমজিন্দুনা সিংহাসন লৌনবা হায়রকই, অদুবু য়াবা লৈখিদ্রে।

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না হায়রকই, "মহারাজ! মহারাজগুম্বা রাখল লৈরবা মীনা অসুম্না অরাবনা মুংবংনবা হৌনদে। হস্তিনাগী মী পুম্বা মহারাজবু খৌরাংনা ঙাইরি। থিন্দনা লৈপাক ঙাকপগী থবক লৌবিদুনা মখোইনা নিংজরিবসি থুংহনবিয়ু।"

মসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা ব্যাসদেবদা চংজদুনা অইংবা কংনবা লম্বেল হংলক্লে।

ব্যাসদেবনা যুধিষ্ঠিরবু থেমজিল্লদুনা হায়রকই, "ধর্ম্মগী রা তাদুনা নংগী পুক্লিং অদু ইংহনবা পাম্নবদি, সিংহাসন লৌরগা মতিক চাবা মীদা লৈপাক ঙাকপগী থবক শিন্নদুনা নবুধো ভীষ্মগী মনাক্তা চংলু। মহাক্কী মথরাই লানগদবা ফনা য়াম্না রাংলি। ভীষ্মগী মচিন্দগী থোক্লকপা পাউতাকশিং অদু তারগা নংগী চিংনবা পুম্বা কোক্কনি অদুগা অইংবসু কংগনি।"

অদুগী তুংদা য়াম্না চাওনা শীল-লাওদুনা যুধিষ্ঠিরবু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎলে। সিংহাসন কাবগা যুধিষ্ঠিরনা ভীমবু যুবরাজ, অৰ্জ্জুনবু রেক্লবা ঙাকপা, নকুলবু সেনাপতি, সহদেববু হকচাং শেনবা, সঞ্জয়বু লনগৈ পা-নবা, বিদুরবু মন্ত্রী অথোইবা অমসুং পুরোহিত ধৌম্যবু দেব সেবাগী

থবক পুহল্লে। অদুগা ময়াম পুন্নমক্তা যুধিষ্ঠিরনা য়াথং অমগা তৌই মহুদি, ধৃতরাষ্ট্রনা হেক হায়রকপা পূন্বা তৌগদবনি।

মতুং অদুদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা পুকচেন চাওরবা ভীষ্মগী মনাক্তা থুংলবে। নিংবা মতমদা শিবা ওন্বা ভীষ্মদেবদি মতম অদু ফাওবা তেনগী ফমুংদা ( শর শয্যা ) চেল্লুনা মুমিংনা উত্তরায়ণদা লাকপা ঙাইহুনা লৈবন্মি। নারদ, ব্যাস, জৈমিনিনচিংবা মহর্ষিশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লহুনা ধর্ম্মগী ৱা নৈনরম্মি। মফম অদু মতম অদুদা পুণ্যক্ষেত্র ওনখ্রে।

যুধিষ্ঠিরবু উবদা ভীষ্মগী মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈত্রে। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রবকই, "হে কুরুশাগৈগী অথোইবা। নংগুম্বা ধর্ম্মগী মরিদা খঙবা মহাপুরুষতি জগত্তা অতাঙবনি। যুধিষ্ঠিরনা মরূপ-মপাং শাগৈনাঙ্গে ময়াম কায়নখিবগী ৱাবনা লৈফম খঙত্রহুনা নংগী নকমদা চংলগা অইংবা ফংগত্রা থনজহুনা লাকচবি। নহাক্না পাউতাক পিবিহুনা মহাক্কী চাক্লিবা থম্মোই অসি অমুক্তং ইংহনবিয়ু।"

মসি হায়না হায়না মহাক্না ভীষ্মগী মশাদা খুৎনা নানবিরকই। শ্রীকৃষ্ণগী থোৎলবা খুৎনা শোকপদা মহাক্কী অৱাবা মৈচাক পূম্বা মিৎনকুপ্পগী মন্নুংদা কোকখ্রে।

মতম অদুদা ভীষ্মনা য়াম্না মুংশিনা যুধিষ্ঠিরবু মনাক্তা ফমহন্দুনা হায়রকই, "ইবুঙো যুধিষ্ঠির। নংদি করিগুম্বদস্ত অৱানবা থবক তৌরক্ত্রি। ধর্ম্মগী লাল তৌহুনা ক্ষত্রিগী হৌনবী ঙাকপনি। নহাক মুমিং খরদং ঐগী ইনাক্তা লৈয়ু, ঐহাক ওম্বমথৈ নংগী লাংঙ্গরিবা ৱাথল অদু কোরুবা হোৎনগে।"

পুল্লিগী লোইবমদাই য়াহিপ্তা হিল্লবা অহল ওইরবা মবুধোসী

অম্সুম্বা ৱাঙাং তাবদা যুধিষ্ঠির অদু পোকপগী মহৈ য়াল্লে হায়না খনখ্রে। অদুগী তুংদা মাগী মচিন্দগী থোক্লকপা অমৃতগুম্বা ধর্ম্মগী পাউতাকশিং তাবদা মাগী মপুক্লিংগী অন্নাবা পূম্বা কোকখ্রে, অইংবা ফংলে।

বিদায়গী মতমদা ভীষ্মনা হায়রকই, "নুমিৎনা উত্তরায়ণ পাংলক-দবা অমুক কুইশিল্লক্তরে। ৱাকচিং থাগী নিনমাংদা গ্রহাক থৱাই থাগনি। মতম অদুদা নহাক অমুক ঐগী ইনাক্তা লাকউ।"

ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি

---

# অনুশাসন পর্ব্ব

অদুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরদু মবুধোগী য়াথংনা হস্তিনাদা হল্লক্লে। মতম কুইরবগী মতুংদা প্রজাশিংনা যুধিষ্ঠিরগী মাইথোং মকাল্লাম্বা অদু উবা ফংবদা হরাওনরে। মহাক্না মথৱাই য়াওনা লৈপাক ভাকপা হোৎরক্লে। মতম থরগী মন্নুংদা নুমিৎনা উত্তরায়ণ চংলক্লে। মতম অদুদা যুধিষ্ঠির, ধৃতরাষ্ট্র, শ্রীকৃষ্ণ, বিদুর, সাত্যকি অমসুং ধৌম্যনচিংবা ময়াম পূম্নমক নিংথিজরবা অশেংবা ফী, মনম নুংশিরবা পোৎচৈ, ঘী, চন্দন-নচিংবা পুথুনা কুরুক্ষেত্রদা লাক্লে। মতুগা লোইননা ভীম, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব, কুরুগী নুপীশিং অমসুং কোন্নুং মনুংগী মী পূম্বসু চংলে।

ময়াম পূম্নমক্না ভীষ্মগী মনাক য়োৎরকপদা মাগী মাইকৈ মরিমক্তা মতম অদুম থঙলবা মুনি, ঋষি অমসুং নিংথৌরেন কয়া কয়ানা কোয়-শিন্দুনা ফম্লম্বা অদু উবে। মতম অদুদা মফম অদু স্বর্গগী মতৌগুম্না শেংলবা অমসুং নিংথিজরবা মফম অমা ওইখ্রে।

মখোই পুন্নমকপু উবদা ভীষ্ম ডমথৈ লৈতনা মুংভাইরে অমসুং হায়রকই, "ৱাকচিং থাগী নিনমাং য়ৌরে ; হন্দক্তি ঐহাক থৱাই থারগনি। এগী দমক নখোই কনামতা ৱাগনু। ইপাগী বরদগী ঐ অসি শিনিংবা মতমদা শিবা ডগনি। হৌজিক ইশানা পাম্মা সংসার অসি ঐনা থাদোক্লবনি।"

অদুগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রদা হায়রকই,—"নহাক্তি ধর্ম্মগী ৱা অমুক খডদবা লৈত্রবনি। নচাশিং কায়নবগী অৱাবা কাওদুনা পাণ্ডবশিংবু নচামক্তি হায়না য়োক্লো।"

অদুদগী অমুক ময়ামদা নুংশিনা কৌরবদুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি নখোই পুন্নমক্লা ঐবু বিদায় পিরো, ঐহাক থৱাই থারগে। জগৎ অসিদা সত্যগা মান্নবা পাঙ্গল অতৈ লৈতবনি—সত্য ডাক্লবগী দমক কনাসু মাইওনবা তৌগনু।"

অদুদগী মমৈথংদা শ্রীকৃষ্ণদা ওনশিল্লদুনা হায়বকই, "হে মীবক্তগী অথোইবা, যদু শাগৈগী মবুডো! নংগী নমাংদা ঐগী থৱাই অসি থাজরগে— ; ঐবু স্বর্গ ফংনবা নংনা আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু।"

অসি হায়না হায়না মহাপুরুষ ওইববা ভীষ্মগী মমিৎ অনি অদু উইশিনখিদুনা ভগবানগী ৱাখল্দা মথৱাই লুপখ্রে। খুদক অদুমক্তদা মহাক্কী মশাদগী তেনশিং অদু অমমম ওইনা কেন্দুনা তাখ্রে। উ-না উ-না মশাদগী অডকপা মঙাল অমা থোক্লকলে—মহাক্কী শেংলব মথৱাই অদু মশা থাদোক্লুনা স্বর্গ তম্না কাখ্রে। মদু উবদা লাইয়াম্না মথৱাই হরাওনা লৈ চাইথরক্লে অমসুং দুন্দুভি য়েরক্লে।

বিদুর, যুধিষ্ঠিরনচিংবা পুন্নমক্লা ভীষ্মগী অশেংবা মশা অদু মনম সুংশিরব চন্দন তৈরদুনা অশেংবা ফীনা কুপশিল্লে। অদুগী তুংদা ময়াম

পুন্নমক্কা হকচাং অহু ভক্তিগা লোইননা চোকশিন্না চন্দন উত্তনা শেম্নবা শীংথক্তা থাজৎলে।

স্বর্গদা লাইশিংনা দুন্দুভি য়ৈরি মর্ত্তাদা মুনি ঋষিশিংনা স্তুংশিনা সামগান তৌবি—কয়াদা শেংথ্রবা কয়াদা নিংথিজখ্রবা মতৌনো! উ-না উ-না মহাপুরুষকী হকচাং অহু পঞ্চভূততা তিনখ্রে।

অহুগী তুংদা ময়াম পুন্নমক অথোইবা নিপা অহুগী মরমদা ভক্তিগা লোইননা তর্পণ কৎলগা মকম অহুদগী হন্নখ্রে।

---

# আশ্বমেধিক পর্ব্ব

ভীষ্মদেবগী শ্রাদ্ধনচিংবা মতম চানা লোইখ্রে। অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণ, ব্যাস, বিদুরনচিংবা পুন্নমক্কা যুধিষ্ঠিরদা পূণ্যস্থ ফংননবা অমস্তুং পুক্নিংগী অৱাবস্থ কোরুবা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌ হায়না পাউতাক পিরে।

দান অমস্তুং যজ্ঞনচিংবগী থবক্তদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা থ,াইগী মকোক্নি। মমাংঙৈদস্থ মহাক্কা রাজসূয় যজ্ঞ তৌহুনা মিংচৎ য়াম্না ফংখি। হৌজিক অমুক অশ্বমেধ যজ্ঞগী রা তাবদা মহাকী মপুক্নিংহু য়াম্না থুনা পাণ্ডথোকনিংবগী খোয়রাঙবা অমা পোক্লে। অহুবু যজ্ঞ অসি তৌবদদি লন থুম য়াম্না লৈতবা য়াদে। অস্তুক য়াম্বা লনদি মহাক কদাইদগী লোক্লগনি খনবদা মহাক্কী অমম্বা অমা ওইরে।

মতম অহুদা ব্যাসদেবনা হায়রকই, "ইবুঙো, লনগী দমক রারু-গম্থ। ঐ নঙোন্দা য়াম্নবা লনগী লৈফম অমা তাক্কে। থাইনা মমাংঙৈদা মহারাজ মরুত্তনা হিমালয় চীংদা অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌখি। মহাক্না

ব্রাহ্মণশিংদা লন-থুম দান অমুক য়াম্না তৌখি মচুদি, মখোই মচু লোইনা পুবা ঙম্নখিদে। হৌজিক ফাওবা মফম অতুদা শনা মণিমুক্তা মপৈ মপৈ তাতুনা অতুম্মক লৈরি। নহাক মচু পুম্নমক লোক্লনবা উপায় অমা শীল্লো। মতুনা নহাক অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবদা লন অমুক ল্লাংকদবা লৈতে।"

ব্যাসদেবনা তাকপা মতুং ইন্না থিন্দনা শামু, শগোল, উট, রথ, যণগাড়ী লক্ষা লক্ষা হিমালয়দা থাতুনা হিরা, মণি, মুক্তা মপৈ মপৈ লৌহল্লুরে, মতুনা যুধিষ্ঠিরগী অতুক চাওখ্রবা লনগৈ অতু থনখ্রে।

অতুগী তুংদা নুমিৎ অফবা অমা য়েংতুনা মশা ফবা অমসুং অফবা থুদম পুম্নমক্তা তিল্লিবা শগোল অমা, মরাইবক্তা জয়পত্র থেংতুনা থাদোক্লে। জয়পত্র অতুদা অস্নুম্না ই,—"মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞগী শগোলনি ; মহাক্না চংনিংবা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা চংকনি ; মাবু কনাগুম্বনা ফারবদি পাণ্ডবশিংনা লাল থেংনতুনা কনগনি।"

শগোল অতু মনিং তৌনা চংলক্লে। মাবু ঙাকপা ওইনা অর্জ্জুননা লোইনরে। চংলমদাইদা যুধিষ্ঠিরনা হন্না হন্না মঙোন্দা হায়রকই, "খুদোং থীবা মরম থোক্ত্রবদি কনাবুস্নু হাৎলুগনু। অতুগা কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মথয়াই থাখিবশিং অতুগী কনাবুস্নু মাঙনবা তৌগনু। অচৌ পিশক থায়দনা পুম্নমকপু য়াম্না লুনা যজ্ঞগী বার্ত্তোন তৌরম্মু।"

শগোল অতু অহানবদা অয়াং পাংনা লাক্লে। অর্জ্জুননা ঙাক্লক-পনি, কনানা ফাবা ঙমগদগে? ফারুবা মী পুম্বা অর্জ্জুনগী মফমদা মায়থীবা ফংতুনা চংজরক্লে।

অতুগী তুংদা শগোল অতু ত্রিগর্ত্ত লৈপাক্তা থুংলরে। ত্রিগর্ত্তগী নিংথৌনা শগোল অতু ফারে। অহানবদা অর্জ্জুননা নিংথিবা য়াইহেনা

থাদোক্লবা হায়, অদুবু মানা য়াদ্রে। অদুদদি অর্জ্জুন অদু গাণ্ডীব পায়বদা তাখ্রে। মহু উবদা ত্রিগর্ত্তগী নিংথৌনা কিবক্লদুনা ডাকপিন্নু হায়না চংজরক্লে।

অদুদগী শগোল অদু প্রাগজ্যোতিষপুবদা লাক্লে। ভগদত্তগী মচা বজ্রদত্তনা লেপাক অদুগী নিংথৌ ওইবম্মি। মপা হাংখিবগী লম্মন খুন্নবা মহাক্না শগোল ফাদুনা অর্জ্জুনগা লানপাবা থোরক্লে। অদুবু অর্জ্জুনগী তেন অনি অহুমদংগী চেনাখোল ফংবদা শগোল থাদোকপদা তাখি।

বজ্রদত্তনা মখুৎ লোম্নদুনা অর্জ্জুনদা "কবি তৌজো হায়বগে য়াথং পিনবিয়ু" হায়না হায়জবকই। মদুদা অর্জ্জুননা মাবু ভবাম ভবান্না যজ্ঞগী বার্ত্তোন তৌবম্লে।

অদুগী তুংদা মাহেশ্বতীপুব লৈবাক্তা অর্জ্জুনগী অন্নাবা অমা থোকখি। মহাবাজ নীলধ্বজনা লেপাক অদুগী নিংথৌনি। নীলধ্বজগী মচা প্রবীর হায়বহু মপাঙ্গল মথৌনাদা অর্জ্জুনদগী থোইনা তাদে। নীল-ধ্বজগী বাণী জনা হায়বীদুস্নু মথৌনা ফববী ক্ষত্রি নিঙোলনি। মমাগী য়াথংনা প্রবীবনা যুধিষ্ঠিবগী যজ্ঞগী শগোল ফারে। নীলধ্বজনা মচাবু অর্জ্জুনগা লাল তৌদনবা থিংই। অদুবু ক্ষত্রি মচা ওইববা প্রবীরনা শগোল থাদোকপা তৌদনা মমাগী য়াথং তুংইন্না অর্জ্জুনগা লাল থেংনবা থোবক্লে। অকনবা লানফমনি। কুরুক্ষেত্র লানগুম্না অথোবা অর্জ্জুন অদু প্রবীববু মায়থীবা পিবা ঙমদ্রে। অদুদি লায়বদুনা প্রবীবগী মকমদা মায়থীবা য়াবা ফীভম ফাওবা লৈবক্লে। মমৈথংদা অতোপ্পা পান্থে লৈত্রদুনা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংলক্লে অমস্থং শ্রীকৃষ্ণগী মতেংনা প্রবীরবু লোশিং তৌদুনা হাংখি।

মফম অতুদগী শগোল অতু দুর্য্যোধনগী মশেল জয়দ্রথগী লৈবাক, সিন্ধুদেশদা থুংলবে। অর্জ্জুন লাকই তাবদা জয়দ্রথগী শাগে নাতৈ পূন্নমক চেনশিল্লক্লুনা শগোল ফাবে অমস্নং অর্জ্জুনবু মাইকৈ খুদিংদা ওৎপা হৌরক্লে।

মতম অসিদা জয়দ্রথগী মতু দুঃশলানা মাগী পিক্লিবা মশু অতুবু পমতুনা অর্জ্জুনগী মফমদা লাক্লে। মতু উবদা অর্জ্জুননা গাণ্ডীব থাদোক্লে। দুঃশলানা কপ্ল কপ্লতুনা অর্জ্জুনদা হায়বকই, "ঐগী ইপু-বোইবা লান্দা লৈথিদবতুদা ঐগী ইচা সুবথ অতু ব্রাবনা থম্মোই শোকখি। অতুদগী নং লাক্লে হেক তাবদা মহাক মথরাই অতুম্মক থাখ্রে। মাগী মচা অপিশক অসিনা হৌজিক্তি ঐগী অমতা ভাইরবা লন্ন ওহবে। নংনা মসিবু হাৎনিংলগা হাৎলো, কননিংলগা কল্লো।"

দুঃশলাগী ব্রা অসি তাবদা অর্জ্জুন অতু ওমথৈ লৈতনা ব্রাখ্রে। মমিত্তা পি শিন্থবক্লে। মহাক্লা গাণ্ডীব থাদোক্লুনা ক্ষত্রিগী ধর্ম্মবু মপু-ক্লিংদা ব্রাবৌবগা লোইননা দুঃশলাবু নিংথিবা ব্রাহৈনা থেমজিল্লগ মফম অতুদগী শগোল পুতুনা থোক্লক্লে।

হন্দক্তি শগোল অতু মণিপুবদা থুংলবে। মফম অসিগী নিংথৌগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদাবু মমাংডৈদা অর্জ্জুননা পুহোংখি। চিত্রাঙ্গদাগী মচ বভ্রুবাহন্না মতম অতুগী মণিপুবগী নিংথৌ ওইবম্মি। মপা মচা হন্দক্ল অহানবা উনবনি। মপা ইবুডো লাকই তাবদা বভ্রুবাহননা অভঃ অথৌশিংগা লোইননা অথেনপোৎ পুতুনা ভক্তিগা লোইননা থুরুমজক্লুই।

অর্জ্জুনদি মচানা মতৌ অস্তুম্না লাকপতুদা পেল্লমদে। মহাক্লা হায়বকই, "ঐগী ইচা ওইববদি নংনা মতৌ অস্তুম্না থক লাক্লম্মোইদবনি।

ঐহাক হৌজিক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী শগোল-ঙাকপনি। নংনা ঐগী ইচানি হায়নিংলবদি অথৌবা অমগুম্বা লাক্কুনা ঐগা লাল পাবো। অৰ্জ্জুনগী মচানা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী শগোল ঙাকপগী মমাংদা মখুৎ লোয়ত্নুনা চংঙকপদি ওইথোক্করনি।

অৰ্জ্জুনগী অসিগুম্বা ৱাঙাং অসি তাবদা বভ্রুবাহন অদু ইকাইবনা মমাই ঈচপমুক ঙাংলত্নুনা কবি তৌসিগে থল্লিডে তাঞ্জাদুদা, অৰ্জ্জুনগী অতোপ্পা নুপী নাগ-কন্যা উলুপী মফম অদুদা লাক্কুনা হায়রকই, "ইবুঙো, ঐহাক নংগী পোক্করী নমানি। নহাক ক্ষত্রি মচানি। ক্ষত্রিধৰ্ম্ম ঙাকপা নংগী তৌগদবা নথৌনি। অথৌবা নপা ইবুঙোবু অথৌবা উত্তুনা পুজা তৌ।"

অসি তাবদা বভ্রুবাহননা অৰ্জ্জুনগা লাল তৌনবা শেম শাবে। থিন্দনা মপা মচা অকনবা লাল থেংনবে।

মতম থবগী মতুংদা বভ্রুবাহননা অকিবগী মশক ফংলবা তেন অমা কাপ্লকই, মদুনা পান্দুনা অৰ্জ্জুন অদু থংহৌদনা মথৱাই থাখ্রে।

মপাবু হাৎলুবদুদা বভ্রুবাহন ৱাবগী পন্দোল লোমখ্রে। তাঞ্জাদুদা চিত্রাঙ্গদানা কপ্প কপ্প চেল্লক্কুনা উলুপীবু চৈবদুনা ঙাংলকই, "উলুপী, নংগী নপুক্কিং অদু অসুক তুক্কচখ্রবা। নংনা মচাবু মপা হাৎহল্লবা।"

মদু তাবদা উলুপীনা খুম্লকই, "অসিগী দমক থোইনা ৱাবা তৌরুগনু। ঐথোইগী ইপুরোইবনা শিখণ্ডীবু মাংদা থম্লগা ভীষ্মবু হাৎখিবদুদা গঙ্গাদেবীনা মচাগী মখুত্তা মথৱাই মাংউ হায়না শাপ তৌখি। শাপ অদু কোল্লবা ঐনা শীল্লিবনি। হৌজিক্কি বভ্রুবাহন, নং পাতালদা চত্তুনা সঞ্জীবনী মণি লৌরু। মদুনা শোকপদা নপা ইবুঙোগী মথৱাই অমুক হিংগনি।"

মাস তাবদা বভ্রুবাহননা থিন্দনা পাতালদা চত্তুনা সঞ্জীবনী মণি লৌরুবে অমস্তুং মত্তনা শোকপদা অর্জ্জুন হিঙ্গৎলে। মতু উবদা ময়াম্না উলুপীবু থাগৎনখি।

মতিক চাবা মচাগী মথৌনা উবদা অর্জ্জুনস্তু পেল্লত্তুনা মণিপুবদগী খোঙশাল্লক্লে।

অত্তুগী তুংদা মগধ, চেদী, গান্ধার, দ্বাবকানচিংবা লৈবাক্কী নিংথৌশিংবু যজ্ঞগী দমক বার্ত্তোন ত্তৌরম্লগা চহি অমা চপ চাববা মতুংদা অর্জ্জুননা শগোল পুবক্তুনা হস্তিনাদা হল্লক্লে।

অত্তুদগী য়াম্না চাওনা যজ্ঞ হৌরে। যজ্ঞ অত্তুদা বাজা, মহাবাজ, ব্রাহ্মণ, মুনি, ঋষি কয়া কয়া লাকখি অমস্তুং লাইববা চাক্লিবা কয়া তিল্লখি, মত্তুগী মশীং হায়বা ঙম্বা নত্রে। অতিথিশিংগী হবাওবা খোঞ্জেলনা হস্তিনা অত্তু অহিং মুংথিল থায়দনা পুমনিন নিনখ্রে। পাণ্ডবশিংগী ফজবা মরমচৎ, নিংথিনা শীল্লাংবা, হাওর-হাওরবা চানথরুবগী মবাং কায়বা পুম্নমক উবদা ঙম্নমক্লা মথোইবু হন্না হম্না থাগৎনখি।

যুধিষ্ঠিরনা ব্রাহ্মণ অমস্তুং অবাকপা অনিবা পুম্বা মপুক্লিং পেম্না পেম্না দান তৌখি।

অত্তুদগী যজ্ঞ লোইরবদা ময়াম পুম্নমক মথল্লাই হরাওনা হস্তিনাদগী হম্নখ্রে।

---

# আশ্রমবাসিক পর্ব্ব

ধৃতবাষ্ট্র অমস্তুং গান্ধাবী অনিমক পাণ্ডবশিংগা লোইননা হস্তিনাপুবদা লে। যুধিষ্ঠিব, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব, কুন্তী, অমস্তুং দ্রৌপদীনা

চোকশিন্না লুনা সেবা তৌবনা মখোই অনিমক মচা কায়নবগী অন্নাবা মৈচাক কাওথিরম্মি।

ভীমতদি মখোইবু ইকাই খুম্নবগা লোইননা চৎপা ওন্নমদে। তাঞ্জা ফংবদা মখোইগী মপুক্লিং নুংঙাইতনবা ৱাঙাংতা ঙাংলম্মি। মহাক্না নোংমা যুধিষ্ঠির লৈত্রিঙৈদা ধৃতরাষ্ট্র অমস্তুং গান্ধারীবু তাসন্থু হায়না লাওনা হায়রকই, "ঐগী ইখুৎ অনিসিনা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চামমক পুল্লপ হাৎখ্রিবনি।"

ৱাখল লৈবী গান্ধারীদি নুংঙাইতবা অদু অদুম্মক তুমিন্না ফাহুনা থম্মি। অদুবু ধৃতরাষ্ট্রদি থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগা চপ মান্নখ্রে। মহাক্না থাঙবা ওন্নক্রহুনা কপ্ল কপ্লহুনা বিদুর অমস্তুং যুধিষ্ঠিরবু মনাক্তা কৌরহুনা হায়রকই, "য়েংউ, ঐগী ইরান্না কুরু শাগৈ তুম্না মাঙলে। অদুনা ঐনা ঙসি দশা অসি ফংলিবনি। মহাপাপ আসগা প্রায়শ্চিত্ত তৌনবা চহি তরামঙা অসি চারা নামতা চাহুনা লেল্লকলবনি। ফমুং থাদোক্নুনা লৈপাক্তা হিপ্লক্লবনি। মসি পূন্নমকসি যুধিষ্ঠিরনা তারগা মথল্লাই নুংঙাইথিরোই হায়দুনা কনামতদা হায়দোক্লক্রিবনি। হৌজিক্তি ঐহাক য়ুম থাদোক্কুনা বন্দা লাইনিংউরগে নিংলে। মসি যুধিষ্ঠির নংনস্তু য়ানিংগনি নিংই। অহল ওইরক্লবা মতমদা বন্দা লাইনিংবা হায়বসি ঐখোইগী চৎনরকপা ধর্ম্মনি। অদুনা ঐবু মসিদা অমুক থাম্বা তৌরগনু।" অসি হায়রিঙৈ তাঞ্জাসিমক্তদা ব্যাসদেব মফম অদুদা লাক্কুনা যুধিষ্ঠিরদা ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রিবদু য়াননবা পাউতাক পিররে।

অদুগী তুংদা মেরাগী পূর্ণিমা নুমিত্তা অফবা পূংফম য়েংহুনা লাইরবা চাক্লিবা অমস্তুং ব্রাহ্মণশিংদা লুপা সনা দান নিংথিনা তৌরগা ধৃতরাষ্ট্র অমস্তুং গান্ধারী অনিমক বন্দা চৎনবা ময়ামদগী বিদায় লৌরে।

পঞ্চপাণ্ডব, বিত্বর, সঞ্জয়, কুন্তী অমস্তুং দ্রৌপদী, সুভদ্রা, উত্তরানচিংবা শাগৈগী মৌশিং অমস্তুং হস্তিনাগী মী পূম্বা কপ্পা কপ্পা মখোইবু থিন্দোকলক্লে।

সহরগী ভমথৈ য়ৌরক্লবদা ধৃতরাষ্ট্র অমস্তুং গান্ধারীনা হায়জত্নুনা ময়াম পূম্নমক লৈহৌবে; অত্নুগা বিত্বর, সঞ্জয় অমস্তুং কুন্তীদি অমুক হল্লক্তে। মখোইস্থ ধৃতরাষ্ট্র অমস্তুং গান্ধারীগা লোইননা বন্দা অত্নুম্মক চৎখ্রে।

মমাবু হল্লক্লবা পাণ্ডব মভানা অমস্তুং মৌ পূম্বনা মখোভ পায়হ্নুনা কপ্তুনা কয়া থামজৈ, কয়া হায়জৈ অত্নুবু কুন্তীনা য়াবা লৈখিদ্রে। মত্নুদদি পাথৈ অতৈ লৈত্রত্নুনা ময়াম্মক মমাবু বিদায় তৌবম্নগা হস্তিনা-পুরদা হল্লক্লে।

নুমিৎ চুপ্পা চৎলবগী মতু'দা সন্ধ্যাগী মতমদা ধৃতরাষ্ট্রনচিংবা মখোই পূম্নমক ভাগীরথী মপান্দা থুংলরে। মফম অত্নুদা ভহাক পোত্থা-রগা মখোইনা পুণ্য তীর্থ কুরুক্ষেত্র তান্না চৎলে। মফম অত্নু হৌজিক্তি মুনি-ঋষিশিংগী আশম ওইখ্রে। মাইকৈ মরিমক অইংবনা শীন থুংনা লৈতেংখ্রে

কুরুক্ষেত্র য়ৌরগা মখোই পূম্বা মুনিশিংগী মফমদগী দীক্ষা লৌত্নুনা চেৎলবা লাইনিংদা লুপ্তুনা লৈখ্রে।

অস্তুম্না থা কয়া হৌখ্রে। অসোমদা যুধিষ্ঠিরস্থ লৈপাক ভাকপগী থবক পুবত্নু হৈনিংদবা অম পোক্লক্লে। মাগী মপুক্কিং অত্নু লাংতক্লবনা থল্লক্লত্নুনা মহাক্কা দ্রৌপদী অমস্তুং মনাওশিং পুত্নুনা ধৃতরাষ্ট্রগী আশ্রম তান্না লাক্লে। মতম অত্নুদা ধৃতরাষ্ট্রদি যমুনাদা স্নান তৌবা চৎখিরম্মি। মখোইনা যমুনা তম্না থরা চৎলক্লবা তুংদা লম্বীদা ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী,

কুন্তী অমসুং সঞ্জয় মথোই ময়াম্মক মথুক্তা ইশিং থন্না হাপ্পা পাত্র অমমম পায়দুনা হল্লকপহু থেংনবে, অমসুং থুনা য়াংনা চেনশিন্দুনা খুরুম্মুরে। অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা ধৃতরাষ্ট্রদা হংলকই, "খুড়াইবুঙো বিদুরদি কদাইদা চৎখ্রে?"

ধৃতরাষ্ট্রনা খুম্মকই, "বিদুরদি হৌজিক অকনবা লাইনিংদা লুপ্লুনা লৈখ্রে। মহাক মথন্তা অসুকপা উনুংদা লৈ। মরক মরক্তদা অদুক উবা ফংই।"

অসুম্না ঙাংনরিঙৈ তাঞ্জাসিদা আশ্রমগী মনাক্তা বিদুরবু উরক্লে। খুদক অদুমক্তদা যুধিষ্ঠিরনা "খুড়া ইবুঙো" হায়না কৌব-কৌবদুনা মনাক তান্না চেনশিল্লকহ। অদুবু বিদুরদি কবিগুম্বা ব্রা মচেৎ অমতা ঙাংদনা বন লোমদা অদুম চৎখ্রে। থবা চৎলবা তুংদা মহাক উথা অমদা চংদুনা তুমিন্না লেপ্লুনা লৈখ্রে।

যুধিষ্ঠিরনা মনাক য়ৌরক্লগা য়েংলুবদদি মহাক্কী মশাদা থব্রাই য়াওরমদ্রে।

মতোৌদুদা মহাক মিংফম হোংদনা বিদুরবু য়েংদুনা লৈবে। মমিত্তা অতৎপা লৈতনা পিগী ইবা শিন্থবক্লে*। তাঞ্জাদুদা দৈববাণী অমা লাওবকই, "মহারাজ, নহাক বিদুরগী দমক ব্রাবা তৌকুগন্নু। মহাক্তি চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা সাধু অমনি। স্বর্গদা মাগী মফম ব্রাংনা লৈব-গদবনি। নহাক মাগী মশা অদু মৈদা থাদোকপা তৌগন্নু।"

মসি তারদা যুধিষ্ঠিরনা আশ্রমদা হল্লক্লুনা ময়ামদা পাও অসি তম্নবে। মদু তারদা ময়াম্মক থব্রাই শোক্লা কপ্পবক্লে।

মতুংগী সুমিত্তা ব্যাসদেবনা মফম অদুদা লাক্লুনা ময়াম্বু থেম-জিল্লগা হায়রকই, "বিদুরগী দমক নথোই ব্রাবা তৌকুগন্নু। মাণ্ডব্য

মুনিগী শাপ্না ধর্ম্ম মশামক বিতুর ওইনা মীওইনা পোক্লকপনি। মহাক হৌজিক শাপ কোক্কুনা স্বর্গদা চৎখ্রবনি।"

মসি তাবদা ময়াম পুন্নমক থরা নেম্নরে।

অদুগী তুংদা মহর্ষি ব্যাসদেবগী যোগগী পাঙ্গলনা কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মথল্লাই থাথিবা পুন্নমক্কু, মথল্লাই পানবগী মওং লৌহন্দুনা ধৃতরাষ্ট্রগী আশ্রমদা লাকহল্লে। ব্যাসদেবগী বরদগী তাঙ্গা অসিদদি ধৃতরাষ্ট্রস্থ মমিৎ উহল্লে। মচাশিংবু উবা ফংবদুদা গান্ধারী অমস্থুং কুন্তীগী নুংঙাইবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। মফম অদু স্বর্গগা চপ মান্ননা থনখ্রে।

থা অমরোম আশ্রমদা লৈরবগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা ময়াম্মক হস্তিনাদা হল্লক্লে। চহি অনিরোম ইংনা পাল্লবা তুংদা নোংমা দেবর্ষি নারদনা যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা লাক্কুনা পাও তাক্লরে, "ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, অমস্থুং কুন্তীনা নোংমা বন মনুংদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা, অকিবা ফংলবা লাইম্মে অমা হৌরক্কুনা মখোই পুম্বা মৈনুংদা মথল্লাই থাখ্রে। সঞ্জয়দি উচিন নাচিন হিংহৌদুনা হিমালয়দা চৎখ্রে।"

তমথিরবা পাও অসি তাবদা যুধিষ্ঠির ৱাবনা লৈফম থঙখিদ্রে। ভীম, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব অমস্থুং দ্রৌপদীনচিংবা পুন্নমকস্থ কপ্পরক্লে।

মতম অদুদা নারদনা হায়রকই, "মখোইগী দমক থোইনা ৱারুরন্থু। মখোইদি স্বর্গ কাখ্রবনি। হৌজিক্তি মখোইগী আত্মাশিং অদু পেন্ননবা শ্রাদ্ধনচিংবা কৎনবা তৌরো।" অসি হায়রম্লগা নারদ চৎখ্রে।

অদুগী তুংদা ময়াম্মক গঙ্গা তান্না চত্তুনা ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, অমস্থুং কুন্তীগী শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংবা কৎলে।

---

# মৌষল পর্ব্ব

নোংমা বিশ্বামিত্র, কণ্ব অমস্তুং নাবদ অহুম্মক দ্বারকাদা লাকই। মতম অসিদা যদুবংশগী অঙাং খবনা য়োংকী গদা উত্তুনা মখোই অহুম্নু লংনবকই। মুনিশিং অদুনা মদুদা শাওদুনা, গদা অদুনা যদু-বংশগী মুংনবা মবম ওইবসনু হায়না শাপ তৌখ্রে।

বা অসি শ্রীকৃষ্ণ অমুক থিনব তৌদনা তাবে। অদুবু মদুদা মহাক্কী মপুক্কিং থোহনা লাঙব' লেতে। মহাক তৌজিক যদুবংশগী শাথীবা লমচৎনা পৃথিবা লম্লে হায়বাস খঙলে। মবম অদুনা থুনমক যদুবংশ মাঙহনবা তাববনি।

অসোমদা অঙাংশিং অদুনা কেবক্লদুনা গদা অদু মচেৎ মচেৎ থোক্কা থুগাইদুনা সমুদ্রগী হশিংদা লংথখ্রে। মদুনা খুদোংথীবা অমুক লৈবরোই হায়বসি মখোইনা খল্লি।

কুরুক্ষেত্রগী লানফমগী ব্রা অস্তুম ডাংনবকপদা সাত্যকিগা কৃত-বর্ম্মাগা মবৈ তৌনবক্লুনা মমেথংদা সাত্যকিনা শাওমনথিদুনা কৃতবর্ম্মাগী মকোক কক্লুবে। মদুদগী যাদবশিং অদু নাকল অনি থোক্লুনা অকনবা লাল অমা থেংনবা হৌবক্লে। মনাক অদুব্রাইদা য়োংকী গদা মতেক মতেক অদুনা তৌ পাম্বী ওইনা য়াম্না হৌবম্মি। যাদবশিংনা লাল তৌনবা তৌ পাম্বী অদু হেক থেক্লুবদা চাঙববা য়োংকী গদা অমা হেক্কা ওল্লি। অসিগুম্বা য়োংকা গদাশিং অদুনা অমগা অমগা য়েথাইনদুনা যদুবংশ তুম্না মাঙখ্রে।

অস্তুম্না লাল তৌনবিডে মতমসিদা বলরামদি দ্বারকাদা লৈবমদে। মহাকপু উদবদুদা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্কিং অদু য়াম্না লাংতক্লদুনা মহাকপু থিবা থোক্লক্লম্মি। মতম খরগী মতুংদা মহাক্কা বলদেবদি শুক্লবা উন্নুংগী

মণুংদা অকনবা ধ্যান তৌতুনা লৈবে হায়বসি উরে। মতম অসিদা মহাকপু ধ্যান থুগাইরুবা চুমপ্রে হায়হনা শ্রীকৃষ্ণনা দারুক সারথিদা হায়রকই, "দারুক! নহাক হস্তিনাদা চত্তুনা অর্জ্জুনবু দ্বারকাদা পুবকউ। ঐগাক কোন্নুংদা চংহনা মুপী অভাং কল্লবা হোৎনরুগে।" অসি হায়হনা মহাক কোন্নুংদা চংখ্রে।

মতম থবগী মতুংদা মহাক্না অমুক হন্না বলবামগী মনাক্তা লাক্লে অমস্নুং মতুদা মহাক্না উবে, বলবামগী মপা অতু কবিমতা লেংথোংপা লৈতনা তুমিন্না লৈখ্রে, অতুগা মহাক্কী মচিন্দগী চাওববা মতু লিশিং পানবা লাল অমা থোক্লক্তুনা সমুদ্রদা মাইকৈবোমদা চংখ্রে। সমুদ্র, বরুণ অমস্নুং লাইশিংনা মতুবু পুজাগা লোইননা ওক্লুনা পুখ্রে।

মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা বলবামগী থরাইনা হকচাংথাদোক্তুনা স্বর্গদা চংখ্রব ন হায়বা খঙলে। অতুদগী মহাক্কী থম্মোইদা অৱাবা মুংঙাইতবা পোক্লুনা কবিগুম্বা থবক্ত হৈনিংবা পোকখিদ্রে। লেপ্পা অমুক ডম্লক্তুনা উ অমগী মথোঙদা হিপথখ্রে। জবা হায়না কৌবা শাদানবা অমনা অথাপ্পদগী মহাকপু শজি ওইববোই নিংতুন তেন কাপ্লক্লে। থৌববা তেন অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াদা পান্দুনা অতুমক নোঙ্গাখ্রে।

মতুংগী মুমিত্তা অর্জ্জুননা দ্বারকাদা লাক্লুনা থুংলবা কুইত্রিভৈদা শ্রীকৃষ্ণগী মপা ইবুংঙো বসুদেবসু শিবে। শ্রীকৃষ্ণ লৈতবগী পাও তাবদা অর্জ্জুন অদু মাইকৈ মবি পুম্থম মমখ্রে।

অতুবু মতম অতুদা রাতুনা তুমন্না লৈথোক্লবা মতমদি নৎত্রে। মহাক্না তাখি, শ্রীকৃষ্ণনা হেক নোঙ্গাখিবদা সমুদ্রগী ইশিংনা দ্বারকাবু থুমহৎখিগনি। মবম অদুনা মহাক্না অমুক থিন্সবা তৌদনা থুনা মাংনা শ্রীকৃষ্ণগী মশু বজ্র অমস্নুং যতুবংশগী মুপীশিংবু পুতুনা ইন্দ্রপ্রস্থদা

লাক্লে। মহাক্না দ্বারকা হেক থাদোকপগা থাঙ্গেশংনমক সমুদ্রগী ইশিংনা দ্বারকা অহু থুমখ্রে।

ইন্দ্রপ্রস্থ তান্না লাকপদ' লম্বীদা থংহৌদনা ফত্তবা কাংবু থরনা অর্জ্জুনগী মথক্তা লান্দারক্লে। অর্জ্জুননা মথোই অহুবু তাম্বোক্লবা গাণ্ডীব পায়থংলুই, অত্তবু অ'ওকপনি মহাক্কী মপাঙ্গল অমতা লৈত্রে। মহাক্না খুংলাই অহুগী মপান্না পৃথিবী জয় তৌখিবা, অহুগুম্বা গাণ্ডীব অহু ভসিদি থাঙ্গৎপ, ফাওব' ঙমখিদ্রে। মমৈথ দ' য়াম্না ব্লানা থাঙ্গৎলবদ তেঙ্গা থোংবা অমুক ঙমদ্রে। অফ অফব' খুংলাইশিংগী মমিংশু ঙম্না কাওখ্রে। অফবা খুংলাইন' থল্লব' তেন্দং, গাণ্ডীব, অর্জ্জুন, অমত ব্লাত্তে অহুবু কান্নবদি কবিমত' লৈত্রে। কবিশু লেত্রব. ডাকু থরন' নেবহু ভুমিন্ন' তাহুনা লেবদ' তাখ্রে। নুপীশিং অহুবু মহাক্ন কন্নব লম্বী উৎখিদ্রে।

অহু অওকপনি. কয়াদ চাওখ্রব সতীগী মঙং-নে! ফব্রব ডাকুশিং অহুনা নুপীশিং অহুব ফাহুন' পুবগে হায়ন' মশ' হেক শোক্লু-বদ নুপীশিং অহু নুং ঙম্ন' শনথোকখ্রে।

অর্জ্জুনন' য়াম্ন' ব্লান বহুব্ পুহুন ইন্দ্রপ্রস্থদা লাক্লে অমস্যুং যুধিষ্ঠিবদ' পাও পুম্নমক তম্লবে। অহুগী তুংদা মহাক্না ব্যাসদেবগী মনাক্তা চত্তুন' শ্রীকৃষ্ণ বলরামনা লোঙ্গাখিবা অমস্যুং অতৈ অতৈ থৌদোক পুম্নমক্কী পাও তাক্লবে।

১ মহু তাবদা ব্যাসদেবনা হায়রকই, "অর্জ্জুন! হৌজিক নথোইগী নথৌ লোইরে, স্বর্গ কানবা মতম লাক্লে। ঐনা হায়গদবা হায়ববু নথোই থিন্দনা থোঙশান্নবা তৌরো।"

ব্যাসদেবগী পাওভাক অসি মকোক্লা থোংনা য়াহুনা অর্জ্জুননা হস্তিনাদা হল্লক্লগা যুধিষ্ঠিরদা রা পুন্না হঙ্গৎলয়ে।

---

# মহাপ্রস্থানিক পর্ব্ব

অফবা মুমিৎ য়েংহুনা অভিমন্যুগী মচ' পরীক্ষিতপু হস্তিনাগী সিংহাসন্দা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মশু বজ্রবুন' ইন্দ্রপ্রস্থগী সিংহাসন্দা ফমহল্লম্লগা পাণ্ডব মঙামক দ্রৌপদীগা লোইননা স্বর্গ কানবগী দমক হস্তিনা থাদোক্লক্লে। প্রজা পুন্নমক কপ্না কপ্না য়াম্না থাপ্লবা ফাওবা থিন্দোক্লক্লবগী মতুংদা বিদায় তৌনহুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে।

হুই অমথক্কি মথোইগী মতুং অতম ইন্নরক্লে।'

থ হইগী মমাংদ যুধিষ্ঠির, অহুদগী ভীম, অহুগী ঢুংদ অর্জ্জুন, মথংদা নকুল অমসুং সহদেব, অহুদগী দ্রৌপদী অমসুং হ ং গী তুংদ হুই অহু চৎলি।

থরা চৎলবগী তুংদা মক্তিক মগুণ লেরবা মহাপুরুষ অমা থংহোদনা লাকুনা হায়রি, "ঐহাক মে কৌবা লাই অহুনি। তাও অর্জ্জুন! শ্রীকৃষ্ণনা মাগী লীলা লোইরহুন চক্র থাদোকখ্রে। নংসু নংগী তৌগদবা নথৌ লোইরে; অহুনা গাণ্ডীবগা অমাং অতা লৈত্রবা তেন্দোং অহুগা থাদোক্লো।"

রা অসি হেক তাবদা অর্জ্জুননা লিরুং তেন্দোং অহু সমুদ্রগী ইশিংদা হুন্থখ্রে। মহু উবদা অগ্নিদেব অহু পেল্লহুনা চৎখ্রে।

অহুগী তুংদা ময়াম্মক অরাং পাংনা চৎলক্লে।

থরা চৎলগা চিং নিংথৌ হিমালয়না অণৌবা লুহুপ্পা লৈতেংহুনা লৈরম্বা থেংনরে। থজিক্কুং কাথৎপদা ভাইরিভেদা থংহৌদনা দ্রৌপদীগী মথোঙ মখুৎ অহু পঙথরক্লে। অহুদগী মহাক মফম অহুদা তুহুনা অহুম্মক মথল্লাই থারে।

করিগুম্বা অরানবা থবক অমতা চত্তবা মী অদুত্তনা স্বর্গদা চংনা কাবা ঙমগদবনি।

দ্রৌপদীগী মতৌ অহু উবদা ভীমনা যুধিষ্ঠিরদা মরম হংলকই। স্বর্গ তল্লা চৎপা মীদি তুং হল্লা য়েংহৈদে। মরম অহুনা যুধিষ্ঠিরনা মমাই ওয়োক্লকপা তৌদনা খুল্লকই, "ঐখোই ইচিন ইনাও মঙামক দ্রৌপদীগী মপুরোইবা ওইরবস্থ মহাক্না অর্জ্জুনবু থ্‌াইদগী হেল্লা নুংশি। পাপ অসি লৈবনা মহাক শিরিবনি।"

অহুগী তুংদা থরা অমুক কাথৎলক্লগা থংহৌদনা সহদেব তুহুনা মথল্লাই থাখ্রে। ভীমনা অমুক মসিগী মরম যুধিষ্ঠিরদা হংলকই। মহুদা যুধিষ্ঠিরনা খুল্লকই, "সহদেবনা মশাবু থ্‌াইদগী হেল্লা থঙবা হৈবা হেল্লি হায়না খল্লি, অহুগী পাপনা শিরিবনি।"

অহুদগী অমুক থরা কাথৎলগা নকুল শিরে। মহুদা ভীমনা অমুক যুধিষ্ঠিরদা মরম হংই।

যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "নকুল অসি ধর্ম্ম চেল্লবস্থ মপুক্লিংদা মঙোন্দগী হেল্লা মশক ফজবা লৈতে হায়না নাপল অমা পোকই। মহুনা মহাক শিরিবনি।"

অহুগী মতুং থরা লৈরগা অর্জ্জুন শিরকপদা ভীমগী ঙকপগী পন্দোল লোমখ্রে। মহাক্না মহুগী মরম হংলকপদা যুধিষ্ঠিরনা খুল্লকই,

'অর্জুননা নোংমতদা য়েক্লবা পূগা মাঙহনগনি হায়না রাশকখি। অদুবু মদু ঙমখিদবনা মহাক্না ফীভম অসি ওইরিবনি।"

অদুদগী থরা চথৎলক্লবা তুংদা ভীমগী মথোঙ মখুৎ অদু থংহৌদনা লেঙবা য়ারক্রে। শিগদবা কুইদ্রে খঙলদুনা মহাক্না যুধিষ্ঠিরদা হংলকই, "মহারাজ! ঐদি মতম চুপ্পা নংগী নতুং ইনজরকপনি, অদুবু ঐনা ফীভম অসি তারিবসিদি করিগীনো?"

যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "নহাক নপুক্লিংদা নভোন্দগী হেন্না অকনবা লৈতে হায়না নাপল তৌই: মরম অদুনা নংগী শিবগী মরম ওইরিবনি।" মসি হেক হায়বা লোইবদা ভীম মথরাই থাখ্রে।

যুধিষ্ঠির মথন্তা চৎলক্লে। অদুবু হুই অদুদি মাগী মতুং অতুম হন্নরি।

থরা চৎলবগী তুংদা দেবরাজ ইন্দ্রনা লৈগী দোলাই পুবক্লুনা যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা থুংলরে। মহাক্ন হায়রকই, "মহারাজ! রথ অসি তোংদুনা ঐগা লোইননা স্বর্গদা চৎসি।"

মদু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "দেবরাজ! ঐগী ইনাওশিং অমম্বুং দ্রৌপদীবু থাদোক্লুনা ঐহাক স্বর্গদা লৈবা পামদ্রে।"

মহাক্না রা অসিদা দেবরাজনা মখোই পূম্নমক্তু স্বর্গদা উনগনি হায়বদগী যুধিষ্ঠিরনা হুই অদুগা লোইননা দোলাই কানবা চংলক্লে। মদুদা ইন্দ্রনা খিংলে।

মদু উবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, "দেবরাজ! ঐহাক কদৌমুংদম্বু হুই অসিবু থাদোকপা ঙম্মোই। মসিনা ঐহাক স্বর্গ কাবা ঙমদ্রবস্বু ঐ করিমতা ম্নুংঙাইতবা তৌখ্ররোই। মাবু হুন্দোক্লম্নগা ঐ ইথন্তা চৎপদি ওইথোক্লবনি।"

দেবরাজ ইন্দ্রনা হন্না হন্না হুই অদু থাদোক্লম্নবা যুধিষ্ঠিরদা হায়রকই। অদুবু যুধিষ্ঠিবনা স্তুকয়া য়াবা লৈখিদ্রে।

অওকপনি, মতম অদুদা হুই অদুনা থংহৌদনা লাইগী মুর্ত্তি অমা ওন্নদুনা হায়রকই, "মহাবাজ! ঐহাক ধর্ম্ম হায়বদুনি। মহাবাজবু চাং য়েংগে হায়দুনা হুইগী শকফম লৌবনি। হৌজিক্তি থওলে, নংগা মান্ননা পুকচেল চাওবা অমসুং ধর্ম্ম চেনবা মীদি লাইরৈবাক্তসু অতাওবনি। স্বর্গদা চংনা কাবা য়াবা মীদি নহাক্তনি।"

অসি হেক হায়বগা যুধিষ্ঠির অদু লৈগী দোলাই তোংদুনা স্বর্গদা কাথ্রে।

---

# স্বর্গারোহণ পর্ব্ব

যুধিষ্ঠিবনা স্বর্গ য়োবগা, ভীম, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব অমসুং দ্রৌপদীনচিংবা কনাবুস্ন উদ্রদুনা মপুরিং য়াম্না থোয়বওলক্লে। মহাক্না দেবরাজ ইন্দ্রদা হংলকই, "ঐগী ইনাওনচিংব পুন্নমক কদাইদা লেখ্রবগে? ঐহাক মথোইবু উদবদা মিকুপ অমতা লেবা ঙমদ্রে। মথোইনা লৈবা মফমদুদা ঐবু পুদুনা চৎপিয। মথোইনা লেবা মফমদুনা ঐগী স্বর্গনি।"

মদু তাবদা ইন্দ্রনা দেবদুত অমা কৌদুনা যুধিষ্ঠিরবু মাগী মনাওশিংগী লৈফম তাম্না থিন্নবা থাবক্লে।

দেবদুত অদুণা লোইননা যুধিষ্ঠিরনা লম্বী অতোপ্পা অমদা চংলক্লে। ওস্থোক্লা শুক্ল মম্নবা খুদোং থিখ্রবা লম্বীনি। অপুম-অশাগী

মনম্না মাইকৈ পূম্বা থম্লি। লম্বী অত্নদি পাপীশিংতনা চৎনবা লম্বীনি। মরক মরক্তস্থ অকিবগী মশক ফংলবা মৈ অমুক অমুক হৌরকই। ফীভম থীরবা ভুতকী মপৈনা হঙ্গৎ হন্দা কোইচেন চেল্লি। কনাগীনা মকোক য়াওদে, কনাগীনা মকোকস্থ মখোঙস্থ য়াওদে, কনাগীনা মখোঙ মথুৎ মকোক শুকয়াও য়াওদে, কনা অমগীনা মবুক্কী শিংলিপূম্বা মপান্দা জ্রো জ্রো য়াম্বুরি। অকিবা শকফমশিং অসি উবদা কিবনা কোকচাওবী কাদফম লৈতে। মফম অমদা চাওরবা য়োৎকী থাংদা থাও শানা ভৌবি—মত্নদা পাপীশিংবু থাদরি। পাপী কনাবুনা লোক লোক শৌববা ইশিং অশাবদা ইস্থুন লুপহল্লি। মখোইগী অন্না ত্তেংথা খোঞ্জেলন মফম অত্ন পুমনিন নিল্লি।

পূম্নমক অসি উবদা যুধিষ্ঠিরগী মপুক্কিং অত্ন অন্নাবনা থনখ্রে। মহাক মফম অত্নদা কুইনা অমুক লৈথব শমান্দ্র। মহাক্না দেবদূততা হায়বকই, "কয়া য়াম্ন অমুক চৎকদবা ল্লাংলিবগে? ঐ অমুক চৎপা ঙমশিল্লক্তবে। হান্নগী মফমদা অমুক হল্লসি।

মসি তাবদা দেবদূত অত্নুনা যুধিষ্ঠিরবু পুত্নুনা হল্লগে তৌরকপা তাঞ্জাদুমক্তদা মাইকৈ মরিদগী অন্নাবা খোল্লাও অমা তারক্লে। কনানো থরনা লাওরকই, "মহারাজ, মফম অত্নদা ঙহাক্তং লৈবিথো, মহারাজনা লৈরিবা মথৈ ঐখোই অহংবা ফংই। চানবিত্নুনা ঙহাক্তা লেংবিথিন্নু, মহারাজ, ঙাইহাক্তা ঙাইবিথো।"

যুধিষ্ঠিরনা ওক্না হংলকই, "নখোই কনা কনানো? ঐদি নখোইগী খোঞ্জেল অত্ন অমতা থঙবা ঙমদ্রে।"

য়াসি হেক হায়বগা মাইকৈ মরিমক্তগী ঐহাক কর্ণনি, ঐহাক ভীমনি, ঐহাক অর্জুননি, ঐহাক নকুলনি, ঐহাক সহদেবনি, ঐহাক

দ্রৌপদীনি, ঐশোই নচাশিংনি—অসিনচিংবা থোম্লাওনা পুম্নমিন্নক্লে।

মতু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা দেবদূত অদুদা হায়রকই, "দেবদূত, নহাক চৎলো। ঐদি ইচিন ইনাওশিং অমসুং শাগৈ নাতে মরূপ মপাং পূম্বসি থাদোক্নুনা মফম কদাইদসু চৎপা ওম্লরোই।"

দেবদূত অদুনা থিন্দনা চেনখিদুনা রা অসি দেবরাজ ইন্দ্রদা তম্লুবে। মসি তাবদা লাইয়াম অদু অমুক লৈবা ওমত্রত্নুনা পুম্নপ যুধিষ্ঠিরগী মনাক তাংা চৎলে মখোইনা মফম অদু হেক য়োবকপদা অমম্বা, নমথিবা, অকিবা পূম্নমক কোকখিদুনা নিংথিজববা মওাম্না থল্লবা ফজবতনা লৈতেংলবা মফম অমা ওনখ্রে।

মতম অদুদা ইন্দ্রনা যুধিষ্ঠিরদা হায়বকই, "মহারাজ! লাইয়াম পুম্নমক নংগী নিংথিবা পুকচেল উবদা পেন্লে। নহাক অসি পুণ্য য়াম্না চেনবা অমসুং পুকচেন চাওবা মীনি। পুণ্যগী মহৈনা নংনা পূম্নমক্কী থম্মোই জয় তৌদুনা স্বর্গদা থাইদগী হেনবা মফম ফংলে।"

"নিংথৌ হায়বসিমক্ত বু নবক অমুক্তং য়েংদবা য়াদে। অদুগীসু মথক্তা দ্রোণাচার্য্য হাংৎপা মতমদা নহাক নশাদা মীনদগী মমিথজিক্তং তাথি। মরম অদুনা নহাক অমুক্তং নরক য়েংবদা তাবিবনি। মতুগী দমক কবিসু রাবা তৌরুগম্নু। পাপ পুণ্য হায়বসি মী পূম্নমক্কী লৈ। পাপ য়াম্না তৌবা মীনা মতম কুইনা নরক্কী অরাবা ফংবনি, অদুগা য়ামদবা মীনা কুইদনা পাপ অদু কোকখিবনি। নংগী মুপী অমসুং ননাওশিং অসি পাপ থবা থরা তৌই; মবম অদুদগী মখোই মতম থরা নরক্কী অরাবা মৈশা ফংবনি। হৌজিক্কি চৎলো, লাইশিং গী তুরেল মন্দাকিনীগী ইশিং অসিদা ইরুজখোক্লুবো। পুণ্যগী ইশিং অসিদা লুপ্লবদি অরাবা, অনাবা